# মীতৈলোন্দা হন্দোক্লবা এক্ট খরা

অহানবা শরুক

য়াউরিবশিং ঃ

১। দি চাইলদ লেবর (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ১৯৮৬;
অমদি দি প্রিভেনসন ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১;

২। দি মনিপুর শোপস এন্দ এস্টাব্লিশমেন্টস এক্ট, ১৯৭২;

৩। দি এসেন্সিয়েল কোম্মোদিটিজ এক্ট, ১৯৫৫;

৪। দি কন্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬;

৫। দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩;

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা ঃ-

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

সোইবম লৈকাই খঙ্খাবুঙ লৈরক, ইম্ফাল।

# দি চাইলদ লেবর
# (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ইং ১৯৮৬
# (১৯৮৬ কী ৬১)

অমদি

# দি প্রিভেন্সন ওফ
# সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১
# (১৯১১ কী ১০)

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা ঃ-

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

সোইবম লৈকাই খঙলোবুং লৈরক, ইম্ফাল

# দি চাইলদ লেবর

## (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ত ১৯৮৬

## (১৯৮৬ কী ৬১)

অমদি

# দি প্রিভেন্সন ওফ

## সেদিসিয়স মিতিংস এক্ত ১৯১১

## (১৯১১ গী ১০)

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা

**মোইরাংথেম রাজেন্দ্র**



এল, দি. এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল

# The Child Labour
(Prohibition and Regulation) Act, 1986,
and
The Prevention of Seditious Meetings Act, 1911
(Translated into Meeteilon by
Moirangthem Rajendra)

অহানবা ফোংবা ঃ- জুন, ২০০০ ইং

কোপী মশিং ঃ- ১০০০ (লিশিং অমা)

অফোঙবী ঃ- মোইরাংথেম ওংবী ইবেচা না
এল. দি. এম. আর্টস সেন্টরগীদমক ফোঙজবা

কোপী রাইট ঃ- অইবা

মমল ঃ- লুপা ১৫/-




নম্ফম ঃ- লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল



শোক ১৯০৬ তা পোকপীরম্বা ১২-২-১৯৬৬ তা নোঙ্গাথ্রবা
ঐগী পাবুং মোইরাংথেম গৌরাচান্দ দা কথোকচবা

কথোকচরীবা
মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

# দি চাইলদ লেবর
# (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ১৯৮৬
# (১৯৮৬ কী ৬১)

## য়াওরিবশিং

### অহানবা শরুক
### ৱাহৌদোক


| সেক্সন | | লমায় |
|---|---|---|
| ১। | অতেনবা মমিং, চৎনফম অমদি চৎনবা হৌবা | ১ |
| ২। | ৱাহন্থোকশিং | ১ |

**অনিশুবা শরুক**

**শিনফমশিং অমদি থৌওঙ খরদা অঙাংশিংবু থবক শুহনবা থিংবা**

| | | |
|---|---|---|
| ৩। | শিনফমশিং অমদি থৌওঙ খরদা অঙাংশিং থবক শুহনবা থিংবা | ২ |
| ৪। | সিদুল শেমদোকপগী পাঙ্গল | ২ |
| ৫। | চাইলদ লেবর টেক্নিকেল এদভাইজরি কম্মিটি | ৩ |

**অহুমশুবা শরুক**

**অঙাংশিংনা থবকশুবগী ফীভমদা পথাপ নাইহনবা**

| | | |
|---|---|---|
| ৬। | শরুক অসিগী চৎনফম | ৩ |
| ৭। | থবক্কী পুঙশিঙ অমদি থবক শুবগী মতম | ৩ |
| ৮। | চয়োলগী ছুটি | ৪ |
| ৯। | ইন্সপেক্টরদা নোটিশ থাবা | ৪ |
| ১০। | চহিগী মতাংদা য়েৎনবা | ৫ |
| ১১। | রেজিষ্টার তেক কায়দনা থম্বা | ৫ |
| ১২। | সেক্সন ৩গা ১৪গগী মচি য়াউবা নোটিশ উৎপা | ৫ |
| ১৩। | হকচাং ফহনবা অমদি য়ৈখায় থিনগায় অশোক অপন থোকহন্দবা | ৬ |

**মরিশুবা শরুক**

**মখল মথেলশিং**

| | | |
|---|---|---|
| ১৪। | চৈরাকশিং | ৭ |
| ১৫। | চৈরাক্কী মরীদা  আইন খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা চলাইবা | ৭ |

১৬। অরানবা তৌবশিংগা মরী লৈনবা থৌওঙ ৮
১৭। ইন্সপেক্টরশিং হাপ্পা ৮
১৮। পথাপশিং শেম্বগী পাঙ্গল ৮
১৯। পার্লিয়ামেন্ট নৎত্রগা ষ্টেট লেজিস্লেচরগী মমাঙদা পথাপশিং অমদি নোটিফিকেসনশিং থম্ফম থোকপা ৯
২০। অতোপ্পা আইনশিংগী ৱারোলশিংদা অথিংবা পীদবা ১০
২১। অরুবা ফীভমশিং লৌথোকপগী পাঙ্গল ১০
২২। অককপশিং অমদি খাকহৌবশিং ১০
২৩। ১৯৪৮ গী এক্ট ১১ দা শেমদোকপা ১০
২৪। ১৯৫১ গী এক্ট ৬৯ দা শেমদোকপা ১১
২৫। ১৯৫৮ গী এক্ট ৪৪ দা শেমদোকপা ১১
২৬। ১৯৬১ গী এক্ট ২৭ তা শেমদোকপা ১১
দি সিদুল ১২

## দি প্রিভেন্সন ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১
## (ইং ১৯১১ গী এক্ট নং ১০)

১। অতেনবা মমিং অমদি চৎনফম ১৭
২। (এক্ট অসি) চৎননবা লাউথোক্লবা মফমশিংনী হায়না খঙহন্নবা ষ্টেট সরকারগী পাঙ্গল ১৭
৩। ৱাহঙ্খোক ১৮
৪। মীয়ামগী মীতিনগীদমক নোটিশ পীগদবা ১৮
৫। মীয়ামগী মীতিনশিং তৌবা থিংবগী পাঙ্গল ১৯
৬। চৈরাকশিং ১৯
৭। মীয়াম পুনবা মফমশিংদা ৱা ঙাঙবগী চৈরাক ১৯
৮। মরালদুবু খঙবা ১৯
৯। [লৌথোকখ্রবা] ১৯

# ৱাহৌদোক

ভারত সরকারনা প্রজা মীয়ামগী অমদি থবক তৌরিবা কর্ম্মচারীশিংগীদমক্তা শেমদুনা থম্বা, চৎনরবা এক্ট অনি হায়বদি "দি চাইলদ লেবর (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট ১৯৮৬" অমদি "দি প্রিভেন্সন ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট ১৯১১" অসি খ্বাই পুন্নমক্না খণ্ডবদা থোইনা কান্নগদ্রা খন্দুনা ইংলিস্তগী মীতৈলোন্দা ঐহাক্না হন্দোকচবনি।

লাইরীকসিমা পুথোক্লবা হোৎনবদা প্রুভকী অমদি অশোয় অঙাম য়েংশিনবীখিবা মুতুৱা তোম্বগী লমনসু তোনশিঞ্জরে। অদুগা লময়ানবা প্রিন্টর্সকী ইচিল ইনাওশিংনা অথুবা মতমদা লাইরীকসি পুথোকপা ঙমহনবীবগী থাগৎচরি। অরোয়বদা লাইরীক অসিনা মীয়ামদা কান্নবা খরদংতা ওইরবসু পীবা ঙম্নগদি হোৎনরুবগী মহৈ য়াম্লে হায়না লৌজগনি।

অইবা

# দি চাইলদ লেবর
# (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ১৯৮৬
## (ইং ১৯৮৬ গী নং ৬১)

(ডিসেম্বর ২৩, ১৯৮৬)

শিনফম খরদা অঙাংশিংবু থবক তৌহনবা থিংনবা অমদি অতোপ্পা শিনফম খরদনা অঙাংশিংনা থবক শুবগী ফীভমগী পথাপ নাইহন্নবা আইন অমা

মীয়ামগী লৈঙাক্লোন লৈরবা ভারতকী কুন্থ্রাতরেৎশুবা চহী অসিদা পার্লিয়ামেন্টনা মখাগী অসুম্না আইন শেম্মসনু (শেম্মে) ঃ

**অহানবা শরুক**

**বাহৌদোক**

**১। অতেনবা মমিং, চৎনফম অমদি চৎনবা হৌবা ঃ-**

(১) আইন অসিগী মমিং দি চাইলদ লেবর (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ১৯৮৬ কৌবা য়াই (কৌগনি)।

(২) মসি ভারতকী মফম খুদিঙদা চৎনগনী।

(৩) অহুমশুবা শরুক নত্তনা এক্ট অসিদা পীরিবশিং অসি খুদক্তগী চৎনরগনী, অদুগা অহুমশুবা শরুক অসিনা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্তুনা লেপ্পা তারিখতগী চৎনগনী অদুগা তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংগী অমদি তোঙান তোঙানবা শিনশঙশিংগী কাঙলুপশিংগীদমক তোঙান তোঙানবা তারিখশিং লেপ্পা য়াই।

**২। বাহন্থোকশিং ঃ-**

বাহৈশিং অসিগী তুংমাঙদা লৈবা বাফমশিংনা তঙায়ফদ্দনা অতোপ্পা অর্থ লৈহন্দ্রবদি ঃ-

(এ) "চান চানবা সরকার" হায়বসিগী অর্থদি সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী থৌশীল মখাদা লৈবা শিনশঙ অমগী নৎত্রগা রেলবেগী থবক থনা শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবা অমগী নৎত্রগা অচৌবা হিথাংফম অমগী নৎত্রগা খনি অমগী নৎত্রগা থাউগী খোং অমগীদি সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনী অদুগা অতৈ অতৈশিংগীদমক্তদি (শিনশঙশিংগীদমক্তদি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনী;

(বি) "অঙাং" হায়বদি মশাগী তরামরিশুবা চহী মপুঙ ফাদ্রিবা মীশক হায়বনী;

(সি) "নুমিৎ" হায়বদি অহিং নোংয়াইদগী হৌরগা পুঙ কুনমরিগী মতম হায়বনী;

(দি) "শিনশঙ" হায়বসিদা দুকান, ললোন ইতীঙ্কী লোয়শঙ, শিনশঙ, লৌউশিংউ অমদি ইংখোল কোইফম, লৈনফম ওইবা হোটেল, চাক্কী হোটেল, চাফম থকফম ওইবা য়ুম (শঙ), ড্রামাগী শঙ নৎত্রগা মীয়াম্না নুংঙাইনা মতম লেন্নবা নৎত্রগা (মীয়াম্বু) পীজ পীথক তৌফমশিং অসি য়াউরি;

(ই) "ইমুং মনুং" হায়বসি কনাগুম্বা মকোক ওইবা মীশক অমগী মরীদদি মীশক অদুমক, মীশক্কুগী নুপীবু ওইরবসু নুপাবু ওইরবসু অদুগা মাগী মচাশিং, ময়াম্বা-মনাউ নৎত্রগা মচল মচেশিংবু খঙনগনী;

(এফ) "মকোক ওইরিবা মীশক" হায়বসি শিনশঙ অমগা নৎত্রগা থবক শুফম শঙ অমগা মরী লৈননা লৌরগদি কনাগুম্বা শিনশঙ নৎত্রগা থবক শুফম শঙ অদুগী মরীদা শিনশঙ নৎত্রগা থবক শুফম শঙ অদুগী থবক-থনা পূন্নমক্কুগী অশীন অরাঙ অমদি য়াথংনচিংবা পীগদবা খ্বায়দগী মকোকথোংবা মীশক অদুনী;

(জি) "হিথাংফমগী য়াথং পীবা ঙস্বা অঙস্বা" হায়বসি হিথাংফমগী অশীন অরাঙ অমদি খ্বায়েন থৌদা তৌরিবা য়াথং পীবা ঙস্মিবা অঙস্বদুনী;

(এইচ) "চৎনগদবনী ইনগদবা পথাপ্পী হায়দুনা শেম্লবা" হায়বসিগী অর্থদি সেক্সন ১৮ গী মখাদা শেম্লবা রুলশিংনা চৎনগদবনী ইনগদবনী হায়না শেম্লবা হায়বনী;

(আই) "চয়োল" হায়বদি থাংজগী অহিং নোংয়ায়দগী হৌরগা নৎত্রগা ইন্সপেক্টরনা অকক্নবা মফম অমগী ওইনা ইদুনা পীরবা অতোপ্পা নুমিৎ অমগী অহিং নোংয়ায়দগী হৌরগা নুমিৎ তরেৎনীগী মতম্বু কৌই;

(জে) "থবক শুফম শঙ" হায়বসিগী অর্থদি খুৎশা হৈবগী থবক্কী থৌওঙ চথরিবা য়ুম-ইংখোল (মদুগী কম্পাউন্দ য়াউনা) হায়বনী; অদুবু-দি ফেক্টরিজ এক্ট ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী ৬৩) গী সেক্সন ৬৭ কী বারোলশিং চৎনহল্লিবা মফমদুদি য়াউদে।

## অনিশুবা শরুক

## শিনফমশিং অমদি থৌওঙ খরদা অঙাংশিংবু থবক শুহনবা থিংবা

### ৩। শিনফমশিং অমদি থৌওঙ খরদা অঙাংশিংবু থবক শুহনবা থিংবা ঃ

এক্ট অসিগী সিদুল (অকুপ্পা মরোলগী পরেং) গী 'এ' গী শরুক্তা চনশিন্দুনা য়াওরিবা শিনফমশিং নৎত্রগা সিদুল অসিগী "বি" গী শরুক্তা চনশিন্দুনা য়াওরিবা থৌওঙশিং চত্থরিবা অমত্তদা থবক শুহনবা নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিবা য়াদে।

অদুন্নদি ওইরবদা শিনশঙগী মকোক ওইরিবা মীশক্তুনা তৌরিবা থৌওঙদু মাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগী মতেংনো চত্থবা শিনশঙ নৎত্রগা **গভর্নমেন্টনা** লিংখৎপা নৎত্রগা **গভর্নমেন্টতগী** মতেং ফংলবা নৎত্রগা **গভর্নমেন্টনা** শকখঙলবা স্কুলদদি সেক্সনসিদা য়াওরিবা করিগুম্বা বাফম অমত্তা চৎনরোই।

### ৪। সিদুল শেমদোকপগী পাঙ্গল ঃ

সেন্ট্রেল **গভর্নমেন্টনা** অসুম তৌগে হায়বগী অনীংবদু য়ামদ্রবদা থা অহুমগী নোটিশ ওফিসিয়েল গেজেত্তা পীরবা মতুংদা সিদুলদা শিনফম নৎত্রগা থৌওঙ অমা হেক্তা হাপকৎপা য়াই অদুগা মদু তৌখ্রবদি সিদুলদু মদুগী মতুং ইন্না শেমদোক্লবনী হায়না লৌরগনী।

### ৫। চাইল্দ লেবর টেক্নিকেল এদভাইজরি কম্মিটি ঃ-

(১) সিদুলদা শিনফমশিং অমদি থৌওঙশিং হাপচিন্নবা সেন্ট্রেল **গভর্নমেন্টতা** পাউতাক পীননবগীদমক্তা চাইল্দ লেবর টেক্নিকেল এদভাইজরি কম্মিটি (মমৈদদি সেক্সন অসিদা কম্মিটি হায়না পনখ্রবা) কৌবা পাউতাক পীনবা কম্মিটি অমা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্তুনা লিংখৎপা য়াই।

(২) কম্মিটি অদু চিয়ারমেন অমগা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টনা মশীং তরাদগীদি হেন্দনা হাপ্পা অতোপ্পা মেম্বরশিংদুগনা শাগনী।

(৩) কম্মিটি অদুনা তঙাইফদবা লৈ হায়না হেক নীংলিবমখৈ তোয়না উনগনি অদুগা মসিগী থৌওঙ থৌদৌদু মশানা অসুম অসুম তৌগদবনী হায়না পথাপ শেমজবগী পাঙ্গল লৈগনি।

(৪) অসুন্না তৌবগী তঙাইফদবা লৈ হায়না খল্লবদি কম্মিটিদুনা সব-কম্মিটি অমা নৎত্রগা অমদগী হেন্না শেম্বা য়াই অদুগা কম্মিটিদুনা ময়ামগী ওইবা নৎত্রগা করিগুম্বা অখন্নবা বাফম অমবু খন্ননবগীদমক্তা কম্মিটি দুগী মেম্বরদি নত্তবা মীশক অমবু অদুগুম্বা সব-কম্মিটিশিংদুগী মনুংদা অমগী মেম্বর ওইনা হাপ্পা য়াই।

(৫) কম্মিটিদুগী থবক তৌবগী অকক্লবা মতম নৎত্রগা ওফিস্তা মরক মরক্তা ফম হাংঙকপদা অহাঙবা মেনশিন্নবা মওঙ নৎত্রগা চিয়ারমেন অমদি কম্মিটিগী অতোপ্পা মেম্বরশিংদা পীফম থোকপা লৈরবদি এলাউরেন্স পীবগী মতাং, কম্মিটি মেম্বর নত্তবা মীশক অমবু কম্মিটিনা মসিগী সব কম্মিটিশিংদুগী মনুংদা অমগী মেম্বর হাপ্পগী থম্নিংবা ফীভম অমদি হাপ্পা য়াদে হায়বগী ফীভমশিংদি অসুন্না চৎনগদবনী-ইনগদবা পথাপ্নী হায়দুনা শেম্নবশিংদুগী মতুং ইনগনী।

### অহুমশুবা শরুক

## অঙাংশিংনা থবকশুবগী ফীভমদা পথাপ নাইহনবা

### ৬। শরুক অসিগী চৎনফম ঃ

সেক্সন ৩দা পনখিবা শিনফমশিং নৎত্রগা থৌওঙশিংগী মনুংদা অমা তৌরিবা শিনশঙ অমদা শরুক অসিগী রাফমশিং অসি চৎনগনী।

### ৭। থবক্কী পুঙশিঙ অমদি থবক শুবগী মতম ঃ

(১) অদুগুম্বা শিনশঙদুগী নৎত্রগা অদুগুম্বা শিনশঙগী কাঙলুপ অদুগী ওইনা চৎনগদবা নৎত্রগা ইনগদবা পথাপ ওইনা শেমদুনা লেপখ্রবা পুঙশিঙ অদুদগী হেন্না কনাগুম্বা অঙাং অমবু থবক শুহনবা নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিবা য়াদে।

(২) নোংমদা থবক শুনবগী মতম অসি পুঙ অহুমদগী হেন্দনবা অদুগা মরক্তা পোত্থানবা য়ামদ্রবদা পুঙ অমগী মতম পীদ্রিঙৈদা অঙাং অমত্তবু পুঙ অহুমদগী হেন্না থবক শুহন্দনবা মওঙদা লেপকদবনী।

(৩) সবসেক্সন (২) গী মখাদা থবক শুনবা মতম লেপ্পদা পোত্থানবা মতম অমদি শুনবা থবক পীবা ঙাইবগী মতমসু য়াওনা নোংমদা পুঙ তরুক্তগী হেন্না শাংদোক্না থবক শুহন্দনবা লেপকদবনী।

(৪) অঙাং অমত্তবু নুমিদাং পুঙ ৭ কা অয়ুক্কী পুঙ ৮ গগী মরক্তা থবক শুবা য়াহনবা নৎত্রগা শুহনবা তৌরোইদবনী।

(৫) অতোপ্পা শিনশঙ অমদা থবক শুরুরবা অঙাং অমত্তবু শিনশঙ অমদা অমুক থবক শুবা য়াহনবিবা নৎত্রগা শুহনবা য়াদে।

### ৮। চয়োলগী ছুতি ঃ

শিনশঙ অমদা লৈরিবা অঙাং খুদিঙদা নোংমা নুমিৎচুপ্পগী ওইবা ছুটি অমা চয়োল

খুদিঙদা ফংহনগদবনী, হায়রিবা নুমিৎ অসি শিনশঙ অদুগী লাইনা হেক উগদবা মফমদা মতমচুপ্পগী ওইনা শিনশঙদুগী মকোক ওইরিবা মীশক্তুনা লেপ্পগা নোটিশ ওইনা উত্তুনা থমগদবনী অদুগা অসুম্না লেপ্পবা নুমিৎ অসি থা অহুমগী মনুংদা অমুক্তগী হেন্না হোংদোক হোংজিন তৌরোইদবনী।

## ৯। ইন্সপেক্টরদা নোটিশ থাবা ঃ

(১) এক্ট অসি চৎনবা হেক হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা অঙাং অমবু শিনশঙ অমদা থবক তৌহল্লম্লবা নৎত্রগা থবক শুজগে হায়বদা য়াহল্লম্লবদি এক্ট অসি চৎনবা হৌখিবা নুমিৎ কুম্থানীগী মনুংদা শিনশঙদুগী মকোক ওইরিবা খুদিঙনা অদুগুম্বা শিনশঙ অদুগা মরী লৈননা শিনশঙ অদুনা লৈরিবা মফমদুগী ঙমখৈ মনুংদুগী ইন্সপেক্টরদুদা মখাগী অকুপ্পা ৱারোলশিং অসি য়াওবা অইবা নোটিশ অমা থাগদবনী ঃ-

(এ) শিনশঙদুগী মমিং অমদি লৈফম;
(বি) শিনশঙ অদুগী তশেংনা অশীন অরাঙ তৌরিবা মীশক্তুগী মমিং;
(সি) শিনশঙ অদুগা মরী লৈনবা ঈপাউশিং থানগদবা শিনশঙদুগী লৈফম অমদি
(দি) শিনশঙদুদা চত্থরিবা শিনফম নৎত্রগা থৌওঙদুগী মখল;

(২) এক্ট অসি চৎনরবা মতুংদা অঙাং অমবু থবক শুহল্লবা নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিবা শিনশঙদুগী মকোক ওইরিবা মীশক খুদিঙনা শিনশঙদুনা লৈরিবা মফমদুগী ইন্সপেক্টরদুদা অঙাংদুবু থবক শুহনবা নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিখিবদুগী নুমিৎ কুম্থানীগী মনুংদা সব-সেক্সন (১) দা য়াওরিবা অকুপ্পা মরোলশিং অসি ইদুনা থাগদবনী।

**শুগায়না তাকপা ঃ**

" শিনশঙ অমগী ওইনা এক্ট অসি চৎনবা হৌবগী তারিখ " হায়বসি সব-সেক্সন (১) গা (২) গগীদমক্তদি অদুগুম্বা শিনশঙদুগী ওইনা এক্ট অসি চৎনহনখিবা তারিখ হায়বনী।

(৩) সেক্সন ৭,৮ অমদি ৯ দা পীরিবশিং অসি শিনশঙদুগী মকোক ওইরিবা মীশক অদুগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংগী মতেংনা চত্থবা থৌওঙ লৈবা শিনশঙ অমদা নৎত্রগা সরকারনা লিংখৎপা নৎত্রগা সরকারগী মতেং ফংইবা নৎত্রগা সরকারনা শকখঙলবা স্কুল অমদদি চৎনরোই।

## ১০। চহীগী মতাংদা য়েৎনবা ঃ-

শিনশঙগী মকোক অমনা শিনশঙ অমদা থবক শুহনবা নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিখ্রবা অঙাং অমগী চহীগী মতাংদা মহাক্কা ইন্সপেক্টরগগী মরক্তা য়েৎনবগী ৱাফম অমা লাক্লবা অদুগা, মানা পীগদবনী হায়না অকক্লনা লেপ্তুনা থম্লবা মেদিকেল ওথোরিটি অমনা

চহীগী মতাংদা পীরবা সার্টিফিকেট লৈত্রবদি, ৱাফমদুগী ৱারেপ অমা পীনবগীদমক ইন্সপেক্টরনা অকক্লনা হাপ্লবা মেদিকেল ওথোরিটিদা শিন্নগনী।

## ১১। রেজিষ্টার তেক কায়দনা থম্বা ঃ-

শিনশঙ অমদা থবক শুহল্লিবা নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিরিবা শিনশঙগী মকোক ওইরিবা মীশক খুদিঙমক্না শিনশঙ অদুগী থবক শুবগী পুঙশিংগী মনুংদা নৎত্রগা থবক চথরিঙৈ মনুংদা ইন্সপেক্টর অমনা য়েংশিন খোৎচিন তৌগে হায়বদা মতমচুপ্পদা হেক্তা ফংহনগদবা —

(এ) থবক তৌহল্লবা নৎত্রগা থবক শুজগে হায়বদা য়াবিরবা অঙাং খুদিঙমক্কী মমিং অমদি পোকপগী তারিখ;

(বি) অসিগুম্বা অঙাং অমগী থবক শুবগী পুঙশিঙ অমদি থবক শুবগী মতম অমদি মঙোন্দা পোত্থানবা অহাঙবা মতম পীদুনা চনখৎপা;

(সি) অসিগুম্বা অঙাংশিংগী থবক্কী মওঙ মতৌ; অমদি

(দি) অসুম তৌগদবনী হায়দুনা য়াথোক্তুনা থম্লবা অদুগুম্বা অতোপ্পা অকুপ্পা ৱারোলশিং

য়াওবা অঙাংশিংগী রেজিষ্টার অমা তেক কায়দনা থমগদবনী।

## ১২। সেক্সন ৩গা ১৪ গগী মচি য়াওবা নোটিশ উৎপা ঃ-

রেলৱেগী থবক থনা শীন্দোক শীঞ্জিন তৌরিবা খুদিঙনা, হিথাঙফমগী য়াথং পীবা ঙম্বা অঙম্বা খুদিঙনা অমদি শিনশঙগী মকোক ওইরিবা মীশক খুদিঙনা সেক্সন ৩ গা ১৪ গগী মচি ওইবা ৱাফমশিংদুগী ৱারোলদু লম লমদুগী লোলদা অমদি ইংরাজীদা নোটিশতা ইথোক্তুনা রেলৱেদুগী ষ্টেসন খুদিংদা নৎত্রগা হিথাঙফমদুগী ঙমখৈগী মনুংদা নৎত্রগা থবক শুফমদবু ওইরবসু লাইনা উবা য়াবা অমদি লাইনা চঙবা য়াবা মফমদা উৎকদবনী।

## ১৩। হকচাং ফহনবা অমদি য়ৈখায় থিনগায় অশোক অপন থোকহন্দবা ঃ-

(১) চান চানবা সরকারদুনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্তুনা শিনশঙ অমদা নৎত্রগা শিনশঙগী কাঙলুপ অমদা থবক শুহল্লিবা নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিরবা অঙাংশিংদুগী মশা ফনবা অমদি মশাদা য়ৈখায়-থিনগায় অশোক অপন থোকহন্দনবা পথাপশিং-শেম্বা য়াই।

(২) মমাঙদা পীখ্রবা ৱাফমশিংদুগী খ্বায়গী ওইবগী মওঙদুগী হক শোকহন্দনা, হায়রিবা পথাপশিং অদু মখাগী ৱাফমশিং অসি লোইনমক্কী নৎত্রগা মখোয়গী মনুংদা অমগী ওইনা শেম্বা য়াই, ৱাফমশিংদুদি —

(এ) থবক শুফমদুদা তরু তনানবগী মতৌ লৈহনবা অমদি মদুবু অপন অরাক থোকহনবা য়াবা পুন্নমক্কী বাংমদা লৈহনবা;

(বি) ফত্তহৌদি অমদি ঈচু ন্নচিংবা লৈহন্দবা;

(সি) নুংশিৎ নুংশা চৎথোক চৎশিন তৌহনবা অমদি অইং অশা;

(দি) উফুল অমদি মৈখু;·

(ই) খুৎশেম্না চোৎ চোৎ লাউহনবা;

(এফ) (ইলেক্ট্রিক্কী) মৈ থানবা;

(জি) থক্লবা ঈশিং ;

(ঐচ) খোঙহাম্ফম অমদি মপানথোকফমশিং ;

(আই) লোকতিন শীৎফমশিং;

(জে) মেছিনশিংবু শম্বল খাজন্দুনা থম্বা;

(কে) লেঙইবা (শিজিন্নরিবা) মেছিন্দা নৎত্রগা মনাক্তা থবক তৌবা;

(এল) খুদোং থিনিংঙাই ওইবা মেছিন্দা অঙাংশিংবু থবক শুহনবা;

(এম) খুদোংথীনিংঙাই ওইবা মেছিনশিংদা অঙাংশিংবু থবক শুহনবগী মতাংদা লমজিং লমতাকপা, তাকপি তম্বীদুনা হৈহ্নবা অমদি য়েংশিন খোৎচিন অমদি শীন্দোক শীঞ্জিন তৌবা;

(এন) মৈ ককপগী পাম্বৈ;

(ও) মরনাইনা থবক তৌজবা মেছিন;

(পি) অনৌবা মেছিনগী মচাকশিং পানশিনবা;

(কিউ) লৈমায়, কৈরাকশিং অমদি চঙনবা পাম্বৈশিং;

(আর) লৈমায়দা লৈবা কোঙ্গুৎশিং, অহেনবা ঈশিং থন্নবা কোমশিং, অহো অরাক্লচিংবা;

(এস) অহেনবা মরুম;

(টি) মিৎশিংবু ঙাকথোকপা;

(ইউ) পোকখায়গনবা নৎত্রগা মৈ হৌগনবা মকুপ, গ্যাস, অসিনচিংবা;

(ভি) মৈহৌবা থোক্তনবা মাঙজৌনবা থৌরাঙ;

(দবলিউ) য়ুমকৈ শেমজিন শাজিন শেংদোক শেংজিন তৌবা অমদি

(এক্স) য়ুমকৈশিংগা মেছিনশিংগা তেকহন কায়হন্দবা।

## মরিশুবা শরুক

# মখল মথেলশিং

**১৪। চৈরাকশিং ঃ**

(১) সেক্সন ৩দা পীরিবা ৱারোলশিংগী মায়োক্তা কনাগুম্বা অমনা অঙাং অমবু থবক শুহল্লম্লবা নৎত্রগা থবক শুজগে হায়বদা য়াবিরম্লবদি মহাক্তু থা অহুমদগীদি তাদনা অদুগা চহী অমা ফাউবদি শাংবা য়ানা জেলদা থম্বা য়াবগী চৈরাক নৎত্রগা লুপা লিশিং তরাদগীদি হুম্ভদবা অদুবু লুপা লিশিং কুনফাউবগী ফাইন পীহনবা নৎত্রগা অনীমক্কী চৈরাক পীবা য়াই।

(২) সেক্সন ৩গী মখাদা মরাল লৈরে হায়দুনা চৈরাক ফংখ্রবা মীওই অমনা মমৈদসু মান্নবা মরাল অমা অমুক তৌরক্লবদি মহাকপু থা তরুক্তগী তাদনা অদুগা চহী অনী ফাউবদি শাংবা য়ানা ফাদোক পীবগী চৈরাক পীবা য়াই।

(৩) কনাগুম্বা মীওই অমনা —

(এ) সেক্সন ৯ না তৌফম থোকহনখ্রবদুগী মায়োক্তা নোটিশ পীবা শোয়রবা; নৎত্রগা

(বি) সেক্সন ১১ না তৌফম থোকহনখ্রবদুগী মায়োক্তা রেজিষ্টার থম্বা শোয়রবা; নৎত্রগা অদুগুম্বা রেজিষ্টারদুদা লান্না চনশিন খোৎচিনবা ইশিনবা তৌরবা; নৎত্রগা

(সি) সেক্সন ১২ না সেক্সন ৩ অমদি মসিগী ৱারোলশিংগী মচং য়াউবা নোটিশ অমা উত্তুনা থমগদবনী হায়বদু শোয়রবা ; নৎত্রগা

(দি) এক্ট অসিদা নৎত্রগা এক্টসিগী মখাদা শেম্বা পথাপশিংনা পীরিবশিং অসি পাঙথোকপা শোয়রবা নৎত্রগা মখোয়শিংদুগী মায়োক্তা তৌরবা

অদুগুম্বা মীওইদুবু ইচম চম্বা থা অমা ফাউবগী ফাদোক পীবগী নৎত্রগা লুপা লিশিং তরা ফাউবা ফাইন পীহনবগী নৎত্রগা অনীমক্কী চৈরাক পীবা য়াই।

**১৫। চৈরাক্কী মরীদা আইন খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা চলাইবা ঃ-**

(১) কনাগুম্বা মীওই অমবু সব-সেক্সন (২) দা য়াওরিবা ৱারোলশিং অসিগী ময়োক্তা তৌরম্বগী মরাল লৈরে হায়বা উরদুনা রায় পীরবদি মহাক্তু আইনশিং অদুদা য়াওরিবা ৱারোনশিংদুগী মতুংইন্না নত্তনা আইন অসিগী সেক্সন ১৪ গী সব-সেক্সন (১) গা (২) গগী মখাদা দন্দি পীগনী।

**(২) সব-সেক্সন (১) দা পনশ্লিবা ৱারোলশিংদুদি মখাদা পল্লিবা ৱারোলশিংসিনী ঃ-**

(এ) ফেক্টরিজ এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী ৬৩) গী সেক্সন ৬৭;

(বি) মাইন্স এক্ট, ১৯৫২ (১৯৫২ গী ৩৫) গী সেক্সন ৪০;

(সি) মার্চেন্ট শিপ্পিং এক্ট, ১৯৫৮ (১৯৫৮ গী ৪৪) গী সেক্সন ১০৯; অমদি

(দি) মোটোর ট্রান্সপোর্ট ৱার্করস এক্ট, ১৯৬১ (১৯৬১ গী ২৭) কী সেক্সন ২১

**১৬। অরানবা তৌবশিংগা মরী লৈনবা থৌওঙ ঃ-**

(১) কনাগুম্বা মীওই অমা, পুলিশ ওফিসার নৎত্রগা ইন্সপেক্টর অমনা আইন অসিগী মখাদা অরানবা তৌবগীদমক ৱাকৎ তাবগী পাঙ্গল লৈবা ৱায়েলশঙ অমদা ৱাকৎ থাঙ্গৎপা য়াই।

(২) এক্ট অসিগীদমক্তদি মানা তৌগদবনী হায়দুনা থল্লবা মেদিকেল ওথোরিটিদুনা অঙাং অমগী চহিগী মতাংদা পীবা সার্টিফিকেট খুদিঙমক মদুগা মরী লৈনবা অঙাংদুগীদমক্তা ৱারোই ওইরবা সাক্ষি ওইগনী।

(৩) এক্ট অসিগী মখাদা তৌবা মরাল অমগীদমক মেট্রোপোলিটান মেজিষ্ট্রেট অমা নৎত্রগা ফার্ষ্ট ক্লাস মেজিষ্ট্রেট অমদগী হন্থবা থাক্কী কোর্ট অমত্তনা ৱায়েল তৌবা য়ারোই।

**১৭। ইন্সপেক্টরশিং হাপ্পা ঃ-**

আইন অসিগী ৱারোলশিং অসি ইন্না চৎপা শোয়হন্দনবগীদমক্তা চান চানবা সরকারদুনা ইন্সপেক্টরশিং হাপ্পা য়াই অদুগা অসুম্না হাপ্লবা ইন্সপেক্টর অমবু ইন্দিয়ান পেনাল কোদ (১৮৬০ গী ৪৫) গী ৱাহম্থোক্কী মনুংদা পব্লিক সার্ভেন্ট অমনী হায়না লৌগনী।

**১৮। পথাপশিং শেম্বগী পাঙ্গল ঃ-**

(১) চান চানবা সরকারদুনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্তুনা অমদি হান্না ফোংদোকফম থোকপগী দরকার লৈবদু তৌখ্রবদুগী মতুং ইন্না আইন অসিগী ৱারোলশিং অসি পাঙথোক্নবগীদমক পথাপশিং শেম্বা য়াই।

(২) অদুগুম্বা পথাপশিংদুনা অখন্নবা অমদি মথক্তা পীখ্রবা পাঙ্গলদুগী ময়ামগী ওইবগী মতৌদুদদি য়ৈখায় থিনগায় পীবা থোকহন্দনা মখাদা পীরিবা ৱাফমশিং লোইনমকসিগী নৎত্রগা মখোয়শিংসিগী মনুংদা অমগী ওইনা পথাপশিং শেম্বা য়াই, হায়বদিঃ

(এ) চাইলদ লেবর টেক্নিকেল এদভাইজরি কম্মিটিগী থবক তৌবগী মতম, মরক মরক্তা থোরকপা অহাঙবা ফম মেনশিনবা, কম্মিটি অসিগী চিয়ারমেন অমদি অতোপ্পা মেম্বরশিংদা পীগদবা এল্লাউরেন্সশিংগী অমদি কম্মিটিগী মেম্বর নত্তবা মীওই অমবু

সেক্সন ৫গী সব-সেক্সন (৫) গী মখাদা সব-কম্মিটিগী মেম্বর হাপ্পা;

(বি) সেক্সন ৭ সব-সেক্সন (১) গী মখাদা অঙাং অমবু থবক শুহনবগী নৎত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিবগী পুঙ মশীং ;

(সি) নহা ওইরিবা মীওইশিংদা থবক তৌনবগী নৎত্রগা থবক থিনবগী চহীগী মতাংদা সার্টিফিকেট পীবা, অসিগুম্বা সার্টিফিকেটশিং পীবা য়াবা মেডিকেল ওথোরিটিশিং, অসিগুম্বা সার্টিফিকেটকী মওঙ, মদুগীদমক্তা পীগদবা মমল অমদি অদুগুম্বা সার্টিফিকেট অমা পীবগী মওঙ;

অদুম্নদি ওইরবদা মরী লৈনবা ওথোরিটিনা চহীগী সাক্ষি অদুদা অপেনবা লৈরে হায়না লৌরে হায়বগী ৱাফমগা লোয়ননা থারকপা দরখ্বাষ্ট পীরকপা ওইরবদি অদুগুম্বা সার্টিফিকেট অদু পীবগী মমল লৌরোই।

(দি) সেক্সন ১১ গী মখাদা শেমদুনা থমগদবা রেজিষ্টরদা য়াউগদবা অতোপ্পা অকুপ্পা মরোলশিং

## ১৯। পার্লিয়ামেন্ট নৎত্রগা ষ্টেট লেজিস্লেচরগী মমাঙদা পথাপশিং অমদি নোটিফিকেসনশিং থম্ফম থোকপা ঃ-

(১) সেন্ট্রেল **গবর্নমেন্টনা** এক্ট অসিগী মখাদা শেম্বা পথাপ খুদিঙমক অদুগা সেক্সন ৪গী মখাদা থোকপা নোটিফিকেসন খুদিঙমক মদু হেক শেম্বা নৎত্রগা থোকপগা য়ারিবমখৈ থুনা সেসন ফম্লিঙৈ মনুংদা পার্লিয়ামেন্টকী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা সেসন অমখক্তংদা ওইরবসু থংন থংননা ফম্বা সেসন অনীদবু ওইরবসু মদুদগী হেনবদবু ওইরবসু নুমিৎ কুন্থ্রানি মপুঙ ফানা থমগদবনী অদুগা করিগুম্বদা তুংদা লাক্কদৌরিবা সেসনশিংদুগী হেক মমাঙদা ফম্বা সেসন্দু লোইদ্রিঙৈদা হাউস অনীমক্না পথাপতু নৎত্রগা নোটিফিকেসন্দু শেমদোকপদা য়ানরবা নৎত্রগা হাউস অনীমক্না পথাপ্তু নৎত্রগা নোটিফিকেসন্দু শেম্লোইদবনি-থোক্লোইদবনি হায়না য়ানরবদি পথাপ্তু নৎত্রগা নোটিফিকেসন্দু শেমদোক্লবা মওঙদুদা চৎনগনী নৎত্রগা চৎনহন্দবা অদুনা মমাঙদা অদুগুম্বা পথাপ্তুগী নৎত্রগা নোটিফিকেসন্দুগী মখাদা তৌখিবশিং অদুদা য়ৈখায় থিনগায়বদি থোকহল্লোইদবা মওঙদা তৌগদবনী।

(২) **ষ্টেট গবর্নমেন্ট** অমনা এক্ট অসিগী মখাদা শেম্বা পথাপ খুদিঙমক মদু হেক শেম্বগা য়ারিবমখৈ থুনা ষ্টেট অদুগী লেজিস্লেচর অদুগী মমাঙদা থমগদবনী।

**২০। অতোপ্পা আইনশিংগী ৱারোলশিংদা অথিংবা পীদবা ঃ-**

সেক্সন ১৫ দা পীরিবা ৱারোলশিংদুগী ফীভমগীদি মখাদা, এক্ট অসিগী অমদি মসিগী মখাদা শেম্বা পথাপশিং অসিগী ৱারোলশিং অসি দি ফেক্টরিজ এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী ৬৩), দি প্লান্টেসন্স লেবর এক্ট, ১৯৫১ (১৯৫১ গী ৬৯), অমদি দি মাইন্স এক্ট, ১৯৫২ (১৯৫২ গী ৩৫) গী ৱারোলশিংগী মথক্তা হাপচিনবনী হন্থহনবা নত্তে।

**২১। অরুবা ফীভমশিং লৌথোকপগী পাঙ্গল ঃ-**

(১) এক্ট অসিগী ৱারোলশিং অসি চৎনহনবদা করিগুম্বা অরুবা ফিভম অমা লাকপদা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা এক্ট অসিগী ৱারোলশিংগা চানদ্রে হায়না উরবা অদুগুম্বা ৱারোলশিংদু য়াথং অমা ওইনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা ফোংদুনা অরুবদু লৌথোকপগী তঙায়ফদবা লৈরে নৎত্রগা লৌথোকফম থোক্লে হায়না লৌথোকপা য়াই;

অদুম্নদি ওইরবদা অসিগুম্বা য়াথং অসি এক্ট অসিনা প্রসিদেন্টকী অয়াবা ফং খিবা তারিখ অদুদগী চহী অহুমগী মতম হেনখ্রবদি থোকপা য়াদে।

(২) সেক্সন অসিগী মখাদা থোকপা অসিগুম্বা য়াথং খুদিঙমক হেক থোকপগা য়ারিবমখৈ থুনা পার্লিয়ামেন্টকী হাউসশিংগী মমাঙদা থমগদবনী।

**২২। অককপশিং অমদি খাকহৌবশিং ঃ-**

(১) দি এমপ্লোইমেন্ট ওফ চিলদ্রেন এক্ট, ১৯৩৮ (১৯৩৮ গী ২৬) অসি মসিনা কক্লে।

(২) অসুম্না ককখ্রবসু ককখ্রবা এক্ট অসিগী মখাদা তৌখ্রবা নৎত্রগা থবক ওইনা পাঙথোকখ্রবা নৎত্রগা পাঙথোকখ্রবনী হায়না লৌরবা নৎত্রগা পাঙথোকখ্রবা করিগুম্বা অমত্তনা এক্ট অসিগী ৱারোলশিংগা চানদবা থোক্তবদুগী পংখৈ ফাউবদি এক্ট অসিগী চান চানবা ৱারোলশিংগী মখাদা তৌখ্রবনী নৎত্রগা পাঙথোকখ্রবনী হায়না লৌগনী।

**২৩। ১৯৪৮ গী এক্ট ১১ দা শেমদোকপা ঃ-**

**মিনিমম ৱেজেস এক্ট, ১৯৪৮ গী সেক্সন ২ দা**

(১) ক্লোজ (এ) গী মহুত্তা মখাগী ক্লোজশিং অসিনা শিন্দোক্কনী, হায়বদি ঃ-

(এ) “ইনখৎলক্লিবা মীওই” হায়বগী অর্থদি মশাগী তরামরিশুবা চহীদি মপুঙ ফারবা অদুবু তরানিপান শুবা চহীদি মপুঙ ফাদ্রিবা মীওই অমা হায়বনী;

(এএ) “মীওই মপুঙ ফারবা মী” হায়বগী অর্থদি মশাগী তরানিপান শুবা

চহী মপুঙ ফারবা মীওই অমা হায়বনী;

(২) ক্লোজ (বি) গী মখাদা মখাগী ক্লোজ অসি হাপচিনগনী, হায়বদি ঃ-

(বিবি) "অঙাং" হায়বগী অর্থদি মশাগী তরামরিশুবা চহী মপুঙ ফাদ্রিবা মীওই অমা হায়বনী।

**২৪। ১৯৫১ গী এক্ট ৬৯ দা শেমদোকপা ঃ-**

দি প্লান্টেসন ওফ লেবর এক্ট, ১৯৫১ দা —

(এ) সেক্সন ২ গী ক্লোজ (এ) অমদি (সি) দা য়াওরিবা "তরামঙাসুবা" হায়বা ৱাহৈ অসিগী মহুত্তা "তরামরিশুবা" হায়বা ৱাহৈ অসিনা শিঞ্জিনগনী;

(বি) সেক্সন ২৪ অসি লৌথোকখ্রগনী;

(সি) সেক্সন ২৬ কী অহানবা হৌদোকপা শরুক্তা "মশাগী তরানিথোই শুবা চহী মপুঙ ফারবা" হায়বা ৱাহৈশিংসি লৌথোক্লগনী.

**২৫। ১৯৫৮ গী এক্ট ৪৪ দা শেমদোকপা ঃ-**

দি মার্চেন্ট শিপ্পিং এক্ট, ১৯৫৮ গী সেক্সন ১০৯ দা য়াওরিবা "তরামঙা" হায়বা ৱাহৈসিগী মহুত্তা "তরামরি" হায়বা ৱাহৈ অসিনা মহুৎ শিঞ্জিনগনী।

**২৬। ১৯৬১ গী এক্ট ২৭ তা শেমদোকপা ঃ-**

মোটোর ট্রান্সপোর্ট ৱার্করস এক্ট ১৯৬১ গী সেক্সন ২ গী ক্লোজ (এ) অমদি (সি) দা য়াওরিবা "তরামঙাশুবা" হায়বা ৱাহৈসিগী মহুত্তা "তরামরিশুবা" হায়বা ৱাহৈসিনা শিন্দোক্কনী।

## দি সিদুল

## (অকুপ্পা মরোলগী পরেং, সেক্সন অহুমদা য়েংসি)

## শরুক - এ

## শিনফমশিং

**(মখাগী শিংসিগা) মরী লৈনবা শিনফম অমা ঃ-**

(১) রেলৱেনা চৎথোক চৎশিন তৌবা মীশিং পোৎচৈশিং নৎত্রগা ডাক্তা চিঠী অমদি পোৎচৈ হোন্দোক হোঞ্জিন পুথোক পুশিন তৌবা:

(২) মৈতান পেকপা, উৎকী কোম শেংদোকপা নৎত্রগা রেলৱেগী লৈফম (ইংখোলদা) য়ুমকৈ শাবগী থবক;

(৩) য়োল্লিবা মীদুনা নৎত্রগা শিনশঙদুদা থবক তৌরিবা মীওইশিংদুনা প্লেটফোর্ম অমদগী প্লেটফোর্ম অমদা কোয়চৎ চৎপা নৎত্রগা চেল্লিবা ট্রেন অমগী মনুংদা অমুক চঙ মপান্দা অমুক থোক তৌবা চঙবা রেলৱে ষ্টেসন অমদা অচা অথক হুনবা শিনশঙ অমগী থবক;

(৪) রেলৱে ষ্টেসন শাবগা মরী লৈনবা থবক নৎত্রগা রেলৱে লাইনশিংগা য়াম্না নক্লনা নৎত্রগা মখোয়দুগী মরক্তা তৌবা থবক;

(৫) হিথাঙফম অমগী ভমখৈ মনুংদা লৈবা হিথাঙফমগী য়াথং পীবা ভম্বা অভম্বা;

(৬) মতম খরগী ওইবা লাইসেন্স পায়দুনা বম্বুলা অমদি মৈকাপ্পীনচিংবা য়োনবা দুকানশিংগা মরী লৈনবা থবক;

(৭) য়োন্নবা শা হাৎফম শঙশিং ;

## শরুক - বি

## (থৌদৌ/থৌওঙশিং)

(১) বিড়ি শাবা;

(২) কার্পেট শাবা;

(৩) বোরাদা হাঞ্জিনবা য়াও বা বিলাতিমাতি শাবা;

(৪) ফি লৈরোং নম্বা, মচু শঙবা অমদি শাবা;

(৫) মৈখেৎ, পোখায়গনবা অমদি মৈকাপ্পীনচিংবা শাবা;

(৬) মাইকা ককপা অমদি খায়বা;

(৭) চা মপাক শাবা;

(৮) সাবুন শাবা;

(৯) শউন নোইবা;

(১০) শামতু শুবা;

(১১) য়ুম কৈ শাবগী থবক;

(১২) হাঞ্জিনবা/য়োমশিনবা য়াওনা কাংগ্রু শাবা;

(১৩) মমল য়াম্বা অরাংবা মচুগী নুঙদগী পোৎচৈ শাবা;

(১৪) মিশি, সনাহীদাক, মেঙ্গানিজ, ক্রোমিয়ম, কেদমিয়ম, বেঞ্জিন, তিন কাঙ হাৎনবা হীদাকশিং অমদি এসবেষ্টোস নচিংবা হুচেনবা ধাতুশিং শীজিন্নদুনা পোৎচৈ শাবগী মওঙ;

(১৫) ফেক্টরিজ এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী ৬৩) গী সেক্সন ২ (সিবি) গী মখাদা খুদোংথীনিংঙাই ওইবা থৌওঙশিং কদাইবু কৌবগে হায়না তাকইবশিং অমদি এক্ট অদুগী সেক্সন ৮৭ কী মখাদা শেম্বা পথাপশিংনা খুদোং থীনিংঙাই থবক্কি হায়না নোটিশ থোক্লবা;

(১৬) ফেক্টরিজ এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী ৬৩) গী সেক্সন ২ (কে) (iv) গী মখাদা কদাই কদাইবু কৌবগে হায়না তাক্লবা ছাপা নম্বগী থবকশিং ;

(১৭) কাৎজু অমদি কাৎজু মরু মকু খোকপা অমদি মদুগী থৌওঙ ;

(১৮) ইলেক্ট্রোনীক্কী থবক্তা শৌবা খোৎপগী থৌওঙশিং।

# দি প্রিভেন্সন ওফ
# সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১
(১৯১১ গী ১০)



# দি প্রিভেন্সন ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১

## (ইং ১৯১১ গী এক্ট নং ১০)

প্রজাশিংগী শান্তি অমদি লৈবাক্কী মরাচেৎপবু থুগায়গদবা ৱাঙাঙ নৎত্রগা মীয়ামগী ঈংনা তপ্না পাঞ্জবদা য়েখায় থিনগায় থোকহনবা য়াবা মীয়ামগী মীতিনশিংবু থিংননবা আইনশিংবু পুনশিন্ননবা অমদি শেমদোক শেমজিন তৌনবা শেম্বা আইন অমা।

প্রজাগী শান্তি অমদি লৈবাক্কী মরা চেৎপবু থুগায়গদবা ৱাঙাঙ নৎত্রগা মীয়ামগী ঈংনা তপ্না পাঞ্জবদা য়েখায় থিনগায় থোকহনবা য়াবা মীয়ামগী মীতিনশিংবু থিংননবা আইনশিংবু পুনশিন্নবা অমদি শেমদোক শেমজিন তৌনবা মখাগী আইন অসি শেম্লে ঃ-

**১। অতেনবা মমিং অমদি চৎনফমঃ-**

(১) এক্ট অসিবু দি প্রিভেন্সন ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১ (প্রজাগী শান্তি অমদি লৈবাক্কী মরা চেৎপবু থুগায়গদবা ৱাঙাঙ ঙাঙবা/ঙাঙবা য়াবা মীয়ামগী মীতিনশিং থিংনবা আইন, ১৯১১) কৌগনী।

(২) মসি ইং ১৯৫৬ কী নবেম্বরগী তারিখ ১ গী হেক মমাঙদা পার্ট “বি” ষ্টেটশিংদা য়াউরম্বা লমদমশিং নত্তবা ভারতকী মফম খুদিঙদা চৎনগনী। অদুবু মসি চলাইবদদি ষ্টেটশিংগী সরকারশিংনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা মতম মতমগী ওইনা অদুগুম্বা ষ্টেটশিংদুদা চলাইগনী হায়না ফোঙদুনা খঙহল্লবা মফমশিংদুদমক চলাইগনী।

**২। (এক্ট অসি) চৎননবা লাউথোক্লবা মফমশিংনী হায়না খঙহন্নবা ষ্টেট সরকারগী পাঙ্গল ঃ-**

(১) সরকারনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্লুনা করিগুম্বা প্রোভিজন অমবু মপুম ওইনা নৎত্রগা মদুগী মচেৎ অমবু এক্ট অসি চলাইনবগীদমক প্রোক্লেমদ এরিয়াশিংনী হায়না লাউথোকপা য়াই।

(২) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা থোকখিবা নোটিফিকেসন অমনা থা তরুক্তগী হেন্না অসুম চৎনদুনা লৈরোই। অদুবু সব-সেক্সন অসিদা য়াওরিবশিংসিনা ষ্টেট সরকারনা তৌফম থোকই হায়না খল্লবদি মফম অদুমক্তদা মতম মতমদা মখাতানা নোটিফিকেসন থোকপদা অথিংবা লৈরোই।

**৩। ৱাহঙ্থোক ঃ-**

(১) এক্ট অসিদা "মীয়ামগী মীতিন" হায়বসি মীয়াম্না নৎত্রগা মীয়ামগী কাঙলুপ নৎত্রগা শরুক অমনা হেক্তা য়াওবা য়াবা মীতিন অমা হায়বনী।

(২) লনাইগী ওইবা মফম অমদা তৌথ্রবা ওইরবসু মীয়ামগী মীতিন অমা ওইবা য়াই। টিকেট নৎত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা অমগী তঙাইফদবা লৈহন্দুনা মীতিন্দুদা য়াওবদা মশীং ককথহন্নবা তৌরবা ফাউবদসু মীয়ামগী মীতিন অদুম্মক ওইবা য়াই।

**৪। মীয়ামগী মীতিনগীদমক নোটিশ পীগদবা ঃ-**

(১) ইঙনা তপ্পা লৈবা পুক্লিঙদা য়ৈখায় থিনগায়বা পোকহনবা নৎত্রগা মীয়ামগী পুক্লিঙদা কন্না শাফু পীহনবা য়াবা নৎত্রগা মীয়ামদা উথোক্লবা নৎত্রগা ৱাফম অমগী মরীদা ওইবা নৎত্রগা অনম্বা মচাক পুথোক্কুনা মথৌ শঙননবা নৎত্রগা খন্ননবা মীতিন অমত্তা

(এ) মীতিন অদু তৌনিংবগী অমদি মীতিন অদুগী মতম অমদি মফমদু অইবা ওইনা ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেটতবু ওইরবসু কম্মিশনার ওফ পুলিশতবু ওইরবসু য়ামদ্রবদা নুমিৎ হুন্নিগী মমাঙদা ইদুনা খঙহন্দনা অমদি

(বি) ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেটতগীবু ওইরবসু কম্মিশনার ওফ পুলিশতগীবু ওইরবসু অদুগুম্বা মীতিন অদু তৌনবা অইবা ওইনা পীরবা অয়াবা য়াথং য়াওদনা প্রোক্লেমদ এরিয়াদা তৌবা য়াদে।

(২) পাউ লৌহন্নবা মেজিষ্ট্রেটকী পাঙ্গল — ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেটনা নৎত্রগা হীরম অসিগীদমক্তা ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেটনা পাঙ্গল পীরবা ফার্ষ্ট ক্লাসকী মেজিষ্ট্রেট অমনা মীতিন অদুদা খন্নখিবা অমদি লৌনখিবা ৱারেপশিং অদুগী পাউ লৌরক্লবগীদমক হেদ কোনস্তেবল অমগী থাক্তগী হন্থদবা পুলিশ ওফিসার অমা নৎত্রগা অমদগী হেন্না নৎত্রগা অতৈ মীশকশিং বু অসিগুম্বা মীতিন অসি য়াওননবা ইদুনা পীরবা য়াথং অমা-পীবা য়াই।

(৩) চৎনরোইদবা ঃ- সেক্সন অসিদা য়াওরিবশিং অসিগী করিগুম্বা অমত্তনা আইনগী ওইবা নৎত্রগা ফোংনা আইনগী অয়াবা য়াওরবা নৎত্রগা শেরিফ অমনা কৌবা মীয়ামগী ওইবা মীতিনশিং নৎত্রগা মরম অদুগীদমক্তা ষ্টেট **গবর্নমেন্টনা** মীয়ামগী ওইবা নৎত্রগা অখন্নবা য়াথং অমগী মখাদা মীতিন তৌবা য়াদবশিংদগী কাইথোক্লবা অদুগুম্বা মীতিনশিংদদি চৎনরোই।

**৫। মীয়ামগী মীতিনশিং তৌবা থিংবগী পাঙ্গল ঃ-**

মীগী মপুক্লিঙদা করিগুম্বা মীয়ামগী ওইবা মীতিন অদু তৌবনা প্রজাগী শান্তি অমদি

লৈবাক্কী মরা চেৎপবু থুগায়গদবা ৱাঙাঙ নৎত্রগা মীয়ামগী মরক্তা পেন্নদবা নৎত্রগা প্রজাশিংগী ঈংনা তপ্না লৈজবদা য়েখায় থিনগায় থোকহনগনী হায়না চপ চানা নীংলবদি ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেটনবু ওইরবসু পুলিশকী কম্মিশনারনবু ওইরবসু অইবা য়াথং মীয়ামদা খুদক্তা পীদুনা মতম অমদা হেক্তা লাউথোক্লবা মফম অমদা মীয়ামগী মীতিন তৌবা থিংবা য়াই।

৬। চৈরাকশিং ঃ-

(১) সেক্সন ৪দা পীরিবশিং অসিগী ওন্ন-তৈনবদা লাউথোকখ্রবা মফম অমদা মীয়ামগী মীতিন তৌহন্নবা তৌবা নৎত্রগা মীতিন তৌবা অদুগুম্বা মীশক অমবু থা তরুক ফাউবা জেলদা থম্বগী নৎত্রগা ফাইন তৌবগী নৎত্রগা অনীমক্কী ওইবা চৈরাক পীগনী।

(২) সেক্সন ৫ গী মখাদা তৌবা য়াদে হায়না থিংখ্রবা মীতিন অদু ইন্দিয়ান পেনাল কোদ (১৮৬০ গী ৪৫) কী চেপ্টর নিপালশুবা অমদি কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর, ১৮৯৮ গী চেপ্টর ৯ শুবা (কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর, ১৯৭৩ (১৯৭৪ গী ২) গী চেপ্টর ১০ শুবা) গী ৱাহন্থোক্কী মখাদা আইন্না য়াদবা সভানী হায়না লৌগনী।

৭। মীয়াম পুনবা মফমশিংদা ৱা ঙাঙবগী চৈরাক ঃ-

সেক্সন ৪ গী মতুংইন্না নৎত্রগা মসিদগী খাইদোক্তুনা থল্লবা অয়াবা মীয়ামগী মীতিন অমা নত্তবা ডিষ্ট্রিক্ট মেজিষ্ট্রেটতগীবু ওইরবসু পুলিশ কম্মিশনারদগীবু ওইরবসু তৌবা য়াবগী অইবা য়াথং মাঙজৌননা লৌদনা মীতিন তৌবা য়াদে হায়না লাউথোকখ্রবা মফম অমদা নৎত্রগা মীয়ামগী পোথাফম ওইবা মফমদা কনাগুম্বা মীওই অমনা অকায়বা থোকপা য়াবা নৎত্রগা মথৌ শঙবা য়াবা ৱাঙাঙ শীজিন্নদুনা লেকচর, এদ্রেশ নৎত্রগা স্পীচ পীরবদি মহাক অদুবু ফাউ খোৎলু হায়দুনা পীবা কোর্টকী য়াথং য়াউদনা ফাবা য়াই অদুগা মহাকপু থা তরুক ফাউবা জেলদা থম্বগী নৎত্রগা ফাইন তৌদুনা নৎত্রগা অনীমক্কী (ফাইনসু পীহনবা জেলদসু থম্বা) চৈরাক পীবা য়াই।

৮। মরালদুবু খঙবা ঃ-

প্রসিদেন্সী মেজিষ্ট্রেট নৎত্রগা ফার্ষ্ট ক্লাস মেজিষ্ট্রেট নৎত্রগা সব ডিভিজনেল মেজিষ্ট্রেট অমগী থাক্তগী হন্থবা কোর্ট অমত্তনা এক্ট অসিগী মায়োক্তা তৌবা মরালগীদমক ৱায়েনবগী থবক তৌবা য়াদে।

৯। (সেক্সন অসি ইং ১৯২৭ কী রিপিলিং এক্ট (১৯২৭ কী ১২) কী সেক্সন ২ গা সিদুলগনা লৌথোকখ্রে।)

এল.দি. এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফালগী
কোঙখ্রবা লাইরীকশিং

১। মুতুবা তোম্বগী "ইপু কৈ ওইবা" (মণিপুরী কোমিক, পার্ট বান/ ১৯৯৪)

২। " " "ইপু কৈ ওইবা" (মণিপুরী কোমিক, পার্ট টু/ ১৯৯৫)

৩। " " "সনা লৈবাক" (ড্রামা/ ১৯৯৬)

৪। ডাঃ সি আইচ নিংতোম্বগী "তুরেল তোবর্বানগী শৈশকপা" (শৈরেং/ ১৯৯৬)

৫। মুতুবা তোম্বগী "হৈবোঙ মনুংগী তিল" (ড্রামা/ ২০০০)

অথুবা মতমদা কোঙলদবা লাইরীকশিং খরা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী (মীতৈলোন্দা হন্দোকপা)

১। দি ফুদ এদলটরেসন এক্ট, ১৯৫৪

২। দি এসেনসিএল কোম্মোদিটিজ এক্ট, ১৯৫৫

৩। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬

য়ুম্নাম নিংথেমগী

১। বারী শীংবুল অমা চৈশু অমা

# দি মনিপুর
# শোপস এন্দ এস্টাব্লিশমেন্ট এক্ট, ১৯৭২
## (১৯৭৩ গী এক্ট নং ৪)

[মীতৈলোন্দা হন্দোকপগা লোয়নননা ইংলিশতা]

খোমজঙ্গবা অমদি মীতৈলোন্দা হন্দোকচবাঃ

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

সোইবম লৈকাই খঙলাবুং লৈরক, ইম্ফাল

# দি মনিপুর
# শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস এক্ট, ১৯৭২
## (১৯৭৩ গী এক্ট নং ৪)

[মীতৈলোন্দা হন্দোকপগা লোয়ননা ইংলিশতা]

খোমজঙ্গবা অমদি মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা ঃ

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র
সোইবম লৈকাই, খঙলাবুং লৈরক, ইম্ফাল



এল. দি. এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল।

**The Manipur Shops and Establishments Act, 1972**

(Act No. IV of 1973)

(In Meeteilon and English)

Compiled and Translated into Meeteilon

by **Moirangthem Rajendra**

**Statement as required by the proviso to clause (r) of subsection (1) of section 52 of the Copyright Act, 1957: -**

I do hereby state that this translation has not been authorised or accepted as authentic by the Government.

*Moirangthem Rajendra.*


অহানবা ফোঙবা ঃ জুলাই, ২০০০ ইং

কোপী মশীং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

অফোঙবী ঃ মোইরাংথেম ওঙবী ইবেচা না এল: দি: এম: আর্টস সেন্টরগীদমক ফোঙজবা





মমল ঃ লুপা ৩০/-



To be had of –

**Moirangthem Rajendra**
Soibam Leikai, Khanglabung Leirak
Tel. No. 440088.



নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।



ঐবু পোকপিরম্বী ইমা মোইরাংথেম ওঙবী ঁরুহিনী

(ইং ১৯০৫-২৮/৫/১৯৮৫) গী

খুয়া খাদা কৎচরী

কৎচরিবা ঃ

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

# অফোঙবগী মাইকৈদগী

ভারত সরকারনা আইন কয়া শেমদুনা চৎনৈ, চৎনরীবা আইনশিং অসি খঙগদবনি হায়বসি আইন্না তাকই। মরম অসিনা মীতৈলোলদসু হন্দোকপগী তঙাইফদবা লৈরে খঙ্গে। ভারতকী মনুংদা লৈবা লোল কয়াদসু আইনশিং অসি ট্রান্সলেসন তৌদুনা ফোঙনখ্রে। আর্টস সেন্টর অসিনসু সাহিত্যদা নত্তনা ড্রামা, ঈশৈ অতৈ কলচরশিংদা নীংথিনা চঙশিল্লগসু ৱাৎলিবা আইনগী লম- সিমসু চঙশিঞ্জরকপা ওইনা মীতৈলোন্দা আইনগী লাইরীকশিং হন্দোক্নুনা ইবা-পাবা হৈরীবা মীপুম খুদিং মক্কা খঙদোকমিন্নবগী ৱাফম অসি থমজরদুনা, মসিমসু পায়খৎচরকপনি। লূরীবদি আইনগী ওইবা এক্টশিং অসি মীতৈলোলদা হন্দোকপীনবা মী ৱাৎপনা মরম ওইদুনা আর্টস সেন্টর অসিনা *এদভোকেৎ* ওইরীবা **মোইরাংথেম রাজেন্দ্র** দা য়াম্না কন্না হায়জবদগী আইনগী ওইবা লাইরীক অসিমসু হন্দোকহঞ্জবনি।

অরোয়বদা আইন হায়বসি নুপী অঙাংদা নত্তনা মীপুম খুদিংমক্না খঙদবা য়াদবনিনা, মীতৈলোলদা হন্দোক্লবা লাইরীক অসিবু য়ুম-য়ুমদা কোপী অমমতং থম্বীরগদি হোৎনজক্লবগী মহৈসু ফঙলে হায়না লৌজগে।

**মুতুবা তোম্বা**
*সেক্রেটরী*
এল.দি.এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল।

তাং ২২/৭/২০০০ ইং

# দি মনিপুর

# শোপস এন্দ এস্টাব্লিশমেন্টস এক্ট, ১৯৭২

## (১৯৭৩ গী এক্ট নং ৪)

**মীতৈলোনগী শরুক**

## য়াউরিবশিং

## ১বা তাংকক

### ৱাহৌদোক


| সেক্সন | | লমায় |
|---|---|---|
| ১। | অতেনবা মমিং, চৎনফম অমদি চৎনবা হৌবা | ১ |
| ২। | ৱাহন্থোকশিং | ১ |
| ৩। | ষ্টেট গবর্নমেন্টনা লাউথোকপা | ৪ |
| ৪। | দুকানশিং, লোয়শঙশিং অমদি মীশকশিং খরদা এক্ট অসি শীজিন্নবা য়াদবা | ৫ |
| ৫। | এক্ট অসিগী ৱারোলশিং মতম খরা চৎনহন্দবা | ৬ |


### ১-এ শুবা তাংকক

### দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিং রেজিষ্টার তৌবা


| | | |
|---|---|---|
| ৫-এ। | রেজিষ্টার তৌনবা ওফিসার | ৭ |
| ৫-বি। | দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিং রেজিষ্টার তৌবা | ৭ |


### ২ শুবা তাংকক

### নুপী অমদি নহা ওইরিবা মীওইবু থবক তৌহনবা


| | | |
|---|---|---|
| ৬। | অঙাং থবক শুহন্দবা | ৯ |
| ৭। | নুপী অমদি নহা ওইরিবা মীওইশিংবু অয়ুক্কী পুঙ ৭ কা নুমিদাংগী পুঙ ৭ কগী মরক্তা থবক শুহনফম থোকপা | ৯ |
| ৮। | নুপী অমদি নহা ওইরিবা মীশক্কী নোংমগী অমদি চয়োলগী ওইনা থবক শুনবগী পুঙশিং | ৯ |

### ৩ শুবা তাংকক
### দুকানশিং


| সেক্সন | | লমায় |
|---|---|---|
| ৯। | দুকানশিংগী হাংদোকপা অমদি থিংবগী পুঙশিং | ১০ |
| ১০। | দুকানশিংগী খোঙথিংগদবা নুমিৎশিং | ১০ |
| ১১। | দুকানশিংদা থবক শুবগী পুঙশিং অমদি পোথানবা অহাঙবা মতম | ১১ |


### ৪ শুবা তাংকক
### লোয়শঙশিং


| | | |
|---|---|---|
| ১২। | লোয়শঙশিংদা ছুটিশিং | ১১ |
| ১৩। | ললোন ইতিক্কী লোয়শঙদা থবক শুবগী পুঙশিঙ অমদি পোথানবা অহাঙবা মতমশিং | ১১ |
| ১৪। | মীয়াম্বু পীজ পীথক তৌনবা নৎত্রগা হ্রাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙশিংদা থবক শুবগী পুঙশিং অমদি পোথানবা অহাংবা মতম | ১২ |
| ১৫। | মীয়াম্বু পীজ পীথক তৌনবা নৎত্রগা হ্রাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙ অমদা মতম হেন্না শাংদোক্লা থবক শুহনবগী খ্বায়দগী শাংবা মতমগী ঙমখৈ | ১২ |


### ৫ শুবা তাংকক
### খুৎশু মল অমদি ছুটিশিং


| | | |
|---|---|---|
| ১৬। | খুৎশুমল পীনবা মতমগী তাংকক | ১৩ |
| ১৭। | খুৎশুমল পীবা | ১৩ |
| ১৮। | খুৎশুমলদগী ককপশিং | ১৪ |
| ১৯। | ছুটি | ১৪ |
| ২০। | দি পেমেন্ট ওফ ৱেজেজ এক্ট, ১৯৩৬ পংখৈ নাইনা চলাইবা | ১৫ |


### ৬ শুবা তাংকক
### য়েংশিনবা অমদি চৈরাকশিং


| | | |
|---|---|---|
| ২১। | ইন্সপেক্টরশিং হাপ্পা | ১৬ |
| ২২। | ইন্সপেক্টরবু মীয়ামগী থবক তৌবা মী ওইনা লৌবা | ১৬ |
| ২৩। | ইন্সপেক্টর অমগী শক্তিশিং অমদি মাগী হক লৈবা লমগী পংখৈ | ১৭ |

২৪। ইন্সপেক্টরদা অপনবা পীবগী চৈরাক ১৭
২৫। মহৌশাগী ওইবা চৈরাকশিং ১৭
২৬। মরালশিং শক খঙবা ১৭

### ৭ শুবা তাংকক
### লৌথোকপা অমদি থবক হন্না তৌহনবা

| | সেক্সন | লমায় |
|---|---|---|
| ২৭। | শিন্মীশিংবু থবক্তগী লৌথোকপা | ১৮ |
| ২৮। | শিন্মীশিং নৎত্রগা শিন্মীশিংগীদমক (মহুত্তা) থবক লোইশিনহনবা | ২০ |
| ২৯। | থবক্তগী লৌথোকখ্রবা শিন্মীবু অমুক হন্না থবক তৌহনবা | ২০ |
| ২৯-এ। | য়েৎনবা মত খেন্নবশিং তাইশিন্নবা | ২০ |

### ৮ শুবা তাংকক
### মখল মথেলশিং

| | | |
|---|---|---|
| ৩০। | শীনবুগী চহীগী ৱারোল | ২১ |
| ৩১। | রেজিষ্টারনচিংবা থম্বা | ২১ |
| ৩২। | মরালশিং য়াশিন্নদুনা তাইশিন্নবা | ২১ |
| ৩৩। | কোর্টতা কারকপা শোয়দনবা শেল থমহল্লগা থাদোকপা | ২২ |
| ৩৪। | চৈরাক্তগী কনবা | ২২ |
| ৩৫। | ময়ামগী ওইবা ছুটি | ২২ |
| ৩৬। | শিন্মীশিংগী তুংগী ফনবা থৌরাং তৌবা শেলগী পুক্কৈ | ২২ |
| ৩৭। | রুলশিং শেম্বগী পাঙ্গল | ২৩ |
| ৩৮। | শিন্মীশিংদা ৱার্কমেন্স’ কম্পেনসেসন এক্ট শীজিন্নগদবা | ২৪ |
| ৩৯। | ৱিক্লী হোলিদেজ এক্ট শীজিন্নরোইদবা | ২৪ |
| ৪০। | কারখানাদা থবক তৌবা মীশকশিংদা এক্ট অসিনা লাকশিল্লোইদবা | ২৫ |
| ৪১। | অককপা অমদি খাকহৌবশিং | ২৫ |

# The Manipur Shops and Establishments Act, 1972

(Act No. IV of 1973)

## English Section

### Chapter- I

Preliminary


| Section | | Page |
|---|---|---|
| 1. | Short title, extent and commencement | 29 |
| 2. | Definitions | 30 |
| 3. | Declaration by the State Government | 32 |
| 4. | Act not applicable to certain shops, establishments and persons | 33 |
| 5. | Suspension of provisions of the Act | 35 |


### Chapter I-A

Registration of shops and Establishments


| | | |
|---|---|---|
| 5-A. | Registering Officer | 35 |
| 5-B. | Registering of Shops and Establishments | 35 |


### Chapter II

Employment of women and Youngman


| | | |
|---|---|---|
| 6. | Exemption of child | 36 |
| 7. | Women and youngman to work only between 7 a.m. and 7 p.m. | 36 |
| 8. | Daily and Weekly hours of work for woman and youngman | 37 |


### Chapter III

Shops


| | | |
|---|---|---|
| 9. | Opening and closing hours of shops | 37 |
| 10. | Closing day of shops | 38 |
| 11. | Hours of work and intervals for rest in shops | 38 |

## Chapter IV
### Establishments


| Section | | Page |
|---|---|---|
| 12. | Holidays in establishment | 39 |
| 13. | Hours of work and intervals for rest in commercial establishment | 39 |
| 14. | Hours of work and intervals for rest in establishments for public entertainment or amusement | 39 |
| 15. | Maximum point of time for spread-over in an establishment for public entertainment or amusement | 40 |


## Chapter - V
### Wages and Leaves


| | | |
|---|---|---|
| 16. | Wage period | 40 |
| 17. | Payment of wages | 40 |
| 18. | Deductions from wages | 41 |
| 19. | Leave | 42 |
| 20. | Limited application of the Payment of Wages Act, 1936 | 42 |


## Chapter - VI
### Inspection and Penalties


| | | |
|---|---|---|
| 21. | Appointment of Inspectors | 43 |
| 22. | Inspector to be public servant | 43 |
| 23. | Power and jurisdiction of an Inspector | 43 |
| 24. | Penalty for obstructing Inspector | 44 |
| 25. | General penalties | 44 |
| 26. | Cognizance of offences | 45 |


## Chapter - VII
### Removal and Re-employment


| | | |
|---|---|---|
| 27. | Discharge of employees | 45 |
| 28. | Termination of service by or on behalf of employees | 47 |

| Section | Page |
|---|---|
| 29. Re-employment of discharged employees | 47 |
| 29-A. Settlement of disputes | 47 |

## Chapter - VIII

### Miscellaneous

| | |
|---|---|
| 30. Annual statement of the employer | 48 |
| 31. Maintenance of registers etc. | 48 |
| 32. Composition of offences | 48 |
| 33. Bail | 49 |
| 34. Indemnity | 49 |
| 35. General Holiday | 49 |
| 36. Provident fund of employees | 49 |
| 37. Power to make rules | 49 |
| 38. Workmen's Compensation Act to apply to employees | 51 |
| 39. Non-application of Weekly Holidays Act | 51 |
| 40. Persons employed in factories to be not governed by this Act | 51 |
| 41. Repeal and Savings | 52 |



# দি মনিপুর
# শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস এক্ট, ১৯৭২
## (১৯৭৩ গী এক্ট নং ৪)

*(২৩/১/১৯৭৩)*

**দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিংদা থবক তৌবগী ফীভমশিং লাকশিন্দুনা হেন্না ফনবা অমদি মদুগা মরী লৈনবা মরমশিংগীদমক ৱারোলশিং পীনবা আইন অমা।**

**মসি মীয়ামগী লৈঙাক্লোন লৈরবা ভারতকী কুনহুমদোই শুবা চহীসিদা মনিপুরগী লেজিসলেটিভ এসেমব্লীনা আইন ওইনা মখাগী অসুম্না শেম্লসনু (শেম্লে) ঃ**

### ১বা তাংকক
### ৱাহৌদোক

১। **অতেনবা মমিং, চৎনফম অমদি চৎনবা হৌবা ঃ**

(১) এক্ট অসি দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস এক্ট, ১৯৭২ কৌবা য়াই (কৌরে)।

(২) মসিগী চৎনফমসি মনিপুরগী মফম পুম্বদনী।

(৩) মসি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা খঙহন্দুনা লেপ্পা অদুগুম্বা তারিখ অদুদগী চৎনগনী অদুগা এক্ট অসিগী তোঙান তোঙানবা ৱারোলশিংগী নত্রগা তোঙান তোঙানবা মফমশিংগী নত্রগা দুকানশিংগী নত্রগা লোয়শংশিংগী তোঙান তোঙানবা তারিখশিং লেপ্পা য়াই।[১]

২। **ৱাহম্থোকশিং ঃ — ৱাহৈশিংগী তুংমাঙদা লৈরিবশিং অমদি হীরমদুদা নাতৈ চানদবা করিগুম্বা অমত্তা য়াউদ্রগদি এক্ট অসিদা —**

(১) দুকান অমদা নত্রগা লোয়শঙ অমদা খুৎশুমল পীদুনবু ওইরবসু পীদনবু

---

১। মনিপুর গবর্নমেন্টকী নোটিফিকেসন নং ৬৮/২/৬৬ লেব-তাং ২/৪/১৯৭৩ গী মতুং ইন্না ইং ১৯৭৩ গী জুনগী তারিখ ১ লেপখ্রে।

ওইরবসু শিন্‌ফম, খুৎনা শুবা থবক, ললোনবা নত্রগা থবক অমা তৌবা তম্নবগীদমক থবক শুহল্লিবা মীশক অদুবু, "শিন্দম্বা মী" কৌই;

(২) [মশাগী তরামরিশুবা চহী মপুঙ ফাদ্রিবা মীশক অমবু "অঙাং" কৌই][১];

(৩) দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমগী থবক্কী তঙাইফদবা অমা চঙবা থবক অমা নত্রগা পোৎচৈ লৈবা মীদা তৌগদবা থবক্কীদমক্তা হাংদ্রবা অদুবু "থিংলবা" কৌই;

(৪) ললোন ইতিক্কী পোৎচৈ য়োনবদা য়াম্না চৎনবা পোৎকী মতীক মঙন তাক্তুনা শন্দোক্লগা দলালি চাদুনা মীহুৎ ওইনা থবক তৌরিবা, ললোন ইতিক চাউখৎহন্নবা নত্রগা খুৎশা হৈবগী নত্রগা ললোন ইতিক্কী থবক পায়রিবশিংগী থবক, ললোন ইতিক নত্রগা শিন্‌ফম পাঙথোক্লিবা লোইশঙ অদুবু "ললোন ইতিক্কী লোয়শঙ" কৌই;

অদুগা —

(এ) মী পুথোক পুশিন তৌবগী থবক, ললোনবগী নত্রগা করিগুম্বা শিন্‌ফম অমা পায়খৎলিবা লোয়শঙ অমা;

(বি) ইন্সুরেন্স কম্পেনী অমা, জোইন্ট স্তোক কম্পেনী, পোৎ লৈবা য়োনবগী দলালি চাবগী লোয়শঙ নত্রগা পোৎ লৌথোক লৌশিন তৌনফম উনফম মফম অমদি;

(সি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা খঙহন্দুনা এক্ট অসিগী মরমশিংগীদমক্তা ললোন ইতিক্কী লোয়শঙনী হায়না লাউথোক্লবা অদুগুম্বা অতোপ্পা লোয়শঙ নত্রগা মদুগুম্বগী কাঙলুপ অদুসু মসিদা য়াউই; অদুবু মসিদা অরাকপা মীদা পীজ পীথক তৌদুনা নুঙাইহন্নবা তৌরিবা দুকান অমদি লোয়শঙদি মসিগী মনুং চন্দে;

(৫) অহিং নোংয়াইদগী পারগা পুঙ কুনমরিগী মতমগী তাংককপু "নোংমা" কৌই;

(৬) দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমদা নত্রগা মদুগী মরীদা মপুঙ ওইনা নত্রগা মরু ওইনা নেক্তুনা থবক তৌহল্লিবা মীশিং অদুবু "শিন্মীশিং" কৌই অদুগা শিন্দম্বা মীসু মসিদা চল্লি অদুবু শীনবুগী ইমুং মনুংগী মীশিংদি মসিদা চন্দে;

(৭) দুকান নত্রগা লোয়শঙ অমগী য়েংশিন খোৎচন তৌরিবা, নত্রগা মপু

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯২ না মহুৎ শিঞ্জিল্লকপনী।

ওইরিবা নত্রগা থবক থানা খুদিঙদা লমজিং লমতাক তৌরিবা (হায়বদি মাগী খুদুম মখাদা লৈরিবা) মীশক অদুবু "শীনবু" কৌই;

(৮) শীনবু অদুগী নুপা নত্রগা নুপী, অঙাংশিং, মপা নত্রগা মমাবু "শীনবুগী ইমুং মনুং" কৌই অদুগা মসিদা ময়াম্বা মনাউ নত্রগা মচল মচে, ময়াম্বা মনাউগী মচানুপা, মচন মচেগী মচানুপা, মচানুপীগী মচানুপা, মচানুপাগী মচানুপাসু করিগুম্বা দুকান নত্রগা লোয়শঙ অদুগী অদুগুম্বা শীনবু অদুগা লৈমিন্নরবা অদুগা মখোয়গী শেৎপা চাবা পুন্নমক মাগী মখা পোল্লবদি মখোয়দুসু মনুং চল্লি;

(৯) ললোন ইতিক তৌনবা লোয়শঙ নত্রগা মীয়াম্বু পীজপীথক তৌদুনা হরাউ তয়াম্বা ফংহল্লিবা লোয়শঙ অদুবু "লোয়শঙ" কৌই;

(১০) চাক্কী হোটেল, চাফমশঙ, চা থকফম, লৈনবা হোটেল, সিনেমা, ঠিয়েটর, অমদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা মীয়ামদা এক্ট অসিগী মরমশিং অসিগীদমক্তা মীয়াম্বু পীজ পীথক তৌদুনা হরাউ তয়াম্বা ফংহন্নবা লোয়শঙনী হায়না লাউথোক্লবা অদুগুম্বা লোয়শঙ নত্রগা মখোয়দুগী কাঙলুপ অদুবু "মীয়াম্বু পীজপীথক তৌদুনা হরাউ তয়াম্বা ফংহন্নবা লোয়শঙ" কৌই, অদুবু মসিদা দুকান নত্রগা ললোন ইতিক্কী লোয়শঙদি য়াউদে;

(১১) দি ফেক্টরিজ এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী ৬৩) না কারখানানী হায়রবা অদুগুম্বা কারখানা অদুবু "কারখানা" কৌই;

(১২) দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমনা থিংজিন্দুনা লৈবা নুমিৎ অমা নত্রগা আইন অসিগী মখাদা শিন্মী অমদা ছুটি পীফম থোকপা নুমিৎ অদুবু "ছুটি নুমিৎ" কৌই;

(১৩) এক্ট অসিগী মখাদা হাপ্পা ইন্সপেক্টর অমবু "ইন্সপেক্টর" কৌই;
(১৪) মণিপুর গেজেটপু "অফিসিয়েল গেজেট" কৌই;
(১৫) দুকান অমগী নত্রগা লোয়শঙ অমগী পোৎচৈ লৈথোক লৈশীন তৌবা মী অমগী থবক তৌবিনবা নত্রগা ললোন ইতিক্কীদমক্তা থোঙ হাংদুনা থম্বা অদুবু "হাংদোক্লবা " কৌই;

(১৬) শিন্মী অমনা শীনবু অমগী খুশিদা লৈগদবা মতমগী মনুংবু "থবক শুবগী মতমগী তাংকক" কৌই;

(১৭) এক্ট অসিগী মখাদা শেম্লবা পথাপশিংনা চৎনগদবনী ইনগদবা পথাপ্পী হায়না শেম্লবদুবু "চৎনগদবনি ইনগদবা পথাপ্পী হায়দুনা শেম্লবা" কৌই;

[(১৭এ) এক্ট অসিগী মখাদা রেজিষ্টরিং ওফিসারনী হায়দুনা হাপ্পবদুবু "রেজিষ্টরিং ওফিসার" কৌই।)][১];

(১৮) ললোনপোৎশিং নত্রগা পোৎচৈশিং পুন্না নত্রগা চোইনা শেল পীরগবু ওইরবসু শোত্তুনবু ওইরবসু য়োনফম ওইনা শীজিন্নরিবা য়ুম (শঙ) অমদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা আইন অসিগী মরমশিংগীদমক্তা দুকান অমনি হায়না খঙহন্দুনা লাউথোক্লবদুবু "দুকান" কৌই অদুবু মীয়ামদা পীজপীথক্তুনা নত্রগা নুঙাইহন্নবা তৌরিবা ললোন ইতিক্কী লোয়শঙদি য়াউদে;

(১৯) নোংমদা থবক হৌবগা থবক থাবগা অনীগী মরক্তা লৈবা মতমগী তাংকক অদুবু "থবক্কী অকক্লবা পুঙশিঙগী তঙাইফদবা য়েংদুনা শীন্দোকপা" কৌই;

(২০) মনিপুরগী ষ্টেট গবর্নমেন্টপু "ষ্টেট গবর্নমেন্ট" কৌই;

(২১) শিন্মী অমগী খুৎশুমল পীবগী মরীদা সেক্সন ১৬ কী মখাদা শীনবু অমনা অদুগুম্বা শিন্মী অদুগী ওইনা লেপ্পা খুৎশুমল পীবগী মতমগী তাংকক অদুবু "খুৎশুমল পীনবা মতমগী তাংকক" কৌই;

(২২) দি পেমেন্ট ওফ রেজেজ এক্ট, ১৯৩৬ (১৯৩৬ কী ৪ শুবা) তা পীরিবা খুৎশুমল হায়বদুবু "খুৎশুমল" কৌই; অদুগা শিন্মী অমনা মতম মতমগী ওইনা ফংবা য়াবা শেলহাপ অদুসু মসিদা য়াউই;

(২৩) থাংজগী অহিং নোংয়াইদগী হৌরগা নুমিৎ তরেৎনীগী তাংককপু "চয়োল" কৌই;

(২৪) জনুৱারিগী অহানবা নুমিত্তগী গ্রেগরিয়ান কেলেন্দরগী থা তরানিথোইগী তাংকক অমবু "চহী" কৌই।

### ৩। ষ্টেট গবর্নমেন্টনা লাউথোকপা ঃ

(১) এক্ট অসিদা য়াউরিবা করিগুম্বা অমত্তদা অকায়বা থোকহনবা লৈতনা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা দুকান অমবু নত্রগা লোয়শঙ অমবু নত্রগা মখোয়দুগী কাঙলুপ অমবু ওফিসিয়েল গেজেত্তা, এক্ট অসিগী মরমশিংগীদমক্তা দুকান অমনিবু হায়রবসু লোয়শঙ অমনিবু হায়রবসু হায়দুনা খঙহন্নবা লাউথোকপা য়াই।

(২) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা অসুম্নবু লাউথোকখ্রবদি খঙহল্লিবা অদুদা পন্দুনা

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯২ না হাপচিল্লকপনী।

য়াউরিবা দুকান্দুবু ওইরবসু নত্রগা লোয়শঙদুবু ওইরবসু মদুদা এক্ট অসি চলাইগদবা দুকান অমনী নত্রগা লোয়শঙ অমনী হায়না লৌগনী অদুগা অদুগুম্বা দুকান্দুদা নত্রগা লোয়শঙদুদা এক্ট অসি চলাইগনী।

৪। **দুকানশিং, লোয়শঙশিং অমদি মীশকশিং খরদা এক্ট অসি শীজিন্নবা য়াদবা ঃ**

(১) এক্ট অসিদা য়াউরিবা করিগুম্বা অমত্তা ঃ

(এ) ইউনিয়নগী (সেন্ত্রেল গবর্নমেন্টকী) নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টকী নত্রগা লোকেল ওথোরিটিশিং অমদি রিজার্ব বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়াগী, ষ্টেট বেঙ্ক ওফ ইন্দিয়া অমদি নেশনেলাইজ তৌরবা বেঙ্কশিং অমদি কোর্পোরেসনশিংগী ওফিসশিংদা;

(বি) ট্রান্সপোর্ট সার্ভিস, মোটোর সার্ভিস, খুৎশা হৈবগী থবক, বিজলিগী শক্তি, মঙান নত্রগা ঈশিং মীয়ামদা হুন্দুনা কারবার নত্রগা থবক্তা অমদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা খঙহন্দুনা এক্ট অসি চৎনহন্দবা মীয়ামগী কান্নবা ওইগদবা কোর্পোরেট বোদিশিং অমদি এসোসিয়েশনশিং নত্রগা মদুগুম্বগী কাঙলুপশিংদা;

(সি) ইউনিয়ন্না নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা চলাইবা লোয়শঙশিংদা;

(দি) অনাবা লায়েংনবা নত্রগা অনাবা, অশোনবা, পুক্কিং লৌশিং মাঙদুনা ঙাউরবা অমদি করিশু লৈজদ্রবশিংগী চেকশিন থৌরাং পায়খৎনবা লোয়শঙশিংদা;

(ই) ফার্মাসিশিং নত্রগা মরু ওইনা হিদাক লাংথকশিং, থাঙ থাবগী নত্রগা হিদাক্কী খুৎশু খুৎলাইশিং য়োনবগী মরীদা লৈবা দুকানশিংদা;

(এফ) থাঙ থাবগী নত্রগা অনা লায়েংশঙগী য়ুমশিংদা;

(জি) অসিবশিং পোৎলোইবগী, ফুম্বগী নত্রগা মৈ থাদুনা পোৎলোইবগী অচঙবা পোৎলমশিং য়োনবগা মরী লৈনবা কারবার তৌবা দুকানশিংদা;

(ঐচ) মনা মশিঙ, শদুম, ঙা, শঙ্গোমগী পোথোক, তল, অথীৎপা য়াম্না শাবা অচাপোৎশিংনা মরু ওইনা চোইনা য়োনবগী থবক তৌবা দুকানশিং নত্রগা কৈথেলশিংদা;

(আই) সরকারগী ওইবা নত্রগা সরকারনা চলাইবা শঙশিংগী মনুংদা লৈবা কোইশিনবা মফম নত্রগা ইংখোল মনুংদা ইউনিয়ন নত্রগা ষ্টেট

গবর্নমেন্টনা চলাইবা নত্রগা অয়াবা পীদুনা চলাইবা কৈথেলশঙ নত্রগা হকচাং তেকখৎনবা অচা অথক য়োনবা কাশিংদা;

(জে) করিগুম্বা মীয়ামগী মেলা নত্রগা পোৎচৈ উৎপা মফমদা ফম্বা দুকান, কৈথেল শঙশিং নত্রগা হকচাং তেকখৎনবা অচাপোৎনচিংবা য়োনবা কাশিং নত্রগা অদুগুম্বা মেলা নত্রগা পোৎচৈ উৎলিবদুগী মরু ওইবা মরমশিংগী মতেং ওইনা নত্রগা অৱাৎ অপা মেনখৎনবা ওইনা চোইনা কারবার তৌবা দুকানশিং, কৈথেলশিং নত্রগা হকচাং তেকখৎনবা অচা অথক্কী কাশিংদা;

(কে) মীয়ামগী মেলাদা ফম্বা দুকানশিং নত্রগা কৈথেল শঙশিংদা;

(এল) পেট্রোলগী পোখোকশিং কারবার তৌবা দুকানশিং নত্রগা লোয়শঙশিংদা;

(এম) এক্সাইজগী দুকানশিংদা;

(এন) কনাগুম্বা লমকোয়বা, পোৎ লৈনবা য়াথং নীবা মী, পোৎশঙবা মী, পাউখোল্লোই নত্রগা শেন্নবা লৈবা মী অমগুম্বা মখোয়গী শিন্‌ফমগা শাগোন্নবা ওইনা মরক মরক্তা লেপ্পা নাইবা থবক তৌবা মীশকশিংদা;

(ও) পোৎ চৈশিং খোম্বা, থাদোকপা, পীথোকপা নত্রগা পুথোক পুশিন তৌবখক্তগী নত্রগা মখোয়দুগী মাশুন লৌবগী হৌনবীশিং তৌরিবা মীশকশিংদা; অমদি

(পি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্কুনা এক্ট অসিগী ৱারোল পূন্নমক নত্রগা অমা মখোয়দদি চলাইরোই হায়না খঙহল্লবা অদুগুম্বা অতোপ্পা দুকানশিং; লোয়শঙশিং নত্রগা মীশকশিংদা চলাইরোই।

(২) সবসেক্সন (১) দা য়াউরিবশিংসি লৈজরবসু ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্কুনা সব-সেক্সন অসিদা য়াউরিবা করিগুম্বা দুকান,লোয়শঙ নত্রগা মীশক অমদা নোটিফিকেসন অদুদা পল্লিবা এক্ট অসিগী ৱারোলশিংদু চলাইবদগী কোমথোকহল্লোই হায়বা য়াই অদুগা নোটিফিকেসন অদুদা পল্লিবা এক্ট অসিগী ৱারোলশিংদু অদুগুম্বা দুকান, লোয়শঙ নত্রগা মীশক্তুদা চলাইগনি।

**৫। এক্ট অসিগী ৱারোলশিং মতম খরা চৎনহন্দবাঃ**

করিগুম্বা হরাউ কুম্মৈ নত্রগা অতোপ্পা অখন্নবা থৌদোকশিংগী মমাঙদা নত্রগা

মনুংদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা মতম অসুক্কী অমদি অসিগুম্বা ফীভম অসিগী মখা পোন্না তৌফম থোকই হায়বা মওঙদা ওফিসিয়েল গেজেত্তা এক্ট অসিগী ৱারোলশিং পূন্নমক নত্রগা অমবু য়াথং ওইনা খঙহন্দুনা মতম খরা চৎনহন্দবা য়াই।

## [ ১–এ শুবা তাংকক ][1]

## দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিং রেজিষ্টার তৌবা

**৫-এ। রেজিষ্টার তৌনবা ওফিসার ঃ**

ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্লুনা দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিং, এক্ট অসিগী মখাদা রেজিসটার তৌবগী দায়ী লৌননবা কনাগুম্বা ওফিসার অমবু রেজিষ্টরিং ওফিসার, অমা ওইনা হাপ্পা য়াই।

**৫-বি। দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিং রেজিষ্টার তৌবা ঃ**

(১) শীনবু খুদিঙনা মাগী দুকান নত্রগা লোয়শঙদু রেজিষ্টার তৌহনগদবনি। রেজিষ্ট্রেসন অদু (জনুৱারিগী তারিখ ১ দগী হৌরগা দিসেম্বরগী ৩১ দা লোইবা) চহী অমা চৎনগনী অমদি মদুগী মতুং তাবদা (জনুৱারিগী তারিখ ১ দগী হৌরগা দিসেম্বরগী ৩১ দা লোইবা) চহী খুদিংগী নৌথোকহনগদবনী এক্ট অসিগী মখাদা রেজিষ্টার তৌরবা করিগুম্বা দুকান অমদি লোয়শঙদু মশীং অমা চনখত্তুনা অকক্লনা য়াৎথোক্লুনা থল্লবা মওঙদুদা থল্লবা দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিংগী রেজিষ্টারদা চনশিনগদবনী।

(২) রেজিষ্টার তৌনবা নত্রগা রেজিষ্টার তৌখিবদু নৌথোকহন্নবা দরখাষ্ট অদু রেজিষ্টারিং ওফিসারদুদা নত্রগা রেজিষ্টারিং ওফিসারদুনা মসিগীদমক্তা শিন্নরবা অদুগুম্বা অতোপ্পা ওফিসারদুদা অসিগুম্বা মওঙশিংদা অমদি মতম অসুক্কী মনুংদা তৌগদবনী হায়না হান্ননা য়াথোকখ্রবা মওঙদুদা থাগদবনী।

(৩) রেজিষ্টর তৌবগী নত্রগা রেজিষ্টার তৌখ্রবদু নৌথোকহন্নবগী পীফম থোকপা ফীদি অসুক ওইগদবনী হায়না হান্না লেপথোক্লুনা থমখ্রবদু ওইগনী।

(৪) করিগুম্বা দুকান নত্রগা লোয়শঙ অমা এক্ট অসিগী মখাদা রেজিষ্টার তৌরবা নত্রগা দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমগী রেজিষ্টার তৌখিবদু নৌথোকহল্লবা মতমদা

---

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯২ না হাপচিল্লকপনী।

শীনবু অদুদা অদুগুম্বা অকুপ্পা মরোলশিংদু য়াউগদবনী হায়না য়াখোক্লবশিংদু য়াউনা রেজিষ্ট্রেসনগী সার্টিফিকেট অমা পীগনী।

(৫) সেক্সন (৪) গী মখাদা রেজিষ্টার তৌরবা দকান অমগী নত্রগা লোয়শঙ অমগী মপু খুদিংনা রেজিষ্ট্রেসন তৌনবগীদমক্তা সব-সেক্সন (২) গী মখাদা থাখিবা দরখাষ্টতা য়াউখিবা অকুপ্পা ৱারোলশিংদুগী মতাংদা অহোংবা লৈরক্লবদি হোংখিবদুগী নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা অসুম্না তৌগদবনী হায়না য়াখোক্লবা মওংদা রেজিষ্টারিং ওফিসারদা পাউ পীগদবনী। অদুগুম্বা পাউদু ফংলবদা অমদি অসুক পীগদবনী হায়দুনা লেপথোক্লবা অদুগুম্বা ফীদু ফংলবা মতমদা অমদি পাউদুগী অচুম্বদুগী মতাংদা পেল্লবা মতমদা রেজিষ্টারিং ওফিসারদুনা দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিংগী রেজিষ্টারদুদা হোংদোক হোংজিন তৌফম থোকপদু তৌগনী অদুগা রেজিষ্টার তৌবগী সার্টিফিকেট অদু শেমদোক্কনী নত্রগা তঙাইফদ্রবদি অনৌবা সার্টিফিকেট অমা পীগনী।

(৬) সব-সেক্সন (৪) গী মখাদা রেজিষ্টার তৌখ্রবা দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমগী শীনবু খুদিঙনা মহাক্কী দুকান নত্রগা লোয়শঙ অদুগী থবক লেপ্লবা তোক্লবা মতমদা তোকখিবদুগী নুমিৎ তরামঙানীগী মনুংদা রেজিষ্টারিং ওফিসারদুদা পাউদু পীগদবনী অদুগা পাউদুগী অচুম্বদুদা পেল্লবা মতমদা রেজিষ্টারিং ওফিসার অদুনা দুকান নত্রগা লোয়শঙ অদুগী মিং অদু দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিংগী রেজিষ্টারদুদগী লৌথোক্কনী অমদি মঙোন্দা পীখিবা রেজিষ্টার তৌবগী সার্টিফিকেট অদু ককথৎকনী।

---

## ২ শুবা তাংকক
# নুপী অমদি নহা ওইরিবা মীওইবু থবক তৌহনবা

**৬। অঙাং থবক শুহন্দবা ঃ**

কনাগুম্বা অঙাং অমত্তা দুকান নত্রগা লোয়শঙ অমত্তদা থবক শুহল্লোইদবনী।

**৭। নুপী অমদি নহা ওইরিবা মীওইশিংবু অয়ুক্কী পূং ৭ কা নুমিদাংগী পূং ৭ কগী মরক্তদা থবক শুহনফম থোকপা ঃ**

এক্ট অসিদা অমা অমা য়াউজরবসু ইন্দিয়ান মেজোরিটি এক্ট ১৮৭৫ (১৮৭৫ গী ৯ শুবা) কী মখাদা মপুঙ ফাবা চহী য়ৌদ্রিবা মীশক অমত্তবু অমদি নুপী অমত্তবু শিন্মী অমা ওইনবু ওইরবসু নত্তনবু ওইরবসু করিগুম্বা দুকান অমদা নত্রগা লোয়শঙ অমদা নুমিৎ য়ুংবা মমাঙগী পূং ৭ কী মমাঙ অমদি নুমিৎয়ুংবা মতুংগী পুং ৭ কী মতুংদা থবক শুহনবা নত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিবা য়াদে।

**৮। নুপী অমদি নহাওইরিবা মীশক্কী নোংমগী অমদি চয়োলগী ওইনা থবক শুনবগী পূঙশিং** – এক্ট অসিদা অমা অমা য়াউজরবসু ঃ

(এ) ইন্দিয়ান মেজোরিটি এক্ট ১৮৭৫ (১৮৭৫ গী ৯ শুবা) গী মখাদা মপুঙফাবা চহী য়ৌদ্রিবা মীশক অমদি নুপী অমত্তবু দুকান অমদা নত্রগা লোয়শঙ অমদা শিন্মী অমা ওইনা নোংমদা পূঙ তরেত্তগী হেন্না নত্রগা চয়োল অমদা পূঙ নিফুনিথোইদগী হেন্না থবক শুহনবা নত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিবা য়ারোই; অমদি

(বি) কনাগুম্বা অসিগুম্বা মীশক নত্রগা নুপী অমত্তবু মরক্তা য়ামদ্রবদা পূঙ অমগী পোত্থানবা মতম পীদনা নোংমদা লীশাং শীৎনা পূঙ মরিদগী হেন্না দুকান অমদা নত্রগা লোয়শঙ অমদা থবক শুহনবা নত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিবা তৌরোইদবনী।

শন্দোকপা ৱারোল – ক্লোজ (এ)দা পনখিবা “পূঙ তরেৎ” নত্রগা “পূঙ নিফুনিথোই” গী তাংকক হায়বসিদা পোত্থানবা মরক্কী অহাংবা অসি য়াউদে।

## ৩ শুবা তাংকক

# দুকানশিং

**৯। দুকানশিংগী হাংদোকপা অমদি থিংবগী পুঙশিং ঃ**

(১) সেপ্টেম্বর, ওক্টোবর, নবেম্বর, দিসেম্বর, জনুৱারি অমদি ফেব্রুৱারি থাশিংগী মনুংদা দুকান অমত্তা নোংমতা ফাউবদা নুমিৎ য়ুংবা মমাঙগী পুঙ তরেৎকী মমাঙদা থোঙ হাংঙোইদবনী অদুগা মার্চ, এপ্রিল, মে, জুন, জুলাই অমদি অগষ্ট থাশিংগী মনুংদা নোংমতা ফাউবদা নুমিৎয়ুংবা মমাঙগী পুঙ তরুক্কী মমাঙদা থোঙ হাংঙোইদবনী।

(২) সেপ্টেম্বর, ওক্টোবর, নবেম্বর দিসেম্বর, জনুৱারি অমদি ফেব্রুৱারি থাশিংগী মনুংদা নোংমতা ফাউবা নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী পুঙ তরেৎকী মতুংদা থোঙ হাঙদুনা লৈরোইদবনী অদুগা মার্চ, এপ্রিল, মে, জুন, জুলাই অমদি অগষ্ট থাশিংগী মনুংদা নোংমতা ফাউবা নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী পুঙ নিপানগী মতুং ফাউবা হাংদুনা লৈবা য়ারোই।

**১০। দুকানশিংগী থোঙ থিংগদবা নুমিৎশিং ঃ**

(১) দুকান খুদিঙমক চয়োল খুদিঙদা নোংমা থোঙ থিংগনী।

(২) সব-সেক্সন (১) দা পনখিবা নুমিৎ অদুগী মথক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্নুনা দুকান খুদিঙমকপু নত্রগা দুকানশিংগী অকক্লবা কাঙলুপ অমবু চয়োল খুদিঙগী ওইনা অকক্লবা নুমিৎ অমগী নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী অকক্লবা অদুগুম্বা পুঙদুদা থোঙ লোনবগী দরকার লৈহনবা য়াই।

(৩) সব-সেক্সন (১)গী মখাদা চয়োল খুদিঙগী নোংমা থোঙ লোনগদবা অদু শীনবু অদুনা কক্কদবনী অদুগা অকক্লবা নুমিৎ অদু দুকান্দুগী লায়না উগদবা মফমদা উত্তুনা থমগদবনী।

তৌবদদি অসুন্না নুমিত্তু ককখিবা নুমিৎ অদুগী মতুংদা থা অহুমগী তাংকক্কী মনুংদা অমুক্তগী হেন্না তোয়না শীনবু অদুনা হোংদোক্লোইদবনী।

(৪) সেক্সন অসিগী মখাদা মদু থোঙ লোন্দুনা নোংমা লৈখিবগীদমক্তা দুকান অমদা লৈবা শিন্মী অমগী খুশুমলদগী শেল কক্লোইদবনী।

**১১। দুকানশিংদা থবক শুবগী পূঙশিং অমদি পোত্থানবা অহাঙবা মতম ঃ**

(১) কনাগুম্বা শিন্মী অমত্তবু নোংমদা পূঙ মাপন্দগী হেন্না অমদি চয়োল অমদা পূঙ নিফুনিপান্দগী হেন্না নত্রগা সেক্সন ৯ গী সব-সেক্সন (২) গী মখাদা ককখ্রবা পূঙশিঙগী মতুংদা থবক শুহল্লোইদবনী নত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিরোইদবনী।

(২) লীশাং শীৎনা পূঙ অহুমচুপ্পা থবক শুরবা খুদিঙগী ওইনা শিন্মী অমদা য়ামদ্রবদা পুঙখায় অমগী মতমগী পোত্থাবা য়াহনগদবনী।

(৩) শীনবু অমনা দুকান অমদা লৈরিবা শিন্মী খুদিঙমক্কী থবক শুনবগী অমদি পোত্থানবগী অহাঙবা মতম অসি পুল্লপ্পা নোংদমদা পূঙ তরানিথোইদগী হেন্না শাং-দোক্তনবা শীনগদবনী।

শন্দোকপা ৱারোন — সব-সেক্সন (১) দা পনখিবা "পূঙ মাপন" নত্রগা "পূঙ নিফুনিপান" গী তাংকক হায়বসিদা পোত্থানবা অহাঙবা মতম অদু মনুং চন্দে।

## ৪ শুবা তাংকক

# লোয়শঙশিং

**১২। লোয়শঙশিংদা ছুটিশিং ঃ**

(১) ললোন ইতিক্কী লোয়শঙ অমদা নত্রগা মীয়াম্বু অচা অথক পীজনবা নত্রগা হরাউ তয়াম্বা পীনবা লোইশঙ অমদা লৈরিবা শিন্মী খুদিংদা চয়োল অমদা য়ামদ্রবদা নোংমা ছুটি ফংবা য়াহনগদবনী।

(২) সেক্সন অসিগী মখাদা ছুটি অমা ফংহনখিবগীদমক্তা অসিগুম্বা লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমত্তগী খুশুমলদগী শেল ককপা তৌরোইদবনী।

**১৩। ললোন ইতিক্কী লোয়শঙদা থবক শুবগী পূঙশিঙ অমদি পোত্থানবা অহাঙবা মতমশিং ঃ**

(১) ললোন ইতিক্কী লোয়শঙ অমদা লৈবা শিন্মী অমত্তবু অদুগুম্বা লোয়শঙ অদুদা নোংমদা পূঙ তরেত্তগী হেন্না থবক শুহনবা নত্রগা থবক শুজগে হায়বদা য়াবিবা তৌরোইদবনী।

(২) লীশাং শীৎনা থবক শুনবা শীনবুদুনা ককপা অহানবগী পুঙ অহুম নত্রগা মরি অদুগী মতুংদা ললোন ইতিক্কী লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমবু য়ামদ্রবদা পুঙখায় অমা পোত্থাহনবা য়াগদবনী।

তৌবদদি শিন্মী খুদিঙগী ওইনা পোত্থানবা অহাঙবা মতম অসি পুঙ অমদগী হেন্লোইদবনী।

শন্দোকপা ৱারোল— সব-সেক্সন (১) পনখিবা "পুঙ তরেৎ" হায়বসিদা পোত্থানবা অহাঙবা মতম য়াউদে।

**১৪। মীয়াম্বু পীজপীথক তৌনবা নত্রগা হরাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙশিংদা থবকশুবগী পুঙশিঙ অমদি পোত্থানবা অহাঙবা মতম ঃ**

(১) মীয়াম্বু পীজপীথক তৌনবা নত্রগা হরাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙ অমদা থবক শুরিবা শিন্মী অমত্তবু অদুগুম্বা লোয়শঙ অদুদা নোংমদা পুঙ তরাদগী হেন্না থবক শুবগী দরকার লৈহনবা নত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিরোইদবনী।

(২) শীনবুনা লেপ্পিবা পুঙ অহুম্বু ওইরবসু নত্রগা মরিবু ওইরবসু লেপখিবা খুদিঙদুগী মতুংদা মীয়াম্বু পীজপীথক তৌনবা নত্রগা হরাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙ অমদা থবক শুরিবা শিন্মী অমবু নোংমদা পুঙ তরাদগী হেন্না থবক শুবগী দরকার লৈহল্লোইদবনী নত্রগা শুজগে হায়বদা য়াবিরোইদবনী।

(৩) মীয়াম্বু পীজপীথক তৌনবা নত্রগা হরাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙ অমগী শিন্মী খুদিঙগী থবক শুবগী অমদি পোত্থানবগী অহাঙবা মতমগী তাংককশিংদু পুনশিন্নরগা মখোয়দুনা নোংমদা পুঙ তরানিথোইদগী হেন্দনবা শীনগদবনী।

শন্দোকপা ৱারোল— সব-সেক্সন (১) দা পনখিবা "পুঙ তরা" গী তাংকক হায়বসিদা পোত্থানবা অহাঙবা মতম য়াউদে।

**১৫। মীয়াম্বু পীজপীথক তৌনবা নত্রগা হরাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙ অমদা মতম হেন্না শাংদোক্লা থবক শুহনবগী খ্বায়দগী শাংবা মতমগী ঙমখৈ ঃ**

সেক্সন ১৪ দা য়াউখিবসি লৈজদুনসু মীয়াম্বু পীজপীথক তৌনবা নত্রগা হরাউ তয়াম্বা পীনবা লোয়শঙ অমগী মতম হেন্না শাংদোক্লা থবক শুবসি নোংয়াইগী পুঙ ১২ দগী হেন্দোকহল্লোইদবনী।

## ৫ শুবা তাংকক

## খুৎশুমল অমদি ছুটিশিং

**১৬। খুৎশুমল পীনবা মতমগী তাংকক ঃ** শীনবু খুদিঙনা শিন্মীদা খুৎশুমল পীফম থোক্লিবা মতমগী তাংকক অমা লেপকদবনী;

অসুন্না তৌবদা শীনবুদুনা তোঙান তোঙানবা শীন্মীশিংগী নত্রগা শিন্মীশিংগী তোঙান তোঙানবা কাঙলুপশিংগী তোঙান তোঙানবা খুৎশুমল পীনবা তাংককশিং লেপ্পা য়াই;

মখা তানা অসুম তৌবদা খুৎশুমল পীনবা মতমগী তাংকক অমত্তনা থা অমদগী হেলহল্লোইদবনী।

**১৭। খুৎশুমল পীবা ঃ**

(১) দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমদা পীফম থোকপা খুৎশুমল পুন্নমক শীনবুদুনা খুৎশুমল পীফম থোক্লিবা খুৎশুমল পীনবা মতমগী তাংকক অদুগী অরোইবা নুমিৎ অদুদগী নুমিৎ তরেৎনী হেন্দোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা পীথোক্কদবনী;

অদুম ওইনমক করিগুম্বদা খুৎশুমল পীনবা মতমগী তাংকক অদু লোইদ্রিবা ফাউবা কনাগুম্বা শিন্মী অমনা কারক্তবা তারবদি মানা থবক তৌনবা অমুক হন্না কারকপা নুমিত্তুদগী থবক শুনবা নুমিৎ হুম্নীগী মনুংদা খুৎশুমলদু পীদবনী;

(২) সেক্সন ১১ দবু ওইরবসু নত্রগা সেক্সন ১৩ দবু ওইরবসু নত্রগা সেক্সন ১৪ দবু ওইরবসু দুকান অমগী নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমগী থবক শুবগী পুঙশিঙ কক্তুনা পীখিবা পংখৈদুদগী হেন্না থবক শুথহনখ্রগদি মানা থবক্কী মতম হেন্না শুখিবদুগী চাংগা চাননা মতমদুদা লৈরিবা খুৎশুমলগী মহৌশা পীনবা চাং অদুগী শরুক অনীগী চাংদা খুৎশুমল ফংবগী হক লৈ।

(৩) শিন্মী অমগী থবক অদু মাগী শীনবু অদুনা নত্রগা শীনবু অদুগীদমক (কনাগুম্বা অমনা) লৌথোক্লব নত্রগা লৌথোক্লিবা অদু চয়োল অমগী নত্রগা অতোপ্পা ময়াম্না খঙনরবা ছুটি অমগী মরীদা নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা মরম অমদগী দুকান্দু নত্রগা লোয়শঙদু থিংজিনখিবদগী ওইরগদি মহাক্না তাঞ্জরম্বা খুৎশুমলদু মহাক্কী থবক

অদু লৌথোকখিবা নুমিৎ অদুদগী থবক শুনরিবা (ছুটি নত্তবা) নুমিৎ নিনি হৌখিদ্রিঙৈগী মমাঙদা পীথোক্কদবনী।

[(৪) খুৎশুমল পীবা খুদিঙমক থবক শুফমদুদা নত্রগা থবক শুফমগী মনাক্তা থবক শুনবগী পুঙশিংশিংগী মনুংদা তৌগদবনী।

(৫) শিন্মী খুদিঙদা পীফম থোকপা খুৎশুমলদু মশামক্তদা নত্রগা মসিগী মরীদা মহাক্না অয়াবা পীরবা অতোপ্পা মীশক অদুদা পীগদবনী।

(৬) খুৎশুমল পূন্নমক হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা শেল ময়েক্তা নত্রগা নোত্তা নত্রগা অনীমক্তা পীগদবনী।

(৭) শিন্মীদুদা শীনবুদুনা পীফম থোকপা খুৎশুমলগী চাং অদু দি মিনিমম ৱেজেস এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী নং ২১) গী মখাদা, করিগুম্বদা এক্ট অসি চলাইফম- থোকপা ওইরবদি, সিদুলদা য়াউরবা শিন্‌ফমদুগীদমক্তা অসুক ওইগদবনী হায়না লেপখ্রবা খুৎশুমলগী চাংদুদগী হন্থদনা পীগদবনী অদুগা করিগুম্বদা খুৎশুমলগী চাং অদু য়ানবা, লেপ্নবা নত্রগা ৱায়েনশঙগী ৱায়েনগী মতুংইন্না লেপ্নখিবা ওইরগনা অদুগুন্না লেপখিবা চাং অদুদগী হন্থদনা পীগদবনী][১]

**শন্দোকপা ৱারোল** ঃ সব-সেক্সন (১) দা য়াউরিবা ৱারোলশিং অসিনা মরম ওইরদুনা করিগুম্বা কুম্মৈ ফিয়োং নত্রগা অতোপ্পা থৌদোকনা মরম ওইরদুনা খুৎশুমল পীবগী মতমগী তাংকক অদু লোইদ্রিঙৈগী মমাঙদা খুৎশুমল পীথোকপদা অথিংবা পীবগী ৱাহন্থোক ওইনা লৌরোইদবনী।

**১৮। খুৎশুমলদগী ককপশিংঃ**

শীনবু অমনা মাগী শিন্মীগী পীফম থোকপা খুৎশুমলদুদগী অসি অসি ককপা য়াই হায়না অকক্না য়াথোক্তুনা লৈখ্রবশিং অদু নত্তনা অতৈ অমত্তা ককপা য়াদে।

**১৯। ছুটি ঃ**

দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমনা —

(এ) লীশাং শীৎনা থা তরানিথোই চুপ্পা থবক তৌরবা মতুংদা থা অমা চুপ্পগী খুৎশুমল মপুম ফানা ফংবা য়াবা ছুটি ফংবা য়াই;

(বি) চহী খুদিঙদা খুৎশুমল মপূঙ ফানা ফংগদবা পুন্না নুমিৎ

১। দি মনিপুর এন্দ-এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯২ না মহুৎ শিঞ্জিলকপনি।

তরানিথোইনিদগী হেন্দবা মতমগী কেজুয়েল লিভ (মফম মরাং খণ্ডদনা থোরকপা থৌদোক্কীদমক লৌবা ছুটি) ফংবা য়াই; অমদি

(সি) থা তরানিথোই লীশাং শীৎনা থবক তৌরবা খুদিঙগী মতুংদা, ইন্দিয়ান মেদিকেল কাউন্সিল এক্ট, ১৯৫৬ (১৯৫৬ কী ১১) দা মমিং চল্লবা হিদাক্লা লায়েংবগী থবক তৌরবা মীওই (দাক্তর) অমনা পীবা সার্টিফিকেৎ পীরক্লবদি নাবগী ছুটি ওইনা খুৎশুমল তংখায় অমা পীদুনা থা অমদগীদি হেন্দনা নাবগী ছুটি ফংবা য়াই।

অদুম ওইনমক ফংবা য়াবা ছুটি অমত্তা তুংশিন্দুনা থম্বা য়াদে।

**শন্দোকপা ৱারোল ঃ** সেক্সন অসিগী মরমশিংগীদমক্তদি থা তরানিথোইদুগী মনুংদা নাবা, খুদোংথীবা নংবা নত্রগা অয়াবা য়াউনা লৌবা ছুটি হায়রিবা অহুম অসিনা পুনশিল্লগা নুমিৎ মরিফুতরানিদগী হেন্দ্রবদি নত্রগা থোঙ লোন্দুনা থবক শুহন্দবা অমা নত্রগা মানা তৌগে হায়বা অমা য়াউনা থবক তৌদবা নত্তনা থবক লেপ্পা পুন্নমক অসিনা পুনশিল্লগা নুমিৎ কুম্থ্রানিদগী হেন্দ্রবদি মখোয়শিং অদুনা মরম ওইদুনা মরক মরক্তা থবক লেপচরবসু শিন্মী অমনা দুকান অমদা নত্রগা লোয়শঙ অমদা চহী অমা লীশাং শীৎনা থবক তৌরক্লবনী হায়না লৌগনী অদুগা অয়াবা য়াউরবা ছুটি হায়বসিদা থবক লেপ্পা থোকখিবদুগী মমাঙদা নত্রগা অরোইবদা এক্ট অসিগী মখাদা পীখ্রবা চয়োলগী ছুটিদু য়াউদে।

**২০। দি পোমেন্ট ওফ ৱেজেজ এক্ট, ১৯৩৬ পংখৈ নাইনা চলাইবা ঃ**

(১) মসিদা "হায়খ্রবা এক্ট অদু" হায়না পল্লবা দি পেমেন্ট ওফ ৱেজেজ এক্ট, ১৯৩৬ (১৯৩৬ কী ৪ বা) দা ৱারোল অমা অমা য়াউজরবসু; গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্লুনা সব-সেক্সন (২) গী মখা পোন্না হায়খ্রবা। [এক্ট নত্রগা মদুগী ৱারোলশিংদুগী করিগুম্বা অমা নত্রগা মদুগী মখাদা শেমখ্রবা রুলশিংদুগী মনুংদা করিগুম্বা অমা ][1] নোটিফিকেশন্দুদা পনখ্রবা অদু গুম্বা দুকানশিং নত্রগা লোয়শঙশিংদা লৈবা [ শিন্মীশিং পুম্বদা নত্রগা মখোয়দুগী কাঙলুপ অমদা][1] চলাইনবা য়াথং পীবা য়াই।

(২) হায়খ্রবা এক্ট অদু, সব-সেক্সন (১) গী মখাদা করিগুম্বা দুকান নত্রগা লোয়শঙ অমদা চলাইখ্রবদি এক্ট অসিগী মখাদা হাপখ্রবা ইন্সপেক্টর অদু হায়খ্রবা এক্ট অদুগী ৱারোলশিং অদু মাগী হক লৈবা লমগী ঙমখৈ মনুংদা চৎনহন্নবা ইন্সপেক্টর অমা ওইনা লৌগনী।

---

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ-এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯২ না মহুৎ শিঞ্জিলকপনি।

## ৬ শুবা তাংকক

# য়েংশিনবা অমদি চৈরাকশিং

**২১। ইন্সপেক্টরশিং হাপ্পা ঃ**

(১) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা খঙহন্দুনা মসিনা এক্ট অসিগীদমক মখোয় মখোয়দা শিন্নরিবা লমগী ঙমখৈশিং অদুগী ওইনা ইন্সপেক্টরশিং ওইবদা মতীক চারে হায়না নীংবা অদুগুম্বা মীশকশিং নত্রগা অদুগুম্বা মীশকশিংগী কাঙলুপশিংদা ইন্সপেক্টরশিং ওইনা হাপ্পা য়াই।

(২) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা মথক্তা হায়খিবগুম্না খঙহন্দুনা মাগী শক্তিশিংনী হায়না হান্ননা লেপথোক্তুনা পীখ্রবশিং অদুগী মথক্তা ষ্টেট অপুম্বগী ওইনা শক্তি শীজিন্নগদবা চিফ ইন্সপেক্টিং ওফিসার ওইনা মীশক অমবু হাপ্পা য়াই।

**২২। ইন্সপেক্টরবু মীয়ামগী থবক তৌবা মী ওইনা লৌবা ঃ**

এক্ট অসিগী সেক্সন ২১ গী মখাদা হাপ্পা ইন্সপেক্টর খুদিংমক দি ইন্দিয়ান পেনাল কোদ (১৮৬০ গী ৪৫ শুবা এক্ট) গী সেক্সন ২১ গী ৱাহয়োক্কী মনুং চন্না মীয়ামগী থবক তৌবা মী ওইনা লৌগনী।

**২৩। ইন্সপেক্টর অমগী শক্তিশিং অমদি মাগী হক লৈবা লমগী পংখৈ ঃ**

(১) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা এক্ট অসিগী মখাদা শেম্মবা রুলশিংগী মখা পোন্না ইন্সপেক্টর অমনা মাগী হক লৈবা লমগী পংখৈ মনুংদা –

(এ) অকক্কনা লেপ্পা অদুগুম্বা পুঙশিংগী মনুংদা দরকারগী মতুং ইন্না য়াউরগদি মঙোন্দা পাংবা অদুগুম্বা মতেংগা লোয়ননা দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমা ওইনরিবা নত্রগা ওইনরি হায়না থাজননবগী মরম লৈবা মফম (য়ুম-ইংখোলনচিংব) অমদা চঙবা;

(বি) এক্ট অসিগী মখাদা নত্রগা মসিগী মখাদা শেম্নবা রুলশিংগী মখাদা থম্বা করিগুম্বা রেজিষ্টারশিং, অতোপ্পা প্রমান ওইনবা চেশিং অমদি নোটিশশিং য়েংশিনবা;

(সি) এক্ট অসিগী মরমশিং পাঙথোকপদা তঙায় ফদবনী হায়না মানা খনবা জবান মফমদুমক্তা নত্রগা অতোপ্পদা চেদা চনশিনবা;

(দি) এক্ট অসিগী মরমশিং অদু পাঙথোক্লবগীদমক য়াখোক্তুনা পীরবা অদুগুম্বা শক্তি অতৈশিং অদু পাঙথোকপা য়াই।

(ই) এক্ট অসিগী মখাদা থিজিন খোৎচিনবা তৌননবগীদমক্তা সাক্ষি কৌখৎপা অমদি কাহনবা অমদি প্রমান ওইবা য়াবা চে-চাং শিং পুখৎহন্নবগীদমক্তা ইন্সপেক্টর অদু কোদ ওফ সিভিল প্রোসিজিওর, ১৯০৮ (১৯০৮ গী ৫ শুবা) গী মখাদা সিভিল কোর্ট অমগী লৈরিবা শক্তিশিং অদুগা চপ মান্নবা শক্তিশিং লৈগনি।

**২৪। ইন্সপেক্টরদা অপনবা পীবগী চৈরাক ঃ**

মঙোন্দ এক্ট অসিনা নত্রগা মসিগী মখাদা পীবা করিগুম্বা শক্তি অমা শীজিন্নবদা নত্রগা আইন্না য়াবা মওঙদা অদুগুম্বা শক্তিদু শীজিন্নবদা ইন্সপেক্টরদা মতেং পাংবা মীশক অমদা তৌগে হায়বা অমা য়াউনা অপনবা পীবা নত্রগা মতীকচাবা মরম লৈতনা ইন্সপেক্টর অমনা আইন্না য়াবা মওঙদা করম্না তৌগদগে হায়দুনা পীবা পাউতাক ইন্দবা অদুগুম্বা মীশক অদু থা তরুক ফাউবা শাংনা জেলদা থম্বা য়াবগী চৈরাক নত্রগা লুপা চনী য়াংখৈ ফাউবা য়ৌনা ব্রাকোং শেল পীহনবগী চৈরাক নত্রগা অনীমক পীবা য়াই।

**২৫। মহৌশাগী ওইবা চৈরাকশিং ঃ**

এক্ট অসিগী ব্রারোলশিং নত্রগা মসিগী মখাদা শেম্বা পথাপ অমা নত্রগা য়াথং অমগী ওন্নতৈনবদা তৌবা কনাগুম্বা মীশক অমবু, মরালদুগীদমক অতোপ্পা করিগুম্বা অসি ওইগদবনী হায়বা চৈরাক অমা লৈত্রবদি অহানবা তৌবা মরালদুগীদমক লুপা চনী য়াঙখৈ য়ৌনা ব্রাকোং শেল পীহনবা য়াবা চৈরাক অদুগা অহানবগী ওইনা মরাল লৈরবনী হায়না ব্রায়েন পীখ্রবদুগী মতুং তাবা মরাল খুদিঙগী ওইনা লুপা চামঙা ফাউবা য়ৌবা য়াবা ব্রাকোং শেল পীবগী চৈরাক পীবা য়াই।

করিগুম্বদা মীশক অদুনা অপুনবা মরুপ (কম্পেনী) নত্রগা রেজিষ্টার তৌরবা পাটনরশিপ ফার্ম অমা ওইরবদি মদুগী ডাইরেক্টর খুদিংমক, পার্টনর, মেনেজর নত্রগা সেক্রেটরি খুদিঙমক নত্রগা মিংথোন অমা অমা ওইনা থোঞ্জরবসু মখোয়শিংসি ওইনা থবক তৌরিবা ওফিসার খুদিঙমক্তা, মহাক্তুগী অখঙবা য়াউদনা ওন্নতৈনবদু তৌখিবনী নত্রগা মহাক্তা অদুগুম্বা ওন্ন তৈনবদু থিংনবা য়াম্না কন্না চনীং তানা হোৎনখি হায়বগী প্রমান পীদ্রবদি, ওন্ন তৈনবা অদু মহাক্তা তৌখিবনী হায়না লৌগনী।

**২৬। মরালশিং শকখঙবা ঃ**

(১) এক্ট অসিগী নত্রগা মসিগী মখাদা শেম্বা রুলশিং নত্রগা য়াথংশিংগী মখাদা

চৈরাক পীবা য়াবা মরাল অমগী ৱায়েল তৌবসি ফার্ষ্ট ক্লাসকী মেজিষ্ট্রেট অমগী থাক্তগী হন্থবা ৱায়েলশঙ অমত্তনা তৌবা য়াদে।

(২) ইন্সপেক্টর অমনা নত্রগা দুকান নত্রগা লোয়শঙ অমগী অৱাবা নংলবা শিন্মী অমনা নত্রগা অদুগুম্বা শিন্মী অদুগী, করিগুম্বদা চহী মপুঙ ফাদ্রিবা মীশক ওইরিবা ওইরগনা মাগী আইনগী ওইবা মীহুৎ য়াউনা, মরীমতা অমনা থাংগৎলকপা ৱাকৎ ফংলবা মতমদতা নত্তনা করিগুম্বা কোর্ট অমত্তনা অসিগুম্বা মরাল অসি তৌরে হায়না খঙবা য়াদে।

অদুম্নদি ওইরবদা সব-সেক্সন অসিগী মখাদা ৱাকৎ থাঙ্গৎপা তারবদি অরানবা অদু তৌখ্রে হায়বা তারিখ অদুগী নুমিৎ মরিফুতরাগী মনুংদা তৌহৌগদবনী।

শন্দোকপা ৱারোল— সেক্সন অসিগী ওইনা, "মরীমতা" হায়বসিগী ৱাহণ্ডোকসি শিন্মীদুগী খাদা নত্রগা থক্তা হাকথেংননা মরী লৈনবা ময়াম্বা মনাউ নত্রগা মচল মচে, নত্রগা মকুবোক নত্রগা মনেমবোকপুনী।

## ৭ শুবা তাংকক

# লৌথোকপা অমদি থবক হন্না তৌহনবা

### ২৭। শিন্মীশিংবু থবক্তগী লৌথোকপা ঃ

(১) দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমদা থবক তৌবা মীশক অমনা দুকান্দুদা নত্রগা লোয়শঙ অদুদা থা তরুক্তগী তাদনা লীশাং শীৎনা থবক তৌরক্লবদি নাতৈ চাবা মরম অমগী নত্তনা —

(এ) মঙোন্দা মাবু থবক্তগী লৌথোকপগী মরম উত্তুনা ইবা থা অমগী নোটিশ পীদ্রিঙৈদা অদুগা নোটিশকী মতম অদু লোইদ্রিঙৈদা নত্রগা নোটিশ অদুগী মহুত্তা থা অমগী খুৎশুমল মাঙজৌননা পীথোক্ত্রিঙৈদা; অমদি

[(বি) দি পেমেন্ট ওফ গ্রেচুইটি এক্ট, ১৯৭২ (১৯৭২ গী নং ৩৯) চলাইবা দুকান নত্রগা লোইশঙদা থবক লৌথোকপা মতমদুদা মঙোন্দা অমাঙবা হঞ্জিনবা ওইনা চাংচত্তা ফংগদবা নুমিৎ তরামঙানিগী

খুৎসুমল পীথোক্তনা অমদি লীশাং শীৎনা চহী অমা মপুঙ ফানা নত্রগা অতোপ্পা দুকান নত্রগা লোয়শঙদা তৌরম্বা থা তরুক্তগী হেনবা মচেৎ অদুগীদমক লীশাং শীৎনা চহী মপুঙফানা থবক তৌখ্রবা খুদিঙগী নুমিৎ তরামঙানীগী খুৎশুমলগা মান্নবা শেন্‌ফম, অমাঙবা হঞ্জিনবা ওইনা পীথোক্তিবঁদা][১] — শিন্মী অমবু থবক্তগী লৌথোক্লোইদবনী।

অদুম্নদি ওইরবদা থবক তোকপগী মতম পন্দুনা য়ানখিবা অমগী মখাদা থবক লৌথোকপা ওইরবদি ক্লোজ (এ) গী মখাদা নোটিশ পীবগী তঙাই ফদবা লৈতে; অমদি

অদুগীসু মথক্তা থবক লৌথোকখিবা অদু অদুগুম্বা অদুগুম্বশিং অদু ফত্তবা হৌনদবা লমচৎনী হায়না (রুলগী মখাদা) ইদুনা থম্লবশিং অদু তৌই হায়বগী মরালদা নত্রগা ফজদবা হম্বুবা থাক্কী লমচৎ চেন্নবা আইন কায়বা তৌবগী মরালদা চৈরাক ফংলবা অদুগুম্বা ফীভম অদুদা থবক্তগী লৌথোকপদা অদুগুম্বা নোটিশ অদু পীবগী তঙাইফদবা লৈরোই।

(২) সব-সেক্সন (১) গী ব্বারোলশিংগী মায়োক্তা তৌবা থবক্কীদমক থবক লৌথোকপগী থবক অমা এক্ট অসিগী মখাদা মরাল অমা ওইগনী অদুগা এক্ট অসিগী অতৈ অতোপ্পা ব্বারোলশিংদা অকায়বা পীবা তৌদনা থবক হঞ্জিলহনবা নত্রগা শেল ওইনা অমাঙবা হঞ্জিনবিবা নত্রগা অনীমক ওইনা অব্বাবা নংলবা মীশক অদুগী অব্বাবা কোকহনবিবগী শক্তি কোর্ট অদুদা লৈগনী।

**শন্দোকপা ব্বারোর্ল** ঃ সেক্সন অসিগী মরমশিংগীদমক্তদি নাবনা, খুদোংথীবা নং উবনা, অয়াবা য়াউনা ছুটি লৌরুবনা নত্রগা থোঙ থিংদুনা থবক শুহনখিদবনা নত্রগা মশানা তৌগে হায়বা অমা য়াউনা থবক লেপ্পুবা নত্তনা মরক মরক্তা থবক লেপ্পগী মতমশিং য়াউখিদুনসু দুকান নত্রগা লোয়শঙ অমদা শিন্মী অমনা লীশাং শীৎনা থবক তৌরকই হায়না লৌগনী; অদুগা অয়াবা য়াউবা ছুটি হায়বসিদা অদুগুম্বা ছুটি অদুনা থোকহনখিবা থবক লেপ্পা থোকখিবদুগী অহৌবা নত্রগা অরোইবদা থোকপা এক্ট অসিগী মখাদা পীখিবা চয়োলগী ছুটি অমত্তা মনুং চন্দে হায়না লৌগনী।

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯২ না মহৎ শিঞ্জিল্লকপনী।

**২৮। শিন্মীশিংনা নত্রগা শীন্মীশিংগীদমক (মহুত্তা) থবক লোইহিশিনহনবা ঃ**

(১) দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমদা লৈবা শিন্মী অমত্তনা অইবা ওইনা থা অমগী নোটিশ অমা শীনবুদা পীদনা মাগী থবক লোইশিনবা (তোকপা) য়ারোই।

(২) কঁরিগুম্বদা দুকান নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমনা সব-সেক্সন (১) গী ৱারোলশিং অসি থুগায়রবদি, পীথোক্তনা লৈরিবা খুৎশুমলদুদগী নুমিৎ তরামঙানিদগীদি হেন্দবা মতমগী খুৎশুমল মৎপা য়াই।

**২৯। থবক্তগী লৌথোকখ্রবা শিন্মীবু অমুক হন্না থবক তৌহনবা ঃ**

সেক্সন ২৭ কী মখাদা দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী অমা লৌথোকখ্রগা মতুং তাবদা দুকান্দুদবু ওইরবসু লোয়শঙদুদবু ওইরবসু মদুগী শিন্মী ওইবা মীশক অমবু শীনবুদুনা লৌশিন্নবা ৱা হৌদোক্লবদি মানা অসুম তৌগদবনী হায়না য়াখোক্তুনা থল্লবা মওঙদুদা থবক্তগী লৌথোকখ্রবা মীশক অমবু অমুক হন্না থবক তৌজগে হায়রক্লবা খুদোংচাবা পীগনী; অদুগা মশানা অমুক হন্না থবক তৌজগে হায়দুনা চোংথোক্লকপা থবক্তগী লৌথোকখ্রবা শিন্মী অদুনা অতৈ অতোপ্পা মীশকশিংদগী হেন্না খুদোংচাবা ফংগনী;

অদুম্নদি ওইরবদা থবক্তগী লৌথোকখ্রবা শিন্মী অদুনা ভারতকী নাগরীক অমা ওইদ্রবা নত্রগা শীনবু অদুদা মাগী লৈফম পীরমদনা মনিপুর থাদোকখ্রবা ওইরবদি শীনবু অদুনা মঙোন্দা অদুগুম্বা খুদোংচাবদু পীররোই।

[২৯-এ। **য়েৎনবা মত খেন্নবশিং তাইশিন্নবা** ঃ ইন্দষ্ট্রিয়েল দিসপুটস এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী নং ১৪) দা অমা অমা য়াউজরবসু, শিন্মী অমা নত্রগা শিন্মীশিংগী কাঙলুপ অমগা শীনবু অমগগী মরক্তা শিন্মী অমবু থবক হাপ্পা নত্রগা লৌথোকপা নত্রগা থবক তৌবগী মতম নত্রগা থবক শুবগী ফীভমগী মরীদা য়েৎনবা মত খেন্নবা থোকপদা মদু চলাইগনী।][1]

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯২ না হাপচিল্লকপনী

## ৮ শুবা তাংকক

# মখল মথেলশিং

**৩০। শীনবুগী চহীগী ৰারোল ঃ**

(১) দুকান অমগী নত্রগা লোয়শঙ অমগী শীনবু অদুনা মাগী দুকান নত্রগা লোয়শঙ অদুদা লৈরিবা শিন্মীশিংগী মশীং, খুৎশুমলগী চাং অমদি শিন্মীশিংদুদা পীবা অতোপ্পা খুদোংচাবশিং উত্তুনা চহীগী ৰারোল অমা অদুম্না পীগদবনী হায়দুনা য়াৎথোক্লবা মওঙদা ৰারোলদুগা মরী লৈনবা চহী অদুগী মতুংগী জনুৱারি থা লোইদ্রিঙৈদা চিফ ইন্সপেক্টিং ওফিসারদা থাগৎগদবনী।

(২) করিগুম্বদা চিফ ইন্সপেক্টিং ওফিসার অদুগী পেন্নবা নাতৈচাবা মরম লৈতনা সব-সেক্সন (১) দা অমদি মসিগী মখাদা শেন্নবা রুলশিংগী মখাদা পীরিবা ৰারোলশিংগী মতুংইন্না শীনবু অদুনা ৰারোলদু পীখৎপা শোয়রবদি মহাক্না লুপা য়াঙ্খেদগীদি হেন্দনা ৰাকোংশেল তঙায় ফদনা পীগদবনী।

(৩) অসিগুম্বা ৰাকোংশেল অসি পীদবা হায়বসি এক্ট অসিগী মখাদা চৈরাক পীবা য়াবা মরান অমা ওইগনী।

**৩১। রেজিষ্টারনচিংবা থম্বা ঃ**

(১) দুকান অমগী নত্রগা লোয়শঙ অমগী শীনবু অদুনা অসুম্না থমগদবনী অমদি উৎথোক্কদবনী হায়না য়াখোক্তুনা থম্লবা মওঙদুদা রেজিষ্টরশিং অমদি অতোপ্পা প্রমান ওইবা য়াবা চে-চাংশিং থমগদবনী অদুগা নোটিশশিং অদু উখোক্কদবনী।

(২) এক্ট অসিগী মখাদা নত্রগা মসিগী মরমশিংগীদমক্তা থম্ফম থোক্লবা রেজিষ্টারশিং, প্রমান ওইবা য়াবা চে-চাংশিং অমদি নোটিশশিং অদু ইন্সপেক্টর অমনা য়েংশিন্নবা তাঙ্লকপা মতমদা অদুগুম্বা শীনবুদুনা পুথোক্কদবনী।

**৩২। মরালশিং য়াশিন্নদুনা তাইশিন্নবা ঃ**

ৰাকৎ থাংগৎলিবা মীশক অদুনা নত্রগা চহী মপুঙ ফাদ্রিবা মীওই ওইরগনা মাগী আইনগী ওইবা মীহুৎ অদুনা মরাল অদু য়াশিন্নদুনা তাইশিন্নবা য়াই; অদুগা তাইশিন্নবগী থবক অদুনা মাগা তাইশিন্নরবা মরাল লৈবা মীশক অদু মরালদগী নাম্বোক্লবা অমগী মহৈ লৈগনী।

অদুম্নদি ওইরগা বাকৎ থাঙৎলিবা মীদুনা ইন্সপেক্টর অমা ওইরবদি মাগী কান্ননবগীদমক্তা বাকত্তু তৌখিবা শিন্মী অদুগী অয়াবা য়াউদনা মহাক্না মরালদু য়াশিন্নদুনা তাইশিন্নবা তৌরোই।

### ৩৩। কোর্টতা কারকপা শোয়দনবা শেল থমহল্লগা থাদোকপা ঃ

এক্ট অসিগী মখাদা তৌবা মরাল পূন্নমক কোর্টতা কারকপা শোয়দনবা শেল থমহল্লগা থাদোকপা য়াবা ঙাক্তনী।

### ৩৪। চৈরাক্তগী কনবা ঃ

পুক্নিঙদা অশেংবা বাখলগা লোয়ননা কনাগুম্বা মীশক অমনা এক্টসিগী নত্রগা রুলশিংগী নত্রগা য়াথংশিংগী মখাদা তৌখিবা করিগুম্বা অমগী মায়োক্তা কোর্টতা বাকৎপা নত্রগা অতোপ্পা আইনগী থবক চত্থবা য়াবা অমত্তা লৈতে।

### ৩৫। ময়ামগী ওইবা ছুটি ঃ

এক্ট অসিদা অমা অমা য়াউজত্রবসু দুকান অমগী নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী খুদিংমক জাতিগী ওইবা ছুটি অহুমগা অতোপ্পা ধর্ম্মগী থৌরমশিং য়াউনবা নত্রগা থৌরমশিং পাঙথোক্লবা নত্রগা লাইনীং লাইশোনগী থাজনবগী মরী লৈনবা তৌফম থোকপা মথৌ মঙম পাঙথোক্লবা নত্রগা তৌফম থোকহল্লবা মথৌ তৌনবা চহী অমদা মশীংদা নুমিৎ হুন্নিদগীদি হেন্দনা কাদবগী অয়াবা ফংবগী হক লৈগনী।

### ৩৬। শিন্মীশিংগী তুংগী বাত্তনবা থৌরাঙ তৌবা শেলগী পুক্কে ঃ

ষ্টেট গবর্নমেন্টনা শেন্নবা রুলশিংগী মতুংইন্না শীনবুদুনা মাগী দুকান নত্রগা লোয়শঙদুদা লৈরিবা শিন্মী খুদিঙমক্কী কাননবগীদমক তুংগী বাত্তনবা থৌরাঙ তৌবা শেলগী পুক্কে অমা থমগনী অদুগী পুক্কে অসিদা মহাক্না অদুগুম্বা শিন্মী খুদিঙনা ফংলিবা খুৎশুমলগী চাদা ৬ ১/৪ গী চাংদা পীশিনগনী।

অদুম্নদি ওইরবদা সেক্সন অসি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্তুনা মসিগী মরীদা তাংদাংবা ওইনা হায়রবা অদুগুম্বা মফমশিং নত্রগা অদুগুম্বা দুকানশিং নত্রগা লোয়শঙশিংগী কাঙলুপ অদুদমক শীজিন্নগনী; অমদি

মসিগী মখা তাথরকপা ওইনা অসিগুম্বা নোটিফিকেসন অসি থোকখ্রবা ফাউবদা তুংগী বাত্তনবা থৌরাঙ তৌবা শেলগী পুক্কেদু থমদ্রবা অদুগুম্বা শীনবুশিং অদু থা তরুক ফাউবা শাংনা জেলদা থম্বা য়াবা নত্রগা লুপা চামঙাদগীদি হেন্দনা বাকোংশেল পীহনবা য়াবা নত্রগা অনীমক্কী ওইনা চৈরাক পীবা য়াগনী।

**৩৭। রুলশিং শেম্বগী পাঙ্গল ঃ**

(১) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্নুনা অমদি মদুদা হান্নবা ফোঙদোকপগী ফীভমগী মখা পোল্লা এক্টঅসিগী মরমশিং অসি পাঙথোকপা য়ানবা রুলশিং শেম্বা য়াই।

(২) অখন্নবা অমদি মমাঙদা পীখ্রবা মহৌশাগী ওইবা পাঙ্গলশিং অদুদা অয়েৎপা পীবদি নত্তনা অদুগুম্বা রুলশিং অদুনা —

(এ) শীনবুশিংনা থোইদোকপা ফীভমশিংদা শিন্মীশিংগী খুৎশুমলদগী শেল ককপশিং;

(বি) সেক্সন ২২গী সব-সেক্সন (২) গী মখাদা চিফ ইন্সপেক্টিং ওফিসারগী পাঙ্গলশিং;

(সি) ইন্সপেক্টরশিংগী শক্তিশিং, অমদি সেক্সন ২৩ গী মখাদা য়ুম ইংখোল খরদা চঙবা ঙম্বা পুঙশিঙগী তাংকক;

(দি) সেক্সন ২৯ গী মখাদা থবক্তগী লৌথোকখ্রবা শিন্মী অমনা মশানা মশাবু অমুক হন্না থবক্তা চঙননবা লাম্থোকচবদা খুদোং চানবা মওঙ;

(ই) সেক্সন ৩০ গী মখাদা চহীগী ৱারোল থাগৎনবগী মওঙ;

(এফ) সেক্সন ৩১ গী মখাদা দুকান অমগী নত্রগা লোয়শঙ অমগী শীনবুনা থমগদবা রেজিষ্টারশিং অমদি অতোপ্পা প্রমান পীবা য়াবা চে চাংশিং অমদি উৎকদবা নোটিশশিং অমদি অদুগুম্বা নোটিশশিংদু উৎকদবা মওঙ;

(জি) দুকানশিং অমদি লোয়শঙশিংদা হুকচাংনা য়েক্তনবগী ফীবম ফগৎহন্নবা পাম্বে, নিংথিনা চেকশিন্না থম্নবা অমদি নুংশিৎ নুংশা মতীকচানা ফংহন্নবা তৌবগী মতাং;

(ঐচ) সেক্সন ৩৬ গী মখাদা দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমদা লৈবা শিন্মীশিংগী তুংগী ৱাত্তনবা থৌরাঙ তৌবা শেলগী পুক্কৈ;

[(আই) সেক্সন ৫-বি গী মখাদা দুকান অমদি লোয়শঙ রেজিষ্টার তৌবগীবু ওইরবসু রেজিষ্টার তৌখিবদু নৌথোকহনবগীবু ওইরবসু মদুগী দরখাষ্ট থানবা মওঙ;

(জে) দুকান অমদি লোয়শঙ রেজিষ্টার তৌবা অমদি রেজিষ্ট্রেসন নৌথোকহনবগী মওঙশিং; রেজিষ্টার তৌরবা দুকান অমদি

লোয়শঙগী অকুপ্পা মরোলদা হোংদোক হোংজিন তৌবগী মওঙশিং অমদি রেজিষ্টার তৌরবা দুকান অমদি লোয়শঙগী কারবার তৌবা লোইশিনবা (তোকপা) গী নোটিশ মওঙশিং;

(কে) দুকান অমদি লোয়শঙ রেজিষ্টার তৌবা অমদি রেজিষ্ট্রেসন নৌথোকহনবদা সার্টিফিকেৎ পীবগী লৌফম থোকন্সপা ফীশিং; অমদি

(এল) রেজিষ্টার তৌরবা দুকান অমদি লোয়শঙশিংগী অকুপ্পা মরোল হোংদোক হোংজিন তৌবগী রেজিষ্টার তৌনবা অমদি রেজিষ্ট্রেসনগী সার্টিফিকেৎকী মান্নবা শিন্দোক্লবা অনীশুবা কোপী পীবগী লৌফম থোকপা ফী][1] — গী ৱারোল পীবা য়াই।

(৩) সেক্সন অসিগী মখাদা শেমখ্রবা রুল খুদিংমক, মদু হেক শেম্মবা মতুংদা হেক য়ারিবমখৈ থুনা মনিপুরগী লেজিস্লেটিভ এসেমব্লীগী মমাঙদা মসিনা সেসন ফম্লিঙৈগী মনুংদা সেসন অমুক খক্তদা নত্রগা থংন থংননা ফম্বা সেসন অনীদা ওইরবসু পুন্না নুমিৎ তরামঙানি থমগনী অদুগা করিগুম্বদা মদু থমখিবা মতমগী সেসন্দুনা লোইদ্রিঙৈদা নত্রগা মদুগী হেক মতুংদা খুদক্তা ফম্বা সেসন্দা এসেমব্লীনা রুল অদু শেমদোক্কদবনী নত্রগা শেমদোক্লোইদ্‌বনী হায়না ৱারেপ লৌরবদি রুল অদু শেমদোক্লবা মওঙদুদতা চৎনববু ওইরবসু নত্রগা চৎনদববু ওইরবসু ওইগনী অদুন্নদি ওইরবদা অদুগুম্বা করিগুম্বা শেমদোকপদু নত্রগা চৎনহন্দবদুনা রুলদুগী মখাদা মমাঙদা তৌখিবশিংদুগী নত্রগা চৎনহন্দবদুনা রুলদুগী মখাদা মমাঙদা তৌখিবশিংদুগী চৎনবা য়াবদুদা অপনবা (য়ৈখায়বা) করি অমত্তা পীরোই।

## ৩৮। শিন্মীসিংদা ৱার্কমেন্স' কম্পেনসেসন এক্ট শীজিন্নগদবা ঃ

দি ৱার্কমেন্স' কম্পেনসেসন এক্ট, ১৯২৩ (১৯২৩ গী ৭ শুবা) অমদি মদুগী মখাদা শেম্বা রুলশিংদু দরকার লৈবদুমখৈ শেমদোক শাদোক্লগা দুকান অমা নত্রগা লোয়শঙ অমগী শিন্মী খুদিঙমক্তা শীজিন্নগনী।

## ৩৯। বিক্রী হোলিদেজ এক্ট শীজিন্নরোইদবা ঃ

করিগুম্বা মফম অমদা নত্রগা দুকানশিং নত্রগা লোয়শঙশিংগী করিগুম্বা কাঙলুপ অমদা এক্ট অসি চৎনবা হৌখিবা তারিখ অদুদা অমদি মদুদগী দি হোলিদেজ এক্ট, ১৯৪২ (১৯৪২ গী ১৮ শুবা) সি অদুগুম্বা মফম অমদি কাঙলুপ অদুদা শীজিন্নবা তোক্লগনী।

---

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯২ না হাপচিল্লকপনি।

**৪০। কারখানাদা থবক তৌবা মীশকশিংদা এক্ট অসিনা লাকশিন্নোহিদবা ঃ**

এক্ট অসিদা য়াউরিবা করিগুম্বা অমত্তনা দি ফেক্টরিজ এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী ৫৮ শুবা) না লাকশিনবা কারখানা অমদা থবক তৌবা কনাগুম্বা মীশক অমত্তদা শীজিন্নদে হায়না লৌগনী।

**৪১। অককপা অমদি খাকহৌবশিংঃ**

(১) দি অসাম শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস এক্ট, ১৯৪৮ (১৯৪৮ গী অসাম এক্ট ১৩ শুবা) মনিপুরদা চৎনহল্লিবা অসি মসিনা কক্লে।

(২) ককখ্রবা এক্ট অদুগী মখাদা তৌখিবা করিগুম্বা অমত্তা নত্রগা পায়খৎখ্রবা করিগুম্বা থবক অমত্তা (নোটিফিকেসন, য়াথং রুল, শেমখ্রবা অমদি থাদোকখ্রবা মওঙ য়াউনা) এক্ট অসিগী ৱারোলশিংগা চানদবা থোক্তবগী পংখৈ অদুগী মখৈ এক্ট অসিগী মখাদা তৌখিবা নত্রগা লৌখৎখিবা থবক্না শীজিন্নবা তোকহন্দ্রিবমখৈ চৎনদুনা অদুম লৈখিগনী।

***

# English Section

# The Manipur Shops and Establishments Act, 1972

(Act No. IV of 1973)

# The Manipur Shops and Establishments Act, 1972

(Act No. IV of 1973)

[23-1-1973]

An Act to provide for better regulation of conditions of service in shops and establishments and for purposes pertaining there to.

Bet it enacted by the Legislature Assembly of Manipur in the Twentythird year of the Republic of India as follows :-

## Chapter - I

Preliminary

**1. Short title, extent and commencement :-**

(1) This Act may be called the Manipur Shops and Establishments Act, 1972.

(2) It extends to the whole of the State of Manipur.

(3) It shall come into force on such date [1] as the State Government may, by notification in the Official Gazette, appoint and different dates may be appointed for different provisions of this Act or for different areas or for different classes of shops or establishments.

---

*1. 1st June, 1973 Vide Govt. of Manipur Notification No. 68/2/66-LAB dated 24/4/1973.*

**2. Definitions :-**

In this Act, unless there is anything repugnant in the subject or context

(1) "apprentice" means a person who is employed, whether on payment of wages or not, for the purpose of being trained in any trade, craft, business or employment in a shop or an establishment;

[(2) "child" means a person who has not attained his fourteenth year of age][1];

(3) "closed" means not open for the service of any customer involving work by an employee;

(4) "commercial establishment" means an establishment which carries on the business, trade or profession of advertising commission agency, forwarding or commercial agency or which is a clerical department of a factory or of any industrial or commercial undertaking, includes:-

(a) an establishment undertaking the business, trade or profession of public transport;

(b) an insurance company, joint stock company, broker's office or exchange; and

(c) such other establishment or class thereof as the State Government may, by notification in the Official Gazette, declare to be a commercial establishment for the purposes of this Act; but does no include a shop or an establishment for public entertainment or amusement;

(5) "day" means a period of twenty-four hours beginning at midnight;

(6) "employee" means a person wholly or principally employed in, and in connection with, a shop or an establishment and includes an apprentice but does not include a member of the employer's family;

---

*1. Substituted by the Manipur Shops and Establishments (Amendment) Act, 1992.*

(7) "employer" means a person having charge of, or owning or having ultimate control over the affairs of a shop or an establishment and includes the manager, agent or other person acting in the general management or control of a shop or an establishment;

(8) "employer's family means the husband or wife, children, father or mother, of the employer and includes the brother or sister, brother's son, sister's son, daughter's son, son's son, of such employer living with, and dependent on him;

(9) "establishment" means a commercial establishment or an establishment for public entertainment or amusement;

(10) "establishment for public entertainment or amusement means a restaurant, eating house, cafe, residential hotel, cinema, theatre and such establishment or class thereof as the State Government may, by notification in the official Gazette, declare to be, for the purposes of this Act, an establishment for public entertainment or amusement, but does not include a shop or a commercial establishment;

(11) "factory" means a factory as defined in the Factories Act, 1948 (63 of 1948);

(12) "holiday" means a day on which a shop or an establishment shall remain closed or on which an employee shall be given a holiday under the provisions of this Act;

(13) "Inspector" means an Inspector appointed under this Act;

(14) "Official Gazette" means the Manipur Gazette;

(15) "opened" means opened for the service of any customer or for any business connected with a shop or an establishment;

(16) "period of work" means the time during which an employee is at the disposal of the employer:

(17)"prescribed" means prescribed by rules under this Act;

[(17-A) "Registering Officer" means a registering officer appointed under this Act];[1]

(18) "shop" means any premises used wholly or in part for whole-sale or retail sale of commodities or articles, either for cash or on credit, and such other the premises as the State Government may, by notification in the Official Gazette, declare to be a shop for the purpose of this Act, but does not include a commercial establishment for public entertainment or amusement;

(19) "spread-over" mean the period between the commencement and termination of work in a establishment on any day;

(20) "State Government" means the State Government of Manipur;

(21) "Wage period", in relation to the payment of wages of an employee, means a wage period fixed by an employer under section 18 in respect of such employee;

(22) "wages" means wages as defined in the Payment of wages Act, 1936 (IV of 1936) and includes any allowance to which an employee is for the time being entitled;

(23) "week" means a period of Seven days beginning at midnight of Saturday night;

(24) "year" means a period of twelve months of the Gregorian Calendar commencing on the first day of January.

**3. Declaration by the State Government :-**

(1) Notwithstanding anything contained in this Act, the State Government may, by notification in the Official Gazette, declare any shop or any establishment or any class thereof to be a shop or an establishment, as the case may be, for the purpose of this Act.

---

*1. Inserted by the Manipur Shops and Establishments (Amendment) Act, 1992.*

(2) On such declaration under sub-section (1) the shop or the establishment specified in the notification shall be deemed to be a shop or an establishment, as the case may be, to which this Act applies, and the provisions of this Act shall apply to such a shop or such an establishment.

**4. Act not applicable to certain shops, establishments and persons:-**

(1) Nothing in this Act shall apply to --

(a) offices of the Union or the State Government or of local authorities and of the Reserve Bank of India, the State Bank of India and other nationalised banks and corporations;

(b) any transport service, motor service, any industry, business or undertaking which supplies power, light or water to the public and such other public utility corporate bodies and associations or classes thereof as the State Government may, by notification in the Official Gazette, exempt from the operation of this Act;

(c) establishments run by the Union or the State Government;

(d) establishments for the treatment or care of the sick, the infirm or the mentally deranged, and for the benefit of the destitute;

(e) pharmacies or shops dealing mainly in medicines; surgical or medical appliances, so far as the sale of these articles is concerned;

(f) surgical or clinical homes;

(g) shops dealing in articles required for funerals, burials or cremations so far as the sale of these articles is concerned;

(h) shops or stalls dealing mainly in vegetables, meats, fish, dairy produce, bread, pastries, sweetmeats, flowers so far as the retail sale of these articles is concerned;

(i) stalls or refreshment rooms run by, or with the permission of the Union or the State Government, and situate within the premises or precincts of institutions belonging to, or run by such Government;

(j) shops, stalls or refreshment rooms in any public exhibition or show, or so far as such shops, stall or refreshment rooms deal in retail trade which is solely subsidiary or ancillary to the main purposes of such exhibition or show;

(k) shops or stalls in any public fair;

(l) shops or establishments dealing in petroleum products;

(m) excise shops;

(n) persons whose work is inherently intermittent, such as a traveller, a canvasser, a watchman, a messenger or a caretaker;

(o) persons exclusively employed in connection with the collection, despatch, delivery or conveyance of goods or the customs formalities thereof; and

(p) such other shops, establishments or persons or such classes of any of them as the State Government may, by notification in the Official Gazette exempt from the operation of all or any of the provisions of this Act.

(2) Notwithstanding anything contained in sub-section, (1) the State Government may, by notification in the Official Gazette, declare that any shop, establishment or person specified in that sub-section shall not be exempt from the operation of such provisions of this Act as may be specified in the notification and that the provisions of this Act specified in such notification shall apply to such shop, establishment or person.

**5. Suspension of provisions of the Act :-**

Prior to or during a festival or other Special occasions the State Government may suspend, by order notified in the Official Gazette, the operation of all or any of the provisions of this Act for such period and subject to such conditions as it may deem fit.

# [Chapter I-A][1]

## Registration of shops and Establishments

**5-A. Registering Officer :-**

The State Government may, by notification in the Official Gazette, appoint any officer to be a Registering Officer who shall be responsible for registration of Shops and Establishments under this Act.

**5-B. Registering of Shops and Establishments :-**

(1) Every employer shall get his shop or establishment registered under this Act. The registration shall be valid for one calendar year and thereafter shall be renewed for every calendar year. A list of any shop or establishment registered under this Act shall be entered in the Register of shops and establishments maintained in the prescribed form.

(2) The application for registration or for renewal of registration shall be such as may be prescribed.

(3) The fees payable for registration or for renewal of registration shall be such as may be prescribed.

(4) Any shop or establishment registered under this Act or when the registration of any shop or establishment is renewed, there shall be issued to the employer, a certificate of registration or renewal certificate of registration, as the case may be, containing such particulars as may be prescribed.

---

*1. Inserted by the Manipur shops and Establishments (Amendment) Act, 1992.*

(5) Every employer of a shop or an establishment registered under sub-section (4) shall inform the Registering Officer in the prescribed form of any change in respect of any particulars contained in the application for registration under Sub-section (2) wthin seven days after the change has taken place. The Registering Officer shall, on receipt of such information and on payment of such fee as may be prescribed, and satisfied about the correctness of the information, make necessary changes in the Register of shops and establishments and shall amend the certificate of registration or issue a fresh certificate of registration, if necessary;

(6) Every employer of a shop or an establishment registered under sub-section (4) shall, within fifteen days from the date of the winding up of his shop or establishment, inform the Registering Officer and the Registering Officer shall on being satisfied about the correctness of the information, remove the name of the shop or establishment from the Register of shops and establishments and cancel the certificate of registration issued to him.

# Chapter II

## Employment of women and Youngman

**6. Exemption of child :-**

No child shall be employed in any shop or establishment.

**7. Women and youngman to work only between 7 a.m. and 7 p.m.**

Notwithstanding anything contained in this Act, no man who has not attained majority under the Indian Majority Act, 1875 (IX of 1875) and no woman shall be required or allowed to work whether as an employee or otherwise in a shop or an establishment before 7 ante meridiem and after 7 post meridiem.

**8. Daily and Weekly hours of work for woman and youngman :-**

Notwithstanding anything contained in this Act.

(a) no man who has not attained majority under the Indian Majority Act, 1875 (IX of 1875) and no woman shall be required or allowed to work as an employee in a shop or an establishment for more than seven hours in a day for forty two hours in a week; and

(b) no such man and no woman shall be required or allowed to work in a shop or an establishment for more than four hours continuously in a day unless such an employee has had an interval for rest of at least one hour.

**Explanation :-**

The period of "seven hours" or "fourty two hours" referred to in clause (a) does not include the intervals for rest.

# Chapter III

## Shops

**9. Opening and closing hours of shops :-**

(1) No shop shall on any day be opened before the hour of seven O'clock ante meridiem during the months of September, October, November, December, January and February and before the hour of six O'clock ante meridiem during the months of March, April, May, June, July and August.

(2) No shop shall, on any day remain open after the hour of seven O'clock post meridiem during the months of September, October, November, December, January and February and after the hour of eight O'clock post meridiem during the months of March, April, May, June. July and August.

**10. Closing day of shops :-**

(1) Every shop shall be closed on one days in each week.

(2) The State Government may, by notification in the Official gazette require in respect of every shop, or of any specific class of shops that it shall be closed at such hour as may be specified in the afternoon of one specified day in each week, in addition to the day referred to in sub-section (1).

(3) The day on which a shop shall be closed in each week under sub-section (1) shall be specified and displayed by the employer in a conspicuous place in the shop.

(4) No deduction shall be made from the wages of any employee in a shop on account of any day on which it has remained closed under this section.

**11. Hours of work and intervals for rest in shops :-**

(1) No employee in a shop shall be required or allowed to work in such shop for more than nine hours in a day and for more than fortyeight hours in a week or after the hours prescribed under sub-section (2) of section 9.

(2) An employee in a shop shall be allowed an interval for rest of at least half an hour after every three hours of continuous work.

(3) The periods of work and intervals for rest of each employee in a shop shall be so arranged by the employer that together they do not extend over more than twelve hours in a day.

**Explanation:-**

The period of "nine hours" or "fortyeight hours" referred to in sub-section (1) does not include the intervals for rest.

# Chapter IV

## Establishments

**12. Holidays in establishment :-**

(1) Every employee in a commercial establishment or an establishment for public entertainment or amusement shall be allowed as holiday at least one day in a week.

(2) No deduction shall be made from the wages of any employee in such an establishment on account of any holiday under this section.

**13. Hours of work and intervals for rest in commercial establishment :-**

(1) No employee in a commercial establishment shall be required or permitted to work in such establishment for more than seven hours in a day.

(2) An employee in a commercial establishment shall be allowed an interval for rest of at least half an hour after the first three or four hours, as may be specified by the employer, of continuous work.

Provided that the interval for rest in the case of each employee shall not exceed one hour.

**Explanation :-**

The period of "seven hours" referred to in sub-section (1) does not include the interval for rest.

**14. Hours of work and intervals for rest in establishments for public entertainment or amusement :-**

(1) No employee in an establishment for public entertainment or amusement shall be required or allowed to work in such establishment for more than ten hours in a day.

(2) An employee in an establishment for public entertainment or amusement shall be allowed an interval for rest of at least half an hour after every three or four hours, as may be specified by the employer, of continuous work.

(3) The periods of work and intervals for rest of each employee in an establishment for public entertainment or amusement shall be so arranged by the employer that together they do not extend over more than twelve hours in a day.

**Explanation:-**

The period of "ten hours" mentioned in sub-section (1) does not include the intervals for rest.

**15. Maximum point of time for spread-over in an establishment for public entertainment or amusement :-**

Notwithstanding anything contained in section 14, the spread-over of an establishment for public entertainment or amusement shall not extend beyond 12 midnight.

## Chapter - V
### Wages and Leaves

**16. Wage period :-**

Every employer shall fix a period in respect of which wages shall be payable to the employee:

Provided that the employer may fix different wage periods for different employees or different classes of employees;

Provided further that no wage period shall exceed one month.

**17. Payment of wages :-**

(1) All wages payable to an employee in a shop or an establishment shall be paid by his employer before the expiry of the seventh day after the last day of the wage period in respect of which the wages are payable;

Provided that in case an employee is absent until such expiry the wages shall be paid within a period of three working days from the days on which he attends for work again.

(2) Where an employee in a shop or an establishment is required to work in excess of the limits of hours of work specified in section 11 or section 13 or section 14, as the case may be, he shall be entitled in respect of the overtime work, to proportionate wages at the rate of twice the ordinary rate of wages received by him for the time being.

(3) Where the service of an employee is terminated by or on behalf of his employer, or where it is terminated on account of the closure of the shop or the establishment for any reason other than a weekly or other recognised holiday, the wages earned by him shall be paid before the expiry of the second working day, from the day on which his service is terminated.

(4) All payments of wages shall be made on a working day at or near the place of work and during the working hours.

[(5) Wages due to every employee shall be paid to him direct or other person authorised by him in this behalf.

(6) All wage shall be paid in current coin or currency or in both

(7) The rates of wages payable to the employees by the employer shall not be less than the rates prescribed for the scheduled employment under the Minimum Wages Act, 1948 (No. 21 of 1948), where applicable and where the rates have been fixed by agreement, settlement or award, not less than the rates so fixed][1].

**Explanation :-**

The provisions contained in sub-section (1) shall not be construed as a bar to the payment of wages, on account of a festival or otherwise, before the expiry of the wage period in respect of which the wages are payable.

**18. Deductions from wages :-**

No deductions other than those which may be prescribed shall be made by the employer from the wages of his employee.

---

*1. Inserted by the Manipur Shops and Establishments (Amendment) Act, 1992.*

শিংদোকহন্নবা তৌবা হৌবগী মমাঙ নৎত্রগা মতুংগীগা লোয়ননা মদুদা পৌফম থোকপা শেন্দোই চাদা তরামঙাগী চাংদা হোৎলগা অদুগুম্বা শোয়খিবদুগী তারিখতগী শেনফমদু শিংদোকহনবগী তারিখ ফাউবা লমগী অতোনবা খাজনা নৎত্রগা মীয়াম্না তানবা ওইনা শিংদোকহনগনী।

(২) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা খোমগৎপা শেনফমদু অদুগুম্বা শেনফম অদু পীহন্নবা নৎত্রগা থমহন্নবগী ৱাহৌ ওইখিবা য়াথং অদুগী মতুংইন্না য়েঙ্খোক্কনী।

(৩) হৌজিক্কী ওইনা চৎনরিবা অতৈ অতোপ্পা আইনশিংদা অমা অমা য়াউজরবসু নৎত্রগা মদুগী ওন্নতৈন বদা য়ানবা অমা লৈজরবসু করিগুম্বা কোর্ট, ট্রিবুনেল নৎত্রগা অতোপ্পা অঙম্বা অমত্তনা থিংজনবগী য়াথংপীবা নৎত্রগ। সব-সেক্সন (১) গী ৱারোলসিং পাঙথোকপা ওইনা পুখহৌবা লমগী খাজনাগী নৎত্রগা মীয়াম্না তাল্লকপগী শেনফম ওইনা সরকারনা খোমগৎপদা থিংনবা নৎত্রগা তৌহন্দনবা য়াথং পীরোইদবনী।

(৪) তৌবা ঙম্বা কোর্ট অমনা গবর্নমেন্টতুদা মদুনা হায়নীংবা মরমচানা খুদোং চাবদু পীরবা মতুংদা সব-সেক্সন (১) গী মখাদা সরকারনা য়াথং অমা পাঙথোকপা ওইনা পুখহৌবা লমগী খাজনাগী নৎত্রগা মীয়াম্না তাল্লকপগী ওইবা শেনফম অমা খোমগৎখিবগী য়াথং অদু চৎনহন্দ্রবদি সরকারদুনা খোমগৎখিবা শেন্‌ফম অদু চহীদা চাদা তরামঙাগী হীসাবতা শেনফমদু খোমগৎখিবগী তারিখতুদগী হন্দোকপগী তারিখ অদু ফাউবগী ওইনা অচম্বা শেন্দোই হোত্তুনা মদুগা লোয়ননা শেন্‌ফম অদু মঙোন্দগী খোমগৎখিবা মীশক অদুদা সরকার অদুনা হন্দোক্কনী।

শন্দোকপা ৱারোল— সেক্সন অসিগী মরমগীদমক্তা, "সরকার" হায়বসি সেক্সন ৩ গী মখাদা মরীলৈনবা য়াথং অদু থোকপা সরকারদু নৎত্রগা অদুগুম্বা য়াথং অদু থোকখিবা ওফিসার নৎত্রগা অঙম্বা অদুনা মদুগী মখা পোনবা সরকার অদুনী।

**৮। হোৎনবশিং অমদি ইনশিনবা ঃ-**

সেক্সন ৩ গী মখাদা থোকপা য়াথং অমবু থুগায়নবা হোৎনবা, নৎত্রগা থুগায়বদা ইনশিনবা মীশক্তু য়াথংদু থুগায়রবনী হায়না লৌগনী ঃ

অদুম্নদি ওইরবদা সেক্সন ২ গী ক্লোজ (এ) গী সব-ক্লোজ (iv-এ) নৎত্রগা সব-ক্লোজ (v) তা পল্লিবা মখলগী তঙাইফদনা চঙবা ললোনপোৎ অমা মা মশানা শীজিন্নবা নৎত্রগা মাগী ইমুংগী মী অমনা নৎত্রগা শেৎপা চাবা পুন্নমক্তা মাগী মখা পোন্না লৈবা মী অমনা শীজিন্নবগীদমক অদুগা অদুগুম্বা তঙাইফদনা চঙবা ললোনপোৎ অদু ললোন ইতিক তৌনবা নত্তনা মদু লৌশিনবদা য়াথং অমা থুগাইবদা ইনশিল্লে হায়দুনা সেক্সন ৭ তা অমা অমা য়াউজরবসু কোর্ট অমনা ৱায়েন্দুদা পল্লিবা মরমশিং অদুগী ওইনা সুপ্নগী ৱাকোংশেলতমক পীহন্নবা ৱায়েল পীগনী।

**৯। অরানবা ৱারোলশিং ঃ-**

মীশক অমনা—

(i) মাবু সেক্সন ৩ গী মখাদা ৱারোল অমা পীবা নৎত্রগা পাউ অমা পীবা তাহল্লবদা অকুপ্পা মরোলগী মচাক্তু অরানবা ওইরবা অদুগা মদু অরানবনী নৎত্রগা মানা মদু লাল্লে খঙবগী মরম লৈনা নৎত্রগা চুম্মী হায়না খন্দে হায়না থাজনবগী মরম লৈনা অরানবা ৱারোল অমা পীরবা নৎত্রগা অরানবা পাউ অমা পীরবদি; নৎত্রগা

(ii) মাবু অদুগুম্বা য়াথং অমনা থমগদবনী অমদি থাগৎকদবনী হায়দুনা চাগা চাদিং অমদি শেল্লেমগী মরোল ইবা লাইরিক, চাগা চাদিং অমদি শেল্লেম, তুংগী নীংসিংনবা চেজন, অচুম্বনী হায়না ফোংদোকপা , চুম্মবনী হায়না পীখৎপা নৎত্রগা অতোপ্পা প্রমান ওইনবা চে-চাংদা মথক্তা হায়খ্রবা অদুগুম্বা ৱারোল অমা পীরবদি—

মহাক অদু চহী মঙা ফাউবা শাংদোকহনবা য়াবা মতমগী ওইনা কৈশুমশঙদা থম্নবা নৎত্রগা ৱাকোংশেল পীহনবগী নৎত্রগা অনীমক্কী চৈরাক পীবা য়াই।

**১০। অপুনবা মরুপশিংনা তৌবা মরালশিং ঃ-**

(১) সেক্সন ৯ গী মখাদা পীবা য়াথং অমা থুগায়রিবা মীশক অদু অপুনবা মরুপ অমা ওইরবদি হুকুম থুগাইবদু তৌখিবা মতমদা মরুপ অদুগী থবক থৌরম পুম্বা চথনবগী থৌ পুবা অমদি দায়ী লৌবা মী খুদিঙমক্কী মথক্তা মরুপ্তুসু থুগায়বদুগী মরাল লৈরে হায়না লৌগনী অদুগা মখোয়দুগী মায়ক্তো আইনগী ওইবা থবক লৌখৎকনী অদুগা মদুগী মতুংইন্না ফোঙদোক্কনীঃ

অদুম্নদি ওইরবদা করিগুম্বা অদুগুম্বা চৈরাক ফংবা য়ারবা মীশক অমনা থুগায়খিবা অদু মানা খঙবা লৈখিদে নৎত্রগা অদুগুম্বা থুগায়বা অদু থিংনবা হোৎনফম থোকপা হোৎনখি হায়না প্রমান পীরবদি সব-সেক্সন (১) দা য়াউরিবা করিগুম্বা অমত্তনা অদুগুম্বা মীশক অদুবু চৈরাক অমত্তা পীবা য়াবা ওইহল্লোই।

(২) সব-সেক্সন (১) দা য়াউখিবা করিগুম্বা অমত্তগা য়েৎনবা তৌদনা করিগুম্বা এক্ট অসিগী মখাদা অপুনবা মরুপ অমনা অরানবা অমা তৌরবা অদুগা অদুগুম্বা মরাল অদু কনাগুম্বা ডাইরেক্টর, মেনেজর, সেক্রেটরি নৎত্রগা অপুনবা মরুপ তুগী অতোপ্প ওফিসার অমগী অয়াবা নৎত্রগা তাশিন্নদবা উশিন্নদবা নৎত্রগা থৌশাহৌদবদগী থোকখিবনি হায়বগী প্রমান তৌরবদি অদুগুম্বা ডাইরেক্টর, মেনেজর, সেক্রেটরি নৎত্রগা অতোপ্পা ওফিসারদু মরাল অদু লৈরবনী হায়না লৌগনী অদুগী মখোয়দুগী মায়োক্তা

আইনগী ওইবা থবক পাইখৎকনী অদুগা মদুগী মতুংইন্না চৈরাক পীগনী।

শন্দোকপা ৱারোল — সেক্সন অসিগী মরমশিংগীদমক—

(ব) আইনগী মতুংইন্না পুনশিন্নরবা লুপ অদুবু "অপুনবা মরুপ" হায়না কৌই অদুগা ললোনমিন্নবা কাঙবু নৎত্রগা অতোপ্পা মীয়ামগী লুপসু মাসিগী "ডাইরেক্টর" কৌই।

(বি) ললোনমিন্নবা কাঙবুগা মরী লৈননা ললোনমিন্নবা কাঙবু অদুগী য়াউমিন্নবা মীদুবু "ডাইরেক্টর" কৌই।

**১০-এ। মরালদু খঙনঙাই ওইবা অমদি (কোর্টতা) কারকপা শোইদনবা শেল থল্লগা থাদোকপা য়াদবা ওইগদবা ঃ-**

কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর ১৯৭৩ (১৯৭৪ গী ২) দা অমা অমা য়াউজরবসু এক্ট অসিগী মখাদা চৈরাক ফংবা য়াবা মরাল খুদিঙমক খঙনঙাই ওইবা অমদি (কোর্টতা) কারকপা শোইদনবা শেন থল্লগা থাদোকপা য়াদবা ওইগনী।

**১০-বি। এক্টঅসিগী মখাদা মরাল লৈরবনী হায়না ৱায়েল পীখ্রবা অপুনবা মরুপশিংগী মমিং, কারবার তৌফম্নচিংবগী মমিং ফোঙদোকপগী পাঙ্গল ঃ-**

(১) এক্ট অসিগী মখাদা অপুনবা মরুপ অমবু মরাল লৈরবনী হায়বগী ৱায়েল পীখ্রবদা, অপুনবা মরুপ্তু মরাল লৈরবনী হায়না ৱায়েন পী-খিবা কোর্ট অদুনা অপুনবা মরুপ অদুগী মমিং অমদি অপুনবা মরুপ অদুগী ললোন ইতিক তৌরিবা মফম অপুনবা মরুপ অদুনা তৌখিবা য়াথং ইন্দবগী অশেংবা মখল অদুগী মতুং ইন্না পীখিবা মরাল লৈরে হায়বগী ৱায়েল অমদি কোর্ট অদুনা থৌদোক অদুগী ফীভমশিং অদুদা চুনগনী হায়না খনবা অদুগুম্বা অতোপ্পা অকুপ্পা মরোলসিং অদু অপুনবা মরুপ অদুগী চাদিংদা অদুগুম্বা পাউচেশিংদুদা নৎত্রগা কোর্টনা অসুম তৌ হায়না তাক্লকপা অতোপ্পা মওঙদা ফোঙদোকহনবা ঙম্মী।

(২) অমুক হন্না খন্নবিনবা অমদি অতোপ্পো ৱায়েল অমা পীবিনবা ৱাকৎলুদ্রবসু কোর্ট অদুগী য়াথংগী মায়োক্তা ৱাকত্তু থাঙ্গৎপা য়াবা মতমগী তাংকক অদু লোইদ্রিঙৈদা, নৎত্রগা অদুগুম্বা ৱাকত্তু লৈরগনা (মদু) লোইশিন্দ্রিঙৈদা সব-সেক্সন (১) গী মখাদা কিরগুম্বা ৱাফোঙ অমত্তা ফোংঙোইদবনী।

(৩) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা করিগুম্বা ৱাফোঙ অমা ফোঙবদা চঙবা চাদিং অদু কোর্টনা ৱাকোংশেল পীহনবগুন্না অপুনবা মরুপ অদুদগী শিংজিনহনবা য়াগনী।

**শন্দোকপা ৱারোল ঃ**

সেক্সন অসিগী মরমশিংগীদমক্তা "অপূনবা মরুপ" হায়বসিগী ৱাহন্থোক অসি সেক্সন ১০ গী শন্দোকপা ৱারোলগী ক্লোজ (এ) দা পীরিবা ৱাহন্থোক অদুনী।

**১০-সি। চৈরাক পীনিংঙাই ওইবা পুক্লিঙগী ফীভম্নী হায়না লৌবা য়াবা ঃ-**

(১) এক্ট অসিগী মখাদা করিগুম্বা মরাল অমগীদমক আইনগী ওইবা থবক চত্থবদা মরাল লৈরে হায়বা মীশক অদুগী মায়কৈদা চৈরাক পীনিংঙাই ওইবা পুক্লিঙগী ফীভম লৈরে হায়বসি চঙলবদি, কোর্টনা অদুগুম্বা চৈরাক পীবা য়াবা পুক্লিঙগী ফীভমদু লৈরে হায়না লৌগনী অদুবু আইনগী ওইবা থবক অদু চত্থবদা শীরিবা মরাল অদুগী মরীদা পীবা য়াবা পুক্লিঙগী ফীভমদু লৈতে হায়বগী প্রমান তৌবনা মরাল লৈরে হায়রিবা মীশক অদুনা মশাবু কঞ্জনবগী পাম্বৈ ওইগনী।

**শন্দোকপা ৱারোল ঃ-**

সেক্সন অসিদা, "চৈরাক পীবা য়াবা পুক্লিঙগী ফীভম" হায়বসিদা তৌনিংবা, তৌনিংহল্লিবা ৱাফম অমগী মরমদা খঙবা অমদি ৱাফম অমদা থাজবালৈ নৎত্রগা থাজবগী মরমলৈ হায়বসি য়াউই।

(২) সেক্সন অসিগী মরমসিংগীদমক্তা ৱাফম অমা চুম্মী হায়না প্রমান তৌবা অসি কোর্টিন মদু থাজবদা নাতৈচোবা চিংনবা পুম্নমক্কী ৱাংমদা লৈরে হায়না থাজরবতদা প্রমান তৌরবনী হায়না লৌগনী অদুগা মদুনা লৈবদু ওইথোকপা য়াবসিংগী মনুংদা অহেনবদুখক্তনা লেপকদবা নত্তে।

**১১। মরালশিং লৈরে খঙবা ঃ-**

কনাগুম্বা ইন্দিয়ান পেনাল কোড, ১৮৬০ (১৮৬০ গী ৪৫) গী সেক্সন ২১ গী মখাদা মীয়ামগী থবক তৌবা ওইবা মীশক অমা নৎত্রগা অৱাবা তাহনবিরবা মীওই নৎত্রগা অদুগুম্বা মীশক অদুনা এসোসিয়েসন অদুগী মেম্বরবু ওইরবসু ওইদ্রবসু কঞ্জুমর এসোসিয়েসন অমনা অদুগুম্বা মরাল অদু ওইহল্লিবা ৱাফমশিং অদু ইদুনা পীখৎলকপা পাউদগী নত্তনা করিগুম্বা কোর্ট অমত্তনা এক্ট অসিগী মখাদা চৈরাক ফংবা য়াবা মরাল অমত্তা খঙলোই।

**শন্দোকপা ৱারোল ঃ-**

সেক্সন অসিগা সেক্সন ১২-এএ গগী মরমশিংগীদমক্তা "শকখঙলবা কঞ্জুমর এসোসিয়েসন" হায়বসি দি কম্পেনিজ এক্ট, ১৯৫৬ (১৯৫৬ কী ১) গী নৎত্রগা হৌজিক্কী চৎনরিবা অতোপ্পা আইন অমগী মখাদা রেজিষ্টর তৌরবা নীংখাতম্বা কঞ্জুমর এসোসিয়েসন অমনী।

১২। [লৌথোকখ্রে]

**১২-এ। অখন্নবা কোর্ট হাপ্পা ঃ-**

(১) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা এক্ট অসিগী মখাদা তৌবা মরালশিং থুনা য়াঙনা ৱায়েন তৌনবা ওফিসিয়েল গেজেত্তা নোটিফিকেসন থোক্তুনা নোটিফিকেসন্দুনা হায়রিবা অদুগুম্বা মফমদুগীদমক চঙগনী হায়না নীংবা অখন্নবা কোর্টশিং হাপ্পা য়াই।

(২) অখন্নবা কোর্ট অমসি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা হায়জবদগী হাই কোর্টনা হাপ্পা জজ অমখক্না শাগনী।

**শন্দোকপা ৱারোল ঃ-**

সব-সেক্সন অসিদা, "হাপ্পা" হায়বা ৱাহৈ অসি কোদকী সেক্সন ৯ দা পীবা শন্দোকপা ৱারোলদা পীরিবা মসিগী ৱাহন্থোক্তুনী।

(৩) কনাগুম্বা মীশক অমা করিগুম্বদা —

(এ) হায় কোর্ট অমগী জজ অমা ওইনা হাপ্পদা মতীক চাদ্রবা; নৎত্রগা

(বি) চহী অমদগী তাদনা সেসন জজ অমা নৎত্রগা এদিসনেলসেসন জজ অমা ওইরক্লবা নৎত্রবদি অখন্নবা কোর্ট অমগী জজ অমা ওইনা হাপ্পা মতীক চারোই।

**১২-এএ। অখন্নবা কোর্টশিংনা ৱায়েনবা য়াবা মরালশিং ঃ-**

(১) কোডতা অমা অমা য়াউজরবসু —

(এ) এক্ট অসিগী মখাদা তৌবা মরাল খুদিঙমক মরাল অদু তৌবা মফম অদুগী ওইনা হাপ্পা অখন্নবা কোর্ট অদুতনা ৱায়েনগনী নৎত্রগা অদুগুম্বা মফমদুগী ওইনা অখন্নবা কোর্ট অমদগী হেন্না লৈরগনা হীরম অসিগীদমক্তা হায় কোর্ট অদুনা মদুনা তৌগনী হায়না পন্দুনা হায়রক্লবা মখোয়দুগী মনুংদা অদুগুম্বা অমনা তৌগনী;

(বি) এক্ট অসিগী মখাদা করিগুম্বা মরাল অমা তৌরে হায়না নৎত্রগা মরাল অমা তৌরে হায়বগী চিংনবা লৈরবা মীশক অমবু কোডকী সেক্সন ১৬৭ কী সব-সেক্সন (২) গী নৎত্রগা সব-সেক্সন (২-এ)গী মখাদা মেজিষ্টেট অমদা থারক্লবদি, মেজিষ্ট্রেট অদুনা করিগুম্বা জুদিসিয়েল মেজিষ্ট্রেট ওইরগদি মানা সিনা ফৈ হায়না খনবা অদুগুম্বা ফাদোক থম্মক অমদা অদুগুম্বা মীশক অদু মপুঙদা নুমিৎ তরামঙানিদগী হেন্দনা অদুগা মেজিষ্টেট অদুনা একজিক্যুটিভ মেজিষ্ট্রেট ওইরগনা নুমিৎ তরেৎনী মপুঙ ফানা থম্নবা অয়াবা পীবা য়াই ঃ

অদুন্নদি ওইরবদা অদুগুম্বা মেজিষ্ট্রেট অদুনা –

(i) মথক্তা হায়খিবগুম্না অদুগুম্বা মীশক্তু মঙোন্দা থারকপদা; নৎত্রগা

(ii) মানা থম্নবা অয়াবা পীগ্রবা মতমগী তাংকক অদুনা লোইরবা নৎত্রগা লোইদ্রিঙৈগী মতম অমদা –

মীশক অদুবু থম্বগী তঙাইফদবা লৈতে খল্লবা অদুগা সেক্সন ৮ গী ঙমখৈতাকপা ৱাফমদুগী মনুংদা চল্লি হায়বা চপচানা লৌরবদি মহাক্না কোর্টতা কারকপা শোয়দনবা শেল থমহল্লগা অদুগুম্বা মীশক্তুবু থাদোকপা য়াই অমদি মানা মদুম্না চপচানা লৌদ্রগদিঅদুগুম্বা মীশক অদুবু ৱাফমদুগী হক লৈবা অখন্নবা কোর্টতুদা থাবা য়াই।

(সি) অখন্নবা কোর্ট অদুনা, সব-সেক্সন অসিগী ক্লোজ (দি) দা পীরিবা ফীভমসিংগী মখা পোন্না ক্লোজ (বি) গী মখাদা মদুদা থারকপা মীসক অদুগী মরীদা, কোদকী সেক্সন ১৬৭ কী মখাদা কেশ অমগী ৱায়েনবগী হক লৈবা মেজিষ্ট্রেট অমনা সেক্সন অসিগী মখাদা মঙোন্দা থারকপদা মানা কেশ অদু ৱায়েনবগী লৈবা শক্তি অদুমক শীজিন্নবা য়াই।

(দি) মথক্তা হায়খিবশিং সিগুম্বদদি নত্তনা এক্ট অসিগী মখাদা অরানবা অমা তৌরুবদগী মরাল লৈরবা নৎত্রগা অরানবা অমা তৌরে হায়না চিংনরবা মীশক অমত্তা অখন্নবা কোর্ট অমা নৎত্রগা হাই কোর্ট নত্তবা কোর্ট অমত্তনা শোইদনা কারক্নবা শেল থমহল্লগা থাদোকপা য়ারোই।

অদুন্নদি ওইরবদা অখন্নবা কোর্ট অমনা কনাগুম্বা মীশক অমত্তবু –

(i) অখন্নবা কোর্ট অদুনা অদুগুম্বা খুদোংচাবদু পীবগী থবক অদু পাঙথোকপা ওইথোক্লরোই হায়না নীংবগী মরম অদু ইদুনা চেজন ওইনা থল্লগা তৌবা নত্তনা কোর্টতা কারকপা শোয়দনবা শেল থল্লগা থারকপা দরখ্বাস্ত অদু য়াদে হায়দুনা মায়োক্তা লৈনবগী ৱাকৎ কৎলক্লিবা মীশক্তুদা খুদোংচাবা পীদনা; অমদি

(ii) ৱাকৎ কৎলক্লিবা মীদুনা দরখ্বাস্ত অদুগী মায়োক্তা লৈরগনা, অখন্নবা কোর্ট অদুনা মহাক অদুনা অরানবা অদু শোয়দনা তৌরমগনী হায়না থাজনবগী নাতৈচাবা মরম লৈরে হায়না চপচানা থাজবা লৈরবদি–

কোর্টতা কারকপা শোইদনবা শেল থমহল্লগা থাদোক্লোই।

মখা তাবা ওইনা করিগুম্বাদা অদুগুম্বা মীশক অদুনা মশাগী চহী তরাতরুক্কী মখাদা লৈবা মীওই, নৎত্রগা নুপী অমা নৎত্রগা অনাবা নৎত্রগা শোন্দম নাদম্বা মীশক অমা ওইরবদি নৎত্রগা করিগুম্বা অখন্নবা কোর্ট অদুনা ইদুনা চেজন চনশিনগদবা অখন্নবা

মরম অমগীদমক অসুম তৌবসি অচুম্বনী অমদি তৌফম থোকপনী হায়বসি চপচানা খল্লবদি অখন্নবা কোর্ট অদুনা অদুগুম্বা মীশক অমবু কোর্টতা কারকপা শোয়দনবা শেল থমহল্লগা থাদোকপা য়াই;

(ই) এক্ট অসিগী মখাদা তৌবা মরাল অমা ওইগদবা ৱাফমসিংগী ওইনা পীরকপা পুলিশকী পাউ অদু মুন্না য়েংলগা নৎত্রগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী নৎত্রগা মরি লৈনবা সরকার অদুনা অয়াবা পীরবা সরকার অমনা নৎত্রগা অৱাবা নঙলবা কনাগুম্বা মীশক অমনা নৎত্রগা মীশক অদুনা এসোসিয়েসন অদুগী মেম্বর ওইরবসু ওইদ্রবসু শকখঙলবা কঞ্জুমর এসোসিয়েসন অমনা তৌরকপা ৱাকত্তা অখন্নবা কোর্ট অমনা মরাল লৈরে হায়রিবা মীদুনা মরাল অদুগীদমক কোর্টকী থবক চথনবা মরাল অদু খঙবা য়াই।

(এফ) এক্ট অসিগী মখাদা তৌবা মরাল খুদিঙমক্কী থবক চথবা অসি অশম্বা মওঙদা তৌগনী অদু কোডকী সেক্সন ২৬২ দগী ২৬৫ ফাউবা (অনীমক য়াউবা), অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, অদুগুম্বা ৱায়েন্দুনা চলাইগনী ঃ

অদুম ওইনমক সেক্সন অসিগী মখাদা অসম্বা ৱায়েল অদু তৌবদা মরাল পীরবা মীশক অমবু চহী অনীদগী হেন্দবা মতমগী ওইনা কৈশুমশঙদা থম্নবা অখন্নবা কোর্ট অদুনা চৈরাক পীবদা আইন্না য়াবা ওইগনী।

(২) এক্ট অসিগী মখাদা মরাল অমগী ৱায়েল তৌবা মতমদা অখন্নবা কোর্ট অমনা এক্ট অসিগী মখাদা নত্তবা কোদকী মখাদা শীবা মরালগীসু ৱায়েল তৌরিবা অদুমক্তদা অদুম পুন্না তৌবা য়াই।

তৌবতদি অদুগুম্বা অতোপ্পা মরাল অদু অতোপ্পা আইনগী মখাদা সম্না ৱায়েল তৌবা য়াবা মরাল ওইগদবনী ঃ

অদুগা অতোপ্পা মরালগীদমক্তা ৱায়েল তৌবদুদা মরাল লৈরে হায়না প্রমান তৌরবদা অখন্নবা কোর্ট অদুনা অতোপ্পা অদুগুম্বা শম্না ৱায়েল তৌবা মরাল অদুগীদমক্তা পীফম থোকপা কৈশুমশঙদা থম্নবগী মতমদুদগী হেন্না সাংথনা কৈশুমশঙদা থম্নবা ৱায়েল পীবা য়াদে।

(৩) এক্টঅসিগী মখাদা তৌবা অরানবা অমগা হাকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা মরী লৈনৈ নৎত্রগা কাঙবু ওইবনি হায়না চিংনবা মীশক অমগী সাক্ষী লৌনবা অখন্নবা কোর্ট অমনা মরাল অদু তৌবদা মরুওইবা মীশক ওইনা নৎত্রগা ইনশিনবা অমা ওইনা তৌবা অতোপ্পা মী খুদিংঙগী মরীদা মানা খঙবা মপুঙফাবা ফীভমশিংদু মপুঙফানা অমদি শেংনা হায়দোক্কনী হায়বগী য়ানবদা অদুগুম্বা মীদুদা মরাল অমা ঙাকপীবা য়াই

অদুগা কোডকী সেক্সন ৩০৮ গী মরমগীদমক কনাগুম্বা মীশক অমবু ঙাকপীবা অসি কোডতুগী সেক্সন ৩০৭ কী মখাদা ঙাকপীখিবনী হায়না লৌগনী।

(৪) সেক্সন অসিদা য়াউরিবা করিগুম্বা অমত্তনা কোদকী সেক্সন ৪৩৯ গী মখাদা হায় কোর্ট অমনা কোর্টতা কারকপা শোয়দনবা শেল থমহল্লগা থাদোকপগী অখন্নবা শক্তি অদুদা করিসু শোকহনবা লৈরোই হায়না লৌগনী অদুগা হায় কোর্ট অদুনা সেক্সন অদুগী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (বি) গী মখাদা লৈবা শক্তি য়াউনা মেজিস্ট্রেটতুদা সেক্সন্দুগী মখাদা লানখৎপদু সেক্সন ১২-এ গী মখাদা লিংখিবা "অখন্নবা কোর্ট" তা লানখৎপদু য়াউরবগুম্না সক্তি শীজিন্নবা য়াই।

**১২-এবি। অনৌবা ৱারেপ তাবিনবা ৱাকৎপদা তাবা অমদি ৱারেপতু অমুক হন্না খন্নবা ঃ-**

হায়কোর্ট অমদা কোডকী কুনমাপন শুবা অমদি কুন্থ্রা শুবা তাংককশিংনা মসিদা পীবা শক্তিসিং অদু হায় কোর্ট অদুগী হক লৈবা মফমশিংগী মনুংদা লৈবা অখন্নবা কোর্ট অমসি হায় কোর্টকী হকলৈবা লমশিংগী মনুংদা লৈবা সেসন্সগী কোর্টনা ৱায়েন তৌবগুম্না লৌরগা মদুনা হেক য়ারিবমখৈ অদুগুম্বা শক্তিসিংদু চলাইগনী।

**১২-এসি। অখন্নবা কোর্ট অমগী ৱায়েনবগী থবক চত্থবদা কোদ শীজিন্নবা ঃ-**

এক্ট অসিদা তোঙানবা অমা পীরিবসি নত্তনা (কারকপা শোয়দনবা শেল থল্লগা থাদোকপা অমদি মী অমবু আইন্না পুনবা চুক্তুগী ৱারোলশিং য়াউবা) কোদকী ৱারোলশিং অদু অখন্নবা কোর্ট অমগী মমাঙদা চত্থরিবা ৱায়েল তৌবগী থবকশিংদা চলাইগনী অদুগা হায়রিবা ৱারোলসিংদুগীদমক্তা অখন্নবা কোর্ট অদুবু সেসন্স কোর্ট অমনী হায়না লৌগনী অদুগা অখন্নবা কোর্ট অমগী মমাঙদা ৱাকত্তু থাঙ্গত্তুনা থবক চত্থরিবা মীশক অদুবুনা মীয়ামগী ওইবা ৱাকৎ থাংগৎপা অমা ওইনা লৌগনী।

**১২-বি। সিভিল কোর্টশিংনা পীবা অরানবা তৌবা থিংনবা য়াথং ঃ-**

করিগুম্বা সিভিল কোর্ট অমত্তনা, অদুগুম্বা সরকার নৎত্রগা ওফিসারদুদা অরানবা তৌবা থিংনবা নৎত্রগা অতোপ্পা অৱাবা নংবা কোক্লবা থারকপা দরখাস্টকী নোটিশ পীরবা মতুংদা নত্তনা এক্ট অসিগী মখাদা নৎত্রগা এক্ট অসিগী মখাদা থোকপা য়াথং অমগী মখাদা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট নৎত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্ট অমা নৎত্রগা মীয়ামগী থবক তৌবা ওফিসার অমনা মাগী ওফিসকী ওইনা তৌবগী শক্তিগী মখাদা তৌখিবা নৎত্রগা তৌখিবনী হায়না লৌনবা থবক অমগী মরীদা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট নৎত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্ট অমগী নৎত্রগা মীয়ামগী থবক তৌবা ওফিসার অমগী মায়োক্তা অরানবা তৌবা থিংনবা য়াথং নৎত্রগা অৱাবা কোক্লবা য়াথং অমত্তা তৌবা য়াদে।

**১৩। য়াথংসিংগী মত্তাংদা লৌগদবা ৱাফম ঃ-**

এক্ট অসিনা নৎত্রগা এক্ট অসিগী মখাদা পীবা শক্তি শীজিন্নদুনা অঙম্বা অমনা থোকখিবনী হায়বা অমদি মানা সহী তৌরবা য়াথং অদু কোর্ট অমনা অদুগুম্বা য়াথং অদু অঙম্বদুনা দি ইন্দিয়ান ইভিদেন্স এক্ট, ১৮৭২ গী মখাদা থোকখিবনী হায়না লৌগনী।

**১৪। কেশ খরদা প্রমান পীবগী দায় ঃ-**

সেক্সন ৩ গী মখাদা মহাকপু করিগুম্বা থবক অমা তৌগনু হায়না থিংবা নৎত্রগা আইন্না মদু তৌবা য়াই হায়দুনা তৌবা নত্তনা পোৎশক অমা থম্বা য়াদে নৎত্রগা পার্মিৎ লাইসেন্স নৎত্রগা অতোপ্পা প্রমান তৌনবা চে অমত্তা য়াউদনা থম্বা য়াদে হায়বগী মায়োক্তা থল্লুবগী মায়োক্তা পীবা য়াথং ইন্দবগীদমক ৱায়েন তৌনবা থবক পায়খৎপদা, অদুগুম্বা অঙম্বগী অয়াবা য়াউখিবনী, পার্মিট, লাইসেন্স নৎত্রগা অতোপ্পা প্রমান তৌবা য়াবা চে-চাংশিং লৈ হায়বগী প্রমান পীবগী দায় মীশক্তুগী ওইগদবনী ।

**১৫। এক্টসিগী মখাদা লৌখৎখিবা থবক ভাক্তুনা থম্বা ঃ-**

(১) সেক্সন ৩ গী মখাদা থোকপা য়াথং অমা থবক ওইনা পুক্লিঙদা অমকপা লৈতনা চুম্মী হায়না থাজনা থবক ওইনা পাঙথোকপদা তৌফম থোকপনী খন্না তৌখিবা থবক অমগীদমক্তা মীশক অমত্তগী মায়োক্তা ৱাকৎপা, আইনগী থোঙদা থবক অমগীদমক্তা মীশক অমত্তগী মায়োক্তা ৱাকৎপা আইনগী থোঙদা থবক লৌখৎনবা ৱাকৎপা নৎত্রগা অতোপ্পা আইনগী মতুংইন্না থবক পায়খৎনিংঙাই লৈতে।

(২) পুক্লিঙদা অমকপা লৈতনা তৌখিবা নৎত্রগা সেক্সন ৩ গী মখাদা থোকখিবা য়াথং অমা পাঙথোক্লবগীদমক পুক্লিঙদা নীংলগা তৌখিবা খবক্তা থোকহনখিবা নৎত্রগা থোকপা য়াবা অমাঙ অতাগীদমক গবর্নমেন্টকী মায়োক্তা ৱাকৎনিংঙাই নৎত্রগা অতোপ্পা আইনগী মতুংইন্না থবক পায়খৎনীংঙাই লৈতে।

**১৫-এ। মীয়ামগী থবক তৌবিনবা মনাইনী হায়নবা মীওইশিংবু আইনগী মখাদা থবক লৌখৎপা ঃ-**

কনাগুম্বা মীয়ামগী থবক তৌবা মীশক অমবু সেক্সন ৩ গী মখাদা থোকপা য়াথং অমবু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা ওইনা মথৌ তৌবদা নৎত্রগা মথৌ তৌবদনী হায়না লৌনবা থবক অমা তৌবদা মরাল অমা তৌরে হায়দুনা মরাল শীরকপদা কোর্ট অমত্তনা মরাল অদু ঃ-

(এ) করিগুম্বা মীশক অমা মানা তৌই হায়রিবা মরাল অদু তৌবা মতমদুদা মহাক ইউনিয়নগী থবক থানাগী মরীদা থবক তৌরম্বা ওইরবদি সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টতগী,

(বি) করিগুম্বা মীশক অমা মানা তৌই হায়রিবা মরান অদু তৌবা মতমদুদা মহাক ষ্টেটকী থবক থনাগী মরীদা থবক তৌরম্বা ওইরবদি ষ্টেট গবর্নমেন্ট অদুদগী-মাঙজৌননা অয়াবা লৌরবা মতমদতা নত্তনা কোর্ট অমত্তনা অদুগুম্বা মরাল অদু খঙবা তৌরোই।

**১৬। ককথৎপশিং অমদি খাকহৌবশিং ঃ-**

(১) মখাগী আইনশিং অসি মসিনা ককলে ঃ

(এ) দি এসেনসিয়েল কোম্মোদিটিজ ওর্দিনেন্স, ১৯৫৫ (১৯৫৫ গী ১);

(বি) এক্ট অসিনা চৎনবা হৌখিবগী হেক মমাঙমক্তদা ষ্টেট অমদা চৎনরম্বা অতোপ্পা অদুগুম্বা আইন অদুনা তঙাইফদনা চঙবা ললোনপোৎ অমবু পুথোকপা, হুনবা অমদি য়েল্লোকপা অমদি ললোন ইতিক ফাউবা লাকশিল্লম্বা অদুগুম্বা আইনদু।

(২) অসিগুম্বা ককখিবসি লৈজদুনসু মসিনদি ককখ্রবা অদুগা এক্ট অসিনা চৎনবা হৌখিবগী হেক মমাঙদদি চৎনরম্বা অতোপ্পা আইন অমগী মখাদা অঙম্বা অমনা থোক্লম্বা নৎত্রগা থোক্লম্বনী হায়না লৌনবা য়াথং অমা এক্ট অসিগী মখাদা অদুগুম্বা য়াথং অমা থোকপা য়াবা ফাউবগী মখৈদি এক্ট অসিগী মখাদা থোকখিবনী হায়না লেগনী অদুগা করিগুম্বা অতোপ্পা য়াথং অমা, লাইসেন্স নৎত্রগা পার্মিৎ অমা নৎত্রগা পাউতাক অমা এক্ট অসিগী মখাদা থোক্তুনা হান্নগীদুগী মহুৎ শিন্দোক্ত্রিবমখৈ অদুম চৎনদুনা লৈখিগনী।

(৩) সব-সেক্সন (২) গী ৱারোলশিং অসিনদি জেনরেল ক্লোজেজ এক্ট ১৮৯৭ (১৮৯৭ গী ১০) কী সেক্সন ৬ তা য়াউরিবা ৱারোলশিংদা কায়হনবা করিসু থোকহল্লোই অদুগা মদু ওর্দিনান্স নৎত্রগা অতোপ্পা আইন অদু আইন অমা ওইরম্বদৌনা ওর্দিনান্স অদু নৎত্রগা সব-সেক্সন (১) দা পনখিবা অতোপ্পা আইন্দু ককপদা শীজিন্নগনী।

---

## এল. দি. এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফালগী ফোঙথ্রবা লাইরীকশিং

১। মুতুম্বা তোম্বগী "ইপু কৈ ওইবা" (মণিপুরী কোমিক, পার্ট বান /১৯৯৪)
২। „ „ "ইপু কৈ ওইবা" (মণিপুরী কোমিক, পার্ট টু /১৯৯৫)
৩। „ „ "সনা লৈবাক" (ড্রামা /১৯৯৬)
৪। ডাঃ সিঅাইচ নিংথোম্বগী "তুরেল তোবর্বানগী শৈশক্পা (শৈরেং /১৯৯৬)
৫। „ „ „ "থাবলদি ময়েক শেংবা অসুম হেক্তীশ্লকই" (বারীমচা /১৯৯৭)
৬। মুতুম্বা তোম্বগী " হৈবোঙ মনুংগী তিল" (ড্রামা /২০০০)
৭। এম. রাজেন্দ্রনা (মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা) "দি চাইলদ লেবর এক্ট অমদি দি প্রিভেন্সন ওফ সেদিসিয়স এক্ট (ফোঙবা /২০০০)
৮। „ „(মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা) "দি মণিপুর শোপ্স এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস এক্ট" (ফোঙবা /২০০০)
৯। „ „(মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা) "দি এসেনসিয়েল কোম্মোদিটিজ এক্ট" (ফোঙবা /২০০০)

## অথুবা মতমদা ফোঙলগদবা মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী লাইরীকশিং খরা

১। Studies in the History of Manipur (A.D. 1508 to A.D. 1709)
২। দি ফুদ এদলটরেসন এক্ট, ১৯৫৪
৩। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৫৪
৪। দি মণিপুর শোপ্স এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস রুলস, ১৯৭৩
৫। রাজেন্দ্রগী বারেংশিং অদুগা
৬। য়ুম্নাম নিংথেমগী "বারী শীংবুল অমা চৈশু অমা"

# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬

## (১৯৮৬ কী এক্ট নং ৬৮)

## (রুলসকা লোয়নরবা)

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা :

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬

## (১৯৮৬ কী এক্ট নং ৬৮)

## অমদি

# দি মনিপুর কঞ্জুমর প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯

(মীতৈলোন্দা হন্দোক্লবা)

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা

**মোইরাংথেম রাজেন্দ্র**

সোইবম লৈকাই, খঙলাবুঙ লৈরক, ইম্ফাল।



এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল

**The Consumer Protection Act, 1986**

(Act No. 68 of 1986) and

**The Manipur Consumer Protection Rules, 1989**

*Translated into Meeteilon by*

**Moirangthem Rajendra**



অহানবা ফোঙবা ঃ ওক্টোবর, ২০০০

কোপী মশিংঙ ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

ফোঙজবী ঃ মোইরাংথেম ওঙবী ইবেচানা এলঃ দিঃ এমঃ
আর্টস সেন্টরগীদমক ফোঙজবা।



মমল ঃ লুপা : ৩০/-

**To be had of :**

**MOIRANGTHEM RAJENDRA**
**Soibam Leikai Khanglabung Leirak**
**Tele. No. : 440088**

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।



লৈখিদ্রবা ঐগী ইয়াম্বা অহল ँমোইরাংথেম আনন্দ

(ইং ১২/১০/১৯২১—৬/৭/১৯৯৯) গী

খুয়া খাদা কৎচরী

কৎচরিবা ঃ

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

## অফোঙবগী মায়কৈদগী

করিগুম্বা লৈবাক অমদা চৎনরিবা আইনশিং অসি লৈবাক অদুদা লৈরিবা মীপুম খুদিঙনা — লাইরিক হৈবা হৈতবা থিদনা অদুগুম্বা আইনশিং অদু খঙলবসু খঙদ্রবসু — খঙই হায়না লৌগনী হায়না আইন্না হায়রি। অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা হায়বদি ভারত পুম্বদা ফংইবা আইনগী লাইরিকশিং অসি অয়াম্বনা ইংলিশতা ইবনী। অদুমকপু ভারতকী ষ্টেট কয়াদা লৈরিবা মীশিংনা মাগী মাগী মরোলশিংদা ৱাহন্থোক তৌদুনা মাগী মাগী মীয়ামবু চৎনরিবা আইনশিং খঙহন্নবা লনাই মীওইশিং অমদি লুপশিংনা হোৎনরি। ঐখোয়গী মনিপুর অসিদসু মমাঙদা মীওই খরনা এক্ত অমা অনী মীতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা ফোঙবিরম্বসু থেংনরে। মদু অফবা থবক অমনী হায়না খঞ্জবগা লোয়ননা এল. দি. এম. আর্টস সেন্টরনা শৈরেং, ৱারী মচা, নোভেল অমদি ড্রামানচিংবা ফোঙজদুনা মীয়ামগী সেবা তৌজরকপনী। অদুবু হীরম অসিদদি সেন্টর অসিনা থবক ইতৌ তৌরকখিদবদুদা অৱাৎপা অসি মেনখৎপা খরগী মখৈদি ঙমগদরা হায়বগী ৱাখলদা সাং সোইবম লৈকাই খঙলাবুঙ লৈরক্তা লৈবা থাঙ্গৈশেংনা এদভোকেট ওইনা ৱায়েলশঙ-নচিংবদা লেপ্পা খোৎপবুদি তৌদ্রবসু রেজিষ্টার তৌদুনা এদবোকেটতি ওইরব **শ্রীমৈইরাংথেম রাজেন্দ্র**-দা হায়জরুবদগী য়াবিরক্তুনা মমাঙদা লাইরিব ওইনা অহুম অমসু ফোঙখ্রবা মতুংদা মরিশুবা অসিমসু ফোঙজরি। মখ তাবসু ফোঙজরকখিগনী। ফঙ্গৎনবা পাউতাক পীবিরকপদা তরাম্না লৌজগনী

মুতুৱা তোম্বা

*সেক্রেটরী*

এল. দি. এম. আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল।

# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬
## (১৯৮৬ কী এক্ট নং ৬৮)

### য়াউরিবশিং

১বা তাংকক

**ৱাহৌদোক**


| | সেক্সন | লমায় |
|---|---|---|
| ১। | অতেনবা মিং, চৎনফম, চৎনবা হৌবা অমদি শীজিন্নবা | ১ |
| ২। | ৱাহঙ্খোকশিং | ২ |
| ৩। | এক্ট সিনা অতোপ্পা করিগুম্বা আইনবু হন্থহল্লোইদবা | ১২ |


২বা তাংকক


| | | |
|---|---|---|
| ৪। | দি সেন্ট্রেল কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউন্সিল | ১৩ |
| ৫। | সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী মীতিংশিংগী থৌওঙ | ১৩ |
| ৬। | সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী পান্দমশিং | ১৪ |
| ৭। | ষ্টেট কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউন্সিলশিং | ১৪ |


৩বা তাংকক

**কঞ্জুমর দিস্পুটস রিদ্রেসেল এজেন্সিজ**


| | | |
|---|---|---|
| ৯। | কঞ্জুম্মর দিস্পুটস রিদ্রেসেল এজেন্সিশিং লিংখৎপা | ১৫ |
| ১০। | দিষ্ট্রিক্ট ফোরম শেম্বা | ১৬ |
| ১১। | দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্কী ঙমখৈ | ১৭ |
| ১২। | ৱাকৎ থাঙ্গৎনবগী মওঙ | ১৮ |
| ১৩। | ৱাকৎ ফংলগা তৌগদবা থৌওঙ | ১৯ |
| ১৪। | দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী ৱারেপ | ২৩ |
| ১৫। | এপিল | ২৫ |
| ১৬। | ষ্টেট কম্মিশন শেম্বা | ২৫ |
| ১৭। | ষ্টেট কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক | ২৬ |

১৮। ষ্টেট কম্মিশনদা শীজিন্নবা য়াবা থৌওঙ ২৭
১৮-এ। প্রসিদেন্টকী ফম হাণ্ডবা ২৭
১৯। এপিলশিং ২৭
২০। নেশনেল কম্মিশন শেম্বা ২৭
২১। নেশনেল কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক ২৯
২২। নেশনেল কম্মিশনগী পাঙ্গল অমদি চলাইগদবা থৌওঙ ২৯
২৩। এপিল ৩০
২৪। য়াথংশিংদা অরোইবা নাইহনবা ৩০
২৪- এ। মতমগী ঙমখৈ ৩০
২৪- বি। থবক শীনবগী মরীদা লাকশিনবা ৩০
২৫। দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না য়াথংশিং চৎনহনবা ৩১
২৬। কৈশু লৈতবা নত্রগা মীবু ওৎনবা তৌবা ৱাকৎ খন্নরোইদবা ৩২
২৭। চৈরাকশিং ৩২

## ৪বা তাংকক

**মখল মথেল**

২৮। পুক্লিঙদা ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা থবকপু কনবা ৩৩
২৯। অরুবা ফীভমশিং লৈহন্দবগী পাঙ্গল ৩৩
৩০। পথাপশিং (রুলশিং) শেম্বগী পাঙ্গল ৩৩
৩১। পথাপশিং (পার্লিয়ামেন্টতা) থম্বা ৩৪

# দি মনিপুর কঞ্জুমর প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯
# মীতৈলোন্দা হন্দোক্রবা

## য়াউরিবশিং


| | সেক্সন | লমায় |
|---|---|---|
| ১। | অতেনবা মিং অমদি চৎনবা হৌবা | ৩৬ |
| ২। | ৱাহংথোকশিং | ৩৬ |
| ৩। | দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংগী তলবশিং অমদি ফীভমশিং [সেক্সন ১০ (৩)] | ৩৭ |
| ৪। | দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী ফম্থক্ম অমদি মরী লৈনবা অতৈ হীরমশিং [সেক্সন ১৪ (৩)] | ৩৮ |
| ৫। | পোৎশিংদু থাইদোক থাইজিনগা চাংয়েংগা তৌনবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না শীজিন্নগদবা থৌওঙ [সেক্সন ১৩ (১)] (সি) | ৪০ |
| ৬। | ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্টকা মেম্বরশিংগগী তলবকা অৱামলগা অমদি (মখোয়গী থবক্কী) মতমশিং অমদি ফীভমশিং [সেক্সন ১৬ (২)] | ৪১ |
| ৭। | ষ্টেট কম্মিশনগী ফম্থক্ম অমদি মরী লৈনবা অতৈ হীরমশিং [সেক্সন ১৮ গা পাম্নিরগা সেক্সন ১৪ (৩)] | ৪৩ |
| ৮। | এপিল তাবগী থৌওঙ [সেক্সন ১৫] | ৪৪ |

# দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬
# (১৯৮৬ কী এক্ট নং ৬৮)

[সেপ্টেম্বর ২৮, ১৯৮৬]

পোৎথোক নত্রগা অতোপ্পনা তৌবিবা থবক শীজিন্নরিবশিংগী খুদোংচাবা হেন্না নিংথিনা ঙাক্লবা অমদি মদুগীদমক্তা শীজিন্নরিবদুগী খৎনচৈনবা য়েৎনখোৎনবা অমদি মদুগা মরী লৈনবা ৱাফমশিং ৱাতেমদুনা লোইশিন্ননবা, পোৎথোক নত্রগা অতোপ্পনা তৌবিবা থবক শীজিন্নরিবগী কাউনসিলশিং অমদি অতৈ অঙস্বশিং থম্নবা ৱারোল পীবা আইন অমা।

লৈবাক মীয়ামগী লৈঙাক্লোন লৈরবা ভারতকী কুন্থ্রাতরেৎশুবা চহীসিদা পার্লিয়ামেন্টনা মসি মখাগী অসুম্না এক্ট ওইনা শেম্মসনু (শেম্লে) ঃ—

## ১বা তাংকক

## ৱাহৌদোক

১। **অতেনবা মিং, চৎনফম, চৎনবা হৌবা অমদি শীজিন্নবা —**

(১) এক্ট অসি দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ কৌবা য়াই (কৌগনী)।

(২) মসি জম্মু অমদি কাশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম খুদিঙদা চৎনগনী।

---

১। নোটিফিকেসন নং এসঃ ওঃ ৩৯০ (ই) তারিখ ১৫-৪-১৯৮৭ কী মতুং ইন্না ১বা, ২শুবা অমদি ৪ শুবা তাংককশিং অসি জম্মু অমদি কাশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম খুদিংদা তাং ১৫-৪-১৯৮৭ তগী চৎনখ্রে। নোটিফিকেসন নং এসঃওঃ ৫৬৮ (ই) তারিখ ১০-৬-১৯৮৭ কী মতুইন্না ৩শুবা তাংকক অসিনা জম্মু অমদি কাশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম খুদিঙদা তাং ১-৭-১৯৮৭ গী চৎনখ্রে।

(৩) মসি সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্কুনা অদুগুম্বা অদুদগী চৎনগনী হায়না লেপ্পা তারিখ[১] অদুদগী চৎনগনী অদুগা তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংগী অদুগা আইন অসিগী তোঙান তোঙানবা ৱারোলশিংগী চৎননবা তোঙান তোঙানবা তারিখশিং লেপ্পা য়াই।

(৪) এক্ট অসি সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্কুনা তশেংনা চৎনরোই হায়দুনা পীরবা মফমশিংদা নত্তনা পোৎ চৈশিং অমদি অতোপ্পনা তৌরিবা থবকশিংদা শীজিন্নগনী।

২। **ৱাহন্থোকশিং —**

(১) ৱাহৈশিংগী মাঙ-তুংদা য়াউরিবশিংদুনা অতোপ্পা ৱাহন্থোক চেলহন্দ্রবদি এক্ট অসিদা —

[(এ) "চপচাবা সাইন্সকী চাংয়েংশঙ" হায়বসি —

(i) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা শক খঙলবা; নত্রগা

(ii) ৱাফম অসিগী মরীদা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা অসুম তৌগদবনী হায়দুনা শেল্লবা পথাপকী মখাদা পীরকপা পোরমশিংগী মতুংইন্না ষ্টেট গবর্নমেন্টনা শক খঙলবা; নত্রগা

(iii) পোৎশকশিংবু অশোয় অঙাম য়াউব্রা হায়দুনা মচা খায়না য়েংনবা নত্রগা চাংয়েং তৌনবগীদমক্তা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ঙাক্লৌ পীবা, শেল থাদবিবা নত্রগা মতেং পীবা, চৎনব্বিবা আইন অমনা নত্রগা আইন অমগী মখাদা লিংখৎপা অদুগুম্বা সাইন্সকী চাংয়েংশঙ নত্রগা শেমগৎলবা লুপ অমা হায়বনী][১];

[(এএ) "ওফিশ মশা" হায়বসি —

(i) ওফিশ মশানী হায়না অয়েৎপা কাঙবুনা হায়বা (ওফিশ) অমা; নত্রগা

(ii) লোয়শঙদুগী মকোক ওইরিবা ওফিশতুনা তৌরিবা থবকশিংদুগা চপ মান্ননা নত্রগা মপুঙদা মান্ননা থবক তৌরিবা ওফিশতুবুনি][২];

১,২। তাং ১৮-৬-৯৩ ইংদগী হৌনা দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ (১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০) না মহুৎ শিঞ্জিল্লকপনী।

(বি) "ব্রাকৎপা মী" হায়বসি —

(i) পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশক অমা; নত্রগা

(ii)"দি কম্পেনিজ এক্ট, ১৯৫৬", (১৯৫৬ কী ১০) কী নত্রগা চৎনরিবা অতোপ্পা এক্ট অমগী মখাদা মিং চনখৎলবা লনাই ওইনা তৌবা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবশিংগী ক্লব অমা; নত্রগা

(iii) ব্রাকৎ থাঙ্গৎলিবা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট নত্রগা ষ্টেটকী গবর্নমেন্ট অমা; নত্রগা

[(iv) পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নরিবশিং অদু মশীং য়াম্লগনা ফংফম থোকপা হক মান্ননা লৈবা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা অমা নত্রগা অমদগী হেনববু হায়বনী][1];

(সি) "ব্রাকৎ" হায়বসি ব্রাকৎপা মী অদুনা ইদুনা —

[(i) ললোন ইতীক তৌবা মীওই অমনা ললোন ইতীক্তা চুমদবা ফজদবা নত্রগা অথিংবা পীবগী থৌদৌ অমা শীজিন্নরে][2];

[(ii) মানা লৈরবা নত্রগা লৈগে হায়বদা য়ারবা পোৎ অমদা অশোয়বা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না য়াউরে][3];

[(iii) নেক্লগা তৌহল্লবা নত্রগা খুনেক্লা তৌখ্রবা মাগী থবক নত্রগা নেকপদা য়ারবা নত্রগা খুনেক তৌদুনা মানা ফংখ্রবা থবক অদুগী মরী অমদা অশোয়বা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না য়াউরে][4];

(iv) ললোনবা মীশক অমনা ব্রাকত্তুদা পল্লিবা পোৎ অদুগী মমলদু মদুগী মখাদা লেপখ্রবা মমলদুদগী হেন্না লৌরে নত্রগা পোৎশক্তুগী নত্রগা পোৎশক্তু য়াউরিবা পোৎশক্তুগী নত্রগা পোৎশক্তু য়াউরিবা পোৎয়োমদুগী মথক্তা

১। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ না হাপচিনখিবনী তাং ১৮-৬-১৯৯৩ ইং দগী।
২গা ৩ গা। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮-৬-১৯৯৩ দগী মহৎ শিঞ্জিল্লকপনী।
৪। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮-৬-১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

(থাদুনা) অহেনবা মমলদু উৎলে হায়দুনা এক্ট অসিনা নত্রগা এক্ট অসিগী মখাদা পীরিবা মতেং অমা ফংজগে;

[(v) চৎনরিবা আইন অমগী মখাদা অদুগুম্বা পোৎশক অদুদা করি করি মচাক য়াউরিবনো করম তৌনা শীজিন্নগদবনো হায়বনচিংবদু ললোল্লিবা মীশকশিংনা উৎকদবনী হায়বা ৱারোলগী মায়োক্তা মীয়ামদা মখোয়গী পুন্সিদা অমদি অশোয় অঙাম থোক্তনা হিংবদা মদু শীজিন্নবনা খুদোং থীনিংঙাই ওইবা পোৎশকশিং য়োন্ননবা তৌরে ][১]; হায়দুনা হায়বদুনি।

(দি) "পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী" হায়বগী ৱাহন্থোক্তি– কনাগুম্বা –

(i) মমল পীদুনা নত্রগা পীগনী হায়দুনা নত্রগা মচেৎ অমা পীরগা মচেৎ অমনা কোন্না পীগনী হায়দুনা নত্রগা করিগুম্বা থেঙথনা মমল পীনবা য়াবা পথাপ অমগী মখাদা পোৎ চৈ লৈরিবা মীশক্তুবু পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা কৌই অদুগা মমল পীদুনা নত্রগা পীগনী হায়দুনা নত্রগা মচেৎ অমনা পীরগা মচেৎ অমনা কোন্না পীগনী হায়নরগা নত্রগা করিগুম্বদা থীঙ্গুনা মমল পীবা য়াবগী পথাপ অমগী মখাদা পোৎ চৈ লৈরিবা মীশক্তু নত্তবা পোৎচৈশিংদুবুদি সীজিন্নরিবা মীশক্তুসু পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী হায়বসিগী মনুং চল্লি, অদুবু অদুগুম্বা পোৎচৈশিং অদু অমুক য়োম্থোক্লবা নত্রগা ললোন ইতীক তৌনবা লৌরুরিবা মীশক্তুদি পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী হায়বসিগী মনুং চন্দে; নত্রগা

(ii) অনেকমল পীদুনা নত্রগা পীগনী হায়দুনা নত্রগা মচীৎ অমা পীরগা মচীৎ অমনা কোন্না পীগনী হায়নদুনা নত্রগা করিগুম্বা থীঙ্গুনা পীনবা য়াবা পথাপ অমগী মখাদা [নেক্তুনা অতোপ্পা অমবু মাগীদমক থবক

১। ১৯৯৩ গী এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮-৬-১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

তৌহনবা][1] মীশক অদুবু পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী কৌই অদুগা অনেকমল পীরগা নত্রগা পীগনী হায়দুনা নত্রগা মচীৎ অমা পীরগা মচীৎ অমা কোন্না পীগনী হায়দুনা নত্রগা থীহ্না পীনবা য়াবা পথাপ অমগী মখাদা অতোপ্পা অমবু থবক তৌহল্লিবা মীশক্তু নত্তবা নেকউরিবা মীশক অদুগী অয়াবা ফংদুনা মদুগী কান্নবা ফংলিবা অতোপ্পা মীশক্তুসু পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীগী মনুং চল্লি;

[ শন্দোকপা বারোলঃ সব-ক্লোজ (i) গীদমক্তদি মশানা মশাবু থবক পীজদুনা হিংনবা পাম্বে ফংননবগীদমক্তা পোৎচৈ শীজিন্নরিবা মীশক অমনা লৈদুনা শীজিন্নবদুদি "ললোন ইতীক তৌনবগীদমক" হায়বসিগী মনুং চন্দে;][2]

(ই) "পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী য়েৎনবা খৎন-চৈনবা" হায়বসি কনাগুম্বা মীশক অমনা মাগী মায়োক্তা ৱাকৎ তৌরকপা ৱাকত্তুদা য়াউরিবা ৱাফমদুদা মানা য়াদবা নত্রগা অয়েৎপা লৈবা অদুবু কৌই;

(ইফ) "অশোয়বা" হায়বসি চৎনরিবা আইন নত্রগা মদুগী মখাদা [ফোঙনবু ওইরবসু ফোঙদোক্তনা ৱাহঙ্খোক অদুম্মক লৈজরবা মওঙদা করিগুম্বা য়ানবা][3] অমগী মখাদা য়াউফম থোকপা মওঙশিং অদু য়াউগদবনী হায়দুনা লৈরবা মগুন, চাং, শক্তি, অশেংবা নত্রগা মগুন অমদি মমলগী চাং অদু য়াউই হায়দুনা ললোন ইতীক তৌরিবা মীদুনা হায়বশিং অদুদা অশোয়বা, মপুঙফাদবা নত্রগা থাক য়ৌদ্রবা হায়বনী;

(জি) "অয়াৎপা" হায়বগী ৱাহঙ্খোক্তি চৎনরিবা আইন অমনা নত্রগা মদুগী মখাদা নত্রগা করিগুম্বা য়ানবা অমগী মখাদা নত্রগা অতোপ্পা মওং অমদবু ওইরবসু অসুন্না তৌগে হায়দুনা দায়ী লৌদুনা তৌখ্রবা থবক অমগী মগুন্দা মহৌশাগী ওইফম থোকপা ফীবম অমদি মওঙদা নত্রগা থবক

---

১। ইং ১৯৯৩ গী এক্ট ৫০ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহৎশিনখিবনী।
২। ইং ১৯৯৩ গী এক্ট ৫০ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিনখিবনী।
৩। ইং ১৯৯৩ গী এক্ট ৫০ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিনল্লকদবনি।

খুৎপাংথোক্কুদা অশোয়বা, মপুঙফাদবা, অৱাৎপা নত্রগা য়ৌফম থোকপা থাক অদু য়ৌদবা হায়বনী;

(ঐচ) "দিষ্ট্রিক্ট ফোরম" হায়বদি সেক্সন ৯ গী ক্লোজ (এ) গী মখাদা লিংখৎপা কঞ্জুমর দিস্পুটস রিদ্রেশেল ফোরম হায়বনী;

(আই) "পোৎচৈ" হায়বসি দি সেলস ওফ গুদস এক্ট, ১৯৩০ (১৯৩০ গী ৩) না কদায়বু কৌবগে হায়না পীরবা পোৎচৈ হায়বদুনী;

(জে) "পোৎ শাবা (পুথোকপা) মী" হায়বসি—

(i) পোৎ অমা নত্রগা মদুগী শরুকশিং শেম্মিবা নত্রগা শারিবা; নত্রগা

(ii) পোৎ অমত্তা শেম্বা শাবদি তৌদনা অতোপ্পনা শেম্বা নত্রগা শাবা পোৎকী শরুকশিং অদু পানখৎলগা অরোইবা পোথোক অদুবু মানা শাবনী হায়জবা মীশক; নত্রগা

(iii) অতোপ্পা পোৎশক মীনা শেম্বা নত্রগা শাবা পোৎশক্তা মহাক মশাগী খুদম হাপ্পুনা নত্রগা হাপহন্দুনা মানা শেম্বনী নত্রগা শাবনী হায়রিবা মীশক অদুবুনী;

শন্দোকপা ৱারোল— কনাগুম্বা পোৎচৈ শাবা মীশক অমনা পোৎ অমা নত্রগা মদুগী শরুক্তু মহাক্না থম্বা ওফিস মশাদা থারগা অদুগুম্বা ওফিস মশা অদুনা মদুদা থারকপা শরুকশিংদু পানখৎপা অমদি য়োনবা নত্রগা য়েম্থোকপগী থবক্তু ওফিস মশাদুনা তৌজরবসু মদুবুদি পোৎ শাবনী হায়না লৌরোই।

[(জেজে) "মেম্বর" হায়বসিদা নেশনেল কম্মিশনগী ওইরবসু নত্রগা ষ্টেট অমগী কম্মিশন নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমগীবু ওইরবসু মদুগী প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বর য়াওই;][১]

(কে) "নেশনেল কম্মিশন" হায়বসি সেক্সন ৯ গী ক্লোজ (সি) গী মখাদা লিংখৎপা নেশনেল কঞ্জুমর দিস্পুটস রিদ্রেসেল কম্মিশন হায়বনী;

(এল) "নোটিফিকেসন" হায়বদি ওফিসিয়েল গেজেত্তা ফোঙবা নোটিফিকেসন অমা হায়বনি;

১। ইং ১৯৯৩ গী (এমন্দমেন্ট এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা হাপচিল্লকপনি।

(এম) "মীশক" হায়বসিদা --

(i) মিং চল্লবা নত্রগা চন্দবা ওইরবসু ফার্ম অমা; নত্রগা

(ii) তোঙান তোঙান চানদনা পুন্না লৈমিন্নরিবা হিন্দুশিংগী ইমুং অমা; নত্রগা

(iii) কোওপরেটিব সোসাইটি অমা;

(iv) দি সোসাইটিজ রেজিষ্ট্রেসন এক্ট ১৮৬০ (১৮৬০ গী ২১) গী মখাদা মিং চনখৎলববু ওইরবসু চনখত্রিববু ওরিবসু মীয়ামগী ওইবা অতোপ্পা লুপ খুদিঙমক-- য়াউই;

(এন) "লেপথোক্লবা" হায়বদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনবু ওইরবসু নত্রগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনবু ওইরবসু শেমদুনা ইনগদবা চৎনগদবনী হায়না লেপথোক্লবা হায়বনী;

[(এনএন) "ললোন ইতীক্তা অথিংবা পীবগী থৌদৌ" হায়বসি করিগুম্বা ললোন ইতীক্কী থৌদৌ অমনা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী অমবু পোৎ অমা লৈনবা নত্রগা থবক অমা নেকপা নত্রগা তৌহন্নবগী মাঙজৌনবা ফীভম অমা ওইনা অতোপ্পা পোৎ লৈবা নত্রগা থবক নেকপা নত্রগা তৌহনবগী তঙাইফদবা লৈহনববু কৌই;][1]

(ও) "থবক" হায়বসিগী ৱাহন্থোক্তি মদু শীজিন্নরগদৌরিবা মীশকশিংদা ফংহল্লিবা মখল অমগী থবক হায়বনী অদুগা মসিদা বেঙ্ককী, শেল থংদোক থংজিনগী, শিবা নাবা থোকপদা শেল ফংবগী মরুপকী, চথোক চৎশিনগী, পোৎচৈ শাদুনা থোকহনবগী থৌওঙগী, ইলেক্ট্রিক্কী নত্রগা অতোপ্পা শক্তি পীনবগী, (গাড়ীনচিংবদা) তোংখৎপগী নত্রগা পোৎ হাপ্পগী নত্রগা অনীমক্কী, [য়ুমকৈ শাবা],[2] মীঙোন্দা পীজ পীথক তৌবা, হরাউকুম্মৈগী নত্রগা থৌদোক ৱাথোক্কী পাউদম নত্রগা অতোপ্পা ঈ-পাউ পীবগী থবকশিংসু য়াউরি অদুবু মমল লৌদনা নত্রগা করিগুম্বা

১। ইং ১৯৯৩ গী (এমন্দমেন্ট এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা হাপচিল্লকপনি।

২। ইং ১৯৯৩ গী (এমন্দমেন্ট এক্ট নং ৫০ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহৎশিঞ্জিবনী।

য়ানবা অমগী মখাদা তৌবা লনাইগী ওইবা থবক্তি য়াউদে;

(পি) "ষ্টেট কম্মিশন" হায়বসি সেক্সন ৯ গী ক্লোজ (বি) গী মখাদা ষ্টেট অমনা লিংখৎপা কঞ্জুমর দিস্পুটস রিদ্রেসেল কম্মিশন অমবু কৌই;

(কিউ) "ললোন ইতীক তৌবা মী" হায়বসি পোৎশক অমগী মরীদা পোৎয়োনবা নত্রগা য়োন্নবগীদমক পোৎ য়েঙ্খোক্লিবা মীশক অদুনী অদুগা পোত্তুবু শারিবা মীদুসু য়াউই অদুগা পোত্তু য়োনবদা নত্রগা য়েঙ্খোকপদা পোৎয়োমগী মওঙদা য়োনবা নত্রগা য়েঙ্খোকপা ওইরগদি পোৎয়োমদু শারিবা মীদুবুসু অদুম্মক কৌগনী;

[(আর) "ললোন ইতীক্তা ফজদবা থৌদৌ" হায়বগী ৱাহঙ্খোক্তি পোৎ য়োনবদা, শীজিন্নবদা নত্রগা পোৎ অমা পীবদা নত্রগা মীগী থবক তৌবিবদা চাউখৎহন্নবগীদমক মখাগী থৌদৌশিংসিগী মনুংদা অমা য়াউনা ফজদবা পাম্বে নত্রগা ফজদবা নত্রগা মীনম্বগী থৌদৌবু কৌই, হায়বদি —

(১) চীন্নবু ওইরবসু নত্রগা অইববু ওইরবসু নত্রগা উননবা অয়েকপা লাই ওইনবু ওইরবসু —

(i) পোৎশিংদুবু মীনমদুনা অখন্নবা থবক, মগুন, চাং, মখল, মচল, মওঙ নত্রগা শক্তমদুগী পোৎনী হায়বা;

(ii) মীনমদুনা তৌরিবা থবকশিংদু অখন্নবা থাক, মগুন নত্রগা শক্তমগীনী হায়জিনবা;

(iii) মীনমদুনা অমুক হন্না শারবা, খুত্থাঙ অনী শুরবা, নৌথোকহল্লবা, অমুক হন্না ফীভম ফজনা থল্লবা নত্রগা অমনবা পোৎপু অহনবনী হায়জিনবা;

(iv) পোৎচৈশিং নত্রগা থবকশিংদুগী দায়ী পুবিনবা, অয়াবা পীবিনবা, পাঙথোক্লবা, তোপ তোপ্পা মগুন, তোপথোক তোপশিন তৌনবা মচাকশিং, কান্নবশিং নত্রগা ওইজবশিং লৈশুলৈতনা লৈ হায়বা;

(v) অয়োনবা মীদু নত্রগা হুল্লিবা মীদুগী দায়ী পুবিনবা নত্রগা মানা তৌরিবদুদা য়াই হায়বিনবা নত্রগা মানা অচৌবা অমগী মশা ওইদুনা লৈশুলৈতনা লৈ হায়বা;

(vi) করিগুম্বা পোৎচৈশিংগী তঙায়ফদবা নত্রগা কান্নবগী মরীদা ওইদবা নত্রগা লান্না লমজিং বগী ৱাঙাং ঙাঙবা;

(vii) পোত্থোক অমগী নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক অমগী থবক পাঙথোকপা, পাল্লিবা মহৈ থোকহনবা ঙম্বা নত্রগা মপুনশিগী অশাংবগী মরীদা মতীকচানা নত্রগা মওঙ চুম্না চাংয়েং তৌদনা মীয়ামদা শোইদ্রবনী হায়বা নত্রগা অমাঙ অতানচিংবা হঞ্জিন্নবা দায়ী লৌনবা হায়বা;

অদুবু অদুগুম্বা শোইদ্রবনী হায়বা নত্রগা অমাঙ অতা হঞ্জিন্নবা দায়ী লৌবন-চিংবগী মতাংদা মদু মতীকচানা নত্রগা মওঙ চুম্না চাংয়ং তৌখিবদা য়ুম্ফম ওইরগা তৌখিবনী হায়না মশাবু ঙাকথোক্লবগী ৱাফম লাকপদা প্রমান পীবগী দায়ী অদু অদুগুম্বা মশা কঞ্জনবা তৌরিবা মীশক অদুনা পুজগনী;

(viii) মীয়ামদা –

(i) পোত্থোক অমগী নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক নত্রগা থবক অমবু শোয়দ্রবনী নত্রগা অশোয় অঙাম থোক্লগা হঞ্জিন্নবা দায়ী লৌগনী; নত্রগা

(ii) পোৎশক অমা নত্রগা মদুগী শরুক অমা শিন্দোক্লবা, তেক্ত কায়দনা থম্লবা নত্রগা শেমজিন শাজনবা নত্রগা মদুনা ফংনিংইবা তাং দাংবা মহৈ অদু ফংদ্রিবা ফাউবা থবক অদু হঞ্জিন হঞ্জিন্না নত্রগা মখা তানা চথখিগনী – হায়বগী মওঙ তাবা ৱাঙাঙ অমা ঙাঙবা।

অদুনা করিগুম্বদা অদুগুম্বা অচুম্বনী নত্রগা অমাঙ অতা থোকপদা শিংজিনগনী হায়বগী নত্রগা ৱাশকপগী মওঙ মানবা অদুগী মচাক্তুনা লান্না লমজিংবা ওইরগদি নত্রগা

অদুগুম্বা অচুম্বা ঙাঙবা, শিংগনী হায়বা নত্রগা ৱাশক অদু পাঙথোক্কনী হায়বগী নাতৈ চাবা ওইথোকপা য়াবা লৈত্রবদিঃ

(ix) পোথোক অমবু নত্রগা মান্নবা পোথোকশিং নত্রগা পোৎচৈশিং নত্রগা থবকশিংবু মহৌশাগী ওইনা য়োনখ্রবা নত্রগা য়োল্লিবা নত্রগা পীখ্রবা অদুগী মমলগী মরীদা মরু ওইনা মীয়াম্বু লান্না লমজিংলবা, অদুগা, মরম অসিগীদমক্তা, করিগুম্বা পোথোক অদু য়োনখিবা নত্রগা থবকশিং তৌবিখিবা অদু মমল অদুদনী হায়বা মীশক নত্রগা মহাক্কী মহুত্তা হায়খিবা মীশক অদুনা শেংনা অকক্লনা তাক্ত্রবদি অয়োনবা নুপাদুনা পোথোক নত্রগা পোৎশিংদু নত্রগা থবক তৌবিরিবা মীদুনা থবকশিংদু মরী লৈনবা কৈথেল অদুদা মানা য়োনখিবা নত্রগা লৌখিবা মমল অদুগী মরীদা ঙাঙবা ৱাঙাঙনী হায়না লৌগনী;

(x) অতোপ্পা মীশক অমগী পোৎচৈ, থবকসিং নত্রগা কারবারবু মমল হন্থহন্নবা ওইদবা নত্রগা অশেংবা ৱাফমশিংবু লান্না লমজিংনবা ৱাঙাঙ ঙাঙবা।

**শন্দোকপা ৱারোল** — ক্লোজ (১) গী মরমগীদমক —

(এ) য়োন্নবগীদমক লাম্থোক্লবা নত্রগা উত্তুনা থম্লবা পোৎ অমগী মথক্তা নত্রগা মদুবু য়োল্লিবা চেনচিংবদুগী মথক্তা ফোঙদোক্লিবা নত্রগা

(বি) য়োন্নবগীদমক লাম্থোক্লবা নত্রগা উত্তুনা থম্লবা পোৎ অমদা নপশিনবা, মরক্তা য়েপশিনবা নত্রগা লোয়নবা করিগুম্বা পোৎশক অমদা, নত্রগা উৎনবা নত্রগা য়োন্নবা পোত্তুবু থাঙ্গৎত্তুনা থম্ফম ওইবা পোত্তুদা ফোঙদোক্লিবা; নত্রগা

(সি) য়োনখ্রবা, থাখ্রবা, খুৎশিন্নখ্রবা, মথাং চৎহনখ্রবা নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা মওঙ অমদা মীয়ামগী মরক্তা লৈবা মীশক্না ফংবা য়াবদা য়াউবা —

ৱাঙাঙ অদু মীদুনা অমদি মীদুখক্তনা মীয়ামদা ঙাঙখিবা ৱাঙাঙনী অদুগা ৱাঙাঙ অদু মদুগুম্না ফোঙদোকখিবা ঙাঙখিবা নত্রগা য়াউহনখিবনী হায়না লৌগনী;

(২) পোৎচৈশিং নত্রগা অতোপ্পগী থবকশিংদু মদুদা য়োনগে নত্রগা লৌগে হায়না খনবদি নত্তনা পোৎচৈশিং নত্রগা থবকশিংদু য়োন্নবা নত্রগা লৌনবা মমলনী হায়দুনা পাউচে অমদা নত্রগা অতোপ্পা মওঙদা মীয়ামদা শন্দোকপা নত্রগা কারবার তৌফম ওইরিবা কৈথেলদুগী মওঙ, তৌরিবা কারবার কারবারদুগী মখল অমদি পীকপা চাউবগী চাং অমদি শন্দোক্লিবদুগী মওঙদু য়েংলগা নাতৈচাবা মতমগী তাংকক অমগী ওইনা অমদি চাংশিংগী ওইনা নত্রগা পোৎচৈশিং নত্রগা অতোপ্পগী তৌবিবা থবকশিং-দুগীদমক মদুদা য়োনগে নত্রগা লৌগে খনবদি নত্তনা পোৎচৈশিংদু নত্রগা থবকশিংদুগী য়োন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমলনী হায়না শন্দোকপদা অয়াবা পীবা।

**শন্দোকপা ৱারোল—** ক্লোজ (২) গী মরমগীদমক "য়োন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমল" গী ৱাহঙ্খোকসি—

(এ) অচম্বা মমল অমদা নত্রগা অতোপ্পগা মরী লৈননা য়োন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমলনী হায়না শন্দোকপা অমদা হায়রিবা মমল অমা, নত্রগা

(বি) শন্দোক্লিবা পোথোক নত্রগা মদুগুম্বা পোথোকশিং মহৌশাগী ওইনা য়োন্নরিবা মমলদুগা য়েংনরুরগা কন্নাগুম্বা মীশক অমনা শন্দোক্লিবদু পারগদি, তারগা নত্রগা উরগা য়োন্নবা (নত্রগা লৌনবা) মমলনী হায়না লৌনগদবা মমল অমনি;

(৩) (এ) পীনী হায়না লাপ্থোক্লিবদুগুম্না পীগে হায়বগী অনীংবদি য়াউদনা খুদোনপোৎ, মনাশিং নত্রগা অতোপ অতোপ্পা পোৎশকশিং পীগনী হায়না লাপ্থোকপা নত্রগা য়োপ্থোক য়োনশিন তৌবগী থবক অদু হেক পাঙথোকপদা পোত্তুগী মমলনী হায়না পীয়ু হায়রিবা শেনফম অদুনা পীগনী হায়রিবা নত্রগা লাপ্থোক্লিবা পোত্তুগী মমলদুসু মপুম ওইনা নত্রগা মচেৎ ওইনা য়াউখ্রবদুবু লেপ্পা নত্রগা মমল য়াউদনা পীবিরক্লবনী হায়না খলহনবা;

(বি) করিগুম্বা পোথোক অমবু হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা য়োনবদা, শীজিন্নবদা নত্রগা হুনবদা নত্রগা করিগুম্বা কারবার অমগী কান্নবগীদমক্তা চাংদম্নবা, লাইবক্কী চাংয়েং, লাই বক্কী নত্রগা হৈশিংবগী মশান্না পাঙথোকহনবা;

(৪) তৌবা ঙম্বা অঙম্বনা পোৎশিংদু শীজিন্নরিবা মীশক্তা শোকপগী খুদোং থীবদু থিংনবা নত্রগা হন্থনবগীদমক তৌবা ঙম্বা অঙম্বনা পোৎশিং অদুগী থবক খুৎপাঙথোক, শাগৎপগী মশাগৎ, মনুংদা য়াউরিবশিং, শক্তম, শারিবা মশাশিং, লোইশিনবা খুৎলোইশিন নত্রগা য়োমশিনবগী খুৎয়োমশিন মসুম তৌগদবনী হায়দুনা য়াখোক্তুনা পীরবা অদুগী থাকশিংদু খঙনা খঙনা নত্রগা থাজনবগী মরম লৈনা লৈনা পোখোক শীজিন্নরিবশিংনা শীজিন্ন হন্নবগীদমক নত্রগা শীজিন্নবা য়ারবা পোৎশিংনী খলহন্না লৈহনবা নত্রগা হুলহনবা;

(৫) করিগুম্বা পোৎচৈশিং পৈশিন্দুনা থম্বা নত্রগা মচেৎ মচেৎ তাহনবা নত্রগা পোৎচৈশিং য়োম্থোকউ হায়বা নত্রগা করিগুম্বা থবক অমা তৌবিয়ু হায়বদা য়াদবনা অদুগুম্বা নত্রগা অতোপ্পা মান্নবা পোৎশিং নত্রগা থবকশিং অদুগী মমল হেনগৎপা নত্রগা হেনগৎকনবা নত্রগা হেনগৎহনগে নীংনা পোৎচৈ পৈশিলহনবা নত্রগা মচেৎ মচেৎ তাহনবা নত্রগা পোৎচৈশিং অদুবু য়োনবা নত্রগা য়োন্নবা ফংহনবা নত্রগা থবক তৌবা য়াহন্দবা;

(৬) এক্ট অসিদা পনবা অতোপ্পা এক্ট অমা নত্রগা মদুগী ৱারোনদু করিগুম্বা এক্ট অদুদি চৎনদবা মফম অমদা অদুগুম্বা পল্লিবা এক্টনত্রগা ৱারোলদু অদুগুম্বা মফমদুদা চৎনরিবগুম্না ৱাহন্থোক লৌগনী।

৩। **এক্টসিনা অতোপ্পা করিগুম্বা আইনবু হন্থহল্লোইদবা** – এক্ট অসিগী পীরিবা ৱারোলশিং অসি অতৈ অতোপ্পা চৎনরিবা আইন অমগী ৱারোলশিংদা হেনগৎহনবা নত্তনা হন্থহন্নবা ওইরোই।

## ২বা তাংকক

## কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউনসিলস

৪। **দি সেন্ট্রেল কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউনসিল —**

(১) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্কুনা অদুগুম্বা নোটিফিকেসন অদুদা পনবা অদুগুম্বা তারিখ অদুদগী চৎনবা হৌগদবা সেন্ট্রেল কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউনসিল কৌবা (মসিগী মতুংদগীদি সেন্ট্রেল কাউন্সিল হায়না পনখ্রবা) কাউন্সিল অমা লিংখৎপা য়াই।

(২) সেন্ট্রেল কাউন্সিল অদু মখাগী মেম্বরশিংসিনা শাগনী, হায়বদি ঃ-

(এ) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী [কঞ্জুমর এফিয়ারস][১] কী থবক পুবা মিনিষ্টর অদুগা মহাক্না মদুগী চিয়ারমেন ওইগনী, অদুগা

(বি) অতোপ্পা অসুক ওইগদবনী হায়না লেপ্লবা ওফিসিয়েল নত্রগা অদুগুম্বা অদুগুম্বা মখলগী হক লৈবশিংগী মহুৎ শিন্দুনা নন-ওফিসিয়েল মেম্বরশিং অসুক য়াউগদবনী হায়না লেপ্লবা অদুগুম্বা মশীং

৫। **সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী মীতিংশিংগী থৌওঙ ঃ**

(১) সেন্ট্রেল কাউন্সিল অসি তঙায় হেক ফরক্তবদা মিতিং তৌগনী, চহী খুদিংগী [য়ামদ্রবদা মিতিং অমা][২] তৌগনী।

---

১। কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ না "ফুদ এন্দ সিভিল সপ্লাইজগী দিপার্টমেন্ট" হায়বা ৱাহৈশিংগী মহুত্তা ১৮-৬-১৯৯৩ দগী মহুৎ শিনখিবনী।

২। কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ না "মিতিং অহুম্লক্তগী তাদনা" হায়বা ৱাহৈশিংসিগী মহুত্তা তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎ শিঞ্জিনখ্রে।

(২) চিয়ারমেন্না লেপ্পা অদুগুম্বা মফম অমদি মতমদুদা সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী মিতিং তৌগনী অদুগা মদুগী থবকশিং পাঙথোকপগী লেপথোক্লবা শেন্নবা অদুগুম্বা থৌওঙ অদু ইনগনী।

৬। **সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী পান্দমশিং** — সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী পান্দমসি পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশিংগী (মখাগী) অসিগুম্বা হকশিং হেনগৎহন্নবা অমদি ঙাক্লবনী ঃ -

(এ) পুক্সি অমদি লনথুমদা খুদোংথীনিংঙাই ওইগদবা পোৎচৈশিং [অমদি থবকশিং][১] য়োম্বোক য়োনশিন পীথোক পীশিন তৌবা থিংবগী হক;

(বি) পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবশিংবু ললোন ইতীক্তা ফজদবা থৌদৌশিংদগী ঙাকথোক্লবগীদমক পোৎশিংগী [নত্রগা থবকশিংগীবু ওইরবসু][১] মতীক, চাং, পাঙ্গল, অশেংবা, থাক অমদি মমলগী মরীদা পাউ পীবগী হক;

(সি) মখল মখাগী পোৎশিং [অমদি থবকশিং][২] চাংদম্নবা য়াবা মমলশিং হেক য়ারিবমখৈ শোয়দনা খঙহন্নবা হক;

(দি) চানবা ব্রায়েনশঙশিংনা পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নরিবশিংগী (ব্রাকৎ) তাবিবা অমদি খন্নবিবগী হক;

(ই) ললোন ইতীক্তা ফজদবা থৌদৌ তৌবা [নত্রগা ললোন ইতীক্তা অথিংবা পীবগী থৌদৌ][৩] নত্রগা অচুম চুমদ খঙদনা ফত্তবা মওঙদা পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নরিবশিংবু নৈহৎপীবদগী কোকথোকপিহন্নবা (ব্রাকৎপনচিংবা) তৌবগী হক; অমদি

(এফ) পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী মরীগী ওইবা মহৈ মশিং তম্বগী হক।

৭। **ষ্টেট কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউন্সিলশিং**—

(১) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা অদুগুম্বা নোটিফিকেসন্দুনা পন্দুনা পীরিবা অদুগুম্বা তারিখ অদুদগী হৌনা কঞ্জুমর প্রোটেক্সন কাউন্সিল (মসিগী

১,২,৩। ইং ১৯৯৩ গী এক্ট ৫০ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিনখিবনী।

মথৎংদগীদি ষ্টেট কাউন্সিল হায়না পনখ্রবা) হায়না খঙনরবা কাউন্সিল অমা লিংখৎপা য়াই।

(২) ষ্টেট কাউন্সিল অদু মখাগী মেম্বরশিংসিনা শাগনী, হায়বদি ঃ-

[(এ) পোথোক নত্রগা থবক শীজিন্নবগী থবকশিং পুরিবা মিনিষ্টর অদুগা মহাক্না মদুগী চিয়ারমেন ওইগনী।

(বি) অতোপ্পা অসুক ওইগদবনি হায়না লেপ্লবা ওফিসিয়েল নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অদুগুম্বা অদুগুম্বা মখলগী হক লৈবশিংগী মহুৎ শিনগদবা নন-ওফিসিয়েল মেম্বরশিং।

(৩) ষ্টেট কাউন্সিলশিংগী মিতিংসি তঙাইফদবা লৈরকপগা হেক্তা তৌগনি অদুবু চহি খুদিংগী ওইনা মিতিং অনিরক্তগী তাদনদি তৌগদবনি।

(৪) ষ্টেট কাউন্সিলশিং অসি চিয়ারমেন্না অদুগুম্বা মফম অমদি মতমদা উনফম থোকই খনবা অদুদা উনগনি অদুগা মদুগী থবকশিং পাংথোক্লবগীদমক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা লেপথোক্লবা শেমলবা অদুগুম্বা থৌওং অদু ইনগনি।][1]

৮। **ষ্টেট কাউন্সিলগী পান্দমশিং ঃ—** ষ্টেট কাউন্সিল খুদিংমক্কী পান্দমশিং অসি ষ্টেট অদুগী মনুংদা সেক্সন ৬ কী ক্লোজ (এ) দগী (এফ) ফাওবদা পীরিবা হকশিংদু হেনগৎনবা অমদি ঙাক্লবনী।

## ৩বা তাংকক

## কঞ্জুমর দিস্পুটস রিড্রেসেল এজেন্সিজ

৯। **কঞ্জুমর দিস্পুটস রিড্রেসেল এজেন্সিশিং লিংখৎপা —**

এক্ট অসিগী মরমগীদমক মখাগী এজেন্সিশিং (লোয়শঙশিং) অসি লিংখৎকনি, হায়বদি ঃ-

(এ) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্লুনা লিংখৎপা ষ্টেট অদুগী জিলা খুদিংমক্তা [ x x x x ][2] "দিষ্ট্রিক্ট ফোরম"

---

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্টন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিনখিবনী।

২। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্টন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা লৌথোকখ্রে।

হায়না খণ্ডনগদবা কঞ্জুমর দিস্পুট রিদ্রেসেল ফোরম অমমম; [অদুমকপু জিলা অমদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসুম তৌফম থোকই খল্লবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমদগী হেন্না লিংখৎপা য়াই।][১]

(বি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা লিংখৎপা [x x x x][২] ষ্টেট অদুদা "ষ্টেট কম্মিশন" হায়না খণ্ডনগদবা কঞ্জুমর দিস্পুট রিদ্রেসেল কম্মিশন, অমা অমদি,

(সি) নোটিফিকেসন থোক্তুনা সেনট্রেল গবর্নমেন্টনা লিংখৎপা নেসনেল কঞ্জুমর দিস্পুট রিদ্রেসেল কমিসন অমা।

১০। **দিষ্ট্রিক্ট ফোরম শেম্বাঃ —**

[(১) দিষ্ট্রিক্ট ফোরম খুদিংমক —

(এ) দিষ্ট্রিক্ট জজ ওইবা নত্রগা ওইরুরবা নত্রগা ওইবদা মতীক চারবা মীশক অমা অদুগা মানা প্রসিদেন্ট ওইগনী;

(বি) শক্তি, পুকচেল শেংবা অমদি মরাতানা মিংচৎ লৈরবা অমদি শেম্মিৎলোন, আইন, ললোনইতীক, নত্রগা শীন্দোক শীঞ্জিন অমদি লৈবাক ঙাকপগী থবক্কী মরীদা লৌশিং লৈরবা, হকথেংননা থেংনদুনা ফংবা লৌশিং নত্রগা মখোয়শিং অসিগী অরুবা ৱাফমশিং থেংনদুনা লীৎথোক্লবা পাম্বৈ পুথোকপগী শক্তি লৈরে হায়বসি উৎলবা মীশক অনীগনা শাগনী অদুগা মখোয়গী মনুংদা অমদি নুপী ওইগনী।][৩]

[(১-এ) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা ফম হাপ্পা খুদিংমক মখাগীশিং অসিনা শাবা মী খন্দোক খঞ্জিন তৌনবা কম্মিটি অমগী পাউতাক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা তৌগনী, হায়বদিঃ—

(i) ষ্টেট কম্মিসনগী প্রসিদেন্ট — চিয়ারমেন।

(ii) ষ্টেট লো দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি — মেম্বর।

---

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্টন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিঞ্জিল্লকপনী।

২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্টন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা লৌথোকখ্রে।

৩। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্টন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎশিনখিবনি।

(iii) ষ্টেট অদুগী পোখোকনত্রগা অতোপ্পগী থবক শিজিন্নবশিংগী থবকশিং পুরিবা দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি — মেম্বর।][১]

(২) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মেম্বর খুদিঙমক চহী মঙাগী মতম নত্রগা চহী ৬৫ শুবা ফাউবগী মরক্তা হেন্না ঙনখৎপা মতমগী ওইনা থবক পায়গনী, অদুগা অমুক হন্না হাপ্পবগী মতীক চাবদি ওইরোই।

অদুম্নদি ওইরবদা মেম্বর অমনা ষ্টেট গবর্নমেন্টতা মশাগী মখুৎনা ইদুনা মাগী থবক্তুদগী তোকপা য়াই অদুগা মানা অদুম্না তোকপদু য়ারবদা মাগী ফম অদু হাঙলগনী অদুগা অহাঙবদু ফম থাদোকখ্রবা মেম্বর অদুগী কাঙলুপকী মরীদা সব-সেক্সন (১) দা পনখ্রবা মগুনশিংগী মনুংদা অমা চেনবা মীশক অমা হাপ্পুনা মেনশিনগনী।

(৩) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মেম্বরশিংগী তলব নত্রগা অৱামল অমদি অতৈ পীবা য়াবা শেলহাপ, অমদি অতৈ থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসুম ওইগনী হায়না লেপ্পদু ওইগনী।

১১। **দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্কী ঙমখৈ ঃ —**

(১) এক্ট অসিগী অতোপ্পা ৱারোলশিংগীদি মখা পোন্না তাল্লিবা অমাঙবা হজিন্নবা শেনফমগা পোৎচৈশিং নত্রগা থবকশিংদুগী মমলগনা ৱাকৎ পীখৎপগী ঙমখৈগী [লুপা লাখ মঙাদগী হেন্দবগী][২], ৱাকৎশিং তাবগী শক্তি দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদা লৈগনী।

(২) মদুগী হক লৈবা ঙমখৈগী মনুংদা —

(এ) মায়োক্তা লৈবা কাঙবু নত্রগা অমদগী হেল্লগনা, মায়োক্তা লৈবা কাঙবু খুদিঙমক, ৱাকৎ থাঙ্গৎপা মতমদুদা, তশেংনা, কনাগুম্বনা ইনশিনবা তৌদনা মশানা লৈজবা নত্রগা কারবার চথবা [নত্রগা ওফিশ মশা অমা থম্বা][৩] নত্রগা শেনতান্নবা থবক মশানা শুবা মফমদুগী; নত্রগা

(বি) ৱাকৎ অদু থাঙ্গৎপা মতমদুদা, অমদগী হেননা লৈবা, ওইরগদি, মায়োক্তা লৈরিবশিংদুগী কনাগুম্বা অমনা তশেংনা অমদি মশানা লৈগে হায়বা অমা য়াউনা লৈজবা নত্রগা [কারবার চথবা নত্রগা ওফিশ মশা অমা থমজবা][৪] নত্রগা

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিনখিবনি।
২,৩,৪। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিনখিবনি।

শেন তান্নবা মশানা থবক শুবা মফম, অদুন্নদি ওইরগা অসিগুম্বা মতাংদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না অয়াবা পীরববু ওইরবসু নত্রগা মায়োক্তা লৈবা কাঙবুশিংদুনা লৈনদববু ওইরবসু নত্রগা [কারবার চথদববু ওইরবসু নত্রগা ওফিশ মশা অমা থমদববু ওইরবসু ][1] নত্রগা শেনতান্নবা মশানা থবক শুদববু অসুন্না ব্রাকৎ থাঙ্গৎপদুদদি য়েৎলুবা তৌদবা মফমদুগী;

(সি) কেশ তৌরিবদুগী মরমদু মপুঙ ওইনবু ওইরবসু মচেৎ ওইনবু ওইরবসু হৌরকফম মফমদুগী দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমদা ব্রাকৎ থাগৎকনী।

[১২। **ব্রাকৎ থাঙ্গৎনবগী মওঙঃ** — করিগুম্বা য়োনখ্রবা নত্রগা খুৎশিন্নদুনা পীখ্রবা নত্রগা য়োনগে হায়বা য়াখ্রবা নত্রগা খুৎশিন্নগে হায়বা য়াখ্রবা পোৎ অমা নত্রগা তৌবিখ্রবা নত্রগা তৌবিগে হায়বা য়াখ্রবা থবক্কী মরীদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমদা —

(এ) মঙোন্দা অদুগুম্বা পোৎশক অদু য়োনখ্রবা নত্রগা খুৎশিন্নখ্রবা নত্রগা য়োনগে নত্রগা খুৎশিন্নগে হায়দুনা য়াখ্রবা নত্রগা অদুগুম্বা থবক অদু মাগীদমক তৌবিখ্রবা নত্রগা তৌবীগে হায়না য়াবিখ্রবা পোথোক নত্রগা থবক শীজিন্নবা মী অমনা;

(বি) পোত্তু মঙোন্দা য়োল্লবা নত্রগা খুৎশিন্নরবা নত্রগা য়োল্লগে নত্রগা খুৎশিন্নরগে হায়বা য়ারবা নত্রগা মাগী থবক তৌবিখ্রবা নত্রগা তৌবিগে হায়না য়াখ্রবা মীশক অদুনা অদুগুম্বা লূপ (এসোসিয়েসন) অদুগী মেম্বরবু ওইরবসু ওইদ্রবসু, শকখঙলবা এসোসিয়েসন অমনা;

(সি) মান্নবা কান্নবা ফংমিন্নগদবা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবশিংগী মশীং য়াম্লগদি অসুম্না কান্নবা ফংমিন্নগদবা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীওই পুন্নমক্কী মহুত্তা নত্রগা পুন্নমক্কী কান্নবগীদমক, পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী অমা নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মী অমা নত্রগা অমদগী হেনবনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুদগী অয়াবগা লোয়ননা;

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিনখিবনি।

(দি) সেন্ট্রেল নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা — ৱাকৎ অমা থাঙ্গৎপা য়াই।

শন্দোকপা ৱারোল — সেক্সন অসিগী মরমশিংগীদমক্তা "শক খঙলবা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীগী লুপ (এসোসিয়েসন)" হায়বসি দি কম্পোনিজ এক্ট, ১৯৫৬ কী নত্রগা চৎনরিবা অতোপ্পা আইন অমগী মখাদা মিং চনখৎলবা লনাইগী পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশিংগী লুপ অমবু কৌই।][1]

**১৩। ৱাকৎ ফংলগা তৌগদবা থৌওঙ ঃ**

(১) ৱাকৎ ফংলবা মতমদা, মদুনা করিগুম্বা পোৎ অমগা মরী লৈনরবদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা —

(এ) মায়োক্তা লৈবা কাঙবু অদুদা নুমিৎ কুম্থ্রানিগী মনুংদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমনা য়াবিদুনা নুমিৎ তরামঙানিদগী হেন্দনা শাংদোকপিরবা মতমগী তাংকক্কী মনুংদা ৱাকত্তুনা পল্লিবা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুদা ৱাকত্তুগী মান্ননা শিন্দোক্লবা অমা পীগনী অদুগা মানা ৱাফম অদুদা হায়নীংবা হায়রকউ হায়দুনা পাউতাক পীগনী।

(বি) মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা ক্লোজ (১) গী মখাদা মঙোন্দা থারকপা ৱাকৎ অমা ফংবদা ৱাকৎ অদুদা য়াউরিবা ৱাফমশিংদু য়াদ্রবা নত্রগা য়েৎলবা; নত্রগা পীরিবা মতমগী মনুংদা মাগী ৱাফমদু দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদা হায়হৌনবা থবক পায়খৎহৌদ্রবা নত্রগা শোয়হৌরবদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুনা ক্লোজ (সি) দগী (জি) ফাউবদা পীরিবা মওঙদা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী য়েৎনবা খৎন-চৈনবা অদুগী ৱারেপ লৌনবা থবক চথগনী।

(সি) ৱাকৎ অদুনা হায়রিবা অশোয়বদু মওঙ চুম্না কুপ্না খাইদোক খাইজিন তৌদুনা নত্রগা চাংয়েং তৌদুনা য়েংদ্রবদি ৱারেপ অমা লৌবা ঙম্মোইদবা ওইরবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা ৱাকৎপা মীদুদগী পোত্তুগী নোম্না অমা লৌগনী, মদু য়োমশিল্লগা চাজুম নমগনী অদুগা হৌনবী অমদি অসুম

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্টমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তাং ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হৌনা মহৎ শিঞ্জিনখিবনী।

তৌগদবনী হায়বা পথাপ অদুগী মতুং ইন্না অচুম্বনী হায়বা উৎকনী অদুগা ৱাকৎ অদুদা পল্লিবা অশোয়বদু নত্ৰগা অতোপ্পা অশোয়বা পোত্তুদা লৈবরা হায়বদু থিদোক্লবা অদুগুম্বা চানবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং তৌফম শঙ অদুদা য়োমশিল্লগা চাজুম নল্লবা নোম্না অদু খাইদোক খাইজিন তৌদুনা ওইরবসু চাংয়েং তৌদুনবু ওইরবসু তঙাইফদবদুগী মতুংইন্না তৌরগা মদুদা ফংবদুগী পাউ থাখিবদু ফংবগী নুমিৎ নীফুমঙানীগী মনুংদা নত্ৰগা দিষ্ট্ৰিক্ট ফোরমদা অয়াবা পীদুনা শাংদোক্লবা অদুগুম্বা মতমগী মনুংদা দিষ্ট্ৰিক্ট ফোরমদুদা পীরক্লবা পাউতাক্কা লোয়ননা থাখিগনী।

(দি) ক্লোজ (সি) গী মখাদা চানবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং তৌফম শঙ অদুদা করিগুম্বা পোৎকী নোম্না অমা থাদ্রিঙৈদা দিষ্ট্ৰিক্ট ফোরমদুনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং তৌফম শঙ অদুদা খন্নরিবা পোৎশক অদুগী তঙাইফদনা চঙবা খাইদোক খাইজিন তৌদুনা নত্ৰগা চাংয়েং তৌদুনা থিবদু পাঙথোক্লবগীদমক্তা পীনবগীদমক ফোরমগী হিসাবতা অসুক পীফম থোকই হায়দুনা লেপ্লবা ফীশিংদু অসুক পীফম থোকই হায়দুনা লেপ্লবদু থমহনবা য়াই।

(ই) দিষ্ট্ৰিক্ট ফোরম অদুনা মদুগী হীসাবতা ক্লোজ (দি) গী মখাদা থমজিল্লক্লবা শেনফম অদু ক্লোজ (সি) দা পনখিবা খাইদোক খাইজিন তৌদুনা য়েংবা নত্ৰগা চাংয়েং তৌবদু পাঙথোকপা ঙম্লবা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং শঙদুদা থাগনী, অদুগা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েংশঙ অদুদগী পাউদু ফংলবদা দিষ্ট্ৰিক্ট ফোরম অদুনা মসিনা চানরে চুম্মে খনবদুগী মতুংইন্না হায়নীংবা অদুগুম্বা ৱাফমশিংদু পাউদুগী মান্ননা শিন্দোক্লবা অমগা লোয়ননা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুদা থাগনী।

(এফ) কাঙলুপশিংদুগী মনুংদা অমনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং-শঙ অদুদগী ফংইবশিং অদু অচুম্বনী হায়বদা য়ানিংদবা থোক্লবদি নত্ৰগা খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্ৰগা চাংয়েং

তৌবদা শীজিন্নখিবা পাম্বৈশিংদুগী অচুম্বদুদা য়ানিংদ্রবদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং শঙ অদুনা পীরকখিবা পাউ অদুগী মরীদা অইবা ওইনা মাগী অয়েৎপশিং অদু পীখৎহনগনী।

(জি) মদুগী মতুংদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা ৱাকৎপা মীগা মায়োক্তা লৈবা মীদুগদা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং শঙ অদুনা পীরকপা পাউ অদুগী অচুম্বা ওইবা নত্রগা ওইদবগী অমদি মদুগী মরীদা ক্লোজ (এফ) কী মখাদা তৌরকপা অয়েৎপগী মরীদসু মখোয়না হায়বশিংদু তাননবগী নাতৈচাবা মওঙদা খুদোংচাবা পীগনী অদুগা সেক্সন ১৪ গী মখাদা পীফম থোকপা য়াথং অমা পীগনী।

(২) সেক্সন ১২ গী মখাদা মদুনা ফংবা ৱাকৎ অদুগী মরীদা সব-সেক্সন (১) দা শেমখ্রবা থৌওঙ অদু ইনবা ঙমখিদ্রবা পোৎকা মরী লৈনরবা নত্রগা ৱাকৎ অদু করিগুম্বা থবক অমগা মরী লৈনবা ওইরগদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা —

(এ) ৱাকৎ অদুগী মান্ননা শিন্দোক্লবা অমা, নুমিৎ কুন্থ্রানিগী মনুংদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না নুমিৎ তরামঙানিদগী হেন্দনা য়াবিরদুনা শাংদোক্লবা মতমগী মনুংদা ৱাথোক অদুগী মরমদা মানা হায়নীংবা ৱারোলদু পীরকউ হায়বা পাউতাক্কা লোয়ননা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুদা থাগনী;

(বি) ক্লোজ (এ) দা পনখ্রবা ৱাকত্তুগা মান্ননা শিন্দোক্লবা অমা ফংলগা, মায়োক্তা লৈবা কাঙবু অদুনা ৱাকত্তুদা য়াউরিবা ৱারোলশিংদু য়াদ্রবা নত্রগা য়েৎলবা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না পীরিবা মতমগী মনুংদা মাগী ৱাফমদু হায়নবা থবক লৌখৎত্রবা নত্রগা লৌখৎপা শোয়রবদি, দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী য়েৎনবা খৎন-চৈনবদু —

(i) ৱাকৎপা মীদুনা, ৱাকৎ অদুদা য়াউরিবা ৱারোলশিং অদুদা য়াউরিবা ৱারোলশিং অদুদা য়াদবা নত্রগা য়েৎনরগনা, মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা, মদুগী মমাঙদা মদুনা খঙনবা পুরকপা শাক্ষি অদুগী য়ুম্ফমদা, নত্রগা

(ii) মায়োক্তা লৈরিবা কাওলুপ অদুনা ফোরম্না পীখ্রবা মতমগী মনুংদা মাগী ৱাফম অদু হায়ননবা থবক অমত্তা পায়খৎত্রবা নত্রগা শোয়রবা মফমদনা মদুগী মমাঙদা মদুনা খঙনবা পুরকপা শাক্তি অদুগী য়ুম্ফমদা —

ৱাতেমদুনা লোইশন্নবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না থবক চত্থগনী।

(৩) সব-সেক্সন (১) গা (২) গদা পীরিবা থৌওঙ অদু ইন্না চত্থখিবা থবক অমত্তা কোর্ট অমত্তনা শাগোন্নরক্লবা অচুম্বা ৱায়েলগী পথাপ ইনখিদে হায়বগী য়ুম্ফমদা কৌখৎলোই।

(৪) সেক্সন অসিগী মরমশিংগীদমক্তা মখাদা পীরিবা ৱাফমশিং অসিগী মরীদা তৌবা ৱাথোক অমা ৱায়েল তৌরিঙৈদা কোদ ওফ সিভিল প্রোসিজিওর, ১৯০৮ (১৯০৮ গী ৫) গী মখাদা সিভিল কোর্ট অমদা শিন্নবা পাঙ্গলশিং অদুগা চপ মান্নবা শক্তিশিং দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী লৈগনী; হায়বদি ঃ—

(i) মঙোন্দা মরাল শীরবা অমবু নত্রগা শাক্তি পীগদবা মীশক অমবু কৌখৎপা অমদি কারকপা শোয়হন্দনবা য়াথং পীবা অমদি ৱাশকহন্দুনা শাক্তি পীগদবা মীদুবু ৱাহংপাউহং দুনা চাংয়েং তৌবা;

(ii) প্রমান ওইবা য়াবা করিগুম্বা চে অমা নত্রগা শাক্তি ওইনা পুথোক্কুনা উৎপা য়াবা অতোপ্পা মচাক্কী ওইবা পোৎ অমা থিদোক্কুনা অমদি পুথোক্কুনা উৎপা;

(iii) (ৱাশক্কুনা হায়বা অইবা জবান) ৱাশক-চেদা পীবা শাক্তি লৌশিনবা;

(iv) অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং শঙদগী নত্রগা অতোপ্পা মরী লৈনবা লৈফমদগী মরী লৈনবা খাইদোক খাইজিন তৌদুনা য়েংখিবা নত্রগা চাংয়েং তৌখিবগী পাউ কৌখৎপা;

(v) কন্নাগুম্বা শাক্তি অমদা ৱাহং পাউহংদুনা চাংয়েং তৌবগী শক্তি পীবা সরকারগী চে থোকপা/পীবা; অমদি

(vi) মসি মসি তৌগদবনী হায়রবা অতৈ অতোপ্পা ৱাফম।

(৫) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমনা চত্থবা থবক খুদিঙমক ইন্দিয়ান পেনাল কোদ (১৮৬০ গী ৪৫) গী সেক্সন ১৯৩ অমদি ২২৮ গী ৱাহণ্থোক্কী মনুংদা চত্থরিবা থবক অদুগী মনুংদা

শাক্কিদু ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর কোদগী সেক্সন ২(i) অমদি ওথস এক্টকী সেক্সন ৩ (২) (এ) গী মখাদা ৱাশক লৌদুনা নত্রগা লৌবা য়াবা থবক খুচথ (জুদিসিয়েল প্রোসিদিং) ওইগনী, অদুগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুবুনা কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর, ১৯৭৩ গী সেক্সন ১৯৫ অমদি ২৬ শুবা তাংকক্কী মরমশিংগীদমক্তা সিভিল কোর্ট অমনী হায়না লৌগনী।

[(৬) ৱাকৎপা মীদুনা সেক্সন ২ সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (বি) গী সব-ক্লোজ (iv) দা পল্লিবা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীশক অমা ওইরগদি, কোদ ওফ সিভিল প্রোসিজিওর, ১৯০৮ গী অহানবা সিদুলগী ১বা ওর্দরগী রুল ৮ গী ৱারোলশিং অদু, ৱাকৎ নত্রগা কোর্টকী ৱারেপ অমদা পল্লিবা খুদিঙমক্তু ৱাকৎ অমদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুগী য়াথংদা পল্লিবদুনী হায়না ৱাহন্থোক লৌরগা শেমদোক শেমজিন তৌবগী মখা পোন্না, চলাইগনী][1]

১৪। **দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী ৱারেপ ঃ**

(১) সেক্সন ১৩ গী মখাদা থবক চত্থরবা মতুংদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা মদুগী মায়োক্তা ৱাকৎলিবা পোৎশক অদু ৱাকৎ অদুদা পল্লিবা অশোয়বশিংদুদগী অমা শোয়রে হায়বসিদা য়ানিংলবদি নত্রগা থবকশিংদুগী মরমদা থাঙ্গৎলিবা ৱাকৎ অদুদা হায়রিবা ৱাফমশিংদুগী মনুংদা অমগী প্রমান ফংলবদি, মখাগী হীরমশিং অসিগী মনুংদা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না [তৌনবা][2] পাউতাক পীদুনা য়াথং অমা পীগনী, হায়বদি —

(এ) খন্নরিবা পোৎশক অদুদা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং শঙ অদুনা য়াউই হায়দুনা তাক্লকপা অশোয়বদু লৌথোকপা;

(বি) পোৎশক্তু অশোয়বা অমত্তা য়াউদ্রবা মশক মান্নবা অনৌবা পোৎশক অমনা মহুৎ শিনবা;

(সি) ৱাকৎপা মীদুদা মমলদু নত্রগা ৱাকৎপ মীদুনা মমল ওইনা পীখিবদুবু ওইরবসু হন্দোকপা;

(দি) মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ্তুগী থৌশাদবনা পোথোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবা মীদুদা থোকহনখিবা অমাঙবা নত্রগা অশোকপা অদুগী অমাঙ অতা হঞ্জিনবা ওইনা মদুনা পীনবা তাবা ৱারেপকী মতুংইন্না পীয়ু হায়বা অদুগুম্বা শেনফমদু পীবা;

---

১,২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ না তারিখ ১৮-৬-১৯৯৩ দগী হৌনা হাপচিন্নকপনী।

[(ই) খন্নরিবা থবকশিং অদুগী অশোয়বশিং নত্রগা অৱাৎপশিং লৌথোকপা;

(এফ) ললোন ইতীক্তা ফজদবা থৌদৌ নত্রগা ললোন ইতীক্তা অথিংবা পীবগী থৌদৌ মখা তানা চখদবা নত্রগা অমুক হন্না তৌদবা;

(জি) খুদোংথিনিংঙাই ওইবা পোৎশক য়োন্নবা লাহ্লোক্তবা;

(ঐচ) খুদোংথীনিংঙাই ওইবা পোৎশকশিং য়োন্নবা লাহ্লোকপদগী লৌথোকপা;

(আই) ৱাথোক থোক্নরিবা কাঙলুপশিংদা ৱাথোক্তুদা অচঙবা শেনফম মতীকচানা পীবা;][1]

[(২) সব-সেক্সন (১) দা পল্লিবা চখগদবা থবক খুদিঙমক দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুগী প্রসিদেন্টকা য়ামদ্রবদা মদুগী মেম্বর অমগা ফম্মিন্নদুনা চখগনীঃ

অদুম্নদি ওইরবদা করিগুম্বা মরম অমদগী, চখগদবা থবক অদু মপুঙ ফাবা ফাউবা মেম্বর অমনা (চখবা) তৌবা ঙমদ্রবদি প্রসিদেন্টকা অতোপ্পা মেম্বরদুগনা অদুগুম্বা চখগদবা থবক অদু ইনৌ নৌনা চখগনী][2]

[(২-এ) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা পীবা য়াথং খুদিঙমক মদুগী প্রসিদেন্টকা থবক চখবদুদা য়াউবা মেম্বরদু নত্রগা মেম্বরশিংদুগনা পুন্না সহী তৌমিন্নগনী;

অদুবু প্রসিদেন্টকা মেম্বর অমগনা থবক চখমিন্নবদা করিগুম্বা ৱাফম অমদা নত্রগা ৱাফমশিংদা মোৎ খেন্নরবদি, মখোয়না খেন্নরিবা ৱাফম নত্রগা ৱাফমশিংদু হায়গনী অদুগা অদুগুম্বা ৱাফম নত্রগা ৱাফমশিংদু তাননবা অতোপ্পা মেম্বরদুদা থাগনী অদুগা অয়াম্বগী মোৎ অদুনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুগী য়াথং ওইগনী।][3]

(৩) মথক্তা পীখিবা ৱারোলশিংগী মখাপোন্না, দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মীতিন তৌবগী মসিগী মীফম অমদি অতোপ্পা ৱাফমশিংগী থৌওঙশিংদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসুম তৌগনী হায়না লেপ্পা অদুগুম্বা মওঙদুদা ওইগনী।

---

১,৩। ক্লোজ (ই) দগী (আই) ফাউবসি দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট, ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎ শিঞ্জিল্লকপনী)।

১৫। **এপিল ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না পীবা য়াথং অমনা অৱাবা নংহল্লবা মীশক অমনা অদুগুম্বা য়াথং অদুগী মায়োক্তা, য়াথং অদু থোকখিবগী তারিখ অদুদগী নুমিৎ কুম্থ্রানীগী মনুংদা তৌগদবনী হায়না লেপখ্রবা অদুগুম্বা মওঙদুদা অমদি থৌওঙদুদা, এপিল অমা ষ্টেট কম্মিশন্দা থাবা য়াই।

অদুমকপু মতমগী তাংকক অদুগী মনুংদা মদু থাঙ্গৎহৌদবগী মতীক চাবা মরম লৈ হায়বসি য়ানিংলবদি ষ্টেট কম্মিশন্না হায়খ্রবা নুমিৎ কুম্থ্রাগী মতম অসি হেন্দোকখ্রবসু এপিল অমা লৌবা য়াই।

১৬। **ষ্টেট কম্মিশন শেম্বা ঃ**

(১) ষ্টেট কম্মিশন খুদিঙমক --

(এ) মদুগী প্রসিদেন্ট ওইগদবা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা হাপ্পবা হাই কোর্ট অমগী জজ অমা ওইবা নত্রগা ওইরুরবা মীশক অমা;

[অদুম্নদি ওইরবদা হাই কোর্ট অদুগী চিফ জষ্টিস অদুগা তানরবা মতুংদতা নত্তনা ক্লোজ অসিগী মখাদা অমত্তা হাপ্লোইদবনী।][1]

(বি) শক্তি, পুকচেল শেংবা অমদি মরা তানা মিংচৎ লৈরবা অমদি শেম্মিৎলোন, আইন, ললোন ইতীক, হিসাব শুবগী থবক, খুৎশাহৈবগী থবক, মীয়ামগী থবক থানা নত্রগা শীন্দোক শীঞ্জিন অমদি লৈবাক ঙাকপগী থবক্কী মরীদা লৌশিং লৈরবা, হকথেংননা থেংনদুনা ফংবা লৌশিং নত্রগা মখোয়শিং অসিগী অরুবা ৱাফমশিং থেংনদুনা লীৎথোক্লবা পাম্বে পুথোকপগী শক্তি লৈরে হায়বসি উৎলবা মীশক অনীগনা -- শাগনী অদুগা মখোয়গী মনুংদা অমদি নুপী ওইগনী;

[অদুম্নদি ওইরবদা ক্লোজ অসিগী মখাদা ফম হাপ্পা খুদিংমক মখাগীশিং অসি য়াউবা খন্দোক খঞ্জিন তৌনবা কম্মিটি অমগী পাউতাক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টতুনা হাপকনী, হায়বদি --

(i) ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট -- চিয়ারমেন,

(ii) ষ্টেটকী লো দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি -- মেম্বর

---

১। দি কঞ্জুমব প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

(iii) ষ্টেটকী পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী থবকশিং পুরিবা দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি — মেম্বর][১]

(২) ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিংদা পীবা য়াবা তলব নত্রগা অৱামল অমদি অতৈ পীবা য়াবা শেলহাপ অমদি অতৈ থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদি [xxx] ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসুক ওইগনী হায়না লেপ্পদু ওইগনী।

[(৩) ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বর খুদিঙমক চহী মঙাগী মতম নত্রগা চহী হুম্ফুতরেৎ শুবা ফাউবগগী মরক্তা হেন্না ঙনখৎপা মতমগী ওইনা থবক পায়গনী, অদুগা অমুক হন্না হাপ্পগী মতীক চাবদি ওইরোই।

(৪) সব-সেক্সন (৩) দা অমা অমা য়াউখিদুনসু দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ চৎনদ্রিঙৈগী মমাঙদা মীশক অমবু প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বর অমা ওইনা হাপ্পন্নবদি প্রসিদেন্ট ওইনবু ওইরবসু মেম্বর অমা ওইনবু ওইরবসু মাগী মতম শুবা ফাউবদি প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বর ওইনা থবক পায়বা মখা চত্থখিগনী][১]

১৭। **ষ্টেট কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক ঃ**

এক্ট অসিগী অতোপ্পা ৱারোলশিংগী মখা পোন্না ষ্টেট কম্মিশনগী —

(এ) (i) লুপা লাখ [মঙাদগীদি][২] হেনবা অদুবু লুপা লাখ [কুন্দগীদি][৩] হেন্দবা পোৎশিং নত্রগা থবকশিং অমদি অমাঙবা হৃজিন্নবগী ৱাকৎশিং; অমদি

(ii) ষ্টেটতুগী দিষ্ট্রিক্ট মনুংদা লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমগী য়াথংগী মায়োক্তা তৌবা এপিলশিং— লৌবা; অমদি

(বি) অদুগুম্বা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদু আইন্না মদুদা পীদবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক চলাইরে নত্রগা অপীবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্তু চলাইবা ঙমদ্রে নত্রগা মদুগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্তু আইন্না য়াদবা মওঙদা নত্রগা মচাক্তা পথাপ নাইদনা চলাইরে হায়বসি উরবদি ষ্টেট অদুগী মনুংদা লৈরিবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমদা পন্দুনা লৈরিবা নত্রগা ৱারেপ পীখ্রবা করিগুম্বা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী য়েৎনবা খৎনচৈনবা অদুগী শাক্ষি-প্রমান ওইনা অইবা ৱারোল কৌখৎলগা অচাবা য়াথং পীবগী — পাঙ্গল লৈগনী।

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।
২,৩। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী শিন্দোকখিবনী।

**১৮। ষ্টেট কম্মিশন্দা শীজিন্নবা য়াবা থৌওঙ ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না ৱাকৎশিং লোইশিনবদা শীজিন্নবা [সেক্সন ১২, ১৩ অমদি ১৪ অমদি মখোয়গী মখাদা শেম্নবা পথাপশিং][1] অদু দরকার লৈবমখৈ শেমদোক্লগা ষ্টেট কম্মিশন্না য়েৎনখোৎনবা খৎনচৈনবনচিংবশিং লোইশিনবদা শীজিন্নগনী।

[১৮-এ। **প্রেসিদেন্টকী ফম হাঙবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগীবু ওইরবসু নত্রগা ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইরবসু প্রসিদেন্টকী ফম হাঙলকপদা নত্রগা অদুগুম্বা প্রসিদেন্ট অদুনা কারক্তবদগী নত্রগা অতোপ্পা মরমদগী মাগী ওফিসকী মথৌশিং পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি, অদুগুম্বা মীশক অদুগী ওফিসকী মথৌশিং অদু দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগীবু ওইরবসু ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইরবসু প্রসিদেন্ট ওইবা মতীকচাবা মীশক অমদা মরম অসিগীদমক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা হাপকনী। ][2]

১৯। **এপিলশিং ঃ**

সেক্সন ১৭ কী ক্লোজ (এ)গী সব-ক্লোজ (i) গী মখাদা পীবা শক্তিশিং শীজিন্নদুনা ষ্টেট কম্মিশন্না পীখিবা য়াথং অমনা অৱাবা তাহল্লবা মীশক অমনা অদুগুম্বা য়াথং অদু থোকখিবা তারিখ অদুদগী নুমিৎ কুন্থ্রানীগী মতমগী মনুংদা অদুগুম্বা য়াথং অদুগী মায়োক্তা অদুম তৌগদবনী হায়না লেপ্পুনা পীখ্রবা মওঙদা অমদি থৌওঙদুদা নেশনেল কম্মিশন্দা এপিল তৌবা য়াই।

অদুমকপু মতমগী তাংকক অদুগী মনুংদা মদু থাঙ্গৎহৌদবগী মতীকচাবা মরম লৈ হায়বসি য়ানিংলবদি নেশনেল কম্মিশন্না হায়খ্রবা নুমিৎ কুন্থ্রানীগী মতম অসি হেন্দোকখ্রবসু এপিল অমা লৌবা য়াই।

২০। **নেশনেল কম্মিশন শেম্বা ঃ**

(১) নেশনেল কম্মিশন অসিদা —

(এ) প্রসিদেন্ট ওইনবা সুপ্রিম কোর্টকী জজ ওইরিবা নত্রগা ওইরকখ্রবা, সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা হাপ্পা মীশক অমা;

(অদুম্নদি ওইরবদা ইন্দিয়াগী চিফ জষ্টিসকা খন্নরম্লবা মতুংদা নত্তনা ক্লোজ অসিগী মখাদা থবক হাপ্পা অমত্তা তৌরোইদবনী)[3];

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী শিন্দোকখিবনী।
২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।
৩। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

(বি) শক্তি, পুকচেল শেংবা অমদি মরা তানা মিংচৎ লৈরবা অমদি শেম্মিৎলোন, আইন, ললোন ইতীক, হিসাব শুবগী থবক, খুৎশাহৈবগী থবক, মীয়ামগী থবক থানা নত্রগা শীন্দোক শীঞ্জিন অমদি লৈবাক ঙাকপগী থবক্কী মরীদা লৌশিং লৈরবা, হকথেংননা থেংনদুনা ফংবা লৌশিং নত্রগা মখোয়শিং অসিগী অরুবা ৱাফমশিং থেংনদুনা লীৎথোক্লবা পাম্বে পুথোকপগী শক্তি লৈরে হায়বসি উৎলবা মীশকশিংগী মেম্বর মরিনা শাগনী অদুগা মখোয়গী মনুংদা নুপী অমা য়াউগনী—

[ অদুম্নদি ওইরবদা ক্লোজ অসিগী মখাদা সেন্ত্রেল গবর্নমেন্টনা থবক হাপ্পা খুদিঙমক মখাগীশিং অসি য়াউবা খন্দোক খঞ্জিন তৌনবা কম্মিটি অমগী পাউতাক্তা সেন্ত্রেল গবর্নমেন্টনা তৌগনী, হায়বদি ঃ

(এ) ইন্দিয়াগী চিফ জষ্টিসনা হাপ্লক্কদবা সুপ্রিম কোর্টকী জজ ওইবা মীশক অমা -- চিয়ারমেন

(বি) ইন্দিয়া গবর্নমেন্টকী আইনগী থবক থনাগী দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি – মেম্বর,

(সি) ইন্দিয়া গবর্নমেন্টকী পোত্থোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী থবক থনা পায়রিবা দিপার্টমেন্টকী সেক্রেটরি -- মেম্বর;][1]

(২) নেশনেল কম্মিশনগী মেম্বরশিংদা পীবা য়াবা তলব নত্রগা অৱামল অমদি অতৈ পীবা য়াবা শেলহাপ অমদি অতৈ থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদি [XXXX][2] সেন্ত্রেল গবর্নমেন্টনা অসুক ওইগনী হায়না লেপ্লদু ওইগনী।

[(৩) নেশনেল কম্মিশনগী মেম্বর খুদিঙমক চহী মঙাগা নত্রগা চহী হুম্ফুতরা শুবা ফাউবগগী মরক্তা হেন্না ঙনখৎপা মতমগী ওইনা থবক পায়গনী, অদুগা অমুক হন্না হাপ্পগী মতীক চাবদি ওইররোই।

(৪) সব-সেক্সন (৩) দা অমা অমা য়াউখিদুনসু দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) ওদিনান্স, ১৯৯৩ চৎনদ্রিঙৈগী মমাঙদা মীশক অমবু প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বর অমা ওইনা হাপ্লল্লবদি প্রসিদেন্ট ওইনবু ওইরবসু মেম্বর ওইনবু ওইরবসু মাগী

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎ শিনখিবা।

২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী লৌথোকখ্রে।

মতম শুবা ফাউবদি প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বর ওইনা থবক পায়বা মখা চত্থখিগনী।][১]

**২১। নেশনেল কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক ঃ**

এক্ট অসিগী অতোপ্পা ৱারোলশিংগী মখা পোন্না নেশনেল কম্মিশনগী —

(এ) (i) পোৎ নত্রগা থবকশিং অমদি অমাগুবা হঞ্জিনবগীদমক তাপ্পিবা মমলনা লুপা [লাক্ষ কুন][২] হেনবগী ৱাকৎ; অমদি

(ii) ষ্টেট কম্মিশনগী য়াথংগী মায়োক্তা তৌবা এপিল লৌবগী; অমদি

(বি) অদুগুম্বা ষ্টেট কম্মিশন অদুনা আইন্না মদুদা পীদবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক চলাইরে নত্রগা অপীবা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্তু চলাইবা ঙমদ্রে নত্রগা মদুগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক্তু আইন্না য়াদবা মওঙদা নত্রগা মচাক্তা পথাপ নাইদনা চলাইরে হায়বসি উরবদি ষ্টেট কম্মিশন অমদা পন্দুনা লৈরিবা নত্রগা ৱারেপ পীখ্রবা করিগুম্বা পোখোক নত্রগা অতোপ্পগী থবক শীজিন্নবগী য়েৎনবা খৎনচৈনবা অদুগী শাক্ষি-প্রমান ওইবা অইবা ৱারোল কৌখৎলগা অচাবা য়াথং পীবগী — পাঙ্গল লৈগনী।

**২২। নেশনেল কম্মিশনগী পাঙ্গল অমদি চলাইগদবা থৌওঙ ঃ**

ৱাকৎ অমা লোইশন্নবা তৌবদা নত্রগা মসিগী মমাঙদা থবক চত্থবদা নেশনেল কম্মিশনগী —

(এ) সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (৪), (৫) অমদি (৬) তা পীরিবা সিভিল কোর্ট অমগী শক্তিশিং লৈগনী;

(বি) সেক্সন ১৪ গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (এ) দগী (আই) ফাউবদা পল্লিবা হীরমশিংগী মনুংদা অমা নত্রগা অমদগী হেন্না তৌননবা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুদা য়াথং অমা পীবগী শক্তি লৈগনী;

• অদুগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা অসি অসি তৌগদবনী হায়না লেপথোক্কুনা পীরকপা অদুগুম্বা থৌওঙ অদু ইনগনী।

---

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

২৩। **এপিল ঃ**

নেশনেল কম্মিশন্না সেক্সন ২১ গী ক্লোজ (এ) গী সব-ক্লোজ (i) না পীবা শক্তি শীজিন্নদুনা পীখিবা য়াথং অমনা অবাবা নংলবা মীশক অমনা অদুগুম্বা য়াথং অদুগী মায়োক্তা, য়াথং অদু থোকপা তারিখ অদুদগী নুমিৎ কুম্ফানিগী মতমগী মনুংদা সুপ্রিম কোর্টতা এপিল তৌবা য়াই।

অদুম ওইনমক মতম অদুগী মনুংদা মদু থাঙ্গৎহৌদবগী মতীকচাবা মরম লৈ হায়বসি য়ানিংলবদি সুপ্রিম কোর্টনা হায়খ্রবা নুমিৎ কুম্ফানীগী মতম অসি হেন্দোকখ্রবসু করিগুম্বা এপিল অমা লৌবা য়াই।

২৪। **য়াথংশিংদা অরোইবা নাইহনবা ঃ**

করিগুম্বদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী য়াথং খুদিঙমক্কী মায়োক্তা এক্ট অসিগী মখাদা এপিল অমত্তা তৌরক্ত্রবদি য়াথং খুদিঙমক অরোইবা য়াথং ওইগনী।

[২৪-এ। **মতমগী ঙমখৈ ঃ**

(১) ব্বাথোক্কী মরম অদু হৌখিবগী তারিখ অদুদগী চহী অনীগী মনুংদা থাং গৎলকপা নত্তবা ব্বাকৎ অমত্তা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না লৌরোই।

(২) সব-সেক্সন (১) দা অমা অমা য়াউজরবসু ব্বাকৎ অদুনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্বু ওইরবসু, ষ্টেটকম্মিশনবু ওইরবসু নত্রগা নেশনেল কম্মিশনবু ওইরবসু ব্বাকৎ অদু অদুগুম্বা মতমদুগী মনুংদা থাঙ্গৎলকহৌদবগী মতীকচাবা মরম লৈ হায়বসি থাজহনবা ঙম্লবদি সব-সেক্সন (১) গী মখাদা ব্বাকৎ অমা লৌবা য়াই।

অদুবু অদুগুম্বা ব্বাকৎ অদু দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন অদুনা অদুগুম্বা থেঙথবা অদুবু ঙাকপীবগী মরমদু ইশন্দুনা থম্বা তৌদনা লৌরোইদবনী।][১]

[২৪—বি। **থবক শীনবগী মরীদা লাকশিনবা ঃ**

(১) মখাগী হীরমশিংসিদা নেশনেল কম্মিশন্না ষ্টেট কম্মিশন খুদিঙমকপু থবক শীনবগী মরীদা লাকশিনগনী, হায়বদি —

(i) মতম কক্লা কেশ তৌখিবা, লোইখিবা, লোইদনা লৈরিবশিংগী অকুপ্পা মরোল পীরক্লবা কৌখৎপা;

---

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

(ii) থাফমশিং তাবদা চপমান্নবা থৌওঙ শীজিন্নবা, কাঙলুপ অমনা পুথোরকপা প্রমান ওইবা য়াবা চেচাংশিংগী মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপশিংদা থাবা, করিগুম্বা লোন অমদা ইবা থারেপ ইংলিশতা হন্দোক্লগা পীবা, প্রমান ওইনা পুথোকপা য়াবা চে-চাংশিংগী মান্ননা শিন্দোক্লবশিংদু থুনা পীথোকপগী মতাংদা পাউতাক পীবা;

(iii) এক্ট অসিগী পান্দমশিং অমদি মরমশিং অসি খ্বায়দগী নীংথিবা মওঙদা পাঙথোক্লবা ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমশিংগী থবক খুত্তৌশিং অসি মখোয়গী তংখায় অমা কোর্টকুম্বা ওইবগী নীংখাতম্বদুদা য়েৎশিনবদি তৌদনা, মহৌশাগী ওইবা মওঙদা য়েংশিনবা।

(২) ষ্টেট কম্মিশন্না মসিগী পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক লৈবা মফমগী মনুংদা লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম পুন্নমকী মথক্তা সব-সেক্সন (১) দা পনখিবা হীরম খুদিঙমক্তা থবক শীনবগী মরীদা লাকশিনগনী।][১]

২৫। **দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না য়াথংশিং চৎনহনবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না পীবা য়াথং খুদিঙমক কোর্টনা মদুদা পন্দুনা লৈরম্বা কেশ অমদা পীবা য়াথং অমগুন্না দিষ্ট্রিক্ট ফোরন্না, ষ্টেট কম্মিশন্না নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না অমনবু ওইরবসু অমনবু ওইরবসু চৎনহনবা য়াই অদুগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না মদু পাঙথোক্লবা মতমদা, অদুগুম্বা য়াথং অদু –

(এ) কম্পেনি অমগী মায়োক্তা পীবা য়াথং অমা ওইরগনা কম্পেনি অদুগী মিং চনখৎলবা ওফিস অদুনা লৈরিবা মফম; নত্রগা

(বি) অতোপ্পা মীশক অমগী মায়োক্তা পীবা য়াথং অমা ওইরগনা মরী লৈনবা মীশক অদুনা মশানা লৈরগে হায়না লৈরবা নত্রগা কারবার চখরিবা নত্রগা মশাগী ওইজ-ওইথক ফংনবা মশামক্না থবক তৌরিবা মফম অদুনা লৈরিবা মফম অদুদা পাঙ্গল শীজিন্নবগী হক লৈবা কোর্ট অমদা থাবা য়াই, অদুগা অদুম তৌরবদা, য়াথং অদু থাখিবা

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিন্নকপনী।

কোর্ট অদুনা, মদুদা থবক ওইনা পাঙথোক্লবা থারকপা য়াথং অমগুম্না কোর্ট অদুনা পাঙথোক্কনী।

[২৬। **কৈশু লৈতবা নত্রগা মীবু ওৎনবা তৌবা ৱাকৎ থন্নরোইদবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না, ষ্টেট কম্মিশন্না নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না অমনবু ওইরবসু অমনবু ওইরবসু ৱাকৎ অমবু কৈশুলৈতবা নত্রগা মীবু ওৎনবা তৌবা ওইনা উরবদি ইশিন্দুনা থন্নবা মরমশিং অদুগীদমক ৱাকৎ অদু মখা থন্নরোই অদুগা ৱাকৎপা মীদুনা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ্তুদা লুপা লীশিং তরাদগী হেন্দনা য়াথংদুদা শুগায়না তাক্লবা অচঙবা শেনফমদু পীগনী।][1]

২৭। **চৈরাকশিং ঃ**

মাগী মায়োক্তা ৱাকৎ অমা থাঙ্গৎলক্লবা ললোন ইতীক তৌবা মী নত্রগা মীশক অমা [নত্রগা ৱাকৎপা মী][2] অদুনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী, অমগীবু ওইরবসু অমগীবু ওইরবসু করিগুম্বা য়াথং অমা ইনবা শোয়রবা নত্রগা ইনবা তৌদ্রবদি মদুগুম্বা ললোনবা মী নত্রগা মীশক্তু (নত্রগা ৱাকৎপা মীদু][3] থা অমদগী তাদবা মতমগী অদুবু চহী অহুম ফাউবদি শাংদোকপা য়াবা কৈশুমশঙদা থম্বা য়াবগী মতমগী কৈশুমশঙদা থন্নবা নত্রগা লুপা লীশিং অ-নীদগী তাদবা অদুবু লুপা লীশিং তরা য়ৌনা হেনগৎহনবদি য়াবা ৱাকোংশেল পীহনবা য়াবা নত্রগা অনীমক্কী চৈরাক পীগনী।

অদুবু দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশন্না অমনবু ওইরবসু অমনবু ওইরবসু কেশ অমগী ফীভমশিংনা তঙায়ফদবা লৈরে হায়না থাজরবদি কৈশুমশঙদা থম্বগী নত্রগা ৱাকোংবগী নত্রগা অনীমক্কী চৈরাক অদু য়ামদ্রবদা ওইফম থোকপা মতম অমদি য়ামদ্রবদা ওইফম থোকপা শেনফম সেক্সন অসিদা পীরিবসিদগী হন্থনা চৈরাক পীবা য়াই।

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী মহুৎ শিনখিবনী।
২,৩। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ না তারিখ ১৮/৬/১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

## ৪বা তাংকক

## মখল মথেল

**২৮। পুক্নিঙদা ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা থবকপু কনবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী মেম্বরশিং নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী কনাগুম্বা ওফিসার নত্রগা মীশক অমনা মদুনা থোকখিবা হুকুম অমা থবক ওইনা পাঙথোকখিবগীদমক নত্রগা এক্ট অসিগী মখাদা নত্রগা মসিগী মখাদা শেমখিবা রুল নত্রগা থোকখিবা য়াথংগী মখাদা অদুগুম্বা মেম্বর, ওফিসার নত্রগা মীশক অদুনা পুক্নিঙদা ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা নত্রগা তৌখিবনী হায়না নীংবা থবকশিংগীদমক্তা কেশ তৌবা, আইনগী ওইবা থবক পায়খৎপা নত্রগা আইনগী মখাদা অতোপ্পা থবক চত্থবা য়ারোই।

**২৯। অরুবা ফীভমশিং লৈহন্দবগী পাঙ্গল ঃ**

(১) এক্ট অসিগী ৱারোলশিং অসি চৎনহনবদা অরুবা ফীভম লৈবা থোক্লবদি, সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা য়াথং থোক্কুনা অরুবা ফীভমদু লৌথোক্লবা তঙায়ফদ্রে নত্রগা তৌফম থোক্লে খল্লবদি এক্ট অসিগী ৱারোলশিংগা চানরোইদবা নত্তবা অদুগুম্বা ৱারোলশিং অদু শেমগনী।

অদুবু এক্ট অসি চৎনখিবা চহী অনী হৌখ্রবা মতুংদা অসিগুম্বা য়াথং অমত্তা থোক্লোই।

(২) সেক্সন অসিগী মখাদা থোকখিবা য়াথং খুদিঙমক মদু হেক থোকখিবগা থুনমক পার্লিয়ামেন্টকী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা থমগনী।

**[২৯-এ। ফম হাঙবশিংনা নত্রগা ফম হাপ্লদা থোকপা অশোয়বশিংনা য়াথংশিংদুবু চৎনহন্দবা তৌরোইদবা ঃ**

দিষ্ট্রিক্ট ফোরম, ষ্টেট কম্মিশন নত্রগা নেশনেল কম্মিশনগী থবক নত্রগা থৌওঙ অমত্তা, মদুদা মেম্বরশিংগী মরক্তা ফম হাঙবা লৈখিবা নত্রগা মদু লিংখিবদা অশোয়বা য়াউখিবগী মরমখক্তগীদমক; চৎনবা য়াদবা ওইরোই।][১]

**৩০। পথাপশিং (রুলশিং) শেম্বগী পাঙ্গল ঃ**

(১) এক্ট অসিগী [সেক্সন ২গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (এ)][২], সেক্সন ৪ গী

১। ১৯৯১ গী এক্ট নং ৩৪ না তারিখ ১৬-৮-১৯৯১ দগী হাপচিল্লকপনী।

২। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ গী তারিখ ১৮-৬-১৯৯৩ দগী হাপচিল্লকপনী।

সব-সেক্সন (২) গী ক্লোজ (বি), সেক্সন ৫ গী সব-সেক্সন (২), সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (৪) গী ক্লোজ (vi), সেক্সন ১৯, সেক্সন ২০ গী সব-সেক্সন (২) অমদি সেক্সন ২২ দা য়াউরিবা ৱারোলশিং অসি পাঙথোক্নবগীদমক্তা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেক্সন থোক্কুনা পথাপশিং (রুলশিং) শেম্বা য়াই।

(২) [সেক্সন ৭ কী সব-সেক্সন (২) গী ক্লোজ (বি) অমদি সব-সেক্সন (৪)][1], সেক্সন ১০ গী সব-সেক্সন (৩), সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (সি), সেক্সন ১৪ গী সব-সেক্সন (৩), সেক্সন ১৫ অমদি সেক্সন ১৬ কী সব-সেক্সন (২) দা য়াউরিবা ৱারোলশিং অমসি পাঙথোক্নবগীদমক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেশন থোক্কুনা পথাপশিং (রু লশিং) শেম্বা য়াই।

৩১। **পথাপশিং (পার্লিয়ামেন্টতা) থম্বা ঃ**

(১) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা এক্ট অসিগী মখাদা শেমখিবা পথাপ খুদিঙমক মদু হেক শেম্মবা মতুংদা থুনা পালিয়ামমেন্টকী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা সেসন ফল্লিঙৈগী মনুঙদা সেসন অমখক্তংদা ওইরবসু নত্রগা থংন থংননা ফম্বা সেসন অনীদবু ওইরবসু মদুদগী হেনবদবু ওইরবসু নুমিৎ কুন্থ্রানি মপুঙফানা থমগদবনী, অদুগা করিগুম্বদা তুংদা লাক্কদৌরিবা সেসনশিংদুগী হেক মমাঙদা ফম্বা সেসন্দু লোইহিন্ত্রিঙৈদা হাউস অনীমক্না পথাপশিংদু শেমদোকপদা য়ানরবা নত্রগা হাউস অনীমক্না পথাপশিংদু শেম্লোইদবনী হায়না য়ানরবদি পথাপশিংদু শেমদোক্লবা মওঙদুদা চৎনগনী নত্রগা চৎনরোই অদুগা চৎনহন্দবা অদুনা অদুগুম্বা পথাপ্তুগী মখাদা তৌখিবশিং অদুদা য়ৈখায় থীনগায়বদি থোকহল্লোইদবা মওঙদা তৌগদবনী।

(২) ষ্টেট গবর্নমেন্ট অমনা এক্ট অসিগী মখাদা শেমখিবা পথাপ খুদিঙমক মদু শেম্লবা মতুংদা হেক য়ারিবমথৈ থুনা ষ্টেট লেজিস্লেচরগী মমাঙদা থমগদবনী।

---

১। দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন (এমেন্দমেন্ট) এক্ট ১৯৯৩ গী তারিখ ১৮-৬-১৯৯৩ দগী হাপচিন্নকপনী।

# দি মনিপুর কঞ্জুমর প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯

১। **অতেনবা মিং অমদি চৎনবা হৌব ঃ**

(১) পথাপশিং অসিগী মিং মনিপুর কঞ্জুমর প্রোটেক্সন রুলস, ১৯৮৯ কৌবা য়াই (কৌই)।

(২) মখোয়শিং অসি ওফিসিয়েল গেজেত্তা ফোঙবা তারিখ[১] অদুদগী চৎনবা হৌগনী।

২। **ৱাহন্থোকশিং ঃ**

ৱাহৈশিংসিগী তুংমাঙদা লৈবা ৱাহৈশিংনা তঙায় ফদবা লৈহন্দ্রবদি ঃ--

(এ) দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ (১৯৯৬ কী ৬৩) বু "এক্ট" হায়বনী;

(বি) কাঙলুপ অমনা মদুগীদমক ষ্টেট কম্মিশন্দা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদা করিগুম্বা ৱাকৎ নত্রগা এপিল নত্রগা পাউখুম অমা পীখৎনবা চপচাবা মওঙদা অয়াবা পীরবা মীদুবু "মীহুৎ" হায়বনী;

(সি) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী য়াথংগী মায়োক্তা এপিল অমা তৌরিবা কাঙলুপ অদুবু "এপিল তৌবা (কাঙলুপ) মী" হায়বনী;

(দি) এপিল তৌরিবদুনা এপিলদুগী মেমোরেন্দম (থাজনবা চেদা ইবা ৱারোল) অদুবু "মেমোরেন্দম" কৌই;

(ই) ৱাকৎ নত্রগা ফংফম থোকই হায়দুনা তাল্লকইবা অদুদা পাউখুম পীরিবা মীশক অদুবু "মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ" হায়বনী;

---

১। তারিখ ৩/৩/১৯৮৯ গী মনিপুর গেজেত এক্সট্রাওর্দিনরি নং ৫৩৭ কী মতুং ইন্না তাং ৩/৩/১৯৮৯।

(এফ) ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইরবসু দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগীবু ওইরবসু প্রসিদেন্ট অদুবু "প্রসিদেন্ট" কৌই;

(জি) এপিলগী মেমোরেন্দম (থাজনবা ইবা ৱারোল) অদুদা পাউখুম পীবা মীশক অদুবু "রেস্পোন্দেন্ট" কৌই;

(ঐচ) মনিপুর ষ্টেট পু "ষ্টেট গবর্নমেন্ট" কৌই।

**৩। দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংগী তলবশিং অমদি অতৈ শেলহাপশিং অমদি মতমশিং অমদি ফীভমশিং (সেক্সন ১০ (৩) ঃ**

(১) মতম মপুঙফানা থবক তৌনবা য়ুম্ফমদা হাপ্লবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্টনা দিষ্ট্রিক্ট কোর্টকী জজ অমনা ফংবা তলব অদু ফংগনী নত্রগা মতম খর খরতমক থবক শুবগী য়ুম্ফমদা হাপ্লা ওইরবদি অৱামল ওইনা মীফমদুগী ওইনা নোংমদা লুপা ১০০/- ফংগনী। মতম মপুঙ ফানা ফম্নবগী য়ুম্ফমদা হাপ্লা অতোপ্পা মেম্বরশিংনা হেনগৎপা হন্থবা নাইদনা অকক্নবা অপূনবা অৱামল ওইনা মীফমদুগীদমক নোংমদা লুপা ৭৫/- ফংগনী।

(২) ওফিসকী থবক ইংখাং য়েংশিন্নবা চৎপদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংনা মনিপুর গবর্নমেন্টকী অহানবা থাক্কী ওফিসার অমদা পীবা য়াবা অদুগুম্বা চৎপখোৎপগী শেলহাপ অমদি নোংম নোংমগী শেলহাপ অদু ফংবা য়াই।

(৩) তলব, অৱামল অমদি অতৈ শেলহাপশিং অদু মনিপুর গবর্নমেন্টকী তাশিন্দুনা থম্লবা শেনগী পুক্কৈদগী পীগনী।

(৪) ফম হাপত্রিঙৈগী মমাঙদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংনা মেম্বর অমা ওইনা মা মাগী থবক্তা অকায়বা থোক্লা শোকহনবা য়াবা মওঙদা অদুগুম্বা শেলথুমগী ওইবা নত্রগা অতৈ হকশিং লৈতে অদুগা লৈসু লৈরোই হায়না ৱাশকপা তাই।

(৫) সেক্সন ১০ (২) গী ৱারোলশিংগী মথক্তা —

(এ) শেল শিংবা ঙমদ্রবা মীনি হায়না কোর্টনা লাউথোক্লবা; নত্রগা

(বি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা য়াম্না তোনবা লমচৎ চেন্নবা অরানবনি হায়না নীংবা মরাল অমা লৈরবনী হায়না কোর্টনা লাউথোক্লবা; নত্রগা

(সি) অদুগুম্বা মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা হকচাংগী নত্রগা পুক্নিঙগী ওইনা ঙমদবা ওইরক্লবা; নত্রগা

(দি) শেলথুমগী নত্রগা অতৈ হকশিং লৈরক্লদুনা মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা মাগী থবক্তা অকায়বা থোক্না শোকহনবা য়াশিল্লক্লবা; নত্রগা

(ই) মহাক্না ওফিস্তা অসুম শাংথনা লৈরগদি মীয়ামগী হক্তা অকায়বা থোক্লকপা য়াবা মওঙদা মানা পায়রিবা ফমদু লান্না শীজিন্নরক্লবদি—

ষ্টেট গবর্নমেন্টনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরদু লৌথোকপা য়াইঃ

অদুবু মসিগী মতাংদা অদুগুম্বা থৌওঙদুদা তৌগদবনী হায়না পীবা থৌওঙদুদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা থিজিন হুমজিল্লবা অদুগা মেম্বর অদু অদুগুম্বা য়ুম্ফমদুদা মরাল লৈরে হায়বসি উরবতদা নত্তনা সব-রুল (৫) গী ক্লোজ (দি) গা (ই) গদা পীরিবা য়ুম্ফমশিংদা প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বরবু মাগী ফমদগী লৌথোক্লোই।

(৬) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংগী থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদু মখোয়গী থবক তৌনবগীমতমগী মনুংদা মখোয়দা খুদোংচারোইদবা মওঙদা হোংদোক হোংজিন তৌরোইদবনী।

(৭) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্টকী ফম অসি হাঙলক্লবদা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মেম্বর অদুনা অহাঙবা অদু মেনশিন্নবা মীশক অমবু হাপত্রিঙৈ অমদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট ওইনা থবক পায়দ্রিমখৈ প্রসিদেন্টকী থবকশিং তৌগনী।

(৮) কারক্তবনা, নাবনা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মরম্না দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী প্রসিদেন্ট অদুনা মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি থাক্তা খ্বায়দগী হেন্না ৱাংনা (থবক হাপ্পগী মথং মনাউদা) লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমরগী মেম্বর অদুনা প্রসিদেন্টনা মাগী থবক পায়বা নুমিৎ য়ৌদ্রিঙৈ ফাউবা প্রসিদেন্টকী থবকশিংদু পুগনী।

(৯) প্রসিদেন্ট নত্রগা কনাগুম্বা মেম্বর অমনা মখোয়সিগী থবক পায়বা তোক্লবদা (মহাক্না) থবক তৌরিঙৈগী মতমদা এক্টসিগী মখাদা চথখিবা থবক অমগী হীরম ওইখিবা লূপ অমগী ফম অমা পায়বা নত্রগা শীল্লাঙবা নত্রগা ৱায়েন থৌদাগী থবক্তা, মানা অদুগুম্বা ফম অদু পায়বা তোকখিবগী তারিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতম ফাউবদা মরী লৈনরোইদবনী।

৪। **দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী ফম্মম অমদি মরী লৈনবা অতৈ হীরমশিং (সেক্সন ১৪(৩) ঃ**

(১) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী ওফিস অসি দিষ্ট্রিক্ট অদুগী হেদকার্তরদা লৈগনী। ষ্টেট গবর্নমেন্টনা দিষ্ট্রিক্টঅমদগী হেন্না শক্তি শীজিন্নবগী হক লৈবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমখক্তমক লিংখৎকে হায়না লেপ্লবদি মসিনা অদুম্না লিংখৎলবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুগী মফমগা শক্তি শীজিন্নবগী হক্কদু খঙনবা ফোঙদোক্কনী।

(২) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী থবক শুনবগী নুমিৎশিংগা ওফিসকী (থবক শুবগী) পুঙশিংগদু ষ্টেট গবর্নমেন্টকীগা চপ মান্নগনী।

(৩) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী চাজুম (সিল) গা খুদম (এমব্লেম) গদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসি অসি ওইগদৌবনী হায়বদুগুম ওইগনী।

(৪) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মীফম ফম্বগী তঙায়ফদবা হেক লাকপদা প্রসিদেন্টনা কৌগনী।

(৫) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী থবক নত্রগা থৌওঙশিং অমত্তা মদুগী মেম্বরশিংগী মরক্তা অৱাৎপা নত্রগা মদু শেম্বদা করিগুম্বা অশোয়বা অমা লৈখিবনা মরম ওইরদুনা চৎনবা য়াদবা ওইরোই।

(৬) দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না মদুগী নোংমা নোংমগী থবক তৌবদা মতেং পাংনবা অমদি পথাপশিং অসিগী মখাদা পীরিবা অদুগুম্বা থবকশিং পাঙথোক্নবা নত্রগা প্রসিদেন্টনা শিন্নবা থবকশিং পাঙথোক্নবগীদমক ষ্টেট গবর্নমেন্টনা তঙাইফদবা তেংবাংনবা মী হাপকনী। অদুগুম্বা তেঙবাংনবা মীশিংদা পীগদবা তলবতু ষ্টেট গবর্নমেন্টকী তাশিন্দুনা থম্লবা পুকৈদগী পীগনী।

(৭) মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ্তুনা ৱাকৎলিবা মীদুনা হায়রিবশিং অদু য়ারগদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না ৱাথোক অদুগী অচুম-অরান অমদি পুথোক্লক্লিবা চুম্মি হায়না প্রমান তৌনবা ইশিন্দুনা থম্বশিং অদুগী য়ুম্ফমদা ৱারেপ লৌগনী।

(৮) সেক্সন ১৩ গী মখাদা থবক চত্থরিঙৈদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না কাঙলুপশিং অদুবু মৱা তানবা তারিখ লেপলবদি, ৱাকৎপা মীগা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপকা নত্রগা মদুগী অয়াবা পীরবা মীহুৎকগীদমক্তা ৱা তানবা অদুগুম্বা তারিখতুদা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা ৱা তাবদু য়ৈথোকখ্রবা তারিখ অদুদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মমাঙদা কাফম থোক্লবনী। ৱাকৎপা মীদুনা নত্রগা মানা অয়াবা পীরবা মীহুৎত্তুনা অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মমাঙদা কারকপা শোইরবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না নীংবা মতুংইন্না ৱাকৎ অদু অশোয়বা অদুগীদমক মখা তানা খন্নদবা নত্রগা ৱাথোক অদুগী অচুম অরানগী মতুং ইন্না ৱারেপ

তাবা য়াই। মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা নত্রগা মদুগীদমক অয়াবা পীরবা মীছুৎ অদুনা ৱা তানবা নুমিৎ অদুদা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মমাঙদা কাবা শোয়রবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না ৱাকৎ অদু নামতমক তারগা ৱারেপ তাবা য়াই।

(৯) দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না সব-রুল (৮) গী মখাদা থবক চখরিঙৈদা, মদুনা মসিনা ফগনী খনবা অদুগুম্বা ফীভমশিংদুদা অমদি থাংখাঙ অমদা হেক্তা, ৱাকৎ তাবদু য়েথোকপা য়াই অদুবু খ্বায়গী ওইবা মওঙদা অমুক্তগী হেন্না য়েথোকপা তৌরোই অদুগা ৱাকৎ অদুগী মতুং ইন্না পোত্তু খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংয়েং তৌবগী তঙাইফদবা লৈরোইদবা ওইরগনা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা নোটিশ অদু ফংখিবদগী নুমিৎ ৯০ নীগী মনুংদা অদুগা পোত্তু খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংয়োং তৌবগী তঙাইফদবা লৈরগনা নুমিৎ ১৫০ নীগী মনুংদা ৱারেপ পীগনী।

(১০) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী য়াথং অদু ৱায়েন খুদাদু (বেঞ্চদু) শারিবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মেম্বরশিংনা সহী তৌগনী অদুগা তারিখ থাগনী অদুগা কাঙলুপশিংদুদা মমল য়াউদনা পীগনী।

### ৫। পোৎশিংদু খাইদোক খাইজিনগা চাংয়েংগা তৌনবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না শীজিন্নগদবা থৌওঙ [সেক্সন ১৩ (১) (সি)] ঃ

(১) সেক্সন ১৩ (১) (সি) গী মখাদা, তঙাই ফদে খল্লবদি দিষ্ট্রিক্ট ফোরম্না ৱাকৎপা মীদুদা পোত্তুগী নোম্নাদু অমদগী হেন্না, হাপ্নবা মখুম মওঙ তানা খুমজিল্লবা অনানবা পাত্রদা হাপ্লগা পীরক্লবা পাউতাক পীবা য়াই।

(২) অদুগুম্বা পোৎশিংদুগী নোমনাশিংদু ফংলবদা, দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুনা মদুদা চাজুম নমশিনগনী অদুগা পাত্রদুগী মথক্তা মখাগী ৱারোলশিং অসি য়াউনা ইবা চেজেৎ অমা নপশিনগনী ঃ

- (i) নোম্না অদু খাইদোক খাইজিন অমদি চাংয়েং তৌনবা থাগদৌরিবা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েং শঙ অদুগী মমিং অমদি লৈফম;
- (ii) দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুগী মমিং অমদি লৈফম;
- (iii) ৱাথোক (কেস) কী মশিং (নম্বর);
- (iv) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী চাজুম (সিল);

(৩) নোম্না অদু নুমিৎ ৪৫ নিগী মনুংদা নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট ফোরম অদুনা য়াবিদুনা শাংদোক্লবা অদুগুম্বা মতমগী মনুংদা শোয়রে হায়রিবদুগী মশোয় অমদি পাউ অদু

থাগৎলকপগী তারিখ উত্তুনা থাররুবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমদুনা অচাবা বিজ্ঞানগী চাংয়েংশঙদুদা থাগনী।

**৬। ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্টকা মেম্বরশিংগগী তলবকা অরামলগা অমদি (মখোয়গী থবক্কী) মতমশিং অমদি ফীবমশিং [সেক্সন ১৬ (২)] ঃ**

(১) মতম মপুঙ ফানা থবক তৌনবা য়ুম্ফমদা হাপ্পবদি ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্টনা হাই কোর্টকী জজ অমগী তলবতু ফংগনী নত্রগা মতম খরা খরতমক থবক শুবগী য়ুম্ফমদা হাপ্পা ওইরবদি মীফমগী ওইনা নোংমদা হেনগৎপা হম্বুবা নাইদনা অশরুবা অপুনবা অরামল লুপা ১৫০/- ফংগনী। অতোপ্পা মেম্বরশিংগীনা মতম মপুঙ ফানা ফম্নবা হাপ্পগনা হেনগৎপা হম্বুবা নাইদনা অশরুবা অপুনবা অরামল লুপা ২০০০/- থাদা ফংগনী অদুগা মতম খরা খরতমক ফম্বগী য়ুম্ফমদা হাপ্পগনা হেনগৎপা হম্বুবা নাইদনা অশরুবা অপুনবা অরামল অসি মীফমদুগী ওইনা নোংমদা লুপা ১০০/- ফংগনী।

(২) ওফিসকী থবক ইংখাং য়েংশিন্নবা চৎপদা ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংনা ষ্টেট গবর্নমেন্টকী অহানবা থাক্কী ওফিসার অমদা পীবা য়াবা অদুগুম্বা চৎপ খোৎপগী শেলহাপ অমদি নোংমা নোংমগী শেলহাপ অদু ফংবা য়াই।

(৩) তলব, অরামল অমদি অতৈ শেলহাপশিং অদু ষ্টেট গবর্নমেন্টকী তাশিন্দুনা থল্লবা শেলগী পুক্কৈদগী পীগনী।

(৪) ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বর অসি চহী মঙাগী মতম নত্রগা মশা মশাগী চহী ৬৫ শুবা ফাউবগী মনুংদা ঙনখৎপা হেনবা মতমদুগী ওইনা থবক তৌগনী অদুগা অমুক হন্না মিং পীখত্তুনা হাপ্পবা তৌবা য়াররোই।

অদুবু প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরদুনা —

(এ) মখুৎমক্কী খুৎইদা ষ্টেট গবর্নমেন্টতা থাদুনা মতম অমদা হেক্তা থবক্তুগী তোকপা য়াই;

(বি) সব-রুল (৫) গী রারোলশিংগী মতুং ইন্না মা মাগী থবক্তুগী (ষ্টেট গবর্নমেন্টনা) লৌথোকপা য়াই।

(৫) ষ্টেট গবর্নমেনটনা —

(এ) শেল শিংবা ঙমদ্রবা মীনি হায়না কোর্টনা লাউথোক্লবা, নত্রগা;

(বি) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা য়াম্না তোনবা লমচৎ চেন্নবা অরানবনী হায়না নীংবা মরাল অমা লৈরবনী হায়না লাউথোক্লবা; নত্রগা

(সি) অদুগুম্বা মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা হকচাংগী নত্রগা

পুক্নিঙগী ওইনা ঙমদবা ওইরক্লবা; নত্রগা

(দি) শেল থুমগী নত্রগা অতৈ হকশিং লৈরক্লদুনা মেম্বর অমা ওইনা থবক তৌবদা মাগী থবক্তা অকায়বা থোক্লা শোকহনবা য়াশিনলক্লবা; নত্রগা

(ই) মহাক্লা ওফিস্তা অসুম শাংথনা লৈরগদি মীয়ামগী হক্তা অকায়বা থোক্লকপা য়াবা মওঙদা মানা পায়রিবা ফমদু লান্না শীজিন্নরক্লবা –

ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বর অমবু থবক্তগী লৌথোকপা য়াই।

অদুবু মসিগী মতাংদা অদুগুম্বা থৌওঙদুদা তৌগদবনী হায়না পীবা থৌওঙদুদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা থিজিন হৃমজিল্লবা অদুগা মেম্বর অদু অদুগুম্বা য়ুম্ফমদুদা মরাল লৈরে হায়বসি উরবতদা নত্তনা সব-রুল (৫) ক্লোজ (দি) গা (ই) গদা পীরিবা য়ুম্ফমশিংদা প্রসিদেন্ট নত্রগা মেম্বরবু মাগী ফমদগী লৌথোক্লোই।

(৬) ফম হাপত্রিদৈগী মমাঙদা ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বর অমনা মেম্বর ওইনা মা মাগী থবক্তা অকায়বা থোক্লা শোকহনবা য়াবা মওঙদা অদুগুম্বা শেলথুমগী ওইবা নত্রগা অতৈ হকশিং লৈতে অদুগা লৈসু লৈরোই হায়না ৱাশকপা তাই।

(৭) ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অমদি মেম্বরশিংগী থবক্কী মতম অমদি ফীভমশিংদু মখোয়গী থবক তৌনবগী মতমগী মনুংদা মখোয়দা খুদোংচারোইদবা মওঙদা হোংদোক হোংজিন তৌরোইদবনী।

(৮) সব-রুল (৪) গী মখাদা ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মেম্বর অমনা ফম থাদোকখিবদগী নত্রগা অতোপ্পা মরম্না থোকহনবা অহাঙবা খুদিঙমক নৌনা হাপ্পুনা মেনশিনগনী।

(৯) ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্টকী ফম অসি হাঙলক্লবদা হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা ষ্টেট কম্মিশনগী থাক্তা খ্বায়দগী হেন্না ৱাংনা (থবক হাপ্পগী মথং মনাউদা) লৈবা মেম্বর অদুনা অহাঙবা অদু মেনশিন্নবা মীশক অমবু হাপত্রিদৈ অমদি ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট ওইনা থবক পায়দ্রিমখৈ প্রসিদেন্টকী থবকশিং তৌগনী।

(১০) কারক্তবনা, নাবনা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মরম্না ষ্টেট কম্মিশনগী প্রসিদেন্ট অদুনা মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রবদি থাক্তা খ্বায়দগী হেন্না ৱাংনা (থবক হাপ্পগী মথং মনাউদা) লৈবা ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বর অদুনা প্রসিদেন্টনা মাগী থবক পায়বা নুমিৎ য়ৌদ্রিদৈ ফাউবা প্রসিদেন্টকী থবকশিংদু পুগনী।

(১১) প্রসিদেন্ট নত্রগা কনাগুম্বা মেম্বর অমনা মখোয়গী থবক পায়বা তোক্লবদা (মহাক্লা) থবক তৌরিঙৈগী মতমদা এক্টসিগী মখাদা চথখিবা থবক অমগী হীরম ওইখিবা লুপ অমগী ফম অমা পায়বা নত্রগা শীল্লাঙবা নত্রগা ৱায়েল থৌদাগী থবক্কা, মানা অদুগুম্বা ফম অদু পায়বা তোকখিবগী তারিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতম ফাউবদা, মরী লৈনরোইদবনী।

৭। **ষ্টেট কম্মিশনগী ফম্ফম অমদি মরী লৈনবা অতৈ হীরমশিং [সেক্সন ১৮ গা পামিন্নরগা সেক্সন ১৪ (৩)] ঃ**

(১) ষ্টেট কম্মিশনগী ওফিস অমসি ইম্ফালদা লৈগনী।

(২) ষ্টেট কম্মিশনগী থবক শুগদবা নুমিৎশিং অমদি ওফিসকী পুঙশিঙ অসি ষ্টেট গবর্নমেন্টকীগা চপ মান্নগনী।

(৩) ষ্টেট কম্মিশনগী চাজুম (সিল) গা খুদম (এমব্লেম) গদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা অসি অসি ওইগদৌবনী হায়বদুগুম ওইগনী।

(৪) দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী মীফম ফম্বগী তঙায়ফদবা হেক লাকপদা প্রসিদেন্টনা কৌগনী।

(৫) ষ্টেট কম্মিশনগী থবক নত্রগা থৌওঙশিং অমত্তা মদুগী মেম্বরশিংগী মরক্তা অৱাৎপা নত্রগা মদু শেম্বদা করিগুম্বা অশোয়বা অমা লৈখিবনা মরম ওইরদুনা চৎনবা য়াদবা ওইরোই।

(৬) ষ্টেট কম্মিশন্না মদুগী নোংমা নোংমগী থবক তৌবদা মতেং পাংনবা অমদি পথাপশিং অসিগী মখাদা পীরিবা অদুগুম্বা থবকশিং পাঙথোক্নবা নত্রগা প্রসিদেন্টনা শিন্নবা থবকশিং পাঙথোক্লবগীদমক ষ্টেট গবর্নমেন্টনা তঙাইফদবা তেংবাংনবা মী হাপকনী। অদুগুম্বা তেংবাংনবা মীশিংদা পীগদবা তলবতু ষ্টেট গবর্নমেন্টকী তাশিন্দুনা থম্লবা পুকৈদগী পীগনী।

(৭) মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ্তুনা ৱাকৎলিবা মীদুনা হায়রিবশিং অদু য়ারবদি ষ্টেট কম্মিশন্না ৱাথোক অদুগী অচুম অরান অমদি পুথোরক্লিবা চুম্মী হায়না প্রমান তৌনবা ইশিন্দুনা থম্বশিং অদুগী য়ুম্ফমদা ৱারেপ লৌগনী।

(৮) সেক্সন ১৩ গী মখাদা থবক চথরিঙৈদা ষ্টেট কম্মিশন্না কাঙলুপশিং অদুবু মৱা তানবা তারিখ লেপ্লবদি, ৱাকৎপা মীগা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপকা নত্রগা মদুগী অয়াবা পীরবা মীহুৎকীদমক্তা ৱা তানবা অদুগুম্বা তারিখতুদা নত্রগা অতৈ অতোপ্পা ৱাতাবদু য়ৈথোকখ্রবা তারিখ অদুদা ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কাফম থোক্লবনী।

ৱাকৎপা মীদুনা নত্রগা মানা অয়াবা পীরবা মীহুত্তুনা অদুগুম্বা নুমিৎ অদুদা ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কারকপা শোইরবদি ষ্টেট কম্মিশন্না নীংবা মতুং ইন্না ৱাকৎ অদু অশোয়বা অদুগীদমক মখা তানা খন্নদবা নত্রগা ৱাথোক অদুগী অচুম অরানগী মতুং ইন্না ৱারেপ তাবা য়াই। মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা নত্রগা মদুগীদমক অয়াবা পীরবা মীহুৎ অদুনা ৱা তানবা নুমিৎ অদুদা ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কাবা শোয়রবদি ষ্টেট কম্মিশন্না ৱাকৎ অদু নামতমক তারগা ৱারেপ তাবা য়াই।

(৯) ষ্টেট কম্মিশন্না সব-রুল (৮) গী মখাদা থবক চথরিঙৈদা, মদুনা মসিনা ফগনী খনবা অদুগুম্বা ফীভমশিংদুদা অমদি থাংখাঙ অমদা হেক্তা, ৱাকৎ তাবদু য়েথোকপা য়াই অদুবু খ্বায়গী ওইবা মওঙদা অমুক্তগী হেন্না য়েথোকপা তৌরোই অদুগা ৱাকৎ অদুগী মতুং ইন্না পোত্তু খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংয়েং তৌবগী তঙাইফদবা লৈরোইদবা ওইরগনা মায়োক্তা লৈবা কাঙলুপ অদুনা নোটিশ অদু ফংখিবদগী নুমিৎ ৯০ নিগী মনুংদা অদুগা পোত্তু খাইদোক খাইজিন তৌবা নত্রগা চাংয়েং তৌবগী তঙাইফদবা লৈরগনা নুমিৎ ১৫০ নিগী মনুংদা ৱারেপ পীগনী।

(১০) ষ্টেট কম্মিশনগী য়াথং অদু ৱায়েন খুদাদু (বেঞ্চদু) শারিবা ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিং সহী তৌগনী অদুগা তারিখ থাগনী অদুগা কাঙলুপশিং অদুদা মমল য়াউদনা পীগনী।

৮। **এপিল তাবগী থৌওঙ (সেক্সন ১৫) ঃ**

(১) এপিল তৌরিবা মীদুনা নত্রগা মহাক্কী অয়াবা পীরবা মীহুৎ অদুনা মশামক্না ষ্টেট কম্মিশন্দা মেমোরেন্দম লানখৎকনী নত্রগা কম্মিশন্দা থুংফম ওইনা থারগা রেজিষ্টার তৌদুনা থাগনী।

(২) সব-রুল (১০) গী মখাদা থাবা মেমোরেন্দম খুদিঙমক পাবা থোক্কদবা মওঙদা খুৎনা ইদুনা, হেন্না পাম্বদি তাইপ নমথোক্কুনা, থাগনী অদুগা এপিল অদুগী য়ুম্ফমশিংদু মরৈ-মরাং য়াউদনা নত্রগা ৱারী লীবগী মওঙ নত্তনা শন্না তশেং তশেংবা ৱাহৌগী মখাদা খঙহনগনী অদুগা অদুগুম্বা য়ুম্ফমশিংদু মথং মনাউ নাইনা মশিং থাগনী।

(৩) মেমোরেন্দম খুদিঙমক মদুগী মায়োক্তা এপিল তৌরিবা দিষ্ট্রিক্ট ফোরমগী চুম্মবনী হায়রবা মান্ননা শিন্দোক্লবা য়াথং অমগা মেমোরেন্দম অদুদা পল্লিবা ৱায়েং শিংদুগী য়ুম্ফমশিংদুবু ঙাক্লৌ পীবদা তঙাইফদনা চঙবা প্রমান তৌবদা চঙবা অইবা চে-চাংশিংগা লোইনগদবনী।

(৪) এপিল অদু মতম অসুক্তগী চোহুবা য়াদে হায়দুনা এক্টনা পীখিবা ঙমখৈদু

হৌখ্রবা মতুংদা থাবা ওইরগদি মেমোরেন্দম অদু, এপিল তৌরিবা মীদুনা এপিল অদু মতম অসুক্তগী চোম্ব্রবদি থাবা য়াদে হায়না পীখ্রবা মতমগী ঙমখৈ অদুদগী থেঙথনা থাবগী মতীক চাবা মরম লৈ হায়বসি অশেংবা ৱাফমশিংদু খঙহন্নবা ৱাশক-চে অমনা তেংবাং পীরবা দরখাস্ত, অমগা লোয়নগনী।

(৫) ওফিসকী মরমশিংগীদমক এপিল তৌরিবা মীশক্তুনা ষ্টেট কম্মিশন্দা মান্নবা শিন্দোক্লবা মেমোরেন্দম মরি থাগৎকনী।

(৬) ৱা তাবগী তারিখ নত্রগা ৱাতাঁবদু য়েথোকখিবা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা কাঙলুপশিং নত্রগা মখোয়গী অয়াবা পীরবা মীহুৎশিং অদু ষ্টেট কম্মিশনগী মমাঙদা কাফম থোকই। এপিল তৌরিবা মীদুনা নত্রগা মাগী অয়াবা পীরবা মীহুৎ অদুনা অদুগুম্বা নুমিত্তুদা কাবা শোয়রবদি, ষ্টেট কম্মিশন্না নাকল নামতগী ওইনা থবক চত্থগনী অদুগা এপিল অদুগী অচুম অরানগী য়ুম্ফমদা ৱারেপ লৌগনী।

(৭) ষ্টেট কম্মিশনগী অয়াবখক্তদা নত্তনা, এপিল তৌরিবা মীশক অদুনা মেমোরেন্দম অদুদা হায়দবা ৱায়েৎশিংগী য়ুম্ফম অমত্তগী ঙাক্লৌদা তাবিনবা তকশিনবা নত্রগা তাবিনবা তৌরোইদবনী অদুবু এপিলদুগী ৱারেপ পীবদা মেমোরোন্দম অদুদা পীরিবা ৱায়েৎকী য়ুম্ফমশিং অদুতদা নত্রগা পথাপ অসিগী মখাদা ষ্টেট কম্মিশনগী অয়াবা লৌরবদু খক্তদা ঙমখৈ ওইরোই;

অদুবু ৱারেপ অদুনা শোকহনবা য়াবা কাঙলুপ অদুদা ষ্টেট কম্মিশন অদুনা য়ামদ্রবদা অমুক্তং তাবিবগী খুদোংচাবা পীবিবা তৌদনা মসিগী ৱারেপ অদু লৌবদা কম্মিশন্না অতৈ অতোপ্পা য়ুম্ফমশিংনা ঙাক্লৌ ওইরোই।

(৮) ষ্টেট কম্মিশন্না মদুম তৌফম থোকই হায়না খনবা ফীভমশিং অদুদা অমদি করিগুম্বা থাংখাঙ অমদা এপিল অদুগী ৱা তাবদু য়েথোকপা য়াই অদুবু মহৌশাগী ওইবা মওঙদা অমুক্তগীদি হেন্না য়েথোক্লোইদবনী অদুগা অহানবা ৱা তাবগী তারিখ অদুদগী নুমিৎ ৯০ নিগী মনুংদা এপিলদুগী ৱারেপ লৌগদবনী।

(৯) এপিল অদুদা থোকপা ষ্টেট কম্মিশনগী য়াথংদু ৱায়েন খুদাদু শাগৎলিবা ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিং অদুনা সহী তৌগনী অমদি তারিখ থাগনী অদুগা কাঙলুপশিং অদুদা মমল য়াউদনা পীথোক্কনী।

---

এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টর, ইম্ফালগী কোওশ্রবা লাইরিকশিং ঃ —

১। মুতুবা তোম্বগী ঃ

(ক) ইপু কৈ ওইবা (মনিপুরী কোমিক ) - পার্ট বান, ১৯৯৪

(খ) ইপু কৈ ওইবা (মনিপুরী কোমিক ) - পার্ট তু, ১৯৯৫

(গ) হৈবোং মনুংগী তীল (ড্রামা) - পার্ট বান, ২০০০

২। মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী (মীতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা কোওশ্রবা) ঃ

(ক) দি চাইলদ লেবর (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ১৯৮৬ অমদি দিপ্রিভেন্স ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১

(খ) দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস, এক্ট, ১৯৭২

(গ) দি এসেনসিয়েল কোমোদিটিজ এক্ট, ১৯৫৫

(ঘ) দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ অমদি

(ঙ) দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩

কোওলগদবা লাইরিশিং ঃ

(ক) দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস রুলস, ১৯৭৩

(খ) Studies in the History of Manipur (A.D. 1508 to A.D 1709) (In English)

(গ) দি মনিপুর সোসাইটিজ রেজিষ্ট্রেসন এক্ট, ১৯৮৯

(ঘ) দি প্রিভেন্সন ওফ ফুদ এদলটরেসন এক্ট, ১৯৫৪ (মীতৈলোন্দা) অমদি

(ঙ) মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী ৱারেংশিং

৩। ডাঃ সিঐচ নিংতোম্বগী কোওশ্রবা লাইরিকশিং ঃ

(ক) তুরেল তোর্ববানগী শৈশকপা (শৈরেং, ১৯৯৬)

(খ) থাবলদি ময়েক শেংবা অসুম হেক্সিল্লকই (ৱারী মচা, ১৯৯৭) অমদি

(গ) ঈফুৎ মপানগী চন্দ্রমুখি (ৱারী মচা, ২০০০)

৪। য়ুম্নাম নিংথেমগী থুনা কোওলগদবা লাইরিক ঃ

(ক) ৱারী শীংবুল অমা চৈশু অমা

# দি প্রোটেক্সন ওফ
# হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩

(১৯৯৪ কী এক্ট নং ১০)

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা :

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

# দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩

## (১৯৯৪ কী নং ১০)

মীতৈলোন্দা হন্দোকচবা

মোইরাংথেম রাজেন্দ্র

সোইবম লৈকাই, খঙলাবুঙ লৈরক, ইম্ফাল।



এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল

# THE PROTECTION OF HUMAN RIGHTS ACT, 1993

(Act No. 10 of 1994)

**(In Meeteilon)**

*Translated into Meeteilon by*

**Moirangthem Rajendra**



অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্টেম্বর, ২০০০

কোপী মশিংঙ ঃ ১০০০

ফোঙজবী ঃ মোইরাংথেম ওঙবী ইবেচানা এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টরগীদমক ফোঙজবা।

কোপী রাইট ঃ অইবা

মমল ঃ লুপা : ২০/-

**To be had of :**

**MOIRANGTHEM RAJENDRA**

Soibam Leikai Khanglabung Leirak

Tele. No. : 440088



অফোঙবীগী মায়কৈদগী মহাকপু পোকপীরম্বা লৈখিদ্রবা

থাংজম ললিত - কী

খুয়া খাদা কৎচবা

কৎচরিবী ঃ

মোইরাংথেম ওংবী ইবেচা

সোইবম লৈকাই খঙলাবুঙ লৈরক, ইম্ফাল।

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

করিগুম্বা লৈবাক অমদা চৎনরিবা আইনশিং অসি লৈবাক অদুদা লৈরিবা মীপূম খুদিঙনা -- লাইরিক হৈবা হৈতবা থিদনা অদুগুম্বা আইনশিং অদু খঙলবসু খঙদ্রবসু - খঙই হায়না লৌগনী হায়না আইন্না হায়রি। অদুবু ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা হায়বদি ভারত পুম্বদা ফংইবা আইনগী লাইরিকশিং অসি অয়াম্বনা ইংলিশতা ইবনী। অদুমকপু ভারতকী ষ্টেট কয়াদা লৈরিবা মীশিংনা মাগী মাগী মরোলশিংদা ৱাহন্থোক তৌদুনা মাগী মাগী মীয়ামবু চৎনরিবা আইনশিং খঙহন্নবা লনাই মীওইশিং অমদি লুপশিংনা হোৎনরি। ঐখোয়গী মনিপুর অসিদসু মমাঙদা মীওই খরনা এক্ট অমা অনী মীতৈলোন্দা হন্দোক্কুনা ফোঙবিরম্বসু থেংনরে। মদু অফবা থবক অমনী হায়না খঞ্জবগা লোয়ননা এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টরনা শৈরেং, ৱারী মচা, নোভেল অমদি দ্রামানচিংবা ফোঙজদুনা মীয়ামগী সেবা তৌজরকপনী। অদুবু হীরম অসিদদি সেন্টর অসিনা থবক ইতৌ তৌরকখিদবদুদা অৱাৎপা অসি মেনখৎপা খরগী মখৈদি ঙমগদরা হায়বগী ৱাখলদা সাং সোইবম লৈকাই খঙলাবুঙ লৈরক্তা লৈবা থাঙ্গৈশেংনা এদভোকেট ওইনা ৱায়েলশঙনচিংবদা লেপ্পা খোৎপবুদি তৌদ্রবসু রেজিষ্টার তৌদুনা এদবোকেটতি ওইরবা **শ্রীমোইরাংথেম রাজেন্দ্র**-দা হায়জরুবদগী য়াবিরক্কুনা মমাঙদা লাইরিক ওইনা মরি অমসু ফোঙখ্রবা মতুংদা মঙাশুবা অসিমসু ফোঙজরি। মখা তাবসু ফোঙজরকখিগনী। ফগৎনবা পাউতাক পীবিরকপদা তরাম্না লৌজগনী।

মুতুৱা তোম্বা

*সেক্রেটরী*

এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টর, ইম্ফাল।

# দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩
## (১৯৯৪ গী নং ১০)

### য়াউরিবশিং

১বা তাংকক

**ৱাহৌদোক**


| | সেক্সন | লমায় |
|---|---|---|
| ১। | অতেনবা মিং, চৎনফম অমদি চৎনবা হৌবা | ১ |
| ২। | ৱাহন্থোকশিং | ২ |


২বা তাংকক

**মীওইবগী হকশিংগী জাতিগী ওইবা কম্মিশন**


| | | |
|---|---|---|
| ৩। | মীওইবগী হকশিংগী জাতিগী ওইবা কম্মিশন অমা লিংবা | ৪ |
| ৪। | থৌবুরেলগা অতোপ্পা মেম্বরশিংগা হাপ্পা | ৫ |
| ৫। | কম্মিশনগী মেম্বর অমা লৌথোকপা | ৫ |
| ৬। | মেম্বরশিংগী ওফিস পায়বগী মতম | ৬ |
| ৭। | ফিভম খরদা মেম্বরনা থৌবুরেন ওইনা থবক তৌবা নত্রগা মহাক্কী থবক পাঙথোকপা | ৬ |
| ৮। | মেম্বরশিংগী থবক পায়বগী অসি অসি তৌনগদবনী হায়না য়ানবা ফীভমশিং | ৭ |
| ৯। | কম্মিশনগী ৱারেপ্পু ফম হাংঙকপনচিংবনা চৎনবা য়াহন্দবা তৌরোইদবা | ৭ |
| ১০। | কম্মিশন্না থৌওঙ শেমগদবা | ৭ |
| ১১। | কম্মিশনগী ওফিসারশিং অমদি অতোপ্পা তেংবাংনবা মীওইশিং | ৭ |


৩বা তাংকক

**কম্মিশনগী মথৌশিং অমদি পাঙ্গলশিং**


| | | |
|---|---|---|
| ১২। | কম্মিশনগী মথৌশিং | ৮ |
| ১৩। | থিজিন হুমজিনবগা মরী লৈনবা পাঙ্গলশিং | ৯ |

১৪। মরম কুপ্পা থিজিনবা ১১
১৫। কম্মিশন্দা কনাগুম্বা মীওইশিংনা পীবা ৱারোল ১২
১৬। মখোয়দা অকায়বা থোকপা য়ানা শোক্কদবা মীওইশিংবু (মখোয়গী ৱা) তাগদবা ১২

৪বা তাংকক

**থৌওঙ**

১৭। ৱাকৎশিং থিজিন হুমজিনবা ১৩
১৮। থিজিন হুমজিল্লবা মতুংগী পায়খৎকদবা থবকশিং ১৩
১৯। আর্মদ ফোর্সেসকী মরীদা শীজিন্নগদবা থৌওঙ ১৪
২০। কম্মিশনগী চহীগী অমদি অখন্নবা পাউদম ১৫

৫বা তাংকক

**মীওইবগী হকশিংগী ষ্টেট কম্মিশনশিং**

২১। মীওইবগী হকশিংগী ষ্টেট কম্মিশন লিংবা ১৬
২২। ষ্টেট কম্মিশনগী থৌবুরেলগা অতৈ মেম্বরশিংগা হাপ্পা ১৭
২৩। ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বর অমা লৌথোকপা ১৭
২৪। ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিংগী থবক পায়বগী মতম ১৮
২৫। ফীভম খরদা মেম্বরনা থৌবুরেল ওইনা থবক তৌবা নত্রগা মহাক্কী থবক পাঙথোকপা ১৯
২৬। ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিংনা থবক পায়বদা মসি মসি তৌগনী হায়না য়ানবা ফীভমশিং ১৯
২৭। ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বর অমা লৌথোকপা ১৯
২৮। ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিংগী থবক পায়বগী মতম ২০
২৯। নেশনেল হ্যুমেন রাইটস কম্মিশনগী মরী লৈনবা ৱারোল খরা ষ্টেট কম্মিশনশিংদা শীজিন্নবা ২০
৩০। মীওইবগী হকশিংগী ৱায়েলশঙশিং ২১
৩১। অখন্নবা পব্লিক প্রোসিক্যুটর ২১
৩২। সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা পীবা শেলগী মতেংশিং ২২
৩৩। ষ্টেট গবর্নমেন্টনা পীবা শেলগী মতেংশিং ২২
৩৪। চাগা-চাদিংগী মরম অমদি চাগা চাদিং য়েংশিনবা ২২
৩৫। ষ্টেট কম্মিশনগী চাগা-চাদিংগী মরম অমদি চাগা-চাদিং য়েংশিনবা ২৩

| | | |
|---|---|---|
| ৩৬। | কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্নবা হক্কী ঙমখৈগী মখাপোন্দবা য়াফশিং | ২৪ |
| ৩৭। | মরম কুপ্না থিজিন্নবা অখন্নবা কাঙবুশিং শেম্বা | ২৪ |
| ৩৮। | পুক্নিঙদা চন্না ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা থবক কনবা | ২৪ |
| ৩৯। | মেম্বরশিংগা ওফিসারশিংগবু মীয়ামগী থবক তৌবশিংনী হায়না লৌগদবা | ২৫ |
| ৪০। | সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী রুল শেম্বগী পাঙ্গল | ২৫ |
| ৪১। | ষ্টেট গবর্নমেন্টকী রুল শেম্বগী পাঙ্গল | ২৬ |
| ৪২। | অরুবা ফীভমশিং লৌথোকপগী পাঙ্গল | ২৬ |
| ৪৩। | ককপা অমদি থাকহৌবশিং | ২৭ |

---

# দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩
## (১৯৯৪ কী নং ১০)

মীওইবগী হকশিং হেন্না ফজনা ঙাক্লবগীদমক নেশনেল হ্যুমেন রাইটস কম্মিশন অমা, ষ্টেটকী হ্যুমেন রাইটস কম্মিশনশিং অমদি হ্যুমেন রাইটসকী ৱায়েনশঙশিং লিংনবা অমদি মদুগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংগী নত্রগা মদুগা লোয়নগনবা ৱাফমশিংগী ৱারোলশিং পীনবা আইন অমা।

মীয়ামগী লৈঙাক্লোন লৈরবা ভারতকী নীফুমরিশুবা চহী অসিদা পার্লিয়ামেন্টনা মসিবু মখাগী অসুম্না আইন ওইনা শেম্মশনু (শেম্লে) ঃ–

### ১বা তাংকক
### ৱাহৌদোক

**১। অতেনবা মিং, চৎনফম অমদি চৎনবা হৌবা ঃ**

(১) এক্ট অসি দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩ কৌবা য়াই।

(২) মসি ভারতকী মফম খুদিঙমক্তা চৎনগনী।

অদুবু জম্মু অমদি কাশ্মীর ষ্টেটতা শীজিন্নবদদি ষ্টেট অসিদা শীজিন্নবা য়াবা তরেৎশুবা সিদুলগী ১বা নৎত্রগা ৩ শুবা লিষ্টা চনশিন্দুনা পীরিবা মরী লৈনরিবা ৱাফমশিংদুতমক শীজিন্নগনী।

(৩) মসি ১৯৯৩ গী সেপ্টেম্বরগী ২৮ শুবা নুমিত্তুদগী চৎনবা হৌখ্রবনী হায়না লৌগনি।

**২। ৱাহম্মোকশিং ঃ**

(১) এক্ট অসিদা, ৱাহৈশিংগী তুংমাঙদা লৈরিবশিংনা অতোপ্পা (ৱাহম্মোক) চেলহন্দ্রবদি —

(এ) "খুৎলায় পায়বা লান্মীশিং" হায়বসি ঈশিংগী, কংফালগী অমদি নোংথক্কী লান্মীশিং হায়বনী অদুগা মসিগী মনুংদা ইউনিয়নগী খুৎলায় পায়বা অতোপ্পা লান্মীশিংসু চল্লি;

(বি) "থৌবুরেল" হায়বদি কম্মিশনগীবু ওইরবসু ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইরবসু থৌবুরেলদুবুনী;

(সি) "কম্মিশন" হায়বদি সেক্সন ৩গী মখাদা লিংলবা নেশনেল হ্যুমেন রাইটস কম্মিশন হায়বদুবুনী;

(দি) "মীওইবগী হকশিং" সম্বিধান্না শোয়দনমক পীরগনী হায়রবা নৎত্রগা জাতি মশেলগী য়ান-চেদা মনুং চন্না হাপ্পবা ভারত্তা লৈরিবা ৱায়েনশঙশিংনা চৎনহনবা য়াবা মীওই অমগী পুন্সিগী, নীংখাতম্বগী, মান্নবগী অমদি লেম্না লৈজবগা মরী লৈনবা হকশিং অদুবুনী;

(ই) "মীওইবগী হকশিংগী ৱায়েলশঙ" হায়বদি সেক্সন ৩০ গী মখাদা শুগায়না তাক্লবা মীওইবগী হকশিংগী ৱায়েলশঙ অদুবুনী;

(এফ) "জাতি মশেলগী য়ান-চেশিং" হায়বদি ইং ১৯৬৬ কী দিসেম্বরগী ১৬ শুবা তারিখতা ইউনাইটেদ নেশন্সকী জেনরেল এসেমব্লীনা লৌখ্রবা লৈবাকশিংগী, প্রজাগী অমদি লৈঙাক্লোনগী হকশিংগী ওইবা জাতি মশেলগী য়ান-চে অমদি শেল থুমগী, খুন্নাইগী অমদি নাৎকী ওইবা হকশিংগী ওইবা জাতি মশেলগী য়ান-চেশিং হায়বনী;

(জি) "মেম্বর" কম্মিশনগীবু ওইরবসু ষ্টেট কম্মিশনগীবু ওইরবসু মদুগী মেম্বর অমবুনী অদুগা মসিদা থৌবুরেলসু মনুং চল্লি;

(ঐচ) "জাতিগী ওইবা মীশিঙ য়ামদবা কাঙবুশিংগী কম্মিশন" হায়বদি নেশনেল কম্মিশন ফোর মাইনোরিটিজ এক্ট, ১৯৯২ গী সেক্সন ৩ গী মখাদা লিংখিবা মীশিঙ য়ামদবা কাঙবুশিংগী জাতিগী ওইবা কম্মিশনবু হায়বনী;

(আই) "জাতিগী ওইবা সিদুলদ কাষ্ট অমদি সিদুলদ ট্রাইবশিংগী কম্মিশন" হায়বদি সম্বিধানগী আর্টিকল ৩৩৮ দা পল্লিবা সিদুলদ কাষ্ট অমদি সিদুলদ ট্রাইবশিংগী জাতিগী ওইবা কম্মিশন অদুবুনী;

(জে) "জাতিগী ওইবা নুপীশিংগী কম্মিশন" হায়বদি নেশনেল কম্মিশন ফোর উইমেন এক্ট, ১৯৯০ গী সেক্সন ৩ গী মখাদা লিংখিবা নুপীশিংগী জাতিগী ওইবা কম্মিশন অদুনী;

(কে) "নোটিফিকেশন" হায়বদি ওফিসিএল গেজেট্তা ফোঙলবা নোটিফিকেসন অমবু হায়বনী;

(এল) "ইনগদবা পথাপ্পী হায়দুনা থম্লবা" হায়বদি এক্ট অসিগী মখাদা শেম্লবা রুলশিংনা ইনগদবা পথাপ্পী হায়দুনা থম্লবা হায়বনী;

(এম) "মীয়ামগী থবক তৌবা মী" হায়বসিগী ৱাহল্লোক অসি ইন্দিয়ান পেনাল কোদ কী সেক্সন ২১ দা পীরিবা ৱাহল্লোক্তুগা মান্নগনী;

(এন) "ষ্টেট কম্মিশন" হায়বসি সেক্সন ২১ গী মখাদা লিংখ্রবা ষ্টেট অমগী মীওইবগী হকশিং (কন্নবগী) গী কম্মিশন অমবু হায়বনী।

(২) জম্মু অমদি কাশ্মীর ষ্টেটতা চৎনদবা আইন অমা এক্ট অসিদা পল্লক্লবদি ষ্টেট অদুদা মদুগা চানবা আইন অমা লৈরবদি ষ্টেট অদুগীদমক্তদি অদুগুম্বা চানবা আইন অদু পনবনী হায়না লৌগনী।

## ২বা তাংকক

## মীওইবগী হকশিংগী জাতিগী ওইবা কম্মিশন

**৩। মীওইবগী হকশিংগী জাতিগী ওইবা কম্মিশন অমা লিংবা ঃ**

(১) মদুদা এক্ট অসিগী মখাদা পীবা পাঙ্গলশিং শীজিন্নবা অমদি মদুদা শিন্নবা মথৌশিং পাঙথোক্লবা জাতিগী ওইবা মীওইবগী হকশিংগী কম্মিশন হায়না খঙনগদবা (মীগী) কাঙলুপ অমা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা লিংগনী।

(২) কম্মিশন অদু —

(ই) সুপ্রীম কোর্টকী চিফ জষ্টিস অমা ওইরুরবা থৌবুরেল অমা;

(বি) সুপ্রীম কোর্টকী জজ অমা ওইরিবা নত্রগা ওইরুরবা মেম্বর অমা;

(সি) হায় কোর্ট অমগী জজ অমা ওইরিবা নত্রগা ওইরুরবা মেম্বর অমা;

(দি) মীওইবগী হকশিংগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংগী লৌশিং লৈরবা নত্রগা মখোয়শিংদুদা থবক ওইনা তৌরুবদগী ফংলকপা হকথেংনবা লৌশিং লৈরবা মীওইৱিশংগী মরক্তগী হাপ্পা মেম্বর অনীগনা — শাগনী।

(৩) সেক্সন ১২ গী ক্লোজ (বি) দগী (জে) ফাউবদা পল্লিবা থবকশিং অদু পাঙথোক্লবগীদমক্তা জাতিগী ওইবা মীশিঙ য়ামদবা কাঙবুশিংগী কম্মিশন, জাতিগী ওইবা সিদুলদ কাস্ত অমদি সিদুলদ ট্রাইবশিংগী কম্মিশন অমদি জাতিগী ওইবা নুপীশিংগী কম্মিশনগী থৌবুরেলশিং অসি জাতিগী ওইবা মীওইবগী হকশিংগী কম্মিশনগী মেম্বরশিংনী হায়না লৌগনী।

(৪) কম্মিশনগী মকোক ওইনা থবক পাঙথোক্লবা ওফিসার ওইগদবা সেক্রেটরি জেনরেল অমা লৈগনী অদুগা মানা মঙোন্দা মদুনা শিন্নবা অদুগুম্বা পাঙ্গলশিং শীজিন্নগনী অদুগা অদুগুম্বা মথৌশিংদু পাঙথোক্কনী।

(৫) কম্মিশনগী হেদক্কার্টরস দিল্লীদা লৈগনী অদুগা কম্মিশন্না সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী মাঙজৌনবা অয়াবা লৌরগা ভারতকী অতৈ মফমশিংদা ওফিসশিং লিংখৎপা য়াই।

**৪। থৌবুরেলগা অতোপ্পা মেম্বরশিংগা হাপ্পা ঃ**

(১) থৌবুরেলগা অতৈ মেম্বরশিংগসি প্রসিদেন্টনা মশাগী খুৎই অমদি চাজুন্না চুম্মবনী হায়বা উত্তুনা হাপকনীঃ

অদুবু সব-সেক্সন অসিগী মখাদা থবক হাপ্পা খুদিঙমক অসি —

(এ) প্রাইম মিনিষ্টর -- থৌবুরেল;

(বি) লোক সভাগী স্পীকর -- মেম্বর;

(সি) ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি ওফ হোম এফিয়ারসকী থবক পুরিবা মিনিষ্টর -- মেম্বর;

(দি) লোক সভাগী ওপোজিসনগী লীদর -- মেম্বর;

(ই) রাজ্য সভাগী ওপোজিসনগী লীদর -- মেম্বর;

(এফ) রাজ্য সভাগী দিপুটি চিয়ারমেন -- মেম্বর- শিংনা শাবা কম্মিটি

অমগী পাউতাক ফংলবা মতমদতা তৌগনী;

অদুগা মখা তাবা ওইনা কনাগুম্বা সুপ্রীম কোর্টকী জজ ওইরিবা নত্রগা হাই কোর্ট অমগী চিফ জষ্টিস ওইরিবা মীশক অমত্তা ভারতকী চিফ জষ্টিসকা তানরবা মতুংদতা নত্তনা মেম্বর ওইনা হাপ্লোইদবনী।

(২) কম্মিটিগী মনুংদা ফম হাঙবা থোকপখক্তগী মরম্না থৌবুরেল অমা নত্রগা মেম্বর অমা হাপ্পদা চৎনবা য়াদবা লৈরোই।

**৫। কম্মিশনগী মেম্বর অমা লৌথোকপা ঃ**

(১) সবসেক্সন (২) গী ৱারোলশিংগী মখা পোন্না, প্রসিদেন্টনা সুপ্রীম কোর্টতা থারক্লগা, সুপ্রীম কোর্টনা মদুগী মতাংদা শেন্নবা থৌওঙগী মতুং ইন্না থিজিনখোৎচিন তৌরগা, প্রমান তৌরবা লমচৎ ফজদবা নত্রগা মতীকচাদবগী য়ুম্ফম খক্তদা থৌবুরেলদুবু ওইরবসু নত্রগা অতোপ্পা অদুগুম্বা মেম্বরদুবু ওইরবসু অদুগুম্বা য়ুম্ফম অমদা লৌথোকফম থোকই হায়না পীরকপা পাউদমদা থৌবুরেলদু নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মেম্বর অমবু লৌথোক্কদবনী।

(২) সব-সেক্সন (১) দা অমা অমা হায়জরবসু --

(এ) শেল শিংবা ঙমদ্রবনী হায়না ৱায়েনশঙনা লাউথোক্লবা; নত্রগা

(বি) থবক পুরিঙৈগী মতমগী মনুংদা মাগী ওফিসকী মথৌশিংগী

ৱাংমদা শেল ফংবা থবক তৌরবা; নত্রগা

(সি) পুক্নিঙগী নত্রগা হকচাংগী ওইনা শোঙ্হরকপনা মরম ওইদুনা থবক তৌবা অদুম চত্থবদা মতীক চাদ্রবা; নত্রগা

(দি) পুক্নিঙগী ফীভম ফৎচিল্লক্তৃবা অমদি মতীকচাবা ৱায়েলশঙ অমনা অসুম্না লাউথোক্লবা; নত্রগা

(ই) প্রসিদেন্টকী পুক্নিঙদা হন্থবা লমচৎ চৈন্নে হায়না নিঙবা আইন্না য়াদবা থবক অমা তৌবগীদমক মরাল লৈরে হায়না ৱায়েল পীরবা অমদি কৈশুম শঙদা থম্নবা চৈরাক পীরবা -- ওইরবদি

প্রসিদেন্টনা য়াথং অমা থোক্তুনা থৌবুরেলদুবু ওইরবসু নত্রগা অতোপ্পা মেম্বরদুবু ওইরবসু থবক্তগী লৌথোকপা য়াই।

৬। **মেম্বরশিংগী ওফিস পায়বগী মতম ঃ**

(১) থৌবুরেল অমা ওইনা হাপ্লবা মীশক অমনা মানা থবক হৌবগী তারিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতমগা নত্রগা মহাক্কী মশাগী চহী হুম্ফুতরা শুদ্রিফাউবগী মতমগা অনীগী মরক্তা হান্না শুবা মতম অদু ফাউবা থবক পায়গনী।

(২) মেম্বর অমা ওইনা হাপ্লবা মীশক অমনা মানা থবক পায়বা হৌবগী তারিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতমগী ওইনা থবক পায়গনী অদুগা অতোপ্পা চহী মঙাগী মতম অমগগী ওইনা অমুক হন্না হাপ্পা য়াই;

অদুম্নদি ওইরবদা কনাগুম্বা মেম্বর অমত্তনা চহী হুম্ফুতরা শুরবা মতুংদদি থবক পায়বা য়ারোই।

(৩) থবক পায়বা লেপ্লবদদি, থৌবুরেল অমা নত্রগা মেম্বর অমনা ভারত সরকারগী নত্রগা করিগুম্বা ষ্টেট সরকার অমগী মখাদা মখাতানা থবক তৌবা য়াবা মী অমত্তা ওইররোই।

৭। **ফীভম খরদা মেম্বরনা থৌবুরেল ওইনা থবক তৌবা নত্রগা মহাক্কী থবক পাঙথোকপা ঃ**

(১) শিবা, মশানা ফম থাদোকচবা নত্রগা অতোপ্পা ফীভম্না মরম ওইরদুনা থৌবুরেলদুগী ফমদু হাঙবা থোক্লকপদা, প্রসিদেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা অহাঙবদু মেনশিন্নবা অনৌবা থৌবুরেল অমা হাপ্প্রিবা ফাউবা মেম্বরশিংদুগী মনুংদা অমবু থৌবুরেল ওইনা থবক তৌনবা শিন্নবা য়াই।

(চ) ছুটি লৌদুনা নত্রগা অতৈ ফীভমদা কারক্তবদগী থৌবুরেলদুনা মাগী মথৌশিং তৌবা ঙমদ্রবা মতমদা প্রসিদেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা মসিগী মতাংদা মেম্বরশিং-দুগী মনুংদা শিন্নরবা অমনা থৌবুরেলদুনা মাগী মথৌ তৌবা হৌদ্রিবা ফাউবা থৌবুরেলগী থবক তৌগনী।

**৮। মেম্বরশিংগী থবক পায়বগী অসি অসি তৌগদবনী হায়না য়ানবা ফীভমশিং ঃ**

মেম্বরশিংদা পীবা য়াবা তলবশিং অমদি শেলহাপশিং অমদি অসি অসি তৌগদবনী হায়না য়ানবা ফীভমশিংদি ইনগদবা চৎনগদবা পথাপ্নী হায়না থম্লবদুগুম্না ওইগনী;

অদুবু মহাকপু হাপখ্রবা মতুংদা তলব অমদি শেলহাপশিং নত্রগা অতৈ য়ানখ্রবা ফীভমশিংদু মেম্বর অমগী মাঙজগদবা মওঙদা হোংদোকপা তৌরোইদবনী।

**৯। কম্মিশনগী ৱারেপ্পু ফম হাংঙকপনচিংবনা চৎনবা য়াহন্দবা তৌরোইদবা ঃ**

ফম হাঙবা অমা লৈরকপা নত্রগা কম্মিশন লিংবদা অশোয়বা লৈবগী অচম্বা য়ুম্সুমদা কম্মিশনগী থবক্তা নত্রগা লেপ্পখ্রবা ৱারেপশিংদা য়েৎলোইদবনী নত্রগা চৎনবা য়াহন্দবা তৌরোইদবনী।

**১০। কম্মিশন্না থৌওঙ শেমগদবা ঃ**

(১) থৌবুরেলনা ফনী হায়না খনবা অদুগুম্বা মতমগা মফমগদা কম্মিশন্না উনগনী।

(২) কম্মিশন্না মসিগী মরনাই থৌওঙ শেমজগনী।

(৩) কম্মিশনগী যাথংশিং অমদি ৱারেপশিং পুন্নমক সেক্রেটরি জেনরেলনা নত্রগা মসিগী মরীদা থৌবুরেলনা চপচানা শিন্নরবা কম্মিশনগী অতৈ অতোপ্পা ওফিসার অমনা চৎনহনগনী।

**১১। কম্মিশনগী ওফিসারশিং অমদি অতোপ্পা তেংবাংনবা মীওইশিং ঃ**

(১) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা কম্মিশন্দা —

(এ) কম্মিশনগী সেক্রেটরি জেনরেল ওইনবা ভারত সরকারগী সেক্রেটরিগী থাক্কী ওফিসার অমা; অমদি

(বি) দাইরেক্টর জেনরেল ওফ পুলিসকী থাক্তগী হস্থদবা ওফিসার

অমগী মখাদা অদুগুম্বা পুলিস অমদি থিগৎ খোংকংপা তৌনবা মীওই (ষ্টাফ) অমদি কম্মিশনগী থবকশিং নিঙথিনা ফজনা পাঙথোকপদা চঙগদবা অদুগুম্বা অতোপ্পা ওফিসারশিং অমদি তেংবাংনবা মীওইশিং — ফংহনগনী।

(২) মসিগী মরীদা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা শেমগদবা রুলশিংগী মখা পোন্না, চঙগনী হায়না খনবা অদুগুম্বা অতোপ্পা অশীন অরাঙগী, খুৎজু খুৎলাই শীজিন্নগদবা শিন্ফমগা মরী লৈনবগী অমদি সাইন্সকী ওইবা থবক্কী ওইবা মীওইশিং কম্মিশন্না হাপ্পা য়াই।

(৩) সব-সেক্সন (২) গী মখদা হাপখ্রবা ওফিসারশিংগা মতেং পাংনবা মীওইশিংগগী তলবশিং, শেলহাপশিং অমদি থবক তৌবগী ফীভমশিং অসি রুলশিংনা লেপ্পবশিং অদু ওইগনী।

## ৩বা তাংকক

## কম্মিশনগী মথৌশিং অমদি পাঙ্গলশিং

**১২। কম্মিশনগী মথৌশিং ঃ**

কম্মিশন্না মখাগী থবকশিং অসি লোইনমক নত্রগা মখোয়গী মনুংদা অমা পাঙথোক্কনী, হায়বদি ঃ --

(এ) মরনাই ওইনা নত্রগা অরাবা নংলবা মীশক অমনা নত্রগা মাগীদমক্তা কনাগুম্বা অমনা —

(i) মী ওইবগী হকশিং থুগায়বগী নত্রগা মদুম তৌবদা ইনশিনবা; নত্রগা

(ii) মীয়ামগী থবক তৌবা মীশক অমনা অসুম্না থুগায়বা অসিবু থিংবা থৌশাদবগী রাকত্তা থিজিন হুমজিন তৌবা;

(বি) রায়েনশঙ অমদা পন্দুনা লৈবা মীওইবগী হকশিং থুগায়বা চেন্নবগী মরীদা চখ্নরিবা কেশকী থবক অদু অদুগুম্বা রায়েল শঙ অদুগী অয়াবগা লোয়ননা মরক থৎপা;

(সি) ৱায়েন তৌদনা মী ফাজিন্দুনা থল্লিবা নত্রগা লায়েংনবা, শেমদোক্নবা নত্রগা ঙাকপি শেনবিনবা থল্লিবা ষ্টেট গবর্নমেন্টকী মখাদা লৈবা কৈশুমশঙ নত্রগা শঙ অমদা, ষ্টেট গবর্নমেন্ট খঙহল্লগা লৈরিবশিংদুগী লৈবগী ফীভমশিং চত্তুনা য়েংশিনবা অমদি মদুগী মরমদা পাউতাক পীবা;

(দি) সমবিধানগী নত্রগা হৌজিক চৎনরিবা আইন অমগী মখাদা মীওইবগী হকশিংবু ঙাক্নবা পীরিবা পাম্বৈশিংবু হন্না য়েংশিনবা অমদি মখোয়দু তশেংনা পাঙথোক্নবা পোরমশিংগী পাউতাক পীবা;

(ই) মীওইবগী হকশিং ফংবদা অথিংবা পীরিবা সরকারগী মথক্তা লালহৌবা য়াউনা লৈরিবা মচাকশিংবু হন্না য়েংশিনবা অমদি মদু কোক্নবা মতীকচাবা পাম্বৈশিংগী পাউতাক পীবা;

(এফ) মীওইবগী হকশিংগী মতাংদা জাতিশিংগী মরক্তা য়ানখিবশিং অমদি অতোপ্পা ইনস্ত্রুবা য়ান-চেশিং নৈনবা অদুগা মখোয়শিংদু তশেংনা পাঙথোক্নবা পাউতাক পীবা;

(জি) মীওইবগী হকশিংগী মরমদা অনৌবা লৌশিং ফংনবা থিজিন হুমজিনবগী থবক পায়খৎপা অমদি চাউখৎহনবা;

(ঐচ) খুন্নাইগী শরুক কয়ামরুমগী মরক্তা মীওইবগী হকশিংগী মরমদা মমুৎতানা খঙনবা শন্দোকপা অমদি চেফোংশিং, মীয়াম্বু তম্বী-তাকপিনবা রেডিও, টিঃ ভিঃ নচিংবা, অখঙ-অহৈশিং য়াউনা খন্ন-নৈনবশিং অমদি অতোপ্পা অফংবা পাম্বৈশিংগী খুৎথাঙদা মীওইবগী হকশিং ঙাকশেনবশিং খঙবদা খুমাঙ চাউশিনহনবা;

(আই) মীওইবগী হকশিংগী হীরমদা সরকারগী নত্তবা ওর্গেনাইজেসনশিং অমদি ইষ্টিটুসনশিংনা মীওইবগী হকশিংগী লমদা থবক তৌবদা পুক্লিঙ থৌগৎপা;

(জে) মীওইবগী হকশিং চাউখৎপদা চঙগনী খনবা অদুগুম্বা অতৈ থবকশিং;

## ১৩। থিজিন হুমজিনবগা মরী লৈনবা পাঙ্গলশিং ঃ

(১) এক্ট অসিগী মখাদা লাকপা ৱাকৎশিংদা অমদি অখন্ননা মখাগী ৱাফমশিংদা

থিজিন হুমজিন তৌবা মতমদা কম্মিশন্দা, কোদ ওফ সিভিল প্রোসিজিওর, ১৯০৮ গী মখাদা কেশ অমা ৱায়েল তৌবদা সিভিল কোর্ট অমদা লৈবা পাঙ্গল পুন্নমক লৈগনী; হায়বদি —

(এ) শাক্ষিশিং লাকউ হায়দুনা কৌবা অমদি কারকহনবা অমদি ৱাশক লৌদুনা ৱাহং হংবা;

(বি) করিগুম্বা প্রমান ওইবা য়াবা চে-চাং থিদোকপা অমদি পুথোকপা;

(সি) ৱাশক-চেশিংদা শাক্ষি লৌবা;

(দি) কোর্ট নত্রগা ওফিস অমদগী মীয়ামগী ওইবা প্রমান ওইনবা ইশিন্দুনা থম্বা ৱারোল নত্রগা মদুগী কোপী পীয়ু হায়দুনা তানবা;

(ই) শাক্ষিশিং নত্রগা প্রমান ওইনবা ইশিন্দুনা থম্বা ৱারোলশিং চেকশিন্না য়েংনবা থিজিন হুমজিল্লগা পাউ পীরকউ হায়দুনা মথৌ পীরবা মী কাণ্ডবুশিং থাবা;

(এফ) রুলশিংনা মদু মদু তৌগদবনী হায়না পীবা অতৈ অতোপ্পা ৱাফম।

(২) থিজিল্লিবা হীরম অদুদগী কান্নগনী নত্রগা মরী লৈনৈ হায়না কম্মিশন্না নীংবা অদুগুম্বা ৱা মতাংশিং নত্রগা ৱাফমশিংদা কনাগুম্বা মীশক অমবু চৎনরিবা আইন অমগী মখাদা মানা লৈ হায়রিবা মঙোন্দা পীবা মাগী খুদোংচাবশিংদুগী মখা পোন্না পাউ পীখৎহন্নবা কম্মিশনগী পাঙ্গল লৈগনী অদুগা অসুন্না পাউ পীখৎফম থোকহল্লবা মীশক অদু ইন্দিয়ান পেনাল কোদকী সেক্সন ১৭৬ কা সেক্সন ১৭৭ কা গী ৱাহম্বোক্কী মনুং চন্না অদুগুম্বা পাউদু আইনগী মতুং ইন্না পীখৎফম থোক্লবনী হায়না লৌগনী।

(৩) কম্মিশন্না নত্রগা কম্মিশন্না মসিগী মতাংদা অখন্নবা মদু তৌনবা শিন্নরবা গেজেত্তেদ ওফিসার অমগী থাক্তগী হন্থদবা অতৈ ওফিসার অমনা, থিজিল্লিবদুগী হীরমদুগা মরী লৈনবা প্রমান ওইবা য়াবা ইদুনা থল্লবা চে অমা লৈরে হায়না থাজনবগী মরম লৈরবা যুম নত্রগা মফম অমদা চঙবা য়াই, অদুগা মদু শীজিন্নফম থোকপমখৈদা কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর, ১৯৭৩ গী সেক্সন ১০০ গী ৱারোলশিংগী মখা পোন্না অদুগুম্বা প্রমান ওইবা য়াবা ইদুনা থল্লবা চে অদু নত্রগা মদুগী মচি ওইবা শরুক নত্রগা মান্নমা শিন্দোক্লবা অমা লৌবা য়াই।

(৪) কম্মিশন অসি সিভিল কোর্ট অমনী হায়না লৌগনী অদুগা কম্মিশনগী ৱাখন্দা নত্রগা মমাঙদা ইন্দিয়ান পেনাল কোদ কী সেক্সন ১৭৫, সেক্সন ১৭৮, সেক্সন ১৭৯, সেক্সন ১৮০ নত্রগা সেক্সন ২২৮ দা শুগায়না হায়রিবশিং অদুগুম্বা মরাল অমা তৌরবদি, কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর, ১৯৭৩ দা পীরিবা ৱারোলদুগুম্না মরাল

অদু ওইহল্লিবা অশেংবা ৱাফমশিংগা মরাল অদু তৌরে হায়রিবা মীশক অদুগী ৱারোলদুগা ইশিন্দুনা থম্লবা মতুংদা, কম্মিশন্না কেশ অদুগী ৱায়েল তৌবগী হক লৈবা মেজিষ্ট্রেট অমদা কেশ অদু থাগনী অদুগা মঙোন্দা অদুগুম্বা কেশ অদু থারক্লবা মেজিষ্ট্রেট অদুনা মঙোন্দা কেশ অদু কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর, ১৯৭৩ গী সেক্সন ৩৪৬ কী মখাদা থারকপা কেশ অমগুম্না অদুগুম্বা মরাল লৈরে হায়রিবা মীশক অদুগী মায়োক্তা থারকপা ৱাকৎ অদু তাবগী থবক চখগনী।

(৫) কম্মিশনগী মমাঙদা চথরিবা থবক খুদিঙমক ইন্দিয়ান পেনাল কোদকী সেক্সন ১৯৩ গা ২২৮ গগী ৱাহয়্রোক্কী মনুংদা অদুগা সেক্সন ১৯৬ গী মরমশিংগীদমক ৱায়েলশঙগী মমাঙদা চথরিবা থবক্কি হায়না লৌগনী অদুগা কম্মিশনবুনা কোদ ওফ ক্রিমিনেল প্রোসিজিওর, ১৯৭৩ গী সেক্সন ১৯৫ অমদি ২৬ শুবা তাংকক্কী মরমশিং গীদমক্তা সিভিল কোর্ট অমনী হায়না লৌগনী।

১৪। **মরম কুপ্না থিজিনবা ঃ**

(১) থিজিল হুমজিল্লিবা অদুগী মরীদা মরম কুপ্না থিজিনহন্নবা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকীবু ওইরবসু ষ্টেট গবর্নমেন্টবু ওইরবসু য়ানরগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্টকী ওফিসার অমগী নত্রগা মরম কুপ্না থিজিন্নবা লৈরিবা মীহুৎকী থবকশিং শীজিন্নবা য়াই।

(২) থিজিল্লিবা অদুগা মরী লৈননা মরম কুপ্না থিজিন্নবগীদমক সব-সেক্সন (১) গী মখাদা মহাক্কী থবক শীজিন্নরবা ওফিসার নত্রগা মীহুৎ অমনা কম্মিশনগী পাউতাক অমদি লাকশিনবগী মখা পোন্না —

(এ) মীশক অমবু লাকউ হায়না কৌখৎপা নত্রগা নমদুনা লাকহনবা অমদি মঙোন্দা ৱাহং পাউহং তৌদুনা য়েংবা;

(বি) চুম্মি হায়না প্রমান তৌনবা চে-চাংশিং থিদোকহনবা অমদি পুথোকহনবা; অমদি

(সি) ওফিস অমদগী মীয়ামগী ওইবা কাউদনবা ইশিন খোৎচিন তৌদুনা থম্লবা চে-চাংশিং কৌখৎপা — য়াই।

(৩) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা মাগী থবক শীজিন্নরবা ওফিসার নত্রগা মীহুৎ অদুগী মমাঙদা মীশক অমনা পীবা ৱারোলদুদা, কনাগুম্বা মীশক অমনা কম্মিশনগী মমাঙদা শাক্ষি পীরিঙৈদা পীবা ৱারোলদুদা শীজিন্নবগুম্না সেক্সন ১৫ গী ৱারোলশিং অদু শীজিন্নগনী।

(৪) সব-সেক্সন (১) গী মখাদা মাগী থবক শীজিন্নরবা ওফিসার নত্রগা মীহুৎ অদুনা থিজিল হুমজিল্লিবা অদুগা মরী লৈনবা ৱাফম অমগী মরম কুপ্না থিজিনগনী অদুগা কম্মিশন্না মদুগীদমক লেপখ্রবা অদুগুম্বা মতমদুগী মনুংদা পাউদম অমা কম্মিশন্দা থাগৎকনী।

(৫) সব-সেক্সন (৪) গী মখাদা মদুদা থাগৎলক্লবা পাউদম অদুদা য়াউবা অশেংবা ৱাফমশিংগী ৱারোল অমদি য়াউরগা তারিবা ৱারোই অদু কম্মিশন মশানা চপ চানা থাজরবা ওইগদবনী অদুগা মরম অসিগীদমক্তা কম্মিশন্না (মরম মুন্না থিজিনখিবা নত্রগা থিজিনবদুদা মতেং পীখিবশিংবু ৱাহং পাউহং তৌদুনা য়েংবা য়াউনা) মসুম তৌফম থোকই হায়না খনবা মওঙদুদা থিজিন হুমজিন তৌগনী।

**১৫। কম্মিশন্দা কনাগুম্বা মীওইশিংনা পীবা ৱারোল ঃ**

কনাগুম্বা মীওই অমনা কম্মিশনগী মমাঙদা শাক্ষি পীরিঙৈদা পীখিবা ৱারোল অমত্তা (করিগুম্বা সিভিল নত্রগা ক্রিমিনেলগী ওইবা কেশকী থবক চত্থবদা অদুগুম্বা ৱারোলদুনা) মীনম্বা শাক্ষি পীবগীদমক কেশকী থবক চত্থবা মতাংদা নত্তনা মহাকপু করিগুম্বা সিভিল নত্রগা ক্রিমিনেল কেশকী থবক চত্থবদা মঙোন্দা পীহনবা নত্রগা মাগী মায়োক্তা শীজিন্নবা য়াদে;

অদুবু ৱারোল অদু --

(এ) কম্মিশন্না হংবা ৱাহংগী পাউখুম পীফম থোকপদদি; নত্রগা

(বি) থিজিন হুমজিল্লিবদুগা মরী লৈনবা হীরমদদি -- পীগনী।

**১৬। মখোয়দা অকায়বা থোকপা য়ানা শোক্কদবা মীওইশিংবু (মখোয়গী ৱা) তাগদবা ঃ** কম্মিশন্না, থিজিন হুমজিনলিবদুগী করিগুম্বা মতাং অমদা,

(এ) কনাগুম্বা মীশক অমগী লমচত্তা থিজিনখোৎচিনবগী তঙাইফদবা লৈ নীংলবদি; নত্রগা

(বি) থিজিন হুমজিল্লিবা অদুনা মীশক অমগী মিংচত্তা অশোকপা থোকপা য়াই হায়না নীংলবদি,

মহাক্না থিজিল হুমজিল্লিবা অদুদা মদুনা মীশক অদুদা মাগী ৱা তাবিনবা নাতৈচাবা মওঙদা খুদোংচাবা পীগনী;

অদুবু সেক্সন অসিদা য়াউরিবা করিগুম্বা অমত্তা শাক্ষি অমগী মিংচৎপু মরাল শীননবা তৌবদদি শীজিন্নরোই।

## ৪বা তাংকক
## থৌওঙ

**১৭। ৱাকৎশিংদা থিজিন হুমজিনবা ঃ**

কম্মিশন্না মীওইবগী হকশিং থুগাইবশিংগী ৱাকৎশিং থিজিনহুমজিন তৌরিঙৈদা ঃ —

(i) সেন্ত্রেল গবর্নমেন্ট নত্রগা ষ্টেট গবর্নমেন্ট অমা নত্রগা মখোয়গী মখা পোনবা অতৈ ওথোরিটি নত্রগা ওর্গেনাইজেসন্দগী পাউ নত্রগা পাউদম তানবা য়াইঃ

অদুবু

(এ) করিগুম্বদা কম্মিশন্না লেপখিবা মতমগী মনুংদা পাউদু নত্রগা পাউদমদু ফংদ্রবদি মদুনা ৱাকত্তু মরনাইনা থিজিন হুমজিন তৌবগী থবক চত্থবা য়াই;

(বি) পাউদু নত্রগা পাউদমদু ফংবদা, কম্মিশন্না মখাতানা থিজিন হুমজিনবগী তঙাইফদবা লৈত্রে নত্রগা মরী লৈনবা সরকার নত্রগা ওথোরিটিনা তৌফম থোকপা থবক তৌবা হৌখ্রে নত্রগা পায়খৎখ্রে হায়না চপ চানা থাজরবদি ৱাকৎ অদুদা মখাতানা থবক চত্থররোই অদুগা ৱাকৎলকপা মীশক্তুদা মদুগী মতুং ইন্না পাউ পীখিগনী;

(ii) ক্লোজ (i) দা য়াউখিবা করিগুম্বা অমগুদা অকায়বা থোকহনবা তৌরুদনা মদুনা তঙাইফদবা লৈরে খল্লবদি ৱাকৎ অদুগী মওঙ অদু য়েংলগা থিজিন হুমজিনবগী থবক অমা পায়খৎকনী।

**১৮। থিজিন হুমজিল্লবা মতুংগী পায়খৎকদবা থবকশিং ঃ**

এক্ট অসিগী মখাদা তৌখিবা থিজিন হুমজিনবদু মপুঙ ফারবদা কম্মিশন্না মখাগী থবকশিং অসিগী মনুংদা অমা হেক্তা পায়খৎপা য়াই, হায়বদি —

(১) থিজিন খোৎচিনবদুনা করিগুম্বদা কনাগুম্বা মীয়ামগী থবক তৌবা মীশক অমনা মীওইবগী হকশিং থুগায়রে নত্রগা

মীওইবগী হকশিং থুগাইবা থিংবদা থৌশাদরে হায়বসি থেংনরবদি অদুগুম্বা মীশক নত্রগা মীশকশিং অদুগী মায়োক্তা কেশ থাঙ্গত্তুনা নত্রগা অদুগুম্বা অতৈ থবক পায়খৎফম থোকই হায়না কম্মিশন্না খনবা অদু পায়খৎনবা মরী লৈনবা গবর্নমেন্ট নত্রগা ওথোরিটি অদুদা পাউতাক পীবা য়াই;

(২) সুপ্রীম কোর্ট নত্রগা মরী লৈনবা হায় কোর্টতা কোর্ট অদুনা তৌফম থোকই হায়না নীংবা মওঙদা লমজিং লমতাক, য়াথং নত্রগা অদুম অদুম তৌ হায়দুনা য়াথংশিং পীবিনবা হায়জবা;

(৩) কম্মিশন্না তৌফম থোকই হায়না খনবা মওঙদা অল্লা-অনা নংহনবিরবা মীশক অদুদা নত্রগা মাগী ইমুং মনুংগী মীশিংদা মরক্কী ওইনা অল্লা অনা কোকহন্নবা খুদক্কী ওইনা মতেংপীনবা মরী লৈনবা গবর্নমেন্ট নত্রগা ওথোরিটিদা পাউতাক পীবা;

(৪) ক্লোজ (৫) গী মখা পোন্না থিজিনহুমজিনবদুগী পাউদমগী মান্নমা শিন্দোক্লবা অমা দরখ্বাস্ট থারকপা মী নত্রগা মাগী মীহুত্তুদা পীবা;

(৫) কম্মিশন্না থিজিন হুমজিল্লিবদুগী পাউদম অদুগী মান্নমা শিন্দোক্লবা অমগা মদুগী পাউতাকশিংগা লোয়ননা মরী লৈনবা গবর্নমেন্ট নত্রগা ওথোরিটিদুদা থাগনী অদুগা মরী লৈনবা গবর্নমেন্ট নত্রগা ওথোরিতি অদুনা থা অমগী নত্রগা কম্মিশন্না য়াগদবা অদুগুম্বা খরা শাংথবা মতমগী মনুংদা পাউদম অদুগী মরমদা মদুগী তেন্না পীবা (অইবা) মতশিং অদু মদুদা লৌখৎলবা নত্রগা লৌখৎকদৌরিবা থবক্কুগা লোয়ননা কম্মিশন্দা থাগৎপা;

(৬) কম্মিশন্না মদুগী পাউদমগা, মরী লৈনবা সরকার নত্রগা ওথোরিটি অদুগী শন্না ইবা মত অদু লৈরগদি, অদুগা মরী লৈনবা গবর্নমেন্ট নত্রগা ওথোরিটি অদুনা কম্মিশনগী পাউতাকশিংদা লৌখৎলবা নত্রগা লৌখৎকদবা থবকশিং অদুগা লোয়ননা, মদুগী পাউতাকশিংদু ফোঙদোক্কনী।

১৯। **আর্মদ ফোর্সেসকী মরীদা শীজিন্নগদবা থৌওঙ ঃ—**

(১) এক্ট অসিদা অতৈ অতৈ য়াউজরবসু আর্মদ ফোর্সেসকী মীওইশিংনা

মীওইবগী হকশিং থুগাইবগী ৱাকৎশিং খন্নবা মতমদা কম্মিশন্না মখাগী থৌওঙশিং অসি শীজিন্নগনী, হায়বদি –

(এ) মসিনা, মরনাই ওইনা নত্রগা দরখাস্ত অমা ফংবদা, সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টতগী পাউদম অমা পীরক্নবা হায়বা য়াই;

(বি) পাউদম অদু ফংলবা মতুংদা মদুনা ৱাকৎ অদুগী মখাদা করিগুম্বা থবক অমত্তা পায়খত্তববু ওইরবসু নত্রগা অসি অসি তৌ হায়দুনা পাউতাকশিংবু ওইরবসু গবর্নমেন্টতুদা পীবা য়াই।

(২) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা পাউতাকশিংদুদা পায়খৎপা থবক অদু থা অহুমগী মনুংদা নত্রগা কম্মিশন্না য়াগদবা খরা হেনবা মতমগী মনুংদা কম্মিশন্দা পাউ পীগনী।

(৩) কম্মিশন্না মদুগী পাউদম অদুগা, মদুনা মদুগী সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টতা পীখিবা পাউতাকশিং অমদি গবর্নমেন্ট অদুনা অদুগুম্বা পাউতাকশিংদুদা লৌখৎখিবা থবকশিংগা লোয়ননা ফোঙদোক্কনী।

(৪) কম্মিশন্না সব-সেক্সন (৩) গী মখাদা ফোংদোকখ্রবা পাউদম অদুগা মান্ননা শিন্দোক্লবা অমা দরখাস্ত থারিবা মীদুদা নত্রগা মাগী মীহুত্তুদা পীগনী।

২০। **কম্মিশনগী চহীগী অমদি অখন্নবা পাউদম ঃ**

(১) কম্মিশন্না সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টতা অমদি মরী লৈনবা ষ্টেট গবর্নমেন্টতা চহীগী পাউদম অমা থাগৎকনী অদুগা মদুনা মদুগী মত্তা চহীগী পাউদম থাবা ফাউবা য়েথোক্কুনা থম্বা য়াদনা মরু ওইবনী নত্রগা তঙাইফদবনী হায়না নীংবা হীরম অমদা অখন্নবা পাউদমশিং, মতম অমদা হেক্তা (সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টতা অমদি মরী লৈনবা ষ্টেটগবর্নমেন্ট অদুদা) থাবা য়াই।

(২) সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনবু ওইরবসু ষ্টেট গবর্নমেন্টতুনবু ওইরবসু কম্মিশনগী চহীগী অমদি অখন্নবা পাউদমশিং অদু মথংশিংনা পার্লিয়ামেন্টকী হাউস খুদিঙমকীবু ওইরবসু নত্রগা ষ্টেট লেজিস্লেচরগীবু ওইরবসু মমাঙদা কম্মিশনগীপাউতাকশিং অদুগা পায়খৎলবা নত্রগা পায়খৎকদৌরিবা থবকশিং অমদি, লৈরগনা, পাউতাকশিং অদু লৌখিদবগী মরমশিং শন্না নীংশিংগদবা মওঙদা ইবদুগা লোয়ননা থমগনী।

## ৫বা তাংকক
## মীওইবগী হকশিংগী ষ্টেটকী কম্মিশনশিং

**২১। মীওইবগী হকশিংগী ষ্টেট কম্মিশন লিংবা ঃ**

(১) ষ্টেট গবর্নমেন্ট অমনা ....... (ষ্টেট অদুগী মমিং) মীওইবগী হকশিংগী কম্মিশন হায়না খঙনবা কাঙলুপ অমা তাংকক অসিগী মখাদা ষ্টেট কম্মিশন অমদা শিন্নবা থবকশিং পাঙথোক্নবা অমদি মদুদা পীবা পাঙ্গলশিংদু শীজিন্ননবা লিংগনী।

(২) ষ্টেট কম্মিশন অদু —

(এ) হায় কোর্ট অমগী চিফ জষ্টিস ওইরকখ্রবা থৌবুরেল অমা;

(বি) হায় কোর্ট অমগী জজ অমা ওইরিবা নত্রগা ওইরকখ্রবা মেম্বর অমা;

(সি) ষ্টেট অদুদা দিষ্ট্রিক্ট জজ অমা ওইরিবা নত্রগা ওইরকখ্রবা মেম্বর অমা;

(দি) মীওইবগী হকশিংগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংগী লৌশিং লৈরবা নত্রগা মখোয়দা থবক ওইনা তৌরুবদগী ফংলকপা হকথেংনবা লৌশিং লৈরবা মীওইশিংগী মরক্তগী হাপ্পা মেম্বর অনী — গনা শাগনী।

(৩) ষ্টেট কম্মিশন অদুগী মকোক ওইনা থবক পাঙথোক্নবা ওফিসার ওইগদবা সেক্রেটরি অমা লৈগনী অদুগা মানা ষ্টেট কম্মিশন্না মঙোন্দা শিন্নবা পাঙ্গলশিং শীজিন্নগনী অদুগা অদুগুম্বা মঙোন্দা পীবা থবকশিং অদু পাঙথোক্নী।

(৪) ষ্টেট কম্মিশনগী হেদকার্টরসতি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেশন থোক্নুনা লেপ্পা অদুগুম্বা মফমদুদা ওইগনী।

(৫) ষ্টেট কম্মিশন অমনা সমবিধানগী তরেৎশুবা সিদুলদা য়াউবা ২বা লিষ্টকা ৩বা লিষ্টকদা মশীং চনখত্নুনা য়াউরিবা হীরমশিংদুগা মরী লৈনগদবা মীওইবগী হকশিং থুগায়বশিংদু খক্তদা থিজিন হুমজিন তৌগনী।

অদুবু করিগুম্বা অদুগুম্বা ৱাফম অমা কম্মিশন্না নত্রগা চৎনরিবা আইন অমগী

মখাদা চুম্না লিংখ্রবা অতৈ কম্মিশন অমনা থিজিন হুমজিন্দুনা হান্ননা লৈরবা ওইরবদি ষ্টেট কম্মিশন অদুনা হায়রিবা রাফম অদুদা থিজিন হুমজিন তৌরোইদবনী।

মখাতাবদা, জম্মু অমদি কাশ্মীরগী মীওইবগী হকশিংগী কম্মিশনগী মরীদদি সব-সেক্সন অসি "সম্বিধানগী তরেৎশুবা সিদুলদা য়াউবা ২বা লিষ্টকা ৩বা লিষ্টকা" হায়রিবা ৱাহৈশিং অমদি অঙ্ক মশীংশিং অসিগী মহুত্তা, "জম্মু অমদি কাশ্মীর ষ্টেটতা শীজিন্নবা য়াবা সম্বিধানগী তরেৎশুবা সিদুলদা য়াউবা ৩বা লিষ্টতা অমদি ষ্টেট অদুগী লেজিস্লেচর অদুনা আইন শেম্বগী পাঙ্গল লৈবা রাফমশিং অদুগী মরীদা" হায়বা ৱাহৈশিং অমদি অঙ্ক মশিংশিং অসিনা মহুৎশিন্দোকখ্রবগুম্না লৌরগা চৎনগনী।

২২। **ষ্টেট কম্মিশনগী থৌবুরেলগা অতৈ মেম্বরশিংগা হাপ্পা ঃ**

(১) থৌবুরেলগা অতৈ মেম্বরশিংগসি গবর্নরনা মশাগী খুৎই অমদি চাজুম্না চুম্নবনী হায়বা উত্তুনা হাপকনী;

অদুবু সব-সেক্সন অসিগী মখাদা ফম হাপ্পা খুদিঙমক --

(এ) চিফ মিনিষ্টর -- থৌবুরেল;

(বি) লেজিস্লেটিব এসেমব্লিগী স্পীকর -- মেম্বর;

(সি) ষ্টেট অদুদা হোম দিপার্টমেন্টকী থবক পুরিবা মিনিষ্টর -- মেম্বর -য়াওবা কম্মিটি অমগী পাউতাক ফংলবা মতুংদা তৌগনীঃ

মখাতাবদা করিগুম্বা ষ্টেট অমদা লেজিস্লেটিভ কাউন্সিল অমা লৈবা মফমদদি কাউন্সিল অদুগী থৌবুরেলদুগা কাউন্সিল অদুগী ওপোজিসনগী লিদর অদুগস্ কম্মিটিদুগী মেম্বরশিং ওইগনী;

অদুগা অমুকসু হৌজিক হৌজিক ওইরিবা হায়কোর্ট অমগী জজ নত্রগা দিষ্ট্রিক্ট জজ অমবু মরীলৈনবা ষ্টেট অদুগী হায় কোর্টকী চিফ জষ্টিসকা রা তানরবা মতুংদা নত্তনা হাপ্লোইদবনী।

(২) কম্মিটিদুদা ফম হাঙবখক্তগী মরম্না ষ্টেট কম্মিশনগী থৌবুরেল অমা নত্রগা মেম্বর অমা হাপ্পদা চৎনবা য়াদবা ওইরোই।

২৩। **ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বর অমা লৌথোকপা ঃ**

(১) সব-সেক্সন (২) গী ৱারোলশিংগী মখা পোন্না, প্রসিদেন্টনা সুপ্রীম কোর্টতা থারক্লগা, সুপ্রীম কোর্টনা মদুগী মতাংদা শেম্লবা থৌওঙগী মতুংইন্না থিজিন খোৎচিন তৌরগা, প্রমান তৌরবা লমচৎ ফজদবা নত্রগা মতীকচাদবগী য়ুম্ফম খক্তদা থৌবুরেলদুবু

নত্রগা অতৈ অতোপ্পা অদুগুম্বা মেম্বরদুবু ওইরবসু অদুগুম্বা য়ুম্ফম অমদা লৌথোকফম থোকই হায়না পীরকপা পাউদমদা থৌবুরেলদুবু নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মেম্বর অমবু লৌথোক্কদবনী।

(২) সব-সেক্সন (১) দা অমা অমা হায়জরবসু —

(এ) শেলশিংবা ঙমদ্রবনী হায়না ৱায়েনশঙনা লাউথোক্লবা; নত্রগা

(বি) থবক পুরিঙৈগী মতমগী মনুংদা মাগী ওফিসকী মথৌশিংগী ৱাংমদা শেল ফংবা থবক তৌরবা; নত্রগা

(সি) পুক্লিঙগী নত্রগা হকচাংগী ওইনা শোঙ্গুরকপনা মরম ওইরদুনা থবক তৌবা অদুম চত্থবদা মতীক চাদ্রবা; নত্রগা

(দি) পুক্লিঙগী ফীভম ফৎচিল্লক্তবা অমদি মতীকচাবা ৱায়েনশঙ অমনা অসুন্না লাউথোক্লবা; নত্রগা

(ই) প্রসিদেন্টকী পুক্লিঙদা হস্থবা লমচৎ চেন্নৈ হায়না নীংবা আইন্না য়াদবা থবক অমা তৌবগীদমক মরাল লৈরে হায়না ৱায়েল পীরবা অমদি কৈশুম শঙদা থম্নবা চৈরাক পীরবা — ওইরবদি

প্রসিদেন্টনা য়াথং অমা থোক্নুনা থৌবুরেলদুবু ওইরবসু নত্রগা অতোপ্পা মেম্বরদুবু ওইরবসু থবক্তগী লৌথোকপা য়াই।

২৪। **স্টেট কম্মিশনগী ওফিস পায়বগী মতম ঃ**

(১) থৌবুরেল অমা ওইনা হাপ্পবা মীশক অমনা মানা থবক হৌবগী তারিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতমগা নত্রগা মহাক মশাগী চহী হুম্ফুতরা শুদ্রিফাউবগা অনীগী মরক্তা হান্না শুবা মতম অদু ফাউবা থবক পায়গনী।

(২) মেম্বর অমা ওইনা হাপ্পবা মীশক অমনা মানা থবক পায়বা হৌবগী তারিখ অদুদগী চহী মঙাগী মতমগী ওইনা থবক পায়গনী অদুগা অতোপ্পা চহী মঙাগী মতম অমগগী ওইনা অমুক হন্না হাপ্পা য়াই;

অদুন্নদি ওইরবদা কনাগুম্বা মেম্বর অমত্তনা চহী হুম্ফুতরা শুরবা মতুংদদি থবক পায়বা য়ারোই।

(৩) থবক পায়বা লেপ্পবদদি, থৌবুরেল অমা নত্রগা মেম্বর অমনা করিগুম্বা স্টেট গবর্নমেন্ট অমগী নত্রগা ভারত সরকারগী মখাদা মখাতানা থবক তৌবা য়াবা মী অমত্তা ওইররোই।

২৫। **ফীভম খরদা মেম্বরনা থৌবুরেল ওইনা থবক তৌবা নত্রগা মহাক্কী থবক পাঙথোকপা ঃ**

(১) শিবা, মশানা ফম থাদোকচবা নত্রগা অতোপ্পা ফীভম্না মরম ওইরদুনা থৌবুরেলদুগী ফমদু হাঙবা থোক্লকপদা, গবর্নরনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা অহাঙবদু মেনশিন্নবা অনৌবা থৌবুরেল অমা হাপ্পিবা ফাউবা মেম্বরশিংদুগী মনুংদা অমবু থৌবুরেল ওইনা থবক তৌনবা শিন্নবা য়াই।

(২) ছুটি লৌদুনা নত্রগা অতৈ ফীভমদা কারক্তবদগী থৌবুরেলদুনা মাগী মথৌশিং তৌবা ঙমদ্রবা মতমদা গবর্নরনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা মসিগী মতাংদা মেম্বরশিংদুগী মনুংদা শিন্নরবা অমনা থৌবুরেলদুনা মাগী মথৌ তৌবা হৌদ্রিবা ফাউবা থৌবুরেলগী থবক তৌগনী।

(৩) সব-সেক্সন (২) গী মখাদা হাপখ্রবা ওফিসারশিংগা মতেং পাংনবা মীওইশিংগগী তলবশিং, শেলহাপশিং অমদি থবক তৌবগী ফীভমশিং অসি রুলশিংনা লেপ্পবশিং অদু ওইগনী।

২৬। **ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বরশিংনা থবক পায়বদা মসি মসি তৌগদবনী হায়না য়ানবা ফীভমশিং ঃ**

মেম্বরশিংদা পীগদবা তলব অমদি শেলহাপশিং অমদি মসি মসি তৌগদবনী হায়না য়ানবা ফীভমশিংদি ষ্টেট গবর্নমেন্টনা লেপ্পকপা অদুগুম্না ওইগনী।

অদুবু মহাকপু হাপখ্রবা মতুংদা তলব অমদি শেলহাপশিং নৎত্রগা অতৈ য়ানখ্রবা ফীভমশিংদু মেম্বর অমগী মাঙজগদবা মওঙদা হোংদোকপা তৌরোইদবনী।

২৭। **ষ্টেট কম্মিশনগী ওফিসারশিং অমদি অতৈ তেংবাংনবা মীওইশিং ঃ**

(১) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা কম্মিশন্দা —

(এ) কম্মিশনগী সেক্রেটরি ওইনবা ষ্টেট গবর্নমেন্টকী সেক্রেটরি অমগী থাক্কী ওফিসার অমা; অমদি

(বি) দাইরেক্টর জেনেরেল ওফ পুলিশকী থাক্তগী হন্থদবা ওফিসার অমগী মখাদা অদুগুম্বা পুলিশ অমদি থিগৎ খোংকৎপা তৌনবা মীওই (ষ্টাফ) অমদি কম্মিশনগী থবকশিং নিংথিনা ফজনা পাঙথোকপদা চঙগদবা অদুগুম্বা অতোপ্পা ওফিসারশিং অমদি তেংবাংনবা মীওইশিং — ফংহনগনী।

(২) মসিগী মরীদা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা শেমগদবা রুলশিংগী মখা পোন্না, চঙগনী হায়না খনবা অদুগুম্বা অতোপ্পা অশীন অরাঙগী, খুৎজু খুৎলায় শীজিন্নগদবা শিনফমগা মরী লৈনবগী অমদি সাইন্সকী ওইবা থবক্কী ওইবা মীওইশিং ষ্টেট কম্মিশন্না হাপ্পা য়াই।

(৩) সব-সেক্সন (২) গী মখাদা হাপখ্রবা ওফিসারশিংগা মতেং পাংনবা মীওইশিং গগী তলবশিং, শেলহাপশিং অমদি থবক তৌবগী ফীভমশিং অসি রুলশিংনা লেপ্পবশিং অদু ওইগনী।

## ২৮। ষ্টেট কম্মিশনগী চহীগী অমদি অখন্নবা পাউদমশিং ঃ

(১) ষ্টেট কম্মিশন্না ষ্টেট কম্মিশন্দা চহীগী পাউদম অমা থাগৎকনী অদুগা মদুনা মদুগী মত্তা চহীগী পাউদম থাবা ফাউবা য়েথোক্কুনা থম্বা য়াদনা মরু ওইবনী নএগা তঙাইফদবনী হায়না নীংবা হীরম অমদা অখন্নবা পাউদমশিং, মতম অমদা হেক্তা (ষ্টেট গবর্নমেন্টতা) থাবা য়াই।

(২) ষ্টেট গবর্নমেন্টনা কম্মিশনগী চহীগী অমদি অখন্নবা পাউদমশিং অদু, হাউস অনী লৈবা ওইরগনা ষ্টেট লেজিস্লেচরগী হাউস খুদিংমক্কী মমাঙদা নত্রগা অদুগুম্বা লেজিস্লেচর অদুনা হাউস অমত্তমক লৈরগনা, হাউস অদুগী মমাঙদা কম্মিশনগী পাউতাকশিং অদুদা পায়খৎলবা নত্রগা পায়খৎকদৌরিবা থবকশিং অমদি, লৈরগনা, পাউতাকশিং অদু লৌখিদবগী মরমশিং শন্না নীংশিংগদবা মওঙদা ইবদুগা লোয়ননা থমগনী।

## ২৯। নেশনেল হ্যুমেন রাইটস কম্মিশনগী মরী লৈনবা বারোল খরা ষ্টেট কম্মিশনশিংদা শীজিন্নবা ঃ

সেক্সন ৯,১০,১২,১৩,১৪,১৫,১৬,১৭, অমদি ১৮ গী বারোলশিং অসি ষ্টেট কম্মিশন্দা শীজিন্নগনী অদুগা মখাগী শেমদোকপশিং অসিগী মখা পোন্না চৎনগনী, হায়বদি —

(এ) "কম্মিশন" হায়না পল্লিবশিং অসিবু "ষ্টেট কম্মিশন" হায়না পনবনী হায়না বাহম্লোক তৌগনী;

(বি) সেক্সন ১০ গী সব-সেক্সন (৩) দা "সেক্রেটরি জেনরেল" হায়বা বাহৈ অদুগী মহুত্তা "সেক্রেটরি" হায়বা বাহৈ অসি মহুৎশিনগনী;

(সি) সেক্সন ১২ গী ক্লোজ (এফ) লৌথোক্কনী;

(দি) সেক্সন ১৭ কী ক্লোজ (i) দা য়াউরিবা "সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট নত্রগা ... অমা" হায়বা ৱাহৈশিং অসি লৌথোক্কনী।

## ৬বা তাংকক

## মীওইবগী হকশিংগী ৱায়েলশঙশিং

৩০। **মীওইবগী হকশিংগী ৱায়েলশঙশিং —**

মীওইবগী হকশিং থুগাইবদগী থোক্লকপা মরালশিংবু অথুবা ৱায়েল পীনবগী মরমগীদমক হায় কোর্টকী চিফ জষ্টিসকা য়ানরগা দিষ্ট্রিক্ট খুদিঙগী সেসনগী কোর্ট অমমম্বু হায়খ্রবা মরালশিং অদুগী ৱায়েন্নবগীদমক্তা নোটিফিকেসন থোক্তুনা মীওইবগী হকশিংগী ৱায়েনশঙ অমনী হায়না মশক তাক্কনী (লাউথোক্কনী) ঃ

অদুবু অসিগুম্বা মরালশিংগীদমক্তা অতোপ্পা চৎনরিবা অতৈ আইন অমগী মখাদা-

(এ) সেসনগী কোর্ট অমবু হান্ননা স্পেসিয়েল কোর্ট অমনী হায়না লাউথোকখিরম্লবদি: নত্রগা

(বি) স্পেসিয়েল কোর্ট অমা হান্ননা লিংখৎখিরম্লবদি -- সেক্সন

অসিদা য়াউরিবা করিগুম্বা অমত্তা শীজিন্নরোই।

৩১। **অখন্নবা পব্লিক প্রোসিক্যুটর ঃ**

মীওইবগী হকশিংগী ৱায়েনশঙ খুদিঙগী ওইনা কোর্ট অদুদা কেশশিং (শীল্লাঙনবগীদমক্তা) চত্থনবগীদমক্তা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেসন থোক্তুনা পব্লিক প্রোসিক্যুটর অমবু নত্রগা চহী তরেত্তগী তাদনা উকিল ওইরক্লবা মীশক অমবু স্পেসিয়েল পব্লিক প্রোসিক্যুটর অমা ওইনা লাউথোক্কনী।

## ৭বা তাংকক

## শেলথুমগী ফীভম, চাগা-চাদিঙগী মরম অমদি চাগা-চাদিং য়েংশিনবা

৩২। **সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা পীবা শেলগী মতেংশিং ঃ**

(১) পার্লিয়ামেন্টনা মসিগী মরীদা শেম্বা আইন্না তশেংনা খাইদোক্তুনা থমহৌরবা শেনফমদগী সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা এক্ট অসিগী মরমশিংগীদমক্তা শীজিন্নবদা মতীক চারনী হায়না খনবা অদুগুম্বা শেনফম অদু শেলগী মতেং ওইনা কম্মিশন্দা পীগনী।

(২) এক্ট অসিগী মখাদা তৌগদবা থবকশিং অদু পাঙথোক্নবগীদমক শেনফম অসুক চাদিং তৌরবদি মতীক চারনী হায়না খনবা শেনফমদু চাদিং তৌগনী অদুগা অদুগুম্বা শেনফমশিং অদু সব-সেক্সন (১) দা পনখ্রবা শেলগী মতেংশিং অদুদগী তৌবা চাদিংনী হায়না লৌগনী।

৩৩। **ষ্টেট গবর্নমেন্টনা পীবা শেলগী মতেংশিং ঃ**

(১) লেজিস্লেচরনা মসিগী মরীদা শেম্বা আইন্না তশেংনা খাইদোক্তুনা থমহৌরবা শেন্‌ফমদগী ষ্টেট গবর্নমেন্টনা এক্ট অসিগী মরমশিংগীদমক্তা শীজিন্নবদা মতীক চারনী হায়না খনবা অদুগুম্বা শেনফম অদু শেলগী মতেং ওইনা ষ্টেট কম্মিশন্দা পীগনী।

(২) ৫ বা তাংকক্কী মখাদা তৌগদৌবা থবকশিং অদু পাঙথোক্নবগীদমক শেন্‌ফম অসুক চাদিং তৌরবদি মতীক চারনী হায়না খনবা শেনফমদু ষ্টেট কম্‌শিন্না চাদিং তৌগনী অদুগা অদুগুম্বা শেনফমশিং অদু সব-সেক্সন (১) দা পনখ্রবা শেলগী মতেংশিং অদুদগী তৌবা চাদিংনী হায়না লৌগনী।

৩৪। **চাগা-চাদিংগী মরম অমদি চাগা চাদিং য়েংশিনবা ঃ**

(১) কম্মিশন্না চাগা-চাদিংগী মরম অমদি অতৈ মরী লৈনবা নীংশিংনবা ইশিনবা চে-চাংশিং নীংথিজনা শুগনী অদুগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা কম্পট্রোল্লর অমদি ওদিটর জেনরেল ওফ ইন্দিয়া গা তানদুনা অসুন্না তৌগদবনী হায়দুনা লেপথোক্লবা অদুগুম্বা ফোর্ম অদুদা চাগা চাদিংগী চহীগী চেরোল অমা শেমগনী।

(২) কম্মিশন্দুগী চাগা চাদিংগী মরমদু কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেলনা মানা লেপ্পা মতম অসুক অসুক কান্ননা য়েংশিনগনী হায়বা মতমশিংদা য়েংশিনগনী অদুগা অসিগুম্বা য়েংশিনবা অদুগী মরীদা তিংখিবা চাদিংদু কম্মিশন্না কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেলদা পীগদবনী।

(৩) কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেল অমদি মানা এক্ট অসিগী মখাদা কম্মিশনগী চাগা চাদিংগী মরম য়েংশিন্নবগী মরীদা হাপখিবা কনাগুম্বা মীশক অমনা গবর্নমেন্টকী চাগা চাদিংগী মরম য়েংশিনবগী মরীদা মহৌশাগী ওইনা লৈবা কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেলগী হকশিং অমদি খুদোংচাবশিং অমদি পাঙ্গলশিং অদুম্মক মান্ননা লৈগনী। অদুগা অখন্ননা খাতাশিং, চাগ-চাদিংগী মরমশিং, মরী লৈনবা পীথোকখিবা শেলশিংদু অচুম্বনী উৎনবা অইবা চেশিং অমদি অতৈ নীংশিংনবা ইশিন্দুনা থম্বা চে-চাং শিং অমদি চেশিং পুথোক্লবা তানবা অদুগা কম্মিশনগী ওফিসশিং চঙদুনা য়েংশিন খোৎচিনবগী পাঙ্গল লৈগনী।

(৪) কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেল নত্রগা মসিগী মরমদা মানা হাপ্পা অতৈ অতোপ্পা মীশক্না চুম্মী হায়রবা চাগা-চাদিংগী মরমদু, মদুদা পীবা য়েংশিনবগী ৰারোলদুগা লোয়ননা কম্মিশন্না চহী খুদিংগী ওইনা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টতা থাগনী অদুগা মদু ফংলবা মতুংদা হেক য়ারিবমখৈ থুনা পার্লিয়ামেন্টকী হাউস অনীমক্কী মমাঙদা থমগনী।

৩৫। **ষ্টেট কম্মিশনগী চাগা-চাদিংগী মরম অমদি চাগা-চাদিং য়েংশিনবা ঃ**

(১) ষ্টেট কম্মিশন্না চাগা-চাদিংগী মরম অমদি অতৈ মরী লৈনবা নীংশিংনবা চে চাংশিং ইশিনবা চে চাংশিং নীংথিজনা শুগনী অদুগা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেল ওফ ইন্দিয়াগা তানদুনা অসুন্না তৌগদবনী হায়দুনা লেপথোক্লবা অদুগুম্বা ফোর্ম অদুদা চাগা চাদিংগী চহীগী চেরোল অমা শেমগনী।

(২) ষ্টেট কম্মিশন অদুগী চাগা চাদিংগী মরমদু কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেলনা মানা লেপ্পা মতম অসুক অসুক কান্ননা য়েংশিনগনী হায়বা মতমশিংদা য়েংশিনগনী অদুগা অসিগুম্বা য়েংশিনবা অদুগী মরীদা তিংখিবা চাদিংদু ষ্টেট কম্মিশন্না কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেলদা পীগদবনী।

(৩) কম্পট্রোল্লর এন্দ ওজিটর জেনরেল অমদি মানা এক্ট অসিগী মখাদা ষ্টেট কম্মিশনগী চাগা-চাদিংগী মরম য়েংশিন্নবগী মরীদা হাপখিবা কনাগুম্বা মীশক অমনা গবর্নমেন্টকী চাগা-চাদিংগী মরম য়েংশিনবগী মরীদা মহৌশাগী ওইনা লৈবা কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেলগী হকশিং অমদি খুদোংচাবশিং অমদি পাঙ্গল অদুগা চপ মান্নবা হকশিং অমদি খুদোংচাবশিং অমদি পাঙ্গলশিং অদুমম্ক মান্ননা লৈগনী অদুগা অখন্ননা খাতাশিং, চাগা চাদিংগী মরমশিং, মরী লৈনবা পীথোকখিবা শেলশিংদু অচুম্বনী উৎনবা অইবা চেশিং অমদি অতৈ নীংশিংনবা ইশিন্দুনা থম্বা চে-চাংশিং অমদি চেশিং পুথোক্লবা তানবা অদুগা ষ্টেট কম্মিশনগী ওফিসশিং চঙদুনা য়েংশিন খোৎচিনবগী পাঙ্গল লৈগনী।

(৪) কম্পট্রোল্লর এন্দ ওদিটর জেনরেল নত্রগা মসিগী মরমদা হাপ্প অতৈ অতোপ্পা মীশক্না চুম্মী হায়রবা চাগা চাদিংগী মরমদু, মদুদা পীবা য়েংশিনবগী রারোলদুগা লোয়ননা ষ্টেট কম্মিশন্না চহী খুদিঙগী ওইনা ষ্টেট গবর্নমেন্টতা থাগনী অদুগা মদু ফংলবা মতুংদা হেক য়ারিমখৈ থুনা ষ্টেট গবর্নমেন্টনা ষ্টেট লেজিস্লেচরগী মমাঙদা থমগনী।

## ৮বা তাংকক

## মখল মথেল

### ৩৬। কম্মিশনগী পাঙ্গল শীজিন্ননবা হক্কী ওমখৈগী মখাপোন্দবা রাফশিং ঃ

(১) ষ্টেট কম্মিশন্না নত্রগা হৌজিক চৎনরিবা আইন অমগী মখাদা চুম্ন লিংখ্রবা অতৈ অতোপ্পা কম্মিশনগী মমাঙদা পন্দুনা লৈরিবা করিগুম্বা রাফম অমদা কম্মিশন্না থিজিন হুমজিনবা তৌরোই।

(২) মীওইবগী হকশিং থুগাইবা চিংই হায়বা থবক অমা তৌখ্রে হায়বগী তারিখ অদুদগী চহী অমা হৌখ্রবা মতুংদা কম্মিশন্না নত্রগা ষ্টেট কম্মিশন্না করিগুম্বা রাফম অমত্তদা থিজিনহুমজিন তৌরোই।

### ৩৭। মরম কুপ্পা থিজিন্নবা অখন্নবা কাঙবুশিং শেম্বা ঃ

চৎনরিবা অতৈ অতোপ্পা আইনদা অমা অমা য়াউজরবসু গবর্নমেন্টনা অসুম তৌবা তঙাই ফদ্রে হায়না খল্লবদি, মীওইবগী হকশিং থুগায়বদগী থোক্লকপা মরালশিংগী মরম কুপ্পা থিজিনবা অমদি কেশ তৌনবগী মরমশিংগীদমক অসুক য়াম্না চঙগনী হায়না খনবা অদুগুম্বা পুলিশ ওফিসারশিংনা শাবা মরম কুপ্পা থিজিন্নবা অখন্নবা কাঙলুপ অমা নত্রগা অমদগী হেনবা কাঙলুপ লিংখৎপা য়াই।

### ৩৮। পুক্নিঙদা চম্না ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা থবক কনবা ঃ

সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট, ষ্টেট গবর্নমেন্ট, কম্মিশন, ষ্টেট কম্মিশন, নত্রগা মখোয়দুগী কনাগুম্বা মেম্বর নত্রগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট, ষ্টেট গবর্নমেন্ট, কম্মিশন নত্রগা ষ্টেট কম্মিশনগী মনুংদা অমগী পাউতাক্কী মখাদা থবক তৌরিবা মীশক অমত্তগী মায়োক্তা, এক্ট অসিগী নত্রগা মসিগী মখাদা শেম্বা রুলশিং নত্রগা থোকপা য়াথংশিং পাঙথোক্লবা পুক্নিঙদা চম্না ইফ ফনা খল্লগা তৌখিবা নত্রগা তৌখিবনী নীংনবা করিগুম্বা থবক অমগী

মতাংদা নত্রগা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্ট, ষ্টেট গবর্নমেন্ট, কম্মিশন নত্রগা ষ্টেট কম্মিশন্না নত্রগা মখোয়না শিন্নদুনা থাফোঙ ফোংদোকপা নত্রগা করিগুম্বা পাউদম, চে নত্রগা তাখিবা থারেপশিংগীদমক্তা, কেশ নত্রগা আইনগী ওইবা থবক অমত্তা লৌখৎলোইদবনী।

**৩৯। মেম্বরশিংগা ওফিসারশিংগবু মীয়ামগী থবক তৌবশিংনী হায়না লৌগদবা ঃ**

কম্মিশন, ষ্টেট কম্মিশনগী মেম্বর খুদিংমক্কা এক্ট অসিগী মখাদা থবক তৌনবগীদমক কম্মিশন নত্রগা ষ্টেট কম্মিশন্না হাপ্পা নত্রগা শীন্নরবা ওফিসার খুদিঙমক্কবু ইন্দিয়ান পেনাল কোদকী সেক্সন ২১ গী থাহত্থোক মনুং চন্না মীয়ামগী থবক তৌবশিংনী হায়না লৌগনী।

**৪০। সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টকী রুল শেম্বগী পাঙ্গল ঃ**

(১) এক্ট অসিগী থারোলশিং অসি পাঙথোক্নবগীদমক সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেশন থোক্তুনা রুলশিং শেম্বা য়াই।

(২) অখন্ননা অমদি মমাঙদা য়াউখিবা পাঙ্গলগী ময়ামগী ওইনা চানবা য়াবা মতৌদা অকায়বা থোকহনবা তৌদনা অদুগুম্বা রুলশিং অদুনা মখাগী থাফমশিং অসি পুন্নমক্কী নত্রগা অমগী ওইনা থারোল পীবা য়াই, হায়বদি —

(এ) সেক্সন ৮ গী মখাদা মেম্বরশিংগী তলবশিং অমদি শেলহাপশিং অমদি থবক তৌবগী ফীভমশিং;

(বি) মদুগী মখা পোন্না কম্মিশন্না হাপ্পা য়াবা অশীন-অরাঙগী, খুৎজু খুৎলায় শীজিন্নগদবা শিনফমগা মরী লৈনবগী অমদি সাইন্সকী ওইবা থবক্কী ওইবা তেংবাংনবা মী হাপ্লগী ফীভমশিং অমদি সেক্সন ১১ গী সব-সেক্সন (৩) গী মখাদা ওফিসারশিং অমদি অতৈ তেংবাংনবা মীওইশিংগী তলবশিং অমদি শেলহাপশিং;

(সি) সেক্সন ১৩ গী সব-সেক্সন (১) গী ক্লোজ (এফ) কী মখাদা পীগদবা অতৈ অতোপ্পা সিভিল কোর্ট অমগী পাঙ্গল;

(দি) সেক্সন ৩৪ গী সব-সেক্সন (১) গী মখাদা কম্মিশন্না চহীগী চাগা চাদিঙগী মরমগী থারোলশিংদু শেমগদবা ফোর্ম; অমদি

(ই) তৌগদবা অমদি তৌবা য়াবা অতৈ অতোপ্পা থাফম।

(৩) এক্ট অসিগী মখাদা শেম্বা রুল খুদিঙমক মদু হেক শেম্বগা য়ারিবমখৈ থুনা সেসন ফম্লিঙৈ মনুংদা পার্লিয়ামেন্টকী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা সেসন অমখক্তুংদা

ওইরবসু থংনা থংননা সেসন অনীদবু ওইরবসু মদুদগী হেনবদবু ওইরবসু নুমিৎ কুপ্পানী মপুঙ ফানা থমগদবনী অদুগা করিগুম্বা তুংদা লাক্কদৌরিবা সেসনশিংদুগী হেক মমাঙদা ফম্বা সেসন্দু লোইদ্রিঙৈদা রুলদু শেমদোকপা য়ানরবা নত্রগা হাউস অনীমক্না রুলদু শেম্লোইদবনী হায়না য়ানরবদি রুলদু শেমদোক্লবা মওঙদুদা চৎনগনী নত্রগা চৎনরোই অদুম্নদি ওইরবদা চৎনহন্দবা অদুনা মমাঙদা অদুগুম্বা রুলদুগী মখাদা তৌখিবশিং অদুদদি অকায়বা থোকহনল্লোইদবা মওঙদা তৌগদবনী।

৪১। **ষ্টেট গবর্নমেন্টকী রুল শেম্বগী পাঙ্গল ঃ**

(১) এক্ট অসিগী ৱারোলশিং অসি পাঙথোক্লবগীদমক ষ্টেট গবর্নমেন্টনা নোটিফিকেশন থোক্তুনা রুলশিং শেম্বা য়াই।

(২) অথন্ননা অমদি মমাঙদা য়াউখিবা পাঙ্গলগী ময়ামগী ওইনা চানবা য়াবা মতৌদা অকায়বা থোকহনবা তৌদনা অদুগুম্বা রুলশিং অদুনা মখাগী ৱাফমশিং অসি পূম্নমক্কী নত্রগা অমগী ওইনা ৱারোল পীবা য়াই, হায়বদি —

(এ) সেক্সন ২৬ গী মখাদা মেম্বরশিংগী তলবশিং অমদি শেলহাপশিং অমদি থবক তৌবগী ফীভমশিং;

(বি) মদুগী মখা পোন্না কম্মিশন্না হাপ্পা য়াবা অশীন অরাঙগী, খুৎজু খুৎলায় শীজিন্নগদবা শিন্‌ফমগা মরী লৈনবগী অমদি সাইন্সকী ওইবা থবক্কী ওইবা তেংবাংনবা মী হাপ্পগী ফীভমশিং অমদি সেক্সন ২৭ কী সব-সেক্সন (৩) গী মখাদা ওফিসারশিং অমদি অতৈ তেংবাংনবা মীওইশিংগী তলবশিং অমদি শেলহাপশিং;

(সি) সেক্সন ৩৫ গী সব-সেক্সন (১) গী মখাদা চহীগী চাগা চাদিঙগী মরমগী ৱারোলশিংদু শেমগদবা ফোর্ম।

(৩) সেক্সন অসিগী মখাদা শেম্বা রুল খুদিঙমক মদু হেক শেম্বগা য়ারিবমখৈ থুনা, হাউস অনী লৈরগনা, ষ্টেট লেজিস্লেচরগী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা নত্রগা অদুগুম্বা লেজিস্লেচর অদুনা হাউস অমত্তমক লৈবা ওইরগনা, হাউসতুগী মমাঙদা থমগনী।

৪২। **অরুবা ফীভমশিং লৌথোকপগী পাঙ্গল ঃ**

(১) এক্ট অসিগী ৱারোলশিং অসি চৎনহনবদা অরুবা ফীভমশিং থোক্লগদি, সেন্ট্রল গবর্নমেন্টনা ওফিসিয়েল গেজেত্তা য়াথং ফোঙদোক্তুনা অরুবা ফীভমদু লৌথোকপদা চঙগনী নত্রগা তৌফম থোকপনী খনবা এক্ট অসিগী ৱারোলশিংগা চানদবা নত্তবা ৱারোলশিং পীগনী।

অদুবু এক্ট অসি চৎনবা হৌখ্রবা মতুং চহী অনী হৌখ্রবদি অসিগুম্বা য়াথং অসি থোক্লোই।

(২) সেক্সন অসিগী মখাদা শেম্বা রুল খুদিঙমক মদু হেক শেম্বগা য়ারিমখৈ থুনা পার্লিয়ামেন্টকী হাউস খুদিঙমক্কী মমাঙদা থমগনী।

৪৩। **ককপা অমদি খাকহৌবশিং ঃ**

(১) দি প্রোটেক্সন হ্যুমেন রাইটস ওর্দিনান্স, ১৯৯৩ সি মসিনা কক্লে।

(২) অসিগুম্বা ককপসি লৈজদুনসু হায়খিবা ওর্দিনান্স অদুগী মখাদা করিগুম্বা অমা তৌখিবা নত্রগা করিগুম্বা থবক অমা লৌখৎখিবা অদু এক্ট অসিগী চান চানবা ৱারোলশিংগী মখাদা তৌখিবনী নত্রগা লৌখৎখিবনী হায়না লৌগনী।

---

**এলঃ দিঃ এমঃ আর্টস সেন্টর, ইম্ফালগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং ঃ —**

১। **মুতুবা তোম্বগী ঃ**

(ক) ইপু কৈ ওইবা (মনিপুরী কোমিক ) - পার্ট বান, ১৯৯৪

(খ) ইপু কৈ ওইবা (মনিপুরী কোমিক ) - পার্ট তু, ১৯৯৫

(গ) হৈবোং মনুংগী তীল (ড্রামা) - পার্ট বান, ২০০০

২। **মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী (মীতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙথ্রবা) ঃ**

(ক) দি চাইলদ লেবর (প্রোহিবিসন এন্দ রিগুলেসন) এক্ট, ১৯৮৬ অমদি দিপ্রিভেন্স ওফ সেদিসিয়স মিতিংস এক্ট, ১৯১১

(খ) দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস, এক্ট, ১৯৭২

(গ) দি এসেনসিয়েল কোমোদিটিজ এক্ট, ১৯৫৫

(ঘ) দি কঞ্জুমর প্রোটেক্সন এক্ট, ১৯৮৬ অমদি

(ঙ) দি প্রোটেক্সন ওফ হ্যুমেন রাইটস এক্ট, ১৯৯৩

**ফোঙলগদবা লাইরিশিং ঃ**

(ক) দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস রুলস, ১৯৭৩

(খ) Studies in the History of Manipur (A.D. 1508 to A.D. 1709) (In English)

(গ) দি মনিপুর সোসাইটিজ রেজিষ্ট্রেসন এক্ট, ১৯৮৯

(ঘ) দি প্রিভেন্সন ওফ ফুদ এদলটরেসন এক্ট, ১৯৫৪ (মীতৈলোন্দা) অমদি

(ঙ) মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী বারেংশিং

৩। **ডাঃ সিঐচ নিংঙোম্বগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

(ক) তুরেল তোর্ববানগী শৈশকপা (শৈরেং, ১৯৯৬)

(খ) থাবলদি ময়েক শেংবা অসুম হেঞ্জিল্লকই (ৱারী মচা, ১৯৯৭) অমদি

(গ) ঈফূৎ মপানগী চন্দ্রমুখি (ৱারী মচা, ২০০০)

৪। **য়ুম্নাম নিংথেমগী থুনা ফোঙলগদবা লাইরিক ঃ**

(ক) ৱারী শীংবুল অমা চৈশু অমা

অইবগী থুনা ফোঙলক্কদবা লাইরিকশিং ঃ —

১। দি মনিপুর শোপস এন্দ এষ্টাব্লিশমেন্টস রুলস, ১৯৭৩

২। **Studies in the History of Manipur (A.D. 1508 to AD 1709) - (English)**

৩। দি মনিপুর সোসাইটিজ রেজিষ্ট্রেসন এক্ট, ১৯৮৯

৪। দি প্রিভেন্সন ওফ ফুদ এদলটরেসন এক্ট, ১৯৫৪

৫। মোইরাংথেম রাজেন্দ্রগী বারেংশিং।

মমল ঃ *লুপা ১৩০/-*